# গর্গ-সংহিতা

## গোলোক্ খণ্ডঃ

—ঃ (O) ঃ—

ইথোক্চবা ঃ—

শ্রীএ, লালকাহলাই দেব শর্মা

উরীপোক্ ।

ফোংজবা :—

শ্রীএ, লালকাহ্নাই দেব শর্ম্মা

তাং ৭ । ১১ । ১৯৯২ ইং ।

কোপী মশীং :— (৫০০) চামঙাতনি ।

লাইরিক ফংফম :—

১। শর্ম্মা বুক এজেন্সি— পাওনা বাজার, কৈশামপাৎ থোং মনাক (মখা দুকান)

২। কেঃ এচঃ ইবুঙোহল সিংহ — বামোন লৈকাই। (ব্রহ্মপুর মঙেমখোং)

৩। লাইরিক ইবা মশাগী য়ুম — উরীপোক অহন্থেম লৈকাই, ইম্ফাল ।

ইবোতোনশ্না গার্লস হায়স্কুল লৈরক ।

মমল :—

মমফম :— ডিঃ এমঃ প্রেস — মপাল কাংজেবুং মপাল

খুত পুম্নমক — লাইরিক অইবগীনি ।

# রাহৌদোক

"**গর্গ-সংহিতা**" হায়বা লাইরিক অসি ঐ ইশানা ইশাগী চহি ১৮ শুবা মতমদা পাজখিবনি। মশিদা ঐনা **ফংজবা** হিরমদা খক্তিক্তং পঙবা তারগদি গর্গ-সংহিতা হায়বা লাইরিক অসি যদু শাগৈগী আচার্য্য ওইবা মহামুনি গর্গনা শৌনক বহুলাশ্বনচিংবদা ফোংদোকপিখিবা অসিমক্তি শ্রীমদ্ভাগবতনা ছুত্র ওইনা (শম্মপা) ফোংদোকপা রাফম্বু গর্গ মুনিনা শন্দোক্না তাকপিরম্মকনি শ্রীমদ্ভাগবতকি মহাভাষ্য অমনি হায়জনিংই। গর্গ-সংহিতা খংদনা অর্থ তৌবা তাবদা শ্রীমদ্ভাগবতবু মপুংফানা পেনহনবা ঙমফম থোক্তবমকনি।

শ্রীমদ্ভাগবত গ্রন্থদা মহর্ষি বেদব্যাসনা শ্রীকৃষ্ণগী পূর্ণতা (মপুং ফাবা) মওংদা "**কৃষ্ণস্তু** ভগবান্ স্বয়ম্" অম্নুা হায়বা রাফমদা গর্গাচার্য্য মুনিনা শ্রীকৃষ্ণগী মরীদা মশাগী গোলোক খণ্ডগী **শরুক্তা** প্রথম অধ্যায়দা "**যস্মিন্ সর্ব্বাণি তেজাংসি বিলীয়ন্তে স্বতেজসি। তং বদন্তি পরে সাক্ষাৎ পরিপূর্ণতমং স্বয়ম,"** ॥২৩॥ (গোঃ খঃ **প্রথম্** অধ্যায়ঃ) অম্নুা হায়রি। অসিগুম্না শ্রীরাধিকাবুস্নু—

> **শ্রীকৃষ্ণস্য পরস্যাপি চতুর্ধা তেজসোঽভবৎ।**
> **লীলা ভূঃ শ্রীশ্চ বিরজা চতস্রঃ পত্ন্য এব হি ॥৬৯॥**
> **সম্প্রলীনাশ্চ তাঃ সর্ব্বা রাধায়াং কুঞ্জমন্দিরে।**
> **পরিপূর্নতমাং রাধাং তস্মাদাহুর্ম্মনীষিণঃ ॥৭০॥**

গোঃ খঃ পঞ্চদশ অধ্যায়ঃ।

অম্নুা শ্রীরাধাবু লীলা, ভূ, শ্রী, বিরজানচিংবী শক্তি মরিনা তিনবী পরিপূর্ণতিমা অম্নুা হায়রি। শ্রীকৃষ্ণবুনা—

**সদ্যঃ প্রাণিপবিত্রাণি জগতাং মঙ্গলানি চ।**
**ককারঃ কমলাকান্ত ঋকারো রাম ইত্যপি ॥২৮॥**
**ষকারঃ ষড়্গুণপতিঃ শ্বেতদ্বীপনিবাসকৃৎ।**
**ণকারো নারসিংহোয়মকারো হ্যক্ষরোঽগ্নিভুক্‌ ॥২৯॥**
**বিসর্গৌ চ তথা হ্যেতৌ নরনারায়ণাবৃষী।**
**সম্প্রলীনাশ্চ ষট্‌ পূর্ণা যস্মিন্‌ শব্দে মহামুনৌ ॥৩০॥**
**পরিপূর্ণতমে সাক্ষাত্তেন কৃষ্ণঃ প্রকীর্ত্তিতঃ।**
**শুক্লো রক্তস্তথা পীতো বর্ণোঽস্যানুযুগং ধৃতঃ ॥৩১॥**

গোলোক খণ্ডঃ পঞ্চদশে।

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণবুনা বৈকুণ্ঠ পতি শ্রীনারায়ণ, শ্রীরাম, শ্বেতদ্বীপাধিপতি নারায়ণ, নরসিং, যজ্ঞ, নরনারায়ণ অসিনা পুম্নগা শ্রীকৃষ্ণ ওই অসুম্না য়াম্না শব্দোক্লা হায়বিরি। অসিগুম্বা গর্গ-সংহিতাসি পাজরুবদা মসিমক মণিপুরী লোন্দা ঐখোই ইশাগী ওইনা লৈজরে অসুম্না করম্বা মতমদা ওইগদগে খণ্ডখিববু চহি ৫০ গী তুংদা মচেৎ খরদং (গোলোক খণ্ড অসিদং) পুথোকচবা হৌরি।

বৈষ্ণব ভক্ত খিবিক্না অমুক্তং পাবিবা অদুতনা মুর্খগী তৌজমন্ মহৈ ফংজরে খঙ্গরগে।

**এ, লালকাহ্নাই দেব শর্ম্মা**
উরীপোক্।

# ৱাহৈ অমতং

গর্গ-সংহিতা কৌবা লাইরিক অসি পুথোকচরগা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোননুংদা ফমফম মচা অমতং ফংজনবা হোৎনবদা ৱাবীখিবা, ৺মণিঠাকুর শর্ম্মা বাচস্পতিময়ুম, শ্রীব্রজগোপাল শর্ম্মা অরিবম, ডিঃ এম.ঃ প্রেস, প্রোঃ এলঃ য়াইমা সিংহ হায়রিবা সম্মাননীয় পুকচেল চাওবসিংগী মতেং কয়াদগী লাইরিক অসি পুথোকচখিবনি। লারিক অসি মণিপুরেশ্বর শ্রীশ্রীগোবিন্দ জিউগী শ্রীচরণদা তাং ৭।১১।৯২ ইংদা কচ্চবা অসিনা শ্রীশ্রী গোবিন্দনা মনাই ওইবা পুম্নমক অসিবু মতম কুইনা মাগী সেবা ফংজবা, মাওোন্দা ভক্তি লৈজবা পীনবীনবা, নিজরিবা অসিমক্তনা ভদ্র-লোকশিং অসিগী লস্মন শিংবা ওইহনবীরসনু।

অমনা

লাইরিক অসিগী মশাদা অরান-অহই য়াওবা ময়েক তাদবা অমদি কম্পোজদা মানখিবা পুম্নমক পাবীরিবা পুম্নমক্না শেমজিন শাজিন্দুনা পাবিনবা থৃৎ লোন্নজরি।

এ. লালকাহ্নাই দেব শর্ম্মা

উরীপোক।

# য়াওফম তাকপা



* * *

# গর্গ-সংহিতা

## প্রথমোঽধ্যায়ঃ

শ্রীকৃষ্ণায় নমঃ

শ্রীগণেশায় নমঃ শ্রীসরস্বত্যৈ নমঃ

* * *

নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্ ।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥
শরদ্বিকচপঙ্কজশ্রিয়মতীব বিদ্বেষকং ।
মিলিন্দমুনিসেবিতং কুলিশকঞ্জচিহ্নাবৃতম্ ॥
স্ফুরৎ কনকনূপুরং দলিতভক্ততাপত্রয়ং ।
চলদ্দ্যুতিপদদ্বয়ং হৃদি দধামি রাধাপতেঃ ॥১॥

---

শ্রীনারায়ণ, নর, নরোত্তম, দেবী, সরস্বতী অমসুং বেদব্যাসবু খুরুমজরুনা জয (মঙ্গলগী মশক ওইবা) গ্রন্থবু শকচ-শোঙ্গগে। শরৎ থানা চংলক্লবদা ফুগাইনা শাংলিবী থম্বালদা খোইমুশিংনা ইনবগুম্, মুনি খিবিরা সেবা তৌজরিবা, ধ্বজ বজ্র পদ্মনচিংবা (ফিরাল, নোংমৈ-শীংজং, থম্বালনচিংবা) থুদমা লৈতেংলিবা, নিংথিরবা, সনাগী নূপুর থোল্লিবা, মনাই ভক্তশিংগী ত্রিতাপকি অরাববু (হকচাংগী অয়াবা, লাইগী থৌশিলনা য়াবা, পুকনিং থবাইনা য়াববু) মাংহনবীরিবা, জগৎ থুংনা ডাল্লিবা, শ্রীরাধাগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বাল অনিবু মমোইদা হাপচরি ॥১॥

বদনকমলনির্যদ. যস্য পীযূষমাদ্যং
পিবতি জনবরোঽয়ং পাতু সোঽয়ং গিরং মে
বদরবর্ণবিহারঃ সত্যবত্যাঃ কুমারঃ
প্রণতদুরিতহারঃ শার্ঙ্গধন্বাবতারঃ ॥২॥
কদাচিন্নৈমিষারণ্যে শ্রীগর্গো জ্ঞানিনাং বরঃ।
আযযৌ শৌনকং দ্রষ্টুং তেজস্বী যোগভাস্করঃ ॥৩॥
তংদৃষ্ট্বা সহসোত্থায় শৌনকো মুনিভিঃ সহ।
পূজয়ামাস পাদ্যাদ্যৈরুপচারৈর্বিধানতঃ ॥৪॥

শৌনক উবাচ ঃ—

সতাং পর্য্যটনং ধন্যং গৃহিণাংশান্তয়ে স্মৃতম.।
নৃণামন্তস্তমোহারী সাধুরেব ন ভাস্করঃ ॥৫॥

---

মহাক্কী মাইথোং থম্বাল (চিম্বাল) দগী ফোংদোকখিবা, শাস্ত্রগী য়াথং ওইবা অমৃত অসিবু সাধু ওইবশিংনা থকই। বোড়োইগী বন ওইবা বদরীকাশ্রমদা লৈফম ওইবা, খুরুমজরিবশিংগী অৱা-অনা কোক-হনবীবা শ্রীবিষ্ণুগী কলা ওইবা শ্রীব্যাসদেবনা, অসিগুম্বা কথামৃতবু হায়জ-গদৌরিবা ঐহাক্কী ৱাঙাংবু (য়াথংবু) ঙাকপিশনু (অচুম্বা ওইহনবিশনু) ॥২॥

নোংমগী মুমিত্তা, যোগ সাধনগী পাঙ্গন্না নুমিৎকী মঙালগুম্ মতিক মঙাল লৈরবা, অখং-অহৈশিংগী (জ্ঞানীশিংগী) মন্নুংদগী অথোইবা ওই-ৱবা গর্গ কৌবা ঋষিনা নৈমিষারণ্য কৌবা বন্দা শৌনকপু উননিংহুনা লেংবীরকখি ॥৩॥

শৌনকনা, গর্গঋষি লেংলকপা উবদা অতোপ-অতোপ্পা মুনিশিংগা লোইননা মহৈ-মহৈ মাগী মাগী ফমফমদগী হৌগৎলহুনা, শাস্ত্রনা তাকপা ৱায়েনগী মতুংইন্না পাদ্য-অর্ঘ্যনচিংবগী (খোং শেংদোক্নবা, থক্ল-চানবগী) পোৎলম পুথোক্ননা পূজা তৌখি=পেনহনখি ॥৪॥

শৌনকনা হায়খি ঃ—

সাধুশিংনা লেংথোকপীরকপা হায়বসিদি য়ুম্বানবশিংগী লাইবক ফবনি,

**তস্মান্মে হৃদি সম্ভূতং সন্দেহং নাশয় প্ৰভো।**
**কতিধা শ্ৰীহরের্বিষ্ণোরবতারো ভবত্যলম্ ॥৬॥**

**শ্ৰীগৰ্গ উবাচ ঃ—**

**সাধু পৃষ্টং ত্বয়া ব্ৰহ্মণ্ ভগবদ্গুণবৰ্ণনম্।**
**শৃন্বতাং গদতাং যদ্বৈ পৃচ্ছতাং বিতনোতি শম্ ॥৭॥**
**অত্ৰৈবোদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্।**
**যস্য শ্ৰবণমাত্ৰেণ মহাদোষঃ প্ৰশাম্যন্তি ॥৮॥**
**মিথিলানগরে পূৰ্ব্বং বহুলাশ্বঃ প্ৰতাপবান্।**
**শ্ৰীকৃষ্ণভক্তঃ শান্তাত্মা বভুব নিরহঙ্কৃতিঃ ॥৯॥**

---

করিদগী য়ুম্বানবশিংগী পুক্কিং-হকচাংগী অৱা-অনাববু, অমম্বা জ্ঞানবু সাধুশিংনা জ্ঞানগী লম্বী তাকপিবনা মরম ওইতুনা শান্তি ফংহল্লিবা (অৱা-অনা কোকহল্লিবা, পুক্কিংগী অমম্বা কোকহল্লিবা) অতুগুম্বা নুমিৎনা ওইদে, নুমিত্তি মপালগী অমম্বতবু কোকহল্লি, সাধুশিংদি মখুং মপাল অনিমকপু শেংদোকপীরিবনি অতুনা শ্ৰীহরিগী অবতার মখল কয়াগী ৱাবু তাকপীতুনা, ঐগী থথোইগী অমম্বা অজ্ঞান খিবিকপু কোকহনবীনবা হঙ্গংচরি ॥৫+৬॥

গর্গনা হায়খি ঃ— হে শৌনক, নংনা অথোইবা ৱাহন্দু হংলে শ্ৰীকৃষ্ণগী মতীক মগুণবু তাননবগী মরীদা, হায়রিবা, তারিবা অমসুং হংলিবতুনা মীওইবশিংগী য়াইফববু (শন্দোকই) ওই ॥৭॥

হায়রিবসিদা কুইথ্ৰবা ইতিহাস অমবু খুদমগী মশক ওইনা ইথ্ৰবনি, ৱাকমশিবু তারগা লংজখিবা অচৌবা মরাল ফাওববু কোকচরিবনি ॥৮॥

মমাংঙৈদা মিথিলা কৌবা সহরদা মতিক মঙান চাওরবা শ্ৰীকৃষ্ণগী মনাই ওইবা, পুক্কিং তপ্পা, নাপল নৈতবা বহুলাশ্ব কৌবা (শগোল য়াম্না লোইববু বহুলাশ্ব হায়না খংনৈ, অতুবু মতাংসিদি বহুলাশ্ব কৌবা নিংথৌবু খংনৈ) নিংথৌ অমা লৈরমই ॥৯॥

সিদ্ধ শক্তিনা অতিয়াদা লেংলক্লিবা মুনি অথোইবা নারদবু উরগা

অথয়াদাগতং দৃষ্ট্বা নারদং মুনিসত্তমম্ ।
সম্পূজ্য চাসনে স্থাপ্য কৃতাঞ্জলিরভাষত ॥১০॥

শ্রীজনক উবাচ ।

অনাদিরাত্মা পুরুষো ভগবান্ প্রকৃতে পরঃ ।
কস্মাত্তনুং সমাধত্তে তন্মে ব্রূহি মহামতে ॥১১॥

নারদ উবাচ ঃ—

গোসাধুদেবতাবিপ্রবেদানাং রক্ষণায় বৈ ।
তনুং ধত্তে হরিঃ সাক্ষাদ্ভগবানাত্মলীলয়া ॥১২॥
যথা নটঃ স্বলীলায়াং মোহিতো ন পরস্তথা ।
অন্যো দৃষ্ট্বা চ তন্মায়াং মুমুহস্তে ন সংশয়ঃ ॥১৩॥

---

আসন্দা থাম্লো হৌনবী পুজা তৌরগা মখুৎ লোম্নত্বনা নিংথৌনা হায়জ-রকই ॥১০॥

মাহৌদনী অহনবা, অহৌবা ওইবা অমা লৈত্রবা, পরমাত্মা ওইবা, নিপাগী শকতম ওইবা (মথন্তমক ওইবা) মহৌশা লাইরেম্বী প্রকৃতিগী মায়াদগী তোঙানবা (মায়া চংদবা) ভগবান ওইবা মহাক্না করি মরমদগী মীওইবগী হকচাং পুরিবনো (পোক্লিবনো) হে পুকচেল চাওরবা মুনি নংনা হায়বিয়ু ॥১১॥

নারদনা হায়খি ঃ—

শা-শন, সাধু ওইবা (অফবা) মী, লাই, ব্রাহ্মণ অমদি বেদনচিংব-শিংবু ঙাকবগীদমক পুম্নমক খংবা শ্রীহরিনা মীওইবগী পাপ পুণ্যগী মশক খংজনবা ওইনা মশাগী শান্ন-কুমৈগী মশক ওইনা মীওইবগী হকচাং লৌদুনা অবতার তৌই ॥১২॥

লিলা শান্নবদা জগোইনচিংবা শারিবা মহাক্না মশাগী লিলাদা শুমহৎতে (ঙক্লে) অতোপ্পা য়েংলিবশিং অতুনদি শুমহৎলি, অতুগুম্না ইবুংঙো মাগী মায়ানা শুমহৎপবু উরগা মহাকী মায়ানা জগৎপুম্নবু শুম-হৎলি হায়বসিদা ঙকফম থোক্তে ॥১৩॥

**শ্রীজনক উবাচ ঃ—**

**কতিধা শ্রীহরের্বিষ্ণোরবতারো ভবত্যলম্‌ ।**
**সাধুনাং রক্ষণার্থং হি কৃপয়া বদ মাং প্রভো ॥১৪॥**

**শ্রীনারদ উবাচ ।**

**অংশাংশোহংশস্তথাবেশঃ কলাঃ পূর্ণঃপ্রকথ্যতে ।**
**ব্যাসাদ্যৈশ্চ স্মৃতঃ ষষ্ঠঃ পরিপূর্ণতমঃ স্বয়ম্‌ ॥১৫॥**
**অংশাংশস্তু মরীচ্যাদিরংশা ব্রহ্মাদয়স্তথা ।**
**কলাঃ কপিলকূর্ম্মাদ্যা আবেশা ভার্গবাদয়ঃ ॥১৬॥**

---

হে প্রভো (হে ইবুঙো) সাধু ওইবা অফবা মীওইশিংবু ঙাকপীনবগী-দমক শ্রীহরি (বিষ্ণু) গী মখল কয়ামুক ওইবা অবতার (পোকপা শাবা, পোকতি পোক্নবা) তৌখিবশিংদু, ঐগী ইফমদা কৃপা তৌহন্না শন-দোক্লা হায়বিয়ু ॥১৪॥

শ্রীনারদনা হায়খি ঃ—

অংশাংশ অবতার, অংশ, আবেশ, কলা, পূর্ণ অমুম্না ব্যাসন-চিংবশিংবুসু খংনখ্রে উংখ্রে, তরুক শুবদা পরিপূর্ণতম্ অমুম্না শ্রীভগবানগী অবতার মখল তরুক্নি, পরিপূর্ণতম্‌দি স্বয়ং ভগবান, মহাক্তনি ॥১৫॥

মরীচিনচিংবনা অংশাংশ অবতারনি, ব্রহ্মানচিংবনা অংশ অবতারনি, কপিল কূর্ম্মনচিংবনা কলা অবতারনি, পরশুরামনচিংবনা আবেশ অব-তারনি ॥১৬॥

---

অংশ=৩০ থোকপগী অমা, অশাংশ=৩০ থোকপা অংশতুনা শরুক কয়ামুক থোকপা অপিকপা মচেৎ অমনা ওইবা, থবক অমগীদমক থমোইদা মহাক্না চংলগা থবক অদু পাংথোক্লবা তুংদা মহাক্না মপান্দা থোকখিববু আবেশ কৌই। মরীচিনচিংবা ঋষি, নারদনচিংবসিনা অংশাংশ অবতারনি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, দক্ষনচিংবা প্রজাপতিশিংনা অংশ অবতারনি। ভৃগুপতি পরশুরামনচিংবনা আবেশাবতারনি। কলা-বতারনা—ইবুঙো মাগী শরুক তরাতরুক (১৬) থোক্নকপগী শরুক অমনা

পূর্ণো নৃসিংহো রামশ্চ শ্বেতদ্বীপাধিপো হরিঃ।
বৈকুণ্ঠোঽপি তথা যজ্ঞো নরনারায়ণঃ স্মৃতঃ ॥১৭॥
পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ স্বয়ম্।
অসংখ্যব্রহ্মাণ্ডপতির্গোলোকে ধাম্নি রাজতে ॥১৮॥
কার্য্যাধিকারং কুর্ব্বন্তঃ সদাংশাস্তে প্রকীর্ত্তিতাঃ।
তৎকার্য্যভারং কুর্ব্বন্তস্তেঽংশাংশা বিদিতাঃ প্রভো ॥১৯॥
যেষামন্তর্গতো বিষ্ণুঃ কার্য্যং কৃত্বা বিনির্গতোঃ।
নানাবেশাবতারাংশ্চ বিদ্ধি রাজন্মহামতে ॥২০॥

---

নৃসিংহ, রাম, শ্বেতদ্বীপাধিপতি, হরি, বৈকুণ্ঠ যজ্ঞ, নর-নারায়ণ অসিনচিংবসিনা পূর্ণঅবতারনি ।।১৭।।

মশীং থীবা ভমদ্রবা তাইবংপান পুন্নমক্কী মপু ওইবা মপুং ফাবা শক্তি পুন্নমক্কা তিনবা পরিপূর্ণতম্ হায়বতুদি তশেংনা মশামক ভগবান, ওইবা শ্রীকৃষ্ণ মহাক্তনি, মহাক্তি মশাগী ওইবা গোলোক ধামদা ভান্দুনা লৈ ।।১৮।।

হে জনক নিংথৌ— মতম পুন্নমক্তা তাইবংপান পুন্নমক্কী থবক পুন্নমকপু মানা অধিকার ওইবা হায়বদি মানা থবক অতুবু তৌরিবা অমদি তৌগদবা ওইবা মহাক অতু অংশ অবতারনি খংনৈ। অতুগা থবক অমতংগী ভার লৌরিবা হায়বদি থবক অতুমতংবু মপুং ফানা লোইশিল্লিবা মহাক অতুবুনা অংশাংশ অবতারনি খংনরি ।।১৯।।

---

ওইবা অবতারনা কলা অবতার কৌই। মতুদি কপিলভগবান, মংশাবতার, লক্ষণ বলদেবনচিংবনি। পূর্ণাবতার ঃ—ইবুঙো মাগী কলা (১৬) তরাতরুক্কা মপুং ফানা ওইবা অবতার, মতুদি নৃসিংহ, রাম, শ্বেতদ্বীপাধিপতি, হরি বৈকুণ্ঠ, যজ্ঞ, নর-নারায়ণচিংবনি। তরুক্কগুবদা খ্বাইদগী অথোইবা সাক্ষাৎ শ্রীভগবান্ পরিপূর্ণতম্ হায়বতুদি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণ মতোমতনি, গোলোক ধাম্দা ভানবনি।

ধর্ম্মং বিজ্ঞায় কৃত্বা যঃ পুনরন্তরধীয়ত।
যুগে যুগে বর্ত্তমানঃ সোঽবতারঃ কলা হরেঃ ॥২১॥
চতুর্ব্ব্যূহো ভবেদ্‌যত্র দৃশ্যন্তে চ রসা নব।
অতঃ পরং চ বীর্য্যাণি সস্তু পূর্ণঃ প্রকথ্যতে॥২২॥
যস্মিন্ সর্ব্বাণি তেজাংসি বিলীয়ন্তে স্বতেজসি।
তং বদন্তি পরে সাক্ষাৎ পরিপূর্ণতমং স্বয়ম্ ॥২৩॥
পূর্ণস্য লক্ষণং যত্র যং পশ্যন্তি পৃথক্ পৃথক্।
ভাবেনাপি জনাঃ সোঽয়ং পরিপূর্ণতমঃ স্বয়ম্ ॥২৪॥

---

হে পুকচেল চাওরবা নিংথৌ ঃ—

শ্রীবিষ্ণুনা অতুম অতুম্বা মীশর্কী থমোই-থমোইদা চংলগা, ইবুংগো মানা এথক কয়া পাংথোকখিবা অতুম অতুম্বা মপোকশিং অংশনা আবেশ অবতারনি খউ ।।২০।।

মহাক অত্তুনা ধর্ম্মগী মশকপু (নিয়মু) খংহল্লমগা (তারমগা) অমুক মাংখিবা অমসুং যুগ-যুগ খুদিংদা অমুক পোক্লুনা লৈরুবা (থংক কয়া পাংথোকনুবা) মহাক অতুনা শ্রীহরিগী কলাঅবতারনি খংনবি ।।২১।।

মহাক্কা শক্তিনা হকচাং মরি থাইদোক্লুনা (বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, অনিরুদ্ধ, প্রদ্যুম্ন অমদি রাম, লক্ষ্মণ, ভরত, শত্রুঘ্ন ওইনা) উহনবা, রস মাপন্না তিনবা (শৃঙ্গার করুণ বীর, ভয়ানক্, বীভৎস, হাস্য, প্রথন, বাৎসল্য রৌদ্র) অমসুং মতীক চাওবা, তৌঙবা, খুৎকন-পাঙ্গনবা মহাক অহুবুনা পূর্ণঅবতারনি খংগনি ।।২২।।

মশাগী মতীক মঙাল অতুদা, মখল মখা কয়াগী মতীক মঙাল পুন্নমক্লা তিনবা মাবু, অতুম্বা অরেপ্পা খংবা অথং-অহৈশিংনা পরিপূর্ণতম অবতারনি হায়রি ।।২৩।।

অসিগুম্বা অবতার অসিদা পূর্ণাবতারগী মওং মতৌ কয়াক্লনস্ত তিনবা, মপুং ফাবা মতৌ ওইবা অমসুং মী মহাক অহুনা মাপাংগী তোঙান

পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণো নান্য এব হি।
এককার্য্যার্থমাগত্য কোটিকার্য্যং চকার হ ॥২৫॥

পূর্ণঃপুরাণঃ পুরুষোত্তমোত্তমঃ
পরাৎপরো যঃ পুরুষঃ পরেশ্বরঃ।
স্বয়ং সদানন্দময়ং কৃপাকরং
গুণাকরং তং শরণং ব্রজাম্যহম্‌ ॥২৬॥

শ্রীগর্গ উবাচ :—

তচ্ছ্রুত্বা হর্ষিতো রাজা রোমাঞ্চী প্রেমবিহ্বলঃ।
প্রাশ্রুপূর্ণ নেত্রৈশ্চ পূর্ণে নারদং বাক্যমব্রবীৎ ॥২৭॥

শ্রীবহুলাশ্ব উবাচ :—

পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণঃ কেন হেতুনা।
আগতো ভারতে খণ্ডে দ্বারাবত্যাং বিরাজতে ॥২৮॥

---

তোঙানবা ভাবকী মতুংইন্না তোঙান-তোঙান্না উনরিবা মহাক অদুবু পরিপূর্ণতম অবতারনি খংনরি ॥২৪॥

পরিপূর্ণতম অবতারদি সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণতনি, মতৈ কনা অমনা ওইদে, ইবুঙো মহাক্তি থবক অমত্তংগীদমক লেংথবীররগা (অবতার তৌবীররগা) থবক কোটি কোটি তৌবীখিবনি ॥২৫॥

মপুং ফারবা শক্তিনা তিনবা, লিরবা—মঙোন্দগী অহানবা অমা লৈত্রবা, মুপালকৃতগী অথোইবা, মাং-তুং পুন্নমক খংবা, নিপাগী মশক ওইবা, নীংগদবা পুন্নমকৃতগী অথোইবা, মতম পুন্নমকৃতা নুংাইগী মশক ওইবা, থৌজান হৈবা, গুণ পুন্নমকী তুংনফম ওইবা ইবুঙো মাঙোন্দা ঐনা চংজরি ॥২৬॥

গর্গনা হায়খি :—

মিথিলা নিংথৌনা বাফমশিবু তারগা কৃষ্ণ প্রেমনা পুক্নিং লাংতক্লবা, হরাও-তুজ্জংবা পোক্লদুনা মিত্তা ঈরনা চেনববু তৈথোক্লগা নারদমুনি য়েং-দুনা হায়রকখি ॥২৭॥

তস্য গোলোকনাথস্য গোলোকং ধাম সুন্দরম্ ।
কর্ম্মাণ্য পরিমেয়াণি ব্রূহি ব্রহ্মন্ বৃহন্মুনে ।।২৯।।
যদা তীর্থাটনং কুর্ব্বন্তজন্ম তপঃপরঃ ।
তস্য সৎসঙ্গমেত্যাশু শ্রীকৃষ্ণঃ প্রাপ্নুয়ান্নরঃ ।।৩০।।
শ্রীকৃষ্ণদাসস্য চ দাসদাসঃ
কদা ভবেয়ং মনসার্দ্রচিত্তঃ ।
যো দুর্ল্লভো দেববরৈঃ পরাত্মা
স মে কথং গোচর আসিদেব্যঃ ।।৩১।।

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

ধন্যস্ত্বং রাজশার্দ্দূল শ্রীকৃষ্ণেষ্টো হরিপ্রিয়ঃ ।
তুভ্যং চ দর্শনং দাতুং ভক্তেশোহত্রাগমিষ্যতি ।।৩২।।

---

বহুলাশ্ব নিংথৌনা হায় ঃ—

তশেংনমক পরিপূর্ণতম ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা করি মরমগীদমক ভারতবর্ষ অসিদা লেংবীরকুনা দ্বারকাপুরীদা ভাম্থোইবীববগী মরম করিনো হায়বীয়ু ॥৮॥

হে নতিক নগুণ চাওরবা অথোইবা মুনি, গোলোক ধামগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী ফজরবা গোলোক ধাম অমসুং মহুদা তৌবিবা চাংদম্নিঙাই লৈত্রবা থবক-থৌওংশিংবু ঐঙোন্দা হায়বীয়ু ॥২৯॥

মীওইবশিংনা মপোক চাম-চামা চুপ্পা তীর্থ কোইজবগা লোইননা ধ্যান-তপ তৌজবদা পুক্লীং চংবনা সৎসঙ্গ (অফবা সঙ্গ) তৌবা ফংই, মতম অতুদা থুনমক শ্রীকৃষ্ণবু ফংজবা ঙমই ॥৩০॥

শ্রীকৃষ্ণগী মনাইগী মনাই নাইথাং ওইজবা ভায়বত্থু করম্বা মতমদা ঐনা ফংজগবা ! ঐগী পুক্লীংনা করম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা থমোইসি মহৌ চেন্দুনা লুপচবা হায়বত্থু ঙমজগদবনো !! অথোইবা লাইশিংনা ফংঙমদ্রবা পরমাত্মা ওইবা অমদি জগৎ অসিদা খ্বাইদগী অহানবা লাই আদিদেব শ্রীকৃষ্ণনা ঐগী থমোইদা ফাওবীরগদগে ॥৩১॥

দ্বাং নৃপং শ্রুতদেবং চ দ্বিজদেবো জনার্দ্দনঃ।
স্মরত্যলং দ্বারকায়ামহোভাগ্যং সতামিহ ॥৩৩॥
ইতি গর্গ সংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে নারদবহুলাশ্বসংবাদে
শ্রীকৃষ্ণমহাত্ম্যবর্ণনং নাম প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥

---

হে থৌনা ফববা নিংথৌ— শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু লোমদনা মনিং থুংহনবীররগনি, মহাকসু শ্রীহরিগী অচানবা মনাই ওইবিবনি, মবগসিদগী মহাক 'অসি মনাইবক করবনি' নত্তোনা দর্শন পীবীনবগীদমক ভক্তবু ঙাকপীবা ভগবান্না মফমসিদ। শোযদনা লেংবীরক্লগনি ॥৩২॥

ওম্লোকপনি। পৃথ্বীসিদা সাধুশিংগী কথাদা লাইবক ফরিবা।' মহাকপু অমদি নিংথৌ শ্রুতদেববু (বেদবু) দু দ্বিজজাতিগী (ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্যগী) মবুঙো (লাই ওইব) জীব পুন্নমক্কী চংনফম, ওইবা শ্রীহরিনা দ্বারকাপুরীদা লৈবীতুনা থোইদোক্লা নাংশিংবীবি ॥৩৩॥

মতাং অসিদা গর্গ ঋষীগী বারীদা গোলোক খণ্ডগী শরুক্তা নারদ-বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা, শ্রীকৃষ্ণগী মতীক-মগুণ থাবা অহানবা অধ্যায লোইরে।

* * *

# দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ

—ঃ (০) ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

জিহ্বাং লব্ধ্বাপি যঃ কৃষ্ণং কীর্ত্তনীয়ং ন কীর্ত্তয়েৎ ।
লব্ধ্বাপি মোক্ষনিশ্রেণীং স নারোহতি দুর্ম্মতিঃ ।।১।।
অথ তে সম্প্রবক্ষ্যামি শ্রীকৃষ্ণাগমনং ভুবি ।
অস্মিন্ বারাহকল্পে যৎ যদ্ভূতং তচ্ছৃণু প্রভো ।।২।।
পুরা দানবদৈত্যানাং নরাণাং খলু ভূভুজাম্ ।
ভূরিভারসমাক্রান্তা পৃথ্বী গোরূপধারিণী ।।৩।।
অনাথবদ্রুদন্তীব বেদয়ন্তী নিজব্যথাম্ ।
কম্পয়ন্তী নিশ্বসন্তী প্রাহ্বৎ ব্রহ্মাণং শরণং গতা ।।৪।।

---

শ্রীনারদনা হায় ঃ—

মীওইবনা মশাদা লৈয়েং পাল্লবস্থু শক্-শোনগদবা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী নামবু শোন্দ্রবা পুকচেল ফত্রবা মীশক অদুদি অরান খুবমগী থাক ফংলবস্থু কাবা ঙমদে, কাননবা পাঙ্গল লৈতে ॥১॥

হে নিংথৌ বারাহ কল্পদা (মমাংদা ওক্তী অবতার তৌখিবা কল্পগী মতমদা) শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীদা লেংথবীরকখিবা অদুদা ওইখিবা রাফম অদু হৌজিক ঐ হায়গে তারো ॥২॥

মমাংঙৈদা দানব, দৈত্য খিবীক অমদি মীওইবশিংনা মহৈ-মহৈ লৌনিং-চানিংবদগী ওৎ-নৈবা খাংবা ঙমদ্রবী, ফত্তবা হেনগৎলকপদগী অরুবা পুবা ঙমদ্রবী পৃথিবীনা শনবীগী মশক পুরবীগী ওইখি ॥৩॥

পৃথিবীনা কনা লৈজদ্রবী তোল্লবীগুম্না মমিত্তা মপি শিন্থহুনা কপ্লবী, মশা থক্-থক্ নিক্না বারবী, হিংচা-য়াইতম্বশিংনা মখোঙনা নৈহৎপগী অবাবা খাংলবী ওইদুনা ব্রহ্মাগী মফমদা চংজখি ।।৪।।

ব্রহ্মাথাশ্বাস্য তাং সদ্যঃ সর্ব্বদেবগণৈর্বৃতঃ।
সঙ্করেণ সমং প্রাগাদ্বৈকুণ্ঠং মন্দিরং হরেঃ ॥৫॥
নত্বা চতুর্ভুজং বিষ্ণুং স্বাভিপ্রায়ং জগাদ হ।
অথোদ্বিগ্নং দেবগণং শ্রীনাথঃ প্রাহ তং বিধিম্ ॥৬॥

শ্রীভগবানুবাচ :—

কৃষ্ণং স্বয়ং বিগণিতাণ্ডপতিং পরেশং
সাক্ষাদসঙ্খ্যমতিদেবমতীব লীলম্।
কার্য্যং কদাপি ন ভবিষ্যতি যং বিনা হি
গচ্ছাশু তস্য বিশদং পদমব্যয়ং ত্বম্ ॥৭॥

শ্রীব্রহ্মোবাচ :—

ত্বত্তঃ পরং ন জানামি পরিপূর্ণতমং স্বয়ম্।
যদি যোঽন্যস্তস্য সাক্ষাল্লোকং দর্শয় নঃ প্রভো ॥৮॥

---

পৃথিবীনা হায়জরবদা ব্রহ্মানা থেমজিল্লগা থূদক অতুমক্তদা ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ামগা অমদি মহাদেবগা লোইনতুনা শ্রীভগবানগী মন্দির বৈকুণ্ঠদা, মখোয় পুম্নমক চপ মান্ননা চৎমিন্নখি ॥৫॥

বৈকুণ্ঠ য়োৌরবগী তুংদা ব্রহ্মানা, পাম্বোম মরি পানবা শ্রীবিষ্ণুবু খুরুম্নগা মানা হায়নিংবা রা পুম্নমকপু হঙ্গচরবদা, লক্ষ্মীগী মবুঙো শ্রীনারায়ণ,না লাইয়াম পুম্নমক্কী মপুক্কিং রাবা অমদি মিপাইথবু উবীরতুনা, তৌগদবা থৌওং পুম্নমকপু ব্রহ্মাদা তাকপীখি ॥৬॥

শ্রীভগবান্না হায়খি :—

শ্রীকৃষ্ণ হায়বসি তশেংনমক মশীং লাকওমত্রবা ব্রহ্মাণ্ড (তাইবংপানবা) পুম্নমক্কী মপু ওইবা, অথোইবা ঈশ্বর, লাইগী লাই ওইবা, তাইবংপান পুম্নমকপু লিলাগুম শাম্নরিবা ইবুঙো মহাক নত্তনা তৌবিবং শিম্বাবু পাংথোকপা ঙম্মোই, অতুনা হবুঙো মাগী অমাং অতা লৈত্রবা ধাম গোলোক কৌবা মফমদা চৎলো ॥৭॥

শ্রীনারদ উবাচ :—

> ইত্যুক্তোহথ হরিস্তুষ্টঃ সর্ব্বৈর্দেবগণৈঃ সহ।
> পদবীং দর্শয়ামাস ব্রহ্মাণ্ডশিখরোপরি ॥৯॥
> বামপদাঙ্গুষ্ঠনখভিন্নব্রহ্মাণ্ডমস্তকে।
> শ্রীবামনস্য বিবরে ব্রহ্মদ্রবসমাকুলে ॥১০॥
> জলযানেন মার্গেণ বহিস্তে নির্যযুঃ সুরাঃ
> কলিঙ্গবিম্ববচ্চেদং ব্রহ্মাণ্ডং দদৃশুস্ত্বধঃ ॥১১॥

---

ব্রহ্মানা হায়খি :—

হে প্রভো, ইবুঙো নাঙোন্দগী হেম্না অতোপ্পা পরিপূর্ণতম ওইবা (খোইদোক্না মপুংফাবা) অহেনবা অমবু খঙজদে, অতোপ্পা কনাগুম্বা মরুওইবা অমা লৈরবদি, মহাক্কী থাম (লৈফম) অদু ঐখোয়গী ইকায়দা উহনবীয়ু (ইবুঙো নংনা পুহনা চংশীয়ু) মনাক্তা পুশিনবীয়ু ।।৮।।

শ্রীনারদনা হায়খি : — তাও হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, ব্রহ্মানা থাম অদু উহনবীয়ু (পুবীয়ু) হায়না হায়জরবদা পূর্ণাবতার (মপুং ফাবা শক্তিনা তিনবা) শ্রীনারায়ণনা, ব্রহ্মানাচিংবা লাইয়ামগা লোইননা ব্রহ্মা মাগী লোক্কী মথক্তা লৈবা মফম (থামবু) উহনখি ।।৯।।

মমাই মরি পানবা ব্রহ্মাগী লোক মথক্তা, বামনদেবনা বলিদগী খোঙফম অহুম লৌখিবা মতমদা বামনদেবগী ওইথংবা খোঙবীগী খুজিম্না খিজাইখিবগী অহোবা মরিন্দা, ব্রহ্মানা বামনদেবগী চরণ শেংবগী ঈশিংনা বামনগী খোঙলক্তগী শিঙখিবী মন্দাকিনী কৌবী তুরেলগী ঈচেন্দা ।।১০।।

বামনদেবগী খোঙনা খিজাইখিবগী মথুন্দা গোলোক য়েৌনা চেল্লিবা ঈশিংগী লম্বেলদা, লাইশিংনা ঈশিংগী লমীচু লাম্বোক্তুনা মপান্থবদা লাকপদা হুম্বনা য়েংথরুবদা, লাইশিংগী মৈয়ক্তা ব্রহ্মাণ্ড অদু আ-মথাদা করোংহৈ (অমদনা তরবুজ) অমমুক্তা চাওনা উখি ।।১১।।

ইন্দ্রায়ণফলানীব লুঠন্ত্যন্যানি বৈ জলে।
বিলোক্য বিস্মিতাঃ সর্বে বভূবুশ্চকিতা ইব ॥১২॥
কোটিশোহণ্ডকোটিশোহতনাকং বৈ পুরাণাম্বুটকং গতাঃ।
দিব্যপ্রাকাররত্নাদিবৃক্ষবৃন্দমনোহরম্ ॥১৩॥
তদূর্দ্ধং দদৃশুর্দেবা বিরজায়াস্তটং শুভম্।
তরঙ্গিতং ক্ষৌমশুভ্রং সোপানৈর্ভাস্বরং পরম্ ॥১৪॥
তং দৃষ্ট্বা প্রচলন্তস্তে তৎপুরং জগ্মুরুত্তমম্।
অসংখ্যকোটিমার্তণ্ডজ্যোতিষাং মণ্ডলং মহৎ ॥১৫॥
দৃষ্ট্বা প্রতাড়িতাক্ষাস্তে তেজসাঃ ধর্ষিতাঃ স্থিতাঃ।
নমস্কৃত্বাথ তত্তেজো দধ্যৌ বিষ্ণ্বাজ্ঞয়া বিধি ॥১৬॥

---

লাইয়াম্মা অসুম য়েংবদা গুঞ্জাফল (সনা ওন্নবা চংনিং) অমমুক চাওনা লুফেং-লুফেং তৌনা ঈশিংথুদা কোইতাও-তাওরিবা, অতোপ-অতোপ্পা ব্রহ্মাণ্ড (তাইবংপাল) ময়াম্মু উরগা লাইয়াম পুম্নমক্না অঙকপা, মিপাইবা পোকখি ।।১২।।

অরেপ্পা লৈতনা চৎলিবা লাইয়াম্মা য়ুথক কোটি অম-মখাই শাংনা শিন-খুংনা লৈরীবা পুর (কোম্নুং) নিপাল লৈরিবা অদু তাম্না চৎখি অমসুং পুরশিং অদুমক্তি মঙাল থোকপা পোৎশক মণি রত্ন অমদি উরী উপালনা তিনবা পুক্কিং হুনা ফজবা পুর ঙাক্তনি ।।১৩।।

পুরশিং অদু লাপ্পোক্লগা, হেক উবদা মঙ্গলগী মশক ওইরবী, ঈথক ঈপোম হোৎন্নিবী বিরজা কোৎবী ফজবী তুরেলনা, গোলোকী থাঙ্গ-পাৎকী লৈরাইনা, অঙৌবা রেশমগী ফি থাবগুম্, শিড়ি থাক-থাক নাইনা মঙাল থোক্না লৈববু লাইশিংনা উখি ।।১৪।।

লাইয়ামশিংনা বিরজা কোৎবী তুরেলবু উরগা অসুম লাকপনা মাঙদা থোইদোকপা মতীক চাওরবা পুর (কোনুং) অমদা লাকখি, পুর অদুমক্তি মশীং থীঙমরবা নুমিৎ কোটিগী মঙালগুম্ ঙাল্লবা মকোয় অমগুমই ।।১৫।।

তজ্জ্যোতির্মণ্ডলেংপশাৎ সাকারং ধাম শান্তিমৎ।
তস্মিন্‌ মহদ্ভূতং দীর্ঘং মৃণালধবলং পরম্‌॥
সহস্রবদনং শেষং দৃষ্ট্বা নেমুঃ সুরাস্ততঃ ॥১৬॥
তস্যোৎসঙ্গে মহালোকো গোলোকো লোকবন্দিতঃ।
যত্র কালঃ কলয়তামীশ্বরো ধামমানিনাম্‌ ॥১৮॥
রাজিষ প্রভবেন্মায়া মনশ্চিত্তং মতির্হ্যহম্‌।
ন বিকারো বিশত্যেব ন মহাংশ্চ গুণাঃ কুতঃ ॥১৯॥
তত্র কন্দর্পলাবণ্যাঃ শ্যামসুন্দরবিগ্রহাঃ।
দ্বারি গন্তুং চাভ্যুদিতা ন্যষেধন্‌ কৃষ্ণপার্ষদাঃ ॥২০॥

---

লাইয়াম্না মঙাল অদুবু হেক উবদা, মঙাল অদুনা নমহক্ত্‌না মখোয়গী মমিৎশিং অদু পাংবা ঙমদনা রানা লৈরুরগা, মঙাল অদুবু খুরুম্মগা বিষ্ণুগী য়াথংনা তাকপীবা রায়েন মতুংইন্না ধ্যান তৌখি ॥১৬॥

অদুগী তুংদা লাইয়ায়া অদুগুম্বা মঙালগী মকোয় অদুগী মনুংদা, হেক য়েংবদা শান্তি ওইবা (অইংবা) মশক মওং নাইরবা মফম (ধাম) অমবু উখি, মদুদা অঙকপগী মশক ওইরবা, থোইনা ফজরবা থম্বৌ মশিংগুম্মা ঙৌরবা, শাংলবা মমাই লিশিং অমা পানবা শেষ নাগ (অনন্ত ভগাবান্‌) বু উরগা লাইয়াম্না খুরুমখি ॥১৭॥

অদুগুম্বা শেষ নাগ অনন্তগী মতম্বাক্তা, লোক পুম্নমক্না খুরুমরবা মতীক চাওরবা গোলোক ধাম্‌ লৈ, গোলোক ধাম অদুদা মতীক মঙাল চাওরবা, লোক ( ধাম্‌ ) অমমম্নি খংনরিবশিংবু মাংহনবা, লোইশিনবা ঙম্বা কাল (মতম) কৌবা লাইনা ঙান্দুনা লৈ ॥১৮॥

হে মহুলাশ্ব নিংথৌ :— মফম্‌ অদুদদি মায়াগী লৌনম-লৌথুপ, পুক্লিংগী অরাবা (ফত্তবা) থমোইগী পেন্দবা, বুদ্ধিগী ওন্ন-তৈনবা লমচং, অহঙ্কারগী মাপম্না ওইদে লৈতে, বিকারগী মশক হোংবা, মহত্বগী থোইদোকপা মচিওইবা ব্রহ্মগী মশক, অমত্তা লৈতে চংদে গুন্দগী ওইবা বাদি কৈদগী লৈগদগে ॥১৯॥

দেবা ঊচুঃ।

লোকপালা বয়ং সর্ব্বে ব্রহ্মবিষ্ণুমহেশ্বরাঃ।
শ্রীকৃষ্ণদর্শনার্থায় শরণ্যা আগতা ইহ ॥২১॥

শ্রীনারদ উবাচঃ—

তচ্ছ্রুত্বা তদভিপ্রায়ং শ্রীকৃষ্ণস্য সখীজনাঃ।
ঊচুর্দ্দেবপ্রতীহারা গত্বা চান্তঃপুরং পরম্ ॥২২॥
তদা বিনির্গতা কাচিচ্ছতচন্দ্রাননা সখী।
পীতাম্বরা বেত্রহস্তা সাপৃচ্ছদ্বাঞ্ছিতং সুরান্ ॥২৩॥

চন্দ্রাননোবাচ ঃ—

কস্যাণ্ডস্যাধিপাদে বা যূয়ং সর্ব্বে সমাগতাঃ
বদতাশু গমিষ্যামি তস্মৈ ভগবতে হ্যহম্ ॥২৪॥

---

মফমতুদা কামদেবগুম নীংথিজরবা, কুচু শংবানবা হকচাং ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংনা থোংদা চঙলক্লিবা অমদি থোকখিবশিংবু শেম্নথুনা শংথুনা লৈ ॥২০॥

ব্রহ্মা; বিষ্ণু, মহেশ্বর কৌবা ঐখোয়না স্বরারেম্নচিংবা লোকপাল (তাইবং ভাকপা লাই) পুন্নমক্না লোইননা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শণ, (উনজনিংবা) তৌজগে হায়বগীদমক লাকচরি ॥২১॥

নারদনা হায় ঃ—

লাইশিংগী বাসি তারগা শ্রীকৃষ্ণগী সখী থোংশংবীশিংনা পুর মন্নুংদা চংশিনখিন্না, লাইশিংগী অনিংবা পামজববু খঙহন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হঙ্গচখি ॥২২॥

শ্রীকৃষ্ণনা খঙবিরবা মতমতুদা, কোম্নুং-মন্নুংগী মাফিগো শেংপী, মখুত্তা চৈ মচা অমা পায়বী, থা চামগী মঙালগুম্বী মায়থোং ওইবী, চন্দ্রাননা কৌবী কনাগুম্বী শ্রীকৃষ্ণগী সখী অমনা মপান্দা থোক্লকুনা লাইশিংগী অপাম্বা অনীংববু হংবীখি ॥২৩॥

মফম অসিদা লাক্লিবা নখোয় পুন্নমক অসি কন্নম-কন্নম্বা ব্রহ্মাণ্ডগী

দেবা উচুঃ—

অহো অণ্ডান্যতান্যানি নাস্মাভির্দৃশিতানি চ।
একমণ্ডং প্রজানীমোহথোহপরং নাস্তি নঃ শুভে ॥২৫॥
ব্রহ্মাদেব লুঠন্তীহ কোটিশো হ্যণ্ডরাশয়ঃ
তেষু যুয়ং যথা দেবাস্তথাণ্ডেহণ্ডে পৃথক্ পৃথক্ ॥২৬॥
নামগ্রামং ন জানীথ কদা নাত্র সমাগতাঃ।
জড়বুদ্ধ্যা প্রহৃষ্যধ্বে গৃহান্নাপি বিনির্গতাঃ ॥২৭॥
ব্রহ্মাণ্ডমেকং জানন্তি যত্র জাতাস্তথা জনাঃ
মশকাশ্চ যথান্তঃস্থা উদুম্বরফলেষু বৈ ॥২৮॥

---

মপু ওইবনো হাযবসি ঐঙোন্দা থুনমক হায়রু, নখোয়গী যাকই ঐনা শ্রীভগবানগী মফমদা হুঙ্গৎলুনবগীদমক চৎকনি ॥২৪॥

লাইশিংনা হায়খি ঃ —

হে মঙ্গলগী মশক ওইবা ইবেম্মা, ওহ্লোকপনি ! ঐখোযনা লৈরিবা ব্রহ্মাণ্ড অসিতনক খংজে ঐখোয়দি, অতোপ্পা ব্রহ্মাণ্ড অমত্তবুস্থ উজখিদ্রি, অসি নত্তবা অতোপ্পা ব্রহ্মাণ্ড অমা লৈ হায়রবসিস্থ ঐখোযনা খংজদে ॥২৫॥

চন্দ্রাননা সখীনা হায ঃ —

হে ব্রহ্মা কৌবা লাই, মফম অসিদা ব্রহ্মাণ্ড (তাইবংপাল) কোটি কোটিগী মপৈনা লৈবিবনি, অদুগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড অমমমদস্থ নখোয়না দেবতা ওইবা (অঙাকপা লাই ওইবা) অদুগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদস্ত দেবতা-শিংনা তোঙান-তোঙান লৈরিবনি ॥২৬॥

লাইযাম নখোয়না করিগুম্বদস্থ মফমসিদা অমুক্তা লাকখিদ্রিমাগে, অমস্থুং নখোয়না লৈজরিবা ব্রহ্মাণ্ডগী মমিং মথাস্থ খঙলমদে, মরুচিনবা বুদ্ধিনা জ্ঞান য়াওদবগুমনা নয়মদ্রবা লৈজনা হরাওজবা পেঙ্গনতা লৈবনা, নখুমদগী মপ্লাল ইথোক থোক্লি-মাগে ॥২৭॥

হৈবোং মন্থুংদা লৈবা তুমিৎনচিংবনা, মখোয়না লৈরিবা মহেম অদুতনি (অতাপ্পা লৈরমখিনি খন্দবা) খনবগুম, মা-মানা লৈবিবা

**নারদ উবাচ ঃ—**

**উপহাস্যং গতা দেবা ইত্থং তুষ্ণীং স্থিতাঃ পুনঃ।**
**চকিতানানতান্ দৃষ্ট্বা বিষ্ণুর্বচনমব্রবীৎ ॥২৯॥**

**শ্রীবিষ্ণুরুবাচ ঃ—**

**যস্মিন্নণ্ডে পৃশ্নিগর্ভোঽবতারোঽভূৎ সনাতনঃ।**
**ত্রিবিক্রমনখোদ্ভিন্নে তস্মিন্নণ্ডে স্থিতা বয়ম্ ॥৩০॥**

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**তচ্ছ্রুত্বা তঞ্চ সংশ্লাঘ্য শীঘ্রমন্তঃপুরং গতা।**
**পুনরাগত্য দেবেভ্যোঽপ্যাজ্ঞাং দত্ত্বা গতা পুরম্ ॥৩১॥**

---

মফমদুদগী হেন্দোক্তবা মীশিংনসু, মথোয় মথোয়না লৈরিবা ব্রহ্মাণ্ড অতুমথক্তা ওইরবোই নীংনরি ॥২৮॥

নারদনা হায়খি ঃ—

অসুম্না নোক্লবদগী ইকায়বা অচোপ্পা নংলবা লাইশিংনা তুমিন তুনি লৈরবা থগৎ-মিপাইরবা লাইশিংগী মতৌবু উরদুনা ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুনা অসুক হন্না মখাগী রাহে অসি হায়খি ॥২৯॥

শ্রীবিষ্ণুনা হায় ঃ—

মমাংঙৈদা পৃশ্নিগর্ভ ভগবান্না (বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণনা) বামনদেব ওইনা অবতার তৌরীখিবা ব্রহ্মাণ্ড অদুদা, (বলি নিংথৌদগী খোঙফম অহুম লৌখিবা হাক্তদা) বামনদেবগী চরণগী খুজিন্না থিঙ্গাইদুনা খোঙ-থাফম ওইখিবা ব্রহ্মাণ্ড অদু ঐখোয় পুম্নমক্না লৈফম্মি ॥৩০॥

নারদনা হায়খি ঃ—

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, চন্দ্রাননা সখীনা বিষ্ণুগী রা তারগা ইকায়-খুম্নবগা লোইননা থুনমক পুর মনুংদা চঙখিদুনা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং লৌরগা অমুক লাক্তুনা, লাইশিংগী মফমদা চঙনবগী য়াথং পীরম্লগা পুর মনুংদা চঙখি ॥৩১॥

**অথ দেবগণাঃ সর্ব্বে গোলোকং দদৃশুঃ পরম্ ।**
**তত্র গোবর্দ্ধনো নাম গিরিরাজ বিরাজতে ॥৩২॥**
**বসন্তমানিনীভিশ্চ গোপীভির্গোগণৈর্বৃতঃ ।**
**কল্পবৃক্ষলতাসঙ্ঘৈ রাসমণ্ডলমণ্ডিতঃ ॥৩৩॥**
**যত্র কৃষ্ণা নদী শ্যামা তোলিকাকোটিমণ্ডিতা ।**
**বৈদূর্য্যকৃতসোপানা স্বচ্ছন্দগতিরুত্তমা ॥৩৪॥**
**বৃন্দাবনং ভ্রাজমানং দিব্যদ্রুমলতাকুলম্ ।**
**চিত্রপক্ষিমধুব্রাতৈর্ব্বংশীবটবিরাজিতম্ ॥৩৫॥**
**পুলিনে শীতলে বায়ুর্মন্দগামী বহত্যলম্ ।**
**সহস্রদলপদ্মানাং রজো বিক্ষেপয়ন্মুহুঃ ॥৩৬॥**

---

অসিগী তুংদা লাইয়াম পুম্নমক্না অথোইবা গোলোক ধাম্বু য়েংখি (উখি), মফম অদুদা গোবর্দ্ধন কৌবা চীংগী নিংথৌনা ঙাম্লোইরি ॥৩২॥

বসন্ত ঋতুনা খোঙজববু তরাম্না ওক্লিবী গোপীশিংনহ্, শনগী শল্লুপ কয়ানম্ কোয়রিবা, অমদি নীংথিরবী উরী-রারোশিংনা য়েংলিবা কল্পবৃক্ষ (অনিং অনিংবতা পীবা উপাল) না লৈতেংলিবা শ্রীরাসমণ্ডলনা ঙানথোইরি ॥৩৩॥

মফম অদুদা শংবানবী ঈশিংনা তিল্লবী যমুনা তুরেলনা, কোটি কোটি ওইবা ঈথক্কা লোয়নননা মনিংতম্বা খোঙচৎ খোঙজেন্দা চেল্লি, বৈদুর্য্য কৌবা মণিনা থাম্লবা শিড়িগী থাক-থাক্কা নীংথিজরি ॥৩৪॥

পুক্লিং হুরবা যমুনা তুরেলগী মপান্দা অমক্পা লৈতনা ফজরবা, উরী-উপাল খিবিক্লা তিল্লবা বৃন্দাবন্না ঙাম্থোইরি, বৃন্দাবন অদুদা মখল মচু কয়াগী উচেক-রায়াশিং, থোইমুশিং অমদি বংশীবট কৌবা মফম্না নীংথিজরি ॥৩৫॥

অসিগুম্বা, পুক্লিং হকচাং পুম্নমক্কী ইংনফম ওইরবা যমুনাগী তোর্বান্দা, মনা লিশিং অমা পাল্লবা থম্বালশিংগী লৈরিকপু অমদি লৈনম্বু য়েন্দুনা, নামিবা মুংশিংনা তপ্ন-তপ্না হন্ন-হন্না, লিরি-লিরি শিংলি-হুম্লি ॥৩৬॥

মধ্যে নির্জনিকুঞ্জোঽস্তি দ্বাত্রিংশদ্বনসংযুতঃ।
প্রকারপরিখাযুক্তোঽক্ষয়্যবটাজিরঃ ॥৩৭॥
সপ্তধা পদ্মরাগাদ্যাজিরকুঞ্জবিভূষিতঃ।
কোটীন্দুমণ্ডলাকারৈর্বিতানৈর্দোলিকাদ্যুতিঃ ॥৩৮॥
পতঙ্গসতাকৈর্দিব্যাস্তৈঃ পুষ্পমন্দিরবর্ত্মভিঃ।
জাতভ্রমরসঙ্গীতো মত্তবর্হিপিকস্বনঃ ॥৩৯॥
বালার্ককুণ্ডলধরাঃ শতচন্দ্রপ্রভাঃ স্ত্রিয়ঃ ॥
স্বচ্ছন্দগতয়ো রম্যৈঃ পশ্যন্ত্যঃ সুন্দরং মুখম্ ॥৪০॥
রত্নাজিরেষু ধাবন্তো হারকেয়ূরভূষিতাঃ।
ক্বণন্নূপুরকিঙ্কিন্যশ্চূড়ামণিবিরাজিতাঃ ॥৪১॥

---

অদুগুম্না শ্রীবৃন্দাবনগী মযাইদা বন কুম্থ নিথোই লৈ, মতুগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণ মশাগী ওইবা নিকুঞ্জবনমু লৈরি, নিকুঞ্জ অদুমক্তি চেকপম্না খাজিল্লি অমসুং থাঙ্গপাংনা কোইশিল্লি, নিকুঞ্জগী শুমাংদুদা মচু ঙাঙ্ৰানবা অক্ষয় বট কৌবা বট পাম্বীনা নিকুঞ্জবনবু ঙাকপা ওইনা লীংথিজরি ॥৩৭॥

পদ্মরাগনচিংবা মনি মখল তরেংনা কোইশিন্দুনা কুঞ্জগী মাঙ্গোল-ফল্লাংনচিংববু লৈতেংলি, মদুমক্তি থা কোটিনা কোইনা থোকপদগী শন্দোক্রকপা মঙালগুম থোইনা লীংথিজরি ॥৩৮॥

মক্তুবা মঙালনা ওইবা ফিরাল কয়ানা কোইপাহি পাইদুনা লৈতেংলি, কুঞ্জগী মাঙ্গোল য়োবা লম্বীশিংদা লৈগী মন্দির কয়া লৈরি, খোইমুশিংনা মুংশিনা ঙংলি, ময়াই কারবা রাহোং, কোকিলগী খোঞ্জেলনা খোম্থাং য়ৈনা-য়ৈনা ঙংলিবনি ।।৩৯।।

থোক্রকপদা ঙাইরিবা মুমিৎকী মকোয় মানবা কুণ্ডলনায়িন্না লৈতেংবী, থা চামগী মঙালগুম ঙানবী মুপীশিংনা, মুনীংতম্না চৎথোকচংশিন তৌরিবী, মণি-রত্নশিংগী মঙালনা তিনবী ফঙ্গরবী মায়থোংবু মহৈ-মহৈ য়েংনরি ।।৪০॥

কোকী লৈতেং মণিশিংনা থোইনা ফর্জথোইরবী, লিকপরেং অমদি

**কোটিশঃ কোটিশো গাবো ভান্তি ভান্তি মনোহরাঃ।**
**শ্বেতপর্ব্বতসঙ্কাশা দিব্যভূষণভূষিতাঃ ॥৪২॥**
**পয়স্বিন্যস্তরুণ্যশ্চ শীলরূপগুণৈর্য্যুতাঃ।**
**সবৎসাঃ পীতপুচ্ছাশ্চ ব্রজন্ত্যো ভব্যমূর্তিকাঃ ॥৪৩॥**
**ঘণ্টামঞ্জীরসংরাবাঃ কিঙ্কিণীজালমণ্ডিতাঃ।**
**হেমশৃঙ্গ্যো হেমতুল্যহারমালাঃ স্ফুরৎপ্রভাঃ ॥৪৪॥**
**পাটলা হরিতাস্তাম্রাঃ পীতাঃ শ্যামা বিচিত্রিতাঃ।**
**ধূম্রাঃ কোকিলবর্ণাশ্চ যত্র গাবস্ত্বনেকধা ॥৪৫॥**

---

পান্থোম ফাবীনা লৈতেংবী, হঙ্গৎ-হন্দা চেস্থোক-চেনশিন তৌবদা খোঙদা শিরিবা নূপুর, খ্বাংদা শিরিবা কিঙ্কিণী (খ্বাংশরীক) কি ক্বণ-ক্বণ হায়বা মিরবা থোঞ্জেল থোক্লিবীনি ।।৪১।।

অঙৌবা চীংগুম ফজরবা, অথোইবা মঙাল থোকপা, ফজ-ফজরবা লৈতেংনা লৈতেংলবা, কোটি কোটী ওইবা প্লক্লিং হুরবা শনশিংনা থোং-থোং খুদিংদা কোয়না চৎলি ।।৪২।।

মখোম থোকপী, হাতম্, লমচং-শাক্লৎ ফজবী অয়াম্বা গুণ খিবিরা তিল্লবী, মচা চেনবী, মপুক তঙ্খী, পুকচেল-খোইজেল ফজবী, অচুম্বা অফবতা তৌবী অমসুং মমৈনা নাপু মচু (য়োং মচু) মানবী শনবীশিংনা মনীং মথা তম্না চৎলিবনি ।।৪৩।।

শনবীশিং অত্তুগী মঙকশমদা শরীক অমসুং মখোঙদা নূপুর, মখ্বাংদা কিঙ্কিণীনা লৈতেংবনা মুংশিরবা খোম্থোক্লা নিল্লিবনি অমসুং মচিদা সনা য়োম্বী, সনাগা মান্নবা সনাগী মচু মানবা লিক শিরিবী, ফুইনা মঙাল থোক্লবী শনবী ঙাক্তনি ।।৪৪।।

মফম অত্তুদা লৈরিবা শনবীশিং অত্তু মথল মথা অয়াম্বা মচুনা তিল্লি, ঙৌরুনবদা ঙাংলেপ তৌবা, নাপী মচুগুম শংলেপ তৌবা, কোরী মচুগুম্ ঙাংবা, নাপু অয়াকপা (য়োংমানব) মুরৈ শংদানবী, অরাংবী,

মধুব্রতৈঃ কোকিলৈশ্চ কলাদিকুরচিহ্নিত্যং ।
কুরঙ্গবৃন্দমধ্যে নিবসন্তি সেবিতাঃ শুভ্রাঃ ॥৪৬॥
ইতস্ততশ্চালয়ন্তঃ প্রেম্ণ্যেন্মু মহাত্মনঃ ।
শ্রীকৃষ্ণস্য সুহৃত্ত্বা যত্র ধর্ম্মধুরন্ধরাঃ ॥৪৭॥
গোপালা বেত্রহস্তাশ্চ শ্যামা বংশীধরাঃ পরাঃ ।
কৃষ্ণলীলাং প্রগায়ন্তো, রাগৈর্মদনমোহনৈঃ ॥৪৮॥
শ্রীমৎ নিজনিকুঞ্জং তং মত্বা মধ্যে গত্যাঃ সুরাঃ ।
রত্নাদিভির্দ্ধ্যং মণ্ডলং প্রস্থং সহস্রদলশোভিতম্ ॥৪৯॥
তদূর্দ্ধং ষোড়শদলং ততোঽষ্টদলপঙ্কজম্
তস্যোপরি স্ফুরদ্দীর্ঘং সোপানত্রয়মণ্ডিতম্ ॥৫০॥

---

মৈথু মচু মানবা ঙাওথাংমবা, কোকিলশুম তশেংনা মুবা, অস্মা মখল মথা য়াম্বা মচুনা তিল্লি ॥৪৫॥

শনবীশিং অহ্ সমুদ্র ঈচেলগুম শঙ্গোম যাম্মা পীরী, মথোৎ কারকপী নুপীশিংনা শঙ্গোম শুবগী খোমিদা থুদম সৈরবী ঙাক্তনি, শন্নাও মচাশিং অহুস্থ শজি মচাশিংমা চোং ফন্দুনা পুন্নপ-পুন্নপ লোইননা চৎতুনা অফবা খুদম্মা তিল্লিবনি ॥৪৬॥

মকম অহুনা শনবীশিংগী মপৈদা মথিক, মরেং, মকুম ঙাং চাঙরবা অমসুং মচি শাংলবা শন্নাওশিংনা মায়কৈ মরিনক্তা কোইচৎ চৎতুনা শনবীশিংগী ধর্ম্ম ঙাক্লবগী মশক ওইরিবনি ॥৪৭॥

মখুৎ নামদা শজেল শনঙাক চৈ পায়বা, মখুৎ নামদনা বংশী পায়বা, কুচু শংবালবা খোইদোক্লা ফজবা গোপশিংনা কামবু হুমহৎপা ঙংশিরবা শৈশক্না শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু শক-শোন্নি ॥৪৮॥

অস্মা শ্রীকৃষ্ণগী নিজনিকুঞ্জ মন্দির ময়াইদা চংশিনগা লাইয়াম-শিংনা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমগা লৈখি, নিকুঞ্জ মন্দির অহগী ময়াইদা, মনা মশিং অমা পানবা ফজরবা থম্বালনা মঙালগী মকোয়গুম নীংথিনা লৈরি ॥৪৯।

সিংহাসনং পরং দিব্যং কৌস্তুভৈঃ খচিতং শুভৈঃ।
দদৃশুর্দেবতাঃ সর্ব্বাঃ শ্রীকৃষ্ণং রাধয়া বৃতম্‌ তস্মিন্॥
দিব্যৈরষ্টসখীসঙ্ঘৈর্মোহিন্যাদভিরন্বিতম্‌।
শ্রীদামাদ্যৈঃ সেব্যমানমষ্টগোপালসেবিতৈঃ ॥৫২॥
হংসাভৈর্ব্যজনান্দোলচামরৈর্ধ্বজমুষ্টিভিঃ।
কোটিচন্দ্রপ্রতীকাশৈঃ সেবিতং ছত্রকোটিভিঃ ॥৫৩॥
শ্রীরাধিকালক্ষ্যভুবামবাহুং
স্বচ্ছন্দবক্রীকৃতদক্ষিণাঙ্ঘ্রিম্‌।
বংশীধরং সুন্দরমন্দহাসং
ভ্রূমণ্ডলামোহিতকামরাশিম্‌ ॥৫৪॥

---

থম্বাল মনা লিশিং অমা পানবদুগী মথক্তা মনা তরাতরুক পানবা থম্বাল অমমুক লৈরি, মতুগী মথক্তা মনা নিপাল পানবা থম্বাল অমগী মথক্তা ফুইনা ঙাল্লবা মঙালনা তিনবা অশাংবা শিড়ি (থাক) অমম্মা লৈতেংলি ॥৫০॥

মঙ্গলগী মশক ওইবা কুক্ষরবা, কৌস্তুভ মণি মপৈনা থাম্বা হংলবা, থোইদোক্পা ঙাল্লবা সিংহাসন (তাংবল) অমদা শ্রীরাধিকাগা লোইননা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণবু লাইয়াম খিবিক্পা উখি ॥৫১॥

অমকপা লৈতনা ফজরবী মোহিনীনচিংবী নীংথিজরবী সখী নিপাম্না কোইশিন্দুনা অমদি শ্রীদামচিংবা শনবু ঙাক-শেনবা গোপাল নিপাম্নসু অকোয়বদা সেবা তৌরিবনি ॥৫২॥

নীংথিজরবা, অঙৌবা কাংঙগী মচুগুম ঙৌরবা হুমাই অমদি খুৎপায়কমদা হীরা-মণিমুক্তা থাম্বা চামরশিং হুমলি অমসুং থা কোটিগী মঙালগুম ঈংনা ঙাল্লবা শেকপিন কোটি-কোটিনা থোগাল্লিবনি ॥৫৩॥

শ্রীমতি রাধিকাগী ওইথংবা লেংবান্দা শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা পাম্বোম্না লৈতেংবগুম উরিবা, ইবুঙোনা মনীং তৌনা য়েংথংবা খোঙনম্ থেক্লক-পনা কারন চল্লিবা, খুত্তা বংশী পায়রহনা মোমোন নোক্লিবা অমসুং

ঘনপ্রভং পদ্মদলায়তেক্ষণং
প্রলম্ববাহুং বহুপীতবাসসম্‌
বৃন্দাবনোন্মত্তমিলিন্দ শব্দে—
বিরাজিতং শ্রীবনমালয়া হরিম্‌ ।।৫৫।।
কাঞ্চীকলাকঙ্কণনূপুরদ্যুতিং
লসন্মনোহারিমহোজ্জ্বলস্মিতম্‌ ।
শ্রীবৎসরত্নোত্তমকুণ্ডলশ্রিয়ং
কিরীটহারাঙ্গদকুণ্ডলত্বিষম্‌ ।।৫৬।।
দৃষ্ট্বা তমানন্দসমুদ্রমগ্নবৎ—
প্রহর্ষিতাশ্চাশ্রুকলাকুলেক্ষণাঃ ।
ততঃ সুরাঃ প্রাঞ্জলয়ো নতাননা
নেমুর্মুরারিং পুরুষং পরায়ণম্‌ ।।৫৭।।

---

কামদেবগী লিরুং শুমজবা পিগুমগী শাথেক ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু লাইয়াম্না উখি ।।৫৪।।

অনৌবা নোংগী কুচুনা তমজনবা ওইবা, থম্বাল লৈকানা তমজনবা মিংনা ওইবা, খুকউ মখা ফংনা চোনবা পাম্বোম, সনা ফিগে (নাপু অয়াকপা=মেমানবা) মচু থোল্লিবা, মচু মখল মঙানা লেংবা বনমালা কোবা লৈ পরেং থোনবা, শ্রীবৃন্দাবনগী ময়াই কারবা খোইমুশিংনা ঙংবা খোঞ্জেল, হায়রিবা পুম্নমকসিনা থোইনা ফজবা হেনগৎলবা শ্রীকৃষ্ণনি ।।৫৫।।

ফজরবা খ্বাঙ্গোই, খুজি, নূপুর পুম্নমকসিংগী মঙাম্না ফজবা হেনগৎসবা পুক্লিং হুনবগী মশক ওইরবা, হরাও-তয়াম্না মোমোন নোক্লবা মায়থোংনা ঙাল্লিবা, থবাক্তা ভৃগু মুনিগী খোঙফম, সনাগী ময়ি ওইবা লক্ষ্মীগী রেখা পুরিবা লুহুপ, লৈ পরেং, পাম্বোম ফাবি, কুণ্ডল নায়িন্না থোইনা নীংথিজরি ।।৫৬।।

অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু লাইয়াম পুম্নমক্না উজরগা, নুঙাইবা সমুদ্রগী

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোক খণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে
শ্রীগোলোক ধাম বর্ণনো নাম দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ।

* * *

## তৃতীয় অধ্যায়ঃ

—:(০):—

শ্রীজনক উবাচ :—

মুনে দেবা মহাত্মানং কৃষ্ণং দৃষ্ট্বা পরাৎপরম্।
অগ্রে কিং চক্রিরে তত্র তন্মেব্রূহি কৃপাং কুরু ॥১॥

শ্রীনারদ উবাচ :—

সর্বেষাং পশ্যতাং তেষাং বৈকুণ্ঠোঽপি হরিস্ততঃ।
উত্থায়াষ্টভুজঃ সাক্ষাল্লীনোঽভূৎ কৃষ্ণবিগ্রহে ॥২॥

---

ঈপাক্তা তাওবগুয়ে, থোইনা হবাও মুঙাইবগী মিৎকী পিনা শিন্নবগা লোইননা খুৎ লোমহুনা, কোক নোন্দুনা পুন্নমকী চঙজফম মপু, নিপা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু খুকমজখি ।।৫৭।।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী হাবীদা গোলোক খণ্ডগী শরুক্তা নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা গোলোক ধামগী হাফম তাকপা অনিশুবা অধ্যায় লোইরে।

* * *

### তৃতীয় অধ্যায়ঃ

শ্রীজনক-নিংথৌনা (বহুলাশ্ব) দা হায়খি :—

হে নারদ মুণি, মাং-তুং পুন্নমক খঙলবা, অথোইবা লাই শ্রীকৃষ্ণবু লাইশিংনা উরগা মফম অদুদা অহানবদা করি তৌখিবগে, থৌজানবী-হুনা মহু ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ।।১।।

শ্রীনারদনা হায়খি :—

অতুগী তুংদা য়েংলিবা লাইশিংগী মিৎমাংমক্তদা উনা উনা, পাম্বোম

তদৈব চাগতঃ পূর্ণো নৃসিংহশ্চণ্ডবিক্রমঃ।
[illegible]
[illegible]
শ্বেতদ্বীপাধিপো ভূমা সহস্রভুজমণ্ডিতঃ ॥৪॥
শ্রিয়া যুক্তঃ স্বায়ুধাদ্যৈঃ পার্ষদৈঃ পরিসেবিতঃ।
সম্প্রলীনো বভূবাশু [illegible] শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহে ॥৫॥
তদৈব চাগতঃ সাক্ষাদ্রামো রাজীবলোচনঃ।
ধনুর্ব্বাণধরঃ সীতাশোভিতো ভ্রাতৃভির্বৃতঃ ॥৬॥
[illegible] চামরৈর্দোলিতে রথে।
[illegible] ॥৭॥

---

নিপাল পানবা বৈকুণ্ঠ ধামগী মপু ওইবা শ্রীহরিনা ছোগংতুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা চণ্ডহুনা তিনশিনখি ॥২॥

বৈকুণ্ঠগী শ্রীহরিনা তিনখ্রবা তুংদা য়াম্না কন-থোরবা নুনিং কোটিগী মণ্ডালগুম ওল্লবা, মপুং ফাবা অবতার (পূর্ণাবতার) পভবান্ নৃসিংহনা লাকুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনখি ॥৩॥

অতুগী তুংদা শ্বেতদ্বীপকি মপু ওইবা, মকম পুম্নমক্তু শিংনা লৈবা, বিরাট পুরুষকী মশক ওইবা, অঙৌবা শগোল লাক অমমা চিংবা দোলাইদা লাকুনা পাথোম লিশিং অমা পানবা শ্রীনারায়ণা মকম অতুমক্তদা খুৎশু-খুৎলাই, লক্ষ্মী দেবী অমদি অচানবা মনাই পর্ষদশিংনা সেবা তৌরহুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা চণ্ডহুনা তিনখি ॥৪॥৫॥

তশেংবা মপুং ফাবা অবতার ওইবা, মিৎনা থম্বাল লৈকানা তমজনবা ওইবা শ্রীরামচন্দ্রনা মশাগী খুৎশু-খুৎলাই পায়দুনা শ্রীতা দেবীনা থোগন্দুনা লক্ষ্মণনচিংবা মনাওশিংনা কোয়রহুনা, অছিং কোটি শরাগী মণ্ডালগুম ওলবা দোলাইদা চামরশিংনা হায়-হুম্বিবা, মনীং লাকওমত্রবা য়োং লুচিংবশিংগা লোইননা দোলাই কাংখোং চক্র লক্ষাগী খোজেল খোকহন্দুনা অমদি রথ অতুদা কিরাস লাক অমা থেৎপা,

লক্ষধ্বজে লক্ষহয়ে শাতকৌম্ভে স্থিতস্ততঃ।
শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহে নৃপঃ সম্প্রলীনো বভূব হ ততঃ
ততশ্চ ভগবান্ সাক্ষাদ্যজ্ঞো নারায়ণো হরিঃ।
প্রস্ফুরৎ প্রলয়াটোপজ্বলদগ্নিশিখোপমঃ ॥৯॥
রথে জ্যোতির্ময়ে যুক্তঃ সদ্ভিরাবৃতঃ সুরেশ্বরঃ।
সোঽপি লীনো বভূবাশু শ্রীকৃষ্ণে শ্যামবিগ্রহে ॥১০॥
তদা চাগতবান্ সাক্ষান্নরনারায়ণঃ প্রভুঃ।
চতুর্ভুজো বিশালাক্ষো মুনিবেশো ঘনদ্যুতিঃ ॥১১॥
তড়িৎকোটিজটাজূটঃ প্রস্ফুরদ্দীপ্তিমণ্ডলঃ।
মুনীন্দ্রমণ্ডলৈর্দিব্যৈর্মণ্ডিতোঽখণ্ডিতব্রতঃ ॥১২॥
সর্বেষাং পশ্যতাং তেষামাশ্চর্যমনসাং নৃপ
সোঽপি লীনো বভূবাশু শ্রীকৃষ্ণে শ্যামসুন্দরে ॥১৩॥

---

শগোল লক অমমা চিংবা, সনাতনা শাবা দোলাই (রথ) দা তোংত্লনা পূর্ণ অবতার শ্রীরাম লাক্লনা শ্রীকৃষ্ণদা তিল্লখি ।।৬।৭।।৮।।

খুদক অতুমক্তদা তরং-তরংলবা প্রলয়গী মৈরীনা চাকপগুম ঙাল্লবা, শ্রীনারায়ন হরি ওইবা ভগবান্ যজ্ঞপুরুষনা মর্কমতুদা লাকখি ।।৯।।

ভগবান্ যজ্ঞ অসি য়েংবদা মতিক ওকপা, য়েংগদবা মশক ওই-বনি, মঙালগী মশক ওইবা দোলাই (রথ) দা মহাক্কী জোয়নবী অমিগ। কৌবীগা লোইননা লাইগী লাই ওইবা ভগবান্ যজ্ঞনা লাক্লে। শংবানবা কুচু ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা তিল্লখি ।।১০।।

মতম অদুদা শংশংবা, অমোৌবা নোংগী কুচু ওইবা, মুনিশী ফিজেং শেৎপা পাম্বোম মরি পানবা, মকা কল্লবা মিৎনা ওইবা নর-নারায়ণা কৌবা প্রভুনা মবক অদুবা থুনমক লৌক্লখি ।।১১।।

অদুগুম্বা নর-নারায়ন ঋষিগী মকোক মপেনা নোংথাং কোটি কোটিগী মতৌগুম ঙাল্লবা মঙালগী মকোয়না ঙাল্লি, মগীং লাক্কচমক্লবা ব্রত খিদিক তৌদ্রবা খাঙবা ওইবা মুনিশিংনা কোয়শিন্দুনা লাকখি ।।১২।।

**পরিপূর্ণতমং সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণং স্বয়ং প্রভুম্।**
**জ্ঞাত্বা দেবাঃ স্তুতিং চক্রুঃ পরংবিস্ময়মাগতাঃ ॥১৪॥**

**শ্রীদেবা উচুঃ—**

**কৃষ্ণায় পূর্ণপুরুষায় পরাৎপরায়**
**যজ্ঞেশ্বরায় পরকারণকারণায়।**
**রাধাবরায় পরিপূর্ণতমায় সাক্ষাদ্‌—**
**গোলোকধামধিষণায় নমঃ পরস্মৈ ॥১৫॥**

**যোগেশ্বরাঃ কিল বদন্তি মহঃপরং ত্বাং**
**তত্রৈব সাত্বতমনাঃ কৃতবিগ্রহঞ্চ।**
**অস্মাভিরদ্য বিদিতং যদদোঽবতারস্তে**
**তস্মৈ নমোঽস্তু মহসাং পতয়ে পরস্মৈ ॥১৬॥**

---

হে নিংথৌ— মখোয়শিংহৃবু উবদা পুম্নমক্কী পুক্নিংদা অঙকপগী মশক ওইবনি, অস্ত্রমা নর-নারায়ণ ঋষিনা শংবানবা কুচ্‌ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিল্লখি ॥১৩॥

মহু পুম্নমকপু উক্নরগা, লাইশিংনা অঙকপগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণ হায়বসিদি শংশংবা পরিপূর্ণতম্ (নীংথিনা মপুং ফারবা) জগৎকী মবুঙো, খ্বাইদগী অথোইবা হায়বহু মহাক্তনি হায়বা খঙলহুনা স্তুতি (খুৎ লোম্নহুনা হায়জবা) বু তৌখি ॥১৪॥

লাইয়াম্না হায়খি—জীবগী চঙনফম মপুং ওইবা নিপাগী মশক ওইবা অথোইবশিংদগী অথোইবা, মাং-তুং খঙলবা, যজ্ঞগী মপু লাংনফম ওইবা, থোক্নফমগীসু থোক্নফম ওইবা অথোইবা, শ্রীরাধাগীসু মবুঙো ওইবা, শংশংনা গোলোক কৌবা ধামগীসু মবুঙো ওইবা পুম্নমক্কী মক লেঙ্‌ ওইবা মপুং ফাবা পুম্নমক্কী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো নংবু খুরুমজে ॥১৫॥

গোলোক ধাম অসিদদি লাইনীংবশিংগী মকোক ওইবশিংনা ইবুঙো নংবু মঙালগী মশকমক্তি হায়রি, অমরোমদনা মচিতমক থন্দুনা লৌবা

**ইতি শ্রীমদগর্গসংহিতায়াং গোলোক খণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে শ্রীগোলোক ধাম বর্ননা নাম দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ।**

* * *

## তৃতীয় অধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

**শ্রীজনক উবাচ ঃ—**

**মুনে দেবা মহাত্মানং কৃষ্ণং দৃষ্ট্বা পরাৎপরম্‌।**
**অগ্রে কিং চক্রিরে তত্র তন্মেব্রূহি কৃপাং কুরু ॥১॥**

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**সর্ব্বেষাং পশ্যতাং তেষাং বৈকুণ্ঠোঽপি হরিস্ততঃ।**
**উত্থায়াষ্টভুজঃ সাক্ষাল্লীনোঽভূৎ কৃষ্ণবিগ্রহে ॥২॥**

---

ঈপাক্তা তাণ্ডবগুম্লে, থোইনা হয়াও মুণ্ডাইবগী মিংকী পিনা শিন্নবগা লোইননা খুং লোম্নতুনা, কোক নোন্দুনা পুম্নমক্কী চঙজফম মপু, নিপা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজখি ॥৫৭॥

মতাং অসিদা গর্গমুণিগী য়ারীদা গোলোক খণ্ডগী শরুক্তা নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা গোলোক ধামগী য়াফম তাকপা অনিশুবা অধ্যায় লোইরে।

* * *

### তৃতীয় অধ্যায়ঃ

শ্রীজনক নিংথৌনা (বহুলাশ্ব) দা হায়খি ঃ—

হে নারদ মুণি, মাং-তুং পুম্নমক খঙলবা, অথোইবা লাই শ্রীকৃষ্ণবু লাইশিংনা উরগা মফম অদুদা অহান্নবদা করি তৌখিবগে, থৌজানবী-তুনা মহু ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥১॥

শ্রীনারদনা হায়খি ঃ—

অদুগী তুংদা য়েংলিবা লাইশিংগী মিৎমাংমক্তদা উনা উনা, পাম্বোম

**তদৈব চাগতঃ পূর্ণো নৃসিংহশ্চণ্ডবিক্রমঃ।**
**কোটি সূর্য্য প্রতীকাশো ল্যানোহভূৎকৃষ্ণতেজসি ॥৩॥**
**রথেলক্ষহয়ে শুভ্রে স্থিতশ্চাগতবাংস্ততঃ।**
**শ্বেতদ্বীপাধিপো ভূমা সহস্রভুজমণ্ডিতঃ ॥৪॥**
**শ্রিয়া যুক্তঃ স্বায়ুধাদ্যৈঃ পার্ষদৈঃ পরিসেবিতঃ।**
**সম্প্রলীনো বভূবাশু সোঽপি শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহে ॥৫॥**
**তদৈব চাগতঃ সাক্ষাদ্রামো রাজীবলোচনঃ।**
**ধনুর্ব্বাণধরঃ সীতাশোভিতো ভ্রাতৃভির্বৃতঃ ॥৬॥**
**দশকোট্যর্কসঙ্কাশে চামরৈর্দোলিতে রথে।**
**অসংখ্যবানরেন্দ্রাঢ্যে লক্ষচক্রঘনস্বনে ॥৭॥**

---

নিপাল পানুবা বৈকুণ্ঠ ধামগী মপু ওইবা শ্রীহরিনা হৌগৎলুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা চংঙলুনা তিনশিনখি ॥২॥

বৈকুণ্ঠগী শ্রীহরিনা তিনগ্রবা তুংদা য়াম্না কন-থৌববা নুমিৎ কোটিগী মঙালগুম ঙাল্লবা, মপুং ফাবা অবতার (পূর্ণাবতার) গভবান্ নৃসিংহনা লাকুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনখি ॥৩॥

অদুগী তুংদা শ্বেতদ্বীপকি মপু ওইবা, মফম পুম্নমক্তন্থ শিংহ্নংনা লৈবা, বিরাট্ পুরুষকী মশক ওইবা, অঙৌবা শগোল লক্ষ অমনা চিংবা দোলাইদা লাকুনা পাম্বোম লিশিং অমা পানবা শ্রীনারায়ন্না মতম অদুমক্তদা খুৎশু-খুৎলাই, লক্ষ্মী দেবী অমদি অচানবা মনাই পর্ষদশিংনা সেবা তৌরদুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা চংঙদুনা তিনখি ॥৪॥৫॥

অশেংবা মপুং ফাবা অবতার ওইবা, মিৎনা থম্বাল লৈকানা তমজনবা ওইবা শ্রীরামচন্দ্রনা মশাগী খুৎশু-খুৎলাই পায়দুনা সীতা দেবীনা থৌগন্দুনা, লক্ষ্মণনচিংবা মনাওশিংনা কোয়রদুনা, নুমিৎ কোটি তরাগী মঙালগুম ঙাল্লবা দোলাইদা চামরশিংনা হায়-হুম্নিবা, মশীং লাকওমদ্রবা য়োং লুচিংবশিংগা লোইননা দোলাই কাংথোং চক্র লক্ষাগী খোঙ্গেল থোকহন্দুনা অমদি রথ অদুদা ফিরাল লক্ষ অমা থেৎপা,

লক্ষধ্বজে লক্ষহয়ে শাতকৌম্ভে স্থিতস্ততঃ।
শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহে পূর্ণঃ সম্প্রলীনো বভূব হ ॥৮
তদৈব চাগতঃ সাক্ষাদ্‌যজ্ঞো নারায়ণো হরিঃ।
প্রস্ফুরৎ প্রলয়াটোপজ্বলদগ্নিশিখোপমঃ ॥৯॥
রথে জ্যোতির্ম্ময়ে দশ্যো দক্ষিণাঢ্যঃ সুরেশ্বরঃ।
সোঽপি লীনো বভূবাশু শ্রীকৃষ্ণে শ্যামবিগ্রহে ॥১০॥
তদা চাগ্রতবান সাক্ষান্নরনারায়ণঃ প্রভুঃ।
চতুর্ভুজো বিশালাক্ষো মুনিবেশো ঘনদ্যুতিঃ ॥১১॥
তড়িৎকোটিজটাজুটঃ প্রস্ফুরদ্দীপ্তিমণ্ডলঃ।
মুনীন্দ্রমণ্ডলৈর্দ্দিব্যৈর্ম্মণ্ডিতোঽখণ্ডিতব্রতঃ ॥১২॥
সর্ব্বেষাং পশ্যতাং তেষামাশ্চর্য্যমনসাং নৃপ।
সোঽপি লীনো বভূবাশু শ্রীকৃষ্ণে শ্যামসুন্দরে ॥১৩॥

---

শগোল লক্ষ অমনা চিংবা, সনাতন্না শাবা দোলাই (রথ) দা তোংলুন। পূর্ণ অবতার শ্রীরামা লাক্লুনা শ্রীকৃষ্ণদা তিল্লখি ।।৬।।৭।।৮।।

খুদক অতুমক্তদা তরং-তরংলবা প্রলয়গী মৈরীনা চাকপগুম ঙাল্লবা, শ্রীনারায়ন হরি ওইবা ভগবান্ যজ্ঞপুরুষনা মফমতুদা লাকখি ।।৯।।

ভগবান্ যজ্ঞ অসি, য়েংবদা মতিক ওকপা, য়েংগদবা মশক ওই-বনি, মঙালগী মশক ওইবা দোলাই (রথ) দা মহাক্কী লোয়নবী দক্ষিণা। কৌবীগা লোইনুনা লাইগী লাই ওইবা ভগবান্ যজ্ঞনা লাক্ল। শংবানবা কুচু ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা তিল্লখি ।।১০।।

মতম অতুদা শুংশুংবা, অনৌবা নোংগী বুচু ওইরা, মুনিগী ফিজেং শেংপা, পাম্বোম মরি পানবা, মকা ফল্লবা মিংনা ওইবা নর-নারায়। কৌবা প্রভুনা মফমতুদা থুনমক য়োরকখি ।।১১।।

অতুগুম্বা নর-নারায়ণ ঋষিগী জটা মপেনা নোংথাং কোটি কোটিগী মতৌগুম ঙাল্লবা মঙালগী মকোযনা ঙাল্লি, মশীং লাকহনবা ব্রত খিবিক তৌরিবা, অথোইবা মুণিশিংনা কে ইশিন্দুনা লাকখি ॥১২॥

পরিপূর্ণতমং সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণং স্বয়ং প্রভুম্ ।
জ্ঞাত্বা দেবাঃ স্তুতিং চক্রুঃ পরংবিস্ময়মাগতাঃ ॥১৪॥

শ্রীদেবা উচুঃ—

কৃষ্ণায় পূর্ণপুরুষায় পরাৎপরায়
যজ্ঞেশ্বরায় পরকারণকারণায় ।
রাধাবরায় পরিপূর্ণতমায় সাক্ষাদ্—
গোলোকধামধিষণায় নমঃ পরস্মৈ ॥১৫॥

যোগেশ্বরাঃ কিল বদন্তি মহঃপরং ত্বাং
তত্রৈব সাত্বতমনাঃ কৃতবিগ্রহঞ্চ ।
অস্মাভিরদ্য বিদিতং যদদোঽদ্বয়ন্তে
তস্মৈ নমোঽস্তু মহসাং পতয়ে পরস্মৈ ॥১৬॥

---

হে নিংথৌ— মথোয়শিংহবু উবদা পুম্নমক্কী পুক্নিংদা অঙকপগী মশক ওইবনি, অসুম্না নর-নারায়ণ ঋষিনা শংবানবা কুচ্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিল্লখি ॥১৩॥

মতু পুম্নমকপু উরুরগা, লাইশিংনা অঙকপগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণ হায়বসিদি শংশংবা পরিপূর্ণতম্ (নীংথিনা মপুং ফারবা) জগৎকী মবুঙো, খ্বাইদগী অথোইবা হায়বদু মহাক্তনি হায়বা খঙলদুনা স্তুতি (খুৎ লোম্নদুনা হায়জবা) বু তৌখি ॥১৪॥

লাইয়াম্না হায়খি—জীবগী চঙনফম মপুং ওইবা নিপাগী মশক ওইবা অথোইবশিংদগী অথোইবা, মাং-তুং খঙলবা, যজ্ঞগী মপু লাৎনফম ওইবা, থোক্লফমগীসু থোক্লফম ওইবা অথোইবা, শ্রীরাধাগীসু মবুঙো ওইবা, শংশংনা গোলোক কৌবা ধামগীসু মবুঙো ওইবা পুম্নমক্কী মরু লেম্ফ্ ওইবা মপুং ফাবা পুম্নমক্কগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো নংবু খুরুমজে ॥১৫॥

গোলোক ধাম অসিদদি লাইনীংবশিংগী মকোক ওইবশিংনা ইবুঙো নংবু মঙালগী মশকমক্নি হায়রি, অমরোমদনা মচিতমক খন্দুনা লৌবা

ব্যঞ্জেন বা ন নহি লক্ষণয়া কদাপি
স্ফোটেন যচ্চ কবয়োন বিশন্তি মুখ্যাঃ।
নির্দ্দেশ্যভাবরহিতং প্রকৃতেঃ পরঞ্চ
ত্বাং ব্রহ্ম নিগুণমলং শরণং ব্রজামঃ ॥১৭॥
ত্বাং ব্রহ্ম কেচিদবয়ন্তি পরে চ কালং
কেচিৎ প্রশান্তমপরে ভ বি কর্ম্মরূপম্।
পূর্ব্বে চ যোগমপরে কিল কর্তৃভাব—
মন্যোক্তিভির্ন বিদিতং শরণং গতাঃস্ম ॥১৮॥
শ্রেয়স্করীং ভগবতস্তব পাদসেবাং
হিত্বাথ তীর্থযজনাদি তপশ্চরন্তি।
জ্ঞানেন যে চ বিদিতা বহুবিঘ্নসঙ্ঘৈঃ
সন্তারিতাঃ কিল ভবন্তি ন তে কৃতার্থাঃ ॥১৯॥

---

সাধু—বৈষ্ণবশিংনদি মশক মওং মুত্তি নাইবনি হায়রি, মসিদা ৬সি ঐখোয় লাইয়াম্নদি অসিগুম্বা ইবুঙো নহাকসিদি অনি গুদরনি হায়বা খঙজরে, পুন্নমক্তগী অথোইবা, সাধু, মহৎ, যোগী, বৈষ্ণবশিংগী নীংনফম ওইবা ইবুঙো নংবু খুরুমজৈ ॥১৬॥

অথোইবা কবিশিংনা ইবুঙো নংবু কাব্যগী বৃত্তিনা মন্নুংথিৎনা ফোংদোক্না হায়বা ভনদে, খুদম্না খঙনবা ওইনা উৎপা, করিগুম্বদা অরেপ্পা মশক্তি খঙনদবা, বাহৈ শব্দগী পাঙ্গন্না ফোংদোক্লবগী বারেপ লেপ্পা ওমদবা, অমদি ভাবনা, বাহৈনা হায়রুনা উৎগা ওমদ্রবা, মহৌশা লাইরেম্বীদগী (মায়াদগী) তোঙানবা, গুণ পক্তবা, ব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুঙো নঙোন্দা ঐখোয় লাইরাম পুম্নমক্না চঙজার ॥১৭॥

ইবুঙো নহাকপু কনানা ব্রহ্মনি হায়নৈ, অতোপ্পা অমনা কাল কৌবা লাইনিংসু হায়নৈ, কনাগুম্বনা শান্ত ওইবা—অঙৈংবা অতম্বগী মশক্তিসু হায়নৈ, কনা অমনা পৃথ্বিসিদা তৌরিবা কর্ম্ম থুদিংগী মশক্তি হায়নৈ, অতোপ্পা কনানা লাইনিং লম্বীদা চঙশিন্নবা—তিনশিন্নবা লম্বীনি

বিজ্ঞাপয়দ্য কিমু দেব অশেষসাক্ষী
যঃ সর্ব্বভূতহৃদয়েষু বিরাজমানঃ।
দেবৈর্নমদ্ভিরমলাশয়মুক্ত দেহৈ—
স্তস্মৈ নমো ভগবতে পুরুষোত্তমায় ॥২০॥

যো রাধিকাহৃদয়সুন্দরচন্দ্রহারঃ
শ্রীগোপিকানয়নজীবনমূলহারঃ।
গোলোকধামধিষণধ্বজ আদিদেবঃ
স ত্বং বিপৎসু বিবুধান্ পরিপাহি পাহি ॥২১॥

---

হায়নৈ, অতোপ্পনা জগৎ পুম্বপী থোবু (পুম্নমকসি নংতনা তৌবা কর্ত্তা) নিত্ত হায়নৈ, মহৈ-মহৈ তোঙান-তোঙানবা মশক ওইনা উবা, লিরবা, ৰাঙাং-শাঙাংনা তাকপা— খঙহনবা ঙমদ্রবা ইবুঙো নঙোন্দা লাইয়াম ঐখোয়না চঙজরি ।।১৮।।১৯।।

হে ইবুঙো, হৌজিকসিদা ইবুঙো নঙোন্দা করি অমুক খঙহন্নিঙাই (হঙ্গৎনিঙাই) লৈরিবগে, ইবুঙো নংদি জীব পুম্নমকী থংোইনুংনা লৈবীরিবনি, লোইবা নাইদবা সাক্ষী (খুদম) হায়বদি নহাক্তনা পুম্নমক অসি ওইবগী খুদম ওইবীতুনা ভান্থোইবীরিবনি, মক্তবা থমোইনা চঙজতুনা লাম্নিঙাই হকচাং ওইবা লাই ঐখোয়না নয়াথং ইঞ্জনীংবদগী ভগবান্ ওইবা, অথোইবা নিপাগী শক্তম পুবা ইবুঙো নংবু খুরুমজে ।।২০।।

শ্রীরাধিকাগী থমোই তাজরবা ফজরবা চন্দ্রহার কৌবা (থা পরেংগুম ফজরবা) লিক্-পরেংগী মশক ওইরিবা, শ্রীগোপীকাশিংগী মিৎ অমদি মরুওইনা খঞ্জবা লিক্-পরেংগী মশক ওইবা, গোলোক কৌবা ধামগী য়ুমগী ফজরবা ফিরাল ছত্রগী মশক ওইবা, জগৎ অসিগী খ্বাইদগী হানবা ঈশ্বর ওইবা ইবুঙো নংনা লাই ঐখোয়গী অরাবা খিবিক্তগী ঙাকপীয় ঙাকপীয়ু ।।২১।।

হে রাধিকাগী মবুঙো শ্রীবৃন্দাবনগী মপু ওইবা, গিরিরাজ গোবর্দ্ধন অমদি ব্রজধামগী মবুঙো, ইবুঙো নংনা শঙ্খেন্দ্রহাগী ফিজেৎ শেৎতুনা

**বৃন্দাবনেশ গিরিরাজপতে ব্রজেশ**
**গোপালবেশ কৃতনিত্যবিহারলীল।**
**রাধাপতে শ্রুতিধরাধিপতে ধরাং ত্বং**
**গোবর্দ্ধনোদ্ধরণ উদ্ধর ধর্ম্মধরাম্‌ ॥২২॥**

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

**ইত্যুক্তো ভগবান্‌ সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণো গোকুলেশ্বরঃ**
**প্রত্যাহ প্রণতান্‌ দেবান্মেঘগম্ভীরয়া গিরা ॥২৩॥**

শ্রীভগবানুবাচ ঃ—

**হে সুরজ্যেষ্ঠ হে শম্ভো দেবাঃ শৃনুত মদ্বচঃ।**
**যাদবেষু চ জন্যধ্বমংশৈঃ স্ত্রীভির্মদাজ্ঞয়া ॥২৪॥**
**অহং চাবতরিষ্যামি হরিষ্যামি ভুবো ভরম্‌।**
**করিষ্যামি চ বঃ কার্য্যং ভবিষ্যামি যদোঃ কুলে ॥২৫॥**

---

নিতি সিলা শান্নারিবনি, হেক ভাবদা খণ্ডবশিংগীস্থ মবুঙোনি নংদি, গিরিগোবর্দ্ধনবু থাঙ্গংপীব। অহুগুম্না, পৃথিবীবু মাগী অৱাবা কোকপীতুম্না ধর্ম্মগী ঈচেলবু ভাবপীযু ॥২২॥

শ্রীনারদনা হায়খি ঃ

গোকুলগী মবুঙো ওইবা পুম্নমক খণ্ডবীবা ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণনা, ইবুঙো মাঙোন্দা নোঙ্গবগা লোইননা মথক্কী ৱাহৈ কযাবু হায়হুনা ৱাকচ্চরিবা লাইয়াম খিবিক্তা, নোংগী মতৌগুম চীং-লেম্বা ৱাহৈনা ভাকপী-ৱকখি ॥২৩॥

শ্রীভগবান্না হায় ঃ—

হে লাইশিংগী অহল ওইবা ব্রহ্মা, হে সঙ্কর মহাদেব, অমদি হে লাইয়ামশা, ঐ ৱা হায়গে নীংথিনা তারো, নখোয়না ঐগী য়াথং ইন্দুনা নংগী নংগী মুপীশিংগা লোয়ননা নংগী নংগী অংশনা শরুক থাই-দোক্তুনা পৃথিবীদা যদু কৌবা শাগৈশিংদা পোকক্লুরো ॥২৪॥

কৃষ্ণ ঐহাকস্থ থিন্দনা অবতার তৌরগনি, পৃথিবীগী অৱাবা ভারবু

বেদা মে বচনং বিপ্রা মুখং গাবস্তনুর্মম।
অঙ্গানি দেবতা মনুষ্যং সাধবো হ্যসবো হৃদি ॥২৬॥
যুগে যুগে চ বধ্যেত যদা পাষণ্ডিভির্জনৈঃ।
ধর্মং কর্তুর্দয়া সাক্ষাত্তদাত্মানং সৃজাম্যহম্ ॥২৭॥

শ্রীনারদ উবাচঃ—

ইত্যুক্তবন্তং জগদীশ্বরং হরিং
রাধা পতিপ্রাণবিয়োগবিহ্বলা।
দাবাগ্নিনা দুঃখলতেব মূর্চ্ছিতা—
শুককম্পরোমাঞ্চিতভাবসংবৃতা ॥২৮॥

---

নাওহল্লগনি, লাই নখোয়গী অপাম্বা থবক পুন্নমক ঐনা পাংথোক্লবা ওইনা যত্নু শাগৈতুনা পোকপগী মতৌ লৌরগনি ।।২৫।।

বেদ পুন্নমক্লা ঐগী ম্লাথংনি, ব্রাহ্মণ পুন্নমক্লা ঐগী ইচিন্নি, শন পুন্নমক্লা ঐগী হকচাংমি, লাই নখোয পুন্নমক্লা ঐগী হকচাংগী (কায়াৎ) শককশিংনি, সাধুশিংনা ঐগী থমোইদা লৈবা থবায়গী মশক ওইরিবনি ।।২৬।।

যুগ যুগ খুদিংদা, মাগী মাগী ধর্ম-কর্মবু থাদোক্লগা অতোপ্পগী মত চৎপা, ধর্ম লৌবা ফত্তবা মীশিংনা ধর্মগী লম্বীদা অথিংবা পীরক্লবা, মীনুংশি লৈরক্লবা মতমদুদা, শংশংনা ঐনা ঐগী হকচাংবু মতম মতমদুগী মওংদা চান্ন-চান্নবা ওইনা শেমই অবতার তৌই ।।২৭।।

শ্রীনারদনা হায়খিঃ—

মতৌ অস্মুম্না জগৎকী মবুঙো শ্রীহরিনা হায়দোক্লল্লবদা ইবেম্মা রাধিকানা মবুঙো কায়নবা তারে হায়বগী প্রেমনা ঙাওরত্নুনা লম্মেন। চাক্লবী উরীগুম্ রারবী ওইদুনা রাম্বুরুরগা, মিত্তা পিগী ঈরা চেল্লহুনা তুজুং মাঙ্গুংবা পোকখি ।।২৮।।

শ্রীরাধান্না হায়ঃ—

হে থবায়গী মবুঙো, পৃথিবীগী অদম্না মাঙহল্লবগীদমক ইবুঙোনা

**শ্রীরাধোবাচ :—**

ভুবো ভরং হর্ত্তুমলং ব্রজেভু্র্বং
কৃতং পরং মে শপথং শৃণোত্তমঃ।
গতে ত্বয়ি প্রাণপতে চ বিগ্রহং
কদাচিদত্রৈব ন ধারয়াম্যহম্॥২৯॥

যদা ত্বমেবং শপথং ন মন্যসে
দ্বিতীয়বারং প্রদদামি বাক্‌পথম্।
প্রাণো ধন্তে গন্তুমতীব বিহ্বলঃ
কর্পূরধূলেঃ কণবদগমিষ্যতি ॥৩০॥

**শ্রীভগবানুবাচ ঃ—**

ত্বয়া সহ গমিষ্যামি মা শোকং কুরু রাধিকে।
হরিষ্যামি ভুবো ভারং করিষ্যামি বচস্তব॥৩১॥

**শ্রীরাধিকোবাচ ঃ—**

যত্র বৃন্দাবনং নাস্তি যত্র নো যমুনা নদী।
যত্র গোবর্দ্ধনো নাস্তি তত্র মে ন মনঃসুখম্॥৩২॥

---

গোলোক থাদোক্লনা পৃথিবীদা লেংথ্রবদা, রাধা ঐনা তৌজগদবা অবেপ্পা রাফবু তানী ; ঐনা ঐগী হকচাংবু মফম অসিদা করিগুম্বা অমত্ত্ব লৌহনা লৈজবা ঙমজরোই ।।২৯।।

ইবুঙোনা ঐগী রাশক অসিবু লেপ্পমক থোওইবীত্রবদি, অনিরক হন্না হায়বা ওইনা ঐগী রাহৈগী লম্বেল শীজরিবসিনি, কায়ন-মৈচাক খাওহনা, থরাইসিবু পুহনা লৈরবদি, কর্পূরগী মকুপ্পা নুংশিত্তা তিনখিব-গুম ঐগী থরাঙ্গসু পাইথ্রগনি ।।৩০।।

শ্রীভগবান্না হায়খি ঃ—

হে রাধে বারুগন্নু, নহাকী রাশক অমদি নঙাখংবু ভাজনি, ঐনা রাধে নংগা লোইননা চংকনি অমসুং পৃথিবীগী অকনবু মাঙহনগনি ॥৩১॥

শ্রীরাধিকানা হায় ঃ—

হে ইবুঙো, মফম অদুদা বৃন্দাবন লৈতবা, যমুনা কোৌবী তুরেল লৈতবা,

**শ্রীনারদ উবাচ :—**

বেদনাগক্রোশভূমিং স্বধাম্নঃ শ্রীহরিঃ স্বয়ম্‌ ।
গোবর্দ্ধনঞ্চ যমুনাং প্রেষয়ামাস ভূপরি ॥৩৩॥
তদা ব্রহ্মা দেবগণৈর্নত্বা নত্বা পুনঃ পুনঃ ।
পরিপূর্ণতমং সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণং সমুবাচ হ ॥৩৪॥

**শ্রীব্রহ্মোবাচ :—**

অহং কুত্র ভবিষ্যামি কুত্র ত্বঞ্চ ভবিষ্যসি ।
এতে কুত্র ভবিষ্যন্তি কৈর্গেহৈঃ কৈশ্চ নামভিঃ ॥৩৫॥

**শ্রীভগবানুবাচ :—**

বসুদেবস্য দেবক্যাং ভবিষ্যামি পরঃ স্বয়ম্‌
রোহিণ্যাং মৎকলা শেষো ভবিষ্যতি ন সংশয়ঃ ॥৩৬॥

---

মফমত্তুদা গিরি গোবর্দ্ধণ চৌং লৈতবা মফমত্তুদি রাধাগী পুক্লিং পেনবা নুঙাইবা ওইজদে ।।৩২।।

শ্রীনারদনা হায়খি :— মতমত্তুদা শংশংনা শ্রীহরিনা ইবুঙো মাগী মফম ওইবা গোলোক ধামদগী ক্রোশ (৮৪) মরিফুমরি ওইবা গোলোক্কী বৃন্দাবন, গোবর্দ্ধন অমসুং যমুনা তুরেলবু পৃথিবীদা চৎলো হায়না য়াথং পীত্তুনা চৎহনখি ।।৩৩।।

মতমত্তুদা ব্রহ্মানা লাইয়ামগা লোইননা তশেংনমক পরিপূর্ণতম (খ্বাইদগী অথোইবা, চংখোম্না মপুং ফারবা) শ্রীকৃষ্ণবু হন্না-হন্না খুরুম-জরগা নীংথিরবা বাহৈনা নোল্লুক্না হঙ্গচখি ।।৩৪।।

শ্রীব্রহ্মানা হায়খি :— হে ইবুঙো, ব্রহ্মা ঐহাক্না মফম কদায়দা পোক্কদগে, অদুগা ইবুঙো নহাক্না কদায়দা পোকপীগনি, অসুক্কী মথৈ ওইবা লাইয়ামশিংসিনা কদায় কদায়দা পোক্লগদগে, কনা কনাগী করম্বা য়ুমদা মিংনা করি করি কৌত্তুনা পোকলুগদগে ননাইদা তাকপীয়ু ।।৩৫।।

শ্রীগভবান্না হায়খি :— কৃষ্ণ কৌবা ঐনা বসুদেবগী লোইনবী দেবকীগী মচা ওইনা পোক্কনি, ঐগী কলা ওইবা অথোইবা শেষ

**শ্রীঃ সাক্ষাদ্রুক্মিণী ভৈষ্মী শিবা জাম্ববতী তথা।**
**সত্যা চ তুলসী ভূমৌ সত্যভামা বসুন্ধরা ॥৩৭॥**
**দক্ষিণা লক্ষ্মণা চৈব কালিন্দী বিরজা তথা।**
**ভদ্রা হ্রীর্মিত্রবিন্দা চ জাহ্নবী পাপনাশিনী ॥৩৮॥**
**রুক্মিণ্যাং কামদেবশ্চ প্রদ্যুম্ন ইতি বিশ্রুতঃ।**
**ভবিষ্যতি ন সন্দেহস্তস্য ত্বঞ্চ ভবিষ্যসি ॥৩৯॥**
**নন্দো দ্রোণো বসুঃ সাক্ষাদ্যশোদা সা ধরা স্মৃতা।**
**বৃষভানুঃ সুচন্দ্রশ্চ তস্য ভার্য্যা কলাবতী ॥৪০॥**
**ভূমৌ কীর্ত্তিরিতি খ্যাতা তস্যাং রাধা ভবিষ্যতি।**
**সদা রাসং করিষ্যামি গোপীভির্ব্রজমণ্ডলে ॥৪১॥**

---

(অনন্ত) না তশেংনা বসুদেবগী লোইনবী রোহিণীগী মচা ওইনা পোক্কনি, মসিদা খক চিংনগনু ।।৩৬।।

তশেংনমক লক্ষ্মী দেবীনা ভিষ্মক নিংথৌগী মচানুপী রুক্মিণী, অমদি শিবা শথীনা জাম্ববতী, তুলসীনা সত্যা কৌহ্না অমসুং লৈপাক্লৈমা বসুন্ধরানা সত্যভামা কৌহ্না পৃথিবীদা পোক্কনি ।।৩৭।।

দক্ষিণা সখীনা কালিন্দি অমসুং লক্ষ্মণা সখীনা বিরজানা ওইগনি, কৃষ্ণ ঐগী লজ্জা (ইকাইবা=হ্রী) শক্তিনা ভদ্রা কৌবী সখী অমসুং পাপ পুম্নমক্পু মাংহনবী জাহ্নবী গঙ্গানা মিত্রবিন্দা কৌবী ওইগনি ।।৩৮।।

রুক্মিণীদা কামদেব কৌবা লাইনা পোক্লগা প্রদ্যুম্ন হায়বা মমিং কৌহ্না খঙনরগনি, প্রদ্যুম্নহুগী মচা ওইনা ব্রহ্মা নহাক্না পোক্লগনি মসিদা চিংনরুগনু ।।৩৯।।

দ্রোণ কৌবা বসুনা নন্দ কৌহ্না পোক্কনি, ধরা কৌবী বসুনা যশোদা হায়না পোক্কনি, সুচন্দ্রসু বৃষভানু অমসুং মাগী লোইনবী কলাবতীনা কীর্ত্তিদা কৌহ্না পৃথিবীদা ফাওগনি, মাগী মচা ওইনা শ্রীমতি রাধিকা পোক্কনি অদুগা ব্রজ মণ্ডলদা গোপীশিংগা লোইননা মতম পুম্নমক্তা রাসলীলাবু ঐগা লোয়ননা শান্নগনি ।।৪০।।৪১।।

ইতি শ্রীমদ্‌গর্গ সংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে শ্রীনারদবহুলাশ্ব সংবাদে আগমমোদ, যোজবর্ননং নাম তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥

* * *

# চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

শ্রীভগবানুবাচ ঃ—

নন্দোঽপনন্দভবনাঃ শ্রীদামঃ সুবলঃ সখা ।
স্তোককৃষ্ণার্জ্জুনোংশুশ্চ নব নন্দগৃহে বিধে ॥১॥
বিশালর্ষভতেজস্বিদেবপ্রস্থবরূথপাঃ ।
ভবিষ্যন্তি সখায়ো মে ব্রজে ষড়্‌ বৃষভানুষু ॥২॥

---

মতাং অসিদা গর্গাচার্য্যমুণিগী ৱারীদা, গোলোব্‌খণ্ডগী শরুক্তা নারদ-বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা "পৃথিবীদা লেংথরক্লবা থৌরাং কৌবা অহুমশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

* * *

## চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

শ্রীভগবান্না হায় ঃ— হে ব্রহ্মা, শ্রীবৃন্দাবন্দা নন্দ, উপনন্দ, ভবন শ্রীদাম্‌, সখাসুদাম্‌, সুবল, স্তোককৃষ্ণ, অর্জ্জুন অমসুং অংশু অসিনচিংবা মখোয় মাপন অসি নন্দগী য়ুমদা লৈবনি ॥১॥

বিশাল, ঋষভ, তেজস্বী, দেব, প্রস্থ, মরূথপনচিংবা মখোয় তরুক অসি বৃষভানুশিংগী মনুংদা ঐগী মরূপ ওইগনি ॥২॥

শ্রীব্রহ্মোবাচ :—

**কস্যা বৈ নন্দপদবী কস্য বৈ বৃষভানুতা।**
**বদ দেবপতে সাক্ষাদুপনন্দস্য লক্ষণম্ ॥৩॥**

শ্রীভগবানুবাচ :—

**গাঃ পালয়ন্তি যোষেষু সদা গোবৃত্তয়োহনিশম্ ।**
**তে গোপালা ময়া প্রোক্তাস্তেষাং ত্বং লক্ষণং শৃণু ॥৪॥**
**নন্দঃ প্রোক্তঃ স গোপালেনবলক্ষগবাং পতিঃ।**
**উপনন্দশ্চ কথিতঃ পঞ্চলক্ষগবাং পতিঃ ॥৫॥**
**বৃষভানু স উক্তো যো দশলক্ষগবাং পতিঃ।**
**গবাং কোটিগৃহে যস্য নন্দরাজঃ স এব হি ॥৬॥**

---

শ্রীব্রহ্মানা হায় :— হে লাইগী মপু ওইবা ইবুঙো, কনাবুনা নন্দ হায়বা মিংথোল (খুভম) অসি ওইবগে, কনাবুনা বৃষভানু হায়বা মিংথোল অনদি কনাবুনা উপনন্দ হায়না খঙনবগী তাশংবা থাক্নম অতু হায়বীয়ু ।।৩।।

শ্রীভগবান্না হায় :— শনবু য়োক্-থাক্লিবা ঘোষ জাতি হায়বদি গোপাল (খালা) শিংনা মঙম পুম্নমক্তা শনগী সেবা তৌবনা মখোয়গী থাবিক ওইনৈ, গোপাল হায়না খঙনরিবা, ঐনা হায়রবা মখোয়শিংগী খঙনবা থাক্শু হায়গে ব্রহ্মা নং তারো ।।৪।।

শনবু লোইবা, য়োক্-থাকপা অমদি সেবা তৌবা কাংবুনা শন লক্ষ (লাখ) মাপনগী মপু ওইবনা নন্দ কৌই, শন লক্ষ (লাখ) মঙাগী মপু ওইবনা উপনন্দ হায়না খঙনৈ ।।৫।।

শন লাখ তরাগী মপু ওইবনা বৃষভানু অসুম্না খঙনরে, মহাক্কী য়ুমদা শন কোটি অমা (লাক্ষ চামা) লৈবা মহাক অদুবুনা নন্দরাজ হায়বদি নন্দ নিংথৌ কৌই হায়না লৈগমক খঙনরে ।।৬।।

মহাক্কী য়ুমদা শন কোটি তঙ্খাই (লাক্ষ য়াথৈ) লৈবা মহাক অদুবুনা বৃষভানুবর কৌই, মতৌ অসুম্না ব্রজধামদা শন মশীং কোটি

**কোট্যর্দ্ধং চ গবাং যস্য বৃষভানুবরস্তু সঃ।**
**এতাদৃশৌ ব্রজে দ্বৌ তু সুচন্দ্রো দ্রোণ এব হি ॥৭॥**
**সর্ব্বলক্ষণ লক্ষ্যাঢ্যৌ গোপরাজৌ ভবিষ্যতঃ।**
**শতচন্দ্রাননানাং চ সুন্দরীণাং সুবাসসাম্।**
**গোপীনাং মদব্রজে রম্যে শতযূথো ভবিষ্যতি ॥৮॥**

**শ্রীব্রহ্মোবাচ ঃ—**

**হে দীনবন্ধো হে দেব জগৎকারণ কারণ।**
**যূথস্য লক্ষণং সর্ব্বং তন্মে ব্রূহি পরেশ্বর ॥৯॥**

**শ্রীভগবানুবাচ ঃ—**

**অর্ব্বুদং দশকোটিনাং মুনিভিঃ কথিতং বিধে।**
**দশার্ব্বুদং যত্র ভবেৎ সোঽপি যূথঃ প্রকথ্যতে ॥১০॥**

---

তঙ্খাই অমদি কোটি অমা লৈবা মীশক্তি মথং মনাও নাইনা সুচন্দ্র (বৃষভাবর) অমদি দ্রোণ (নন্দরাজ) কৌবা মখোয় অনি অসিতনি ।।৭।।

চংখোনবা খুদমশিংনা তিনবা হায়রিবা সুচন্দ্র অমদি দ্রোণ কৌবা অনিসিনা গোপশিংগী নিংথৌ ওইগনি অমসুং থা চামগী মঙানগুম ঙানবী মায়থোংনা ওইবী, নীংথিজরবা ফিজোল শেৎলবী, পুক্লিং হুনা ফজরবী গোপীশিংগী যূথ (কাংলুপ) চামনা ঐগী নীংথিরবা বৃন্দাবন্দা ওইরগনি ।।৮।।

শ্রীব্রহ্মানা হায়খি ঃ— হে তোল্ল-তারবগী মরুপ ওইবীবা, হে লাই ওইবা, হে জগৎশেম্‌শিংবুসু শেম্বীরিবা, হে লাই অথোইবা, নীংনফমগী মশক ওইবা, যূথ (কাংলুপ) কী লক্ষণ (মশীং) না অসুক্কি হায়বত্থু ঐগী ইফমদা তাকপীয়ু ।।৯।।

শ্রীভগবাননা হায়খি ঃ—হে বিধি ব্রহ্মা কোটি তরা (১০,০০০০০০০) না অর্ব্বুদ অমনি হায়না মুনিশিংনা হায়রে, অতুগুম্বা অর্ব্বুদ অহু তরানা (১০০,০০০০০০০) না যূথ অমনি, (যূথ=১০০০০০০০০০×১০০ =১০০০০০০০০০০০)না গোপী মশীংনি=১ অঙ্কদা শূন্য ১১ হাপ্পী হায়না হায়রে ।।১০।।

**গোলোকবাসিন্যঃ কাশ্চিৎ কাশ্চিদ্বৈ দ্বারপালিকাঃ ।**
**শৃঙ্গারপ্রকরাঃ কাশ্চিৎ কাশ্চিচ্ছয্যোপকারকাঃ ॥১১॥**
**পার্ষদাখ্যাস্তথা কাশ্চিচ্ছ্রীবৃন্দাবন পালিকাঃ ।**
**গোবর্দ্ধননিবাসিন্যঃ কাশ্চিৎ কুঞ্জবিধায়কাঃ ॥১২॥**
**মে নিকুঞ্জনিবাসিন্যো ভবিষ্যন্তি ব্রজেমম ।**
**এবং চ যমুনাযূথো জাহ্নবীযূথ এব চ ॥১৩॥**
**রমায়া মধুমাধব্যা বিরজায়াস্তথৈব চ ।**
**ললিতায়া বিশাখায়া মায়াযূথো ভবিষ্যতি ॥১৪॥**
**এবং হ্যষ্টসখীনাঞ্চ সখীনাং কিল ষোড়শ ।**
**দ্বাত্রিংশচ্চ সখীনাঞ্চ যূথা ভাব্যা ব্রজে বিধে ॥১৫॥**

---

গোপীশিংছুগী মনুংদা কনানা গোলোক ধামদা লৈবীশিংনি, কনাগুম্বীশিংনা থোংঙাক্লম্বী, কনাগুম্বীশিংনা ফিজেৎ-লৈতেং অকে-অমৌগী থবক তৌবীশিংনি, কনানা ফমুং-ফাম্নুং শেম-শাজবীশিংনি ।।১১।।

কনাগুম্বীশিংনা ঐগী ভক্ত পার্ষদ (নাক্তা লেংদনা লৈবা ঐতবু নীংবা ইনাই) ওাক্তনি, কনাগুম্বীশিংনা ঐগী বৃন্দাবনবু ঙাক-শেনবীশিংনি, কনাগুম্বীশিংনা গোবর্দ্ধন্দা লৈজবীনি, কনাগুম্বীশিংনা ঐগী শান্নফম কুঞ্জবু শেম শাজবীশিংনি ।।১২।।

ঐগী ব্রজধামদা, ম্ভরী-ব্বারীনা কুপশিল্লবা ঐগী নিকুঞ্জবন্দা লৈজবীশিংনা ব্রজগোপী ওইনা পোক্লগা, মতৌ অসুম্না যমুনাযূথ জাহ্নবীযূথ হায়না খণ্ডনবা মমিংনা মাগী মাগী যূথ ওইরক্কনি ।।১৩।।

অসুম্না, রমা, মধুমাধ্বী, বিরজা, ললিতা, বিশাখা, মায়ানচিংবীশিং মখোয় পুম্নমক অসিগীসু মাগী মাগী কাংলুপ অমমম্গী লুচিংবী ওইরগনি ।।১৪।।

হে বিধি ব্রহ্মা, মতৌ অসুম তৌনা ঐগী ব্রজবৃন্দাবন্দা সখী নিপানগী, সখী তরাতরুক্কী, সখী কুন্থ্রানিথোইগী, মাগী মাগী কাংলুপ্পা ঐগী ব্রজধামতুদা পোক্লগদবা ঙাক্তনি ।।১৫।।

শ্রুতিরূপাঃ ঋষিরূপাঃ মৈথিল্যঃ কোশলাস্তথা ।
অযোধ্যাপুরবাসিন্যঃ যজ্ঞ সীতা পুলিন্দকাঃ ॥১৬॥
যাসাং মহ্যং বরো দত্তো পূর্বৈঃ পূর্বৈর্যুগে যুগে ।
তাস্তাঃ বহুধা ভক্তিমত্যো গোপীনাং মণ্ডলে শুভে ॥১৭॥

শ্রীব্রহ্মোবাচ :—

এতাঃ কথং ব্রজে ভাব্যাঃ কেন পুণ্যেন কেশব ।
দুর্লভং হি পদং তাসাং যোগীন্দ্রৈঃ পুরুষোত্তম ॥১৮॥

শ্রীভগবানুবাচ :—

শ্বেতদ্বীপে চ ভূমাখ্যং শ্রুতয়স্তুষ্টুবুঃ পরম্ ।
উশতীভির্গিরাভিশ্চ প্রসন্নোঽভূৎ সহস্রপাৎ ॥১৯॥

---

শ্রুতি (বেদ) গী মশক ওইবী, ঋষিশিংনা ওইবী, মিথিলা লৈবাক্কী নুপীশিংনা ওইবী, কোশল দেশগী নুপীশিংনা ওইবী, সীতা দেবীগী লৈফম ওইবী অযোধ্যাপুরদা লৈবশিং, অমদি পুলিন্দ জাতিগী নুপীশিংনা ওইরকপী অসিনচিংবী গোপীশিংনা মাগী মাগী কাংলুপ কাংলুপ নাইনা লৈরগনি ॥১৬॥

মমগী অমাংগী যুগশিংদা, হায়রিবা মখোয়শিং অসিদা ঐনা বর পীখ্রবনি, মঙ্গলগী মশক ওইরবা ঐগী ব্রজপুরদা গোপী ওইনা পোক্লরবা মখোয়শিংগীসু আ-মাগী কাংলুপ খুৎপু নাইনা ওইরকনি ॥১৭॥

ব্রহ্মানা হায়খি :— হে মিপান অখোইবা, করগী অফবা থবক তৌজবগী পুণ্যনা, কদাইদা ফংজবদনি যোগীশিং অতুনা ফংঙমদবা খুন্তম ওইবা অসিগুম্বী গোপী ওইবীগী মপোক অসিদা পোকচবা ফংলিবনো ॥১৮॥

শ্বেতদ্বীপ কৌবা মফমদা বেদশিংনা রাহে-রাতা ফজরবা লৈশিং লৈখোল স্তোত্র অখোইবা পরিপূর্ণতম ওইবা শ্রীহরিদা লৈশি-লৈখোলনা মচুদা খোঙ লিঙবা অমা পামবা হায়বদি অফবা কুমনকা এশিংদগী লৈবা শ্রীবিষ্ণুনা পেনবীখি ॥১৯॥

শ্রীহরিরুবাচ ঃ—

বরং বৃণীত স্বয়ং বৈ যন্মনোবাঞ্ছিতং মহৎ।
যেষাং প্রসন্নোঽহং সাক্ষাত্তেষাং কিং দুর্লভং হিতং ॥২০॥

শ্রীশ্রুতয়ঃ উচুঃ—

বাঙ্‌মনোগোচরাতীতং ততো ন জায়তে তু তৎ।
আনন্দমাত্রমিতি যদ্বদন্তীহ পুরাবিদঃ ॥২১॥
তদ্রূপং দর্শয়াস্মাকং যদি দেয়ো বরো হি নঃ।
শ্রুত্বৈতদ্দর্শয়ামাস স্বং লোকং প্রকৃতেঃ পরম্‌ ॥২২॥
কেবলানুভবানন্দমাত্রমক্ষরমব্যয়ম্‌।
যত্র বৃন্দাবনং নাম বনং কামদুঘৈর্দ্রুমৈ ॥২৩॥

---

শ্রীহরিনা হায়খি ঃ— শংশংবা অথোইবা ওইনা ঐনা কনাগুম্বগী মফমদা পেনবীশ্রবদা, মখোয় অতুনা ফংঙমদবা হায়বা অমা অমুক করি লৈরিবগে, নখোয় পুম্নমক্না পাম্বা বর অতুমক নিজয়ো ॥২০॥

বেদশিংনা হায়খি ঃ— ইবুঙো নহাক্কী য়াথং অমসুং পুকনিংগী রাদি খংবা ঙম্বগী রাংমদা লৈবনি খংঙমদবনি, নহাক্কী নশকপুক্তশেংনা খংবা ঙম্বা নত্তে, মমাংঙৈগী লিরবা ঋষিশিংনা মদুবু নুংঙাইবতগী মশকনি হায়নৈ ॥২১॥

ইবুঙো নহাক্না বর পীনবীগে হায়রবদি অতুগুম্বা নুঙাইবতগী মশক ওইবা নশক নতৌতুবু উইহনবীয়ু, রাসিবু শ্রীহরিনা তারগা প্রকৃতি অমদি মায়াগী গুমহৎ-লোনম চঙদবা মশাগী লৈফম থাম্বু উইহনবীখি ॥২২॥

অতুগুম্বা লোক অতুমক্তি, ময়েং তাবা লৈতবা, অমাং-অতা লৈতবা লেপ্পমক নুঙাইবতগী মশক ওইরবা মফম্নি, মফমদুদা অপাম্বা পুম্নমক রাগুনা পীবিরবা, উপাল-রাপাল, উরী-রারীনা থল্লা হৌরবা বৃন্দাবন কৌবা বন লৈরি ॥২৩॥

মফমদুদা পুক্লিং হুনা ফজরবা, মতম পুম্নমক্তা ঋতু পুম্নমক্না তিন্দুনা নুঙাইবা পুম্নমক্না তিল্লবা নিকুঞ্জবন লৈরি, গোবর্দ্ধন কৌবা চীংনা মাগী

মনোরমনিকুঞ্জাঢ্যং সর্ব্বর্ত্তুসুখসংযুতম্ ।
যত্র গোবর্দ্ধনো নাম সুনির্ঝরদরী যুতঃ ॥২৪॥
রত্ন ধাতুময়ঃ শ্রীমান্ সুপক্ষিগণসংবৃতঃ ।
যত্র নির্ম্মলপানীয়াঃ কালিন্দী সরিতাং বরাঃ ।
রত্নবদ্ধোভয়তটী হংসপদ্মাদিসঙ্কুলাঃ ॥২৫॥
নানারাসরসোন্মত্তং যত্র গোপীকদম্বকম্ ।
তৎ কদম্বকমধ্যস্থঃ কিশোরাকৃতিরচ্যুতঃ ॥২৬॥
দর্শয়িত্বা চ তাঃ প্রাহ ক্রত কিং করবাণি বঃ ।
দৃষ্টো মদীয়ো লোকোঽয়ং যতো নাস্তি পরং বরম্ ॥২৭॥

---

ঈফুংকি ঈশিংনা, লুরবা ফজরবা ঈচেন্না তিনহুনা নি থিনা লৈরি ॥২৪॥

নিংথিজরবা মনি মুক্তা অমদী রত্নশিংগী মশক ওইবা ফজববা মখল কন্না কয়াগী উচেকশিংনা কোয়শিন্নবা বৃন্দাবন অহুদা, লুরবা মক্কুবা ঈশিংনা তিন্নবী, তুরেলশিংদগী অথোইবা কালিন্দী (যমুনা) চেল্লি, মাগী লৈরাই অনিদা মনি রত্ন খিবিক্না চন্দুনা থমলি, মাগী ইচেলদা থম্বাল, কাংঙলচিংবনা নিংথিজরি ॥২৫॥

মফম অতুদা গোপীশিংগী মপৈনা মথল মথা য়ায়বা রাস কৌবা লীলাগী মহাওনা ময়াই কারি, গোপী মপৈশিংগী মকোয়গী ময়াইদা লৈবা মথোং কারকপা বয়স (চহি) না ওইবা ময়েং তাবা লৈতবা শ্রীকৃষ্ণনা ডানথোইবীরি ॥২৬॥

ইবুঙো মহাক্না বেদশিংদা মফম অতুবু উহল্লগা হায়বিখি, বেদগী মশক ওইবা নথোয়না হায়যু, হৌজিক নথোয়গীদমক করি তৌথোগে, ঐগী অসিগুম্বা লোক অসিদি নথোয়না উরেদো মসিদগী অহেনবা বর অমদি লৈররোই ॥২৭॥

শ্রুতিশিংনা হায়খি :— কাম কোটিদগী হেন্না থোং-নৌনা কজরবা ইবুঙো নহাক্না শক্তম্থু উরগা, ঐখোয়গী পুক্লিং অমদি থমোইশিংন

শ্রীশ্রুতয় উচুঃ—

কন্দর্পকোটিলাবণ্যে ত্বয়ি দৃষ্টে মনাংসি নঃ।
কামিনীভাবমাসাদ্য স্মরক্ষিপ্তান্যসংশয়ম্ ॥২৮॥
যয়া ত্বল্লোকবাসিন্যঃ কামতত্ত্বেন গোপীকাঃ।
ভজন্তি রমণং মত্বা চিকীর্ষাজনি নস্তথা ॥২৯॥

শ্রীহরিরুবাচ:—

দুর্লভো দুর্ঘটশ্চৈব যুষ্মাকং তু মনোরথঃ।
ময়ানুমোদিতঃ সম্যক্ সত্যো ভাবত্বমর্হতি ॥৩০॥
আগমিনি বিরিঞ্চৌ তু জাতে সৃষ্ট্যর্থমুদ্যতে।
কল্পে সারস্বতেঽতীতে ব্রজে গোপ্যো ভবিষ্যথ ॥৩১॥
পৃথিব্যাং ভারতে ক্ষেত্রে মাথুরে মম মণ্ডলে।
বৃন্দাবনে ভবিষ্যামি প্রেয়ান্ বো রাসমণ্ডলে ॥৩২॥

---

গোপীশিংগী মশক ওইবা রাখলবু পোক্লনা কামগী অইনবনা চিংশিল্লি, মসিদা করি চিংনমিঙাই ?লগদগে ॥২৮॥

ইবুঙো নহাক্কী লোক্তা লৈবী গোপীশিংনা অপাম্বগী ওইবা রাখলনা ইবুঙোগী সেবা থৌগল তৌজহনা, মপুরোইবা ওইনা নিংজরি, মতৌ অহুগুম্না খনবীত্বনা ঐখোয়গী পুকনিংবু ইবুঙোনা চিংশিনবীয়ু ॥২৯॥

শ্রীহরিনা হায়ঃ— নখোয়গী পুকনিংগী নিংবা থুংবা হায়বসি থোকহনবদা রাবা অমদি ফংঙমদ্রবা লুরবা রাফমনি, অদুবু শোয়দনা ওইনবগীদমক ঐনা শিল্লবতদা ওইগদবনি, মদুমক লেপ্পা ওইরগনি ॥৩০॥

হে শ্রুতিশা, সৃষ্টিগী সারস্বত কল্পনা লোইখ্রগা, লাক্কদৌরিবা ব্রহ্মানা পোক্লনা সৃষ্টি শেম্নবগী থৌরাং তৌরবদা, নখোয়না ব্রজ বৃন্দাবন্দা, গোপী ওইনা পোক্লগনি ॥৩১॥

মতমতুদা ঐসু, পৃথিবীদা ভারত কৌবা মফমদা, ঐগী মথুরা মণ্ডলদা পোক্লগা, বৃন্দাবনগী মনুংদা রাসমণ্ডলদা নখোয় পুম্নমক্কা ঐগী চান্নবীগী মশক ওইরগনি ॥৩২॥

জারধর্ম্মেণ সুস্নেহং সুদৃঢ়ং সর্ব্বতোঽধিকম্ ।
ময়ি সম্প্রাপ্য সর্ব্বা হি কৃতকৃত্যা ভবিষ্যথ ॥৩৩॥

শ্রীভগবানুবাচ :-

তাশ্চ গোপ্যো ভবিষ্যন্তি পূর্ব্বকল্পবরান্মম ।
অন্যাসাং চৈব গোপীনাং লক্ষণং শৃনু তদ্বিধে ॥৩৪॥
সুরাণাং রক্ষণার্থায় রাক্ষসানাং বধায় চ ।
ত্রেতায়াং রামচন্দ্রোঽভূদ্বীরো দশরথাত্মজঃ ॥৩৫॥
সীতা স্বয়ংবরং গত্বা ধনুর্ভঙ্গং চকার সঃ ।
উবাহ জানকীং সীতাং রামো রাজীবলোচনঃ ॥৩৬॥
তং দৃষ্ট্বা মৈথিলাঃ সর্ব্বাঃ পুরন্ধ্রো মুমুহুর্বিধে ।
রহস্যূচর্মহাত্মানং ভর্ত্তা নো ভব হে রঘো ॥৩৭॥

---

নখোয় পুন্নমক্না থোইদোক-হেন্দোক্না নুংশিবা অমদি চেৎলবা প্রেম্না মরম ওইনা পুন্নমক্তগী অথোইবা ঐবু ফংদুনা কৃষ্ণ ঐভোন্দা, লোম্না চান্নবগী মতৌ ওইবা ধর্ম্মনা (মওংনা) নীংজবগী মহৈ য়ানবা ওই-গনি ।।৩৩।।

শ্রীভগবান্না হায় :—

হে বিধি ব্রহ্মা, হায়রিবা মখোয়শিং অসিদু মমাংগী কল্পদা ঐনা পীখিবা বরনা গোপী ওইরক্কনি, অতোপ্পী গোপীশিংগী ওইরকপগী মরমসু ঐ হায়গে তারো ।।৩৪।।

হিংচা-য়াইতবশিংবু মাংহন্নবগীদমক অমসুং লাইশিংবু কন্নবা-ভাব্লবগীদমক, ত্রেতা কৌবা যুগ্দা দশরথ নিংথৌগী মচান্নুপা ওইনা অকনবা রামচন্দ্রনা পোকখি ।।৩৫।।

অদুগুম্বা মিংনা থম্লাল মাল্লবা শ্রীরামচন্দ্রনা, সীতাগী স্বয়ম্বর সভাদা চংদুনা, মহাদেবনা পীরবা কল্লবা শিবধনু হায়না থংনবা লীক্লংবু থুগেত্তুনা, জনক নিংথৌগী মচানুপী সীতাগা লোয়ন্ননা লুহোংখি ।।৩৬।।

হে ব্রহ্মা, মতমদুদা মিথিলা নগরগী শুপীশিংনা অদুগুম্বা শ্রীরামচন্দ্রবু

তমাহ রাঘবেন্দ্রস্তু মা শোকং কুরুত স্ত্রিয়ঃ।
দ্বাপরান্তে করিষ্যামি ভবতীনাং মনোরথম্ ॥৩৮॥
তীর্থং দানং তপঃ শৌচং সমাচরত তত্ত্বতঃ।
শ্রদ্ধয়া পরয়া ভক্ত্যা ব্রজে গোপ্যো ভবিষ্যথ ॥৩৯॥
ইতি তাভ্যো বরং দত্ত্বা শ্রীরামঃ করুণানিধিঃ।
কোশলান্ প্রযযৌ ধন্বী তেজসা জিতভার্গবঃ। ॥৪০॥
মার্গে চ কৌশলা নার্য্যো রামং দৃষ্ট্বাতিসুন্দরম্।
মনসা বব্রিরে তং বৈ পতিং কন্দর্পমোহনম্ ॥৪১॥
মনসাপি বরং রামো দদৌ তাভ্যো হ্যশেষবিৎ।
মনোরথং করিষ্যামি ব্রজে গোপ্যো ভবিষ্যথ ॥৪২॥

---

উবদা শুমহৎখিবা অমসুং ঙকখিবনা অর্চিকপদা, পুকচেল চাওরবা রামচন্দ্রদা হায়খি, হে রঘু শাগৈদা পোকপা রাম, নহাক্লা ঐখোয়গী ইপুরোইবা ওইবীয়ু ।।৩৭।।

শ্রীরামনসু মখোয়দা হায়বীখি — হে নুপী ওইবীশা ৱারুগনু, দ্বাপর যুগকী মমৈদা, নখোয়না নীংলিবশিংহু ঐনা শোয়দনা খুংহনগনি ॥৩৮॥

মতম পুম্বদা লৌখুপ-লোকোই লৈতনা, থমোই শেংনা ভক্তিগা লোইননা তীর্থ চংপা, দান তৌবা, লাইনিং চেৎপা, অমদি অশেং-অমাংগী ব্যবহার ঙাক্লা চৎলু, নখোয় পুম্নমক ব্রজ বৃন্দাবন্দা গোপী ওইনা পোকনি ।।৩৯।।

থৌজালগী তুংনফম সমুদ্র ওইবা, লীরুং পায়বা শ্রীরামনা অসুম্না মখোয় পুম্নমক্তা বর পীরম্লগা, লমখাংদা মশাগী তেজনা পরশুরামবু মায়থিবা পীরম্লগা অযোধ্যাপুরদা হল্লকখি ।।৪০।।

লম্বীদা অসুম লাকপদা অযোধ্যাপুরগী নুপীশিংনা থোইনা নীংথিজবা, কাম কৌবা লাইমকপু শুমহৎঙম্বা রামবু উরগা মপুক্সিংদা মপুরোইবা ওইনা বরিজখি ।।৪১।।

খঙদ-উদবা লৈত্রবা শ্রীরামনা, মখোয়শিংহুগী নীংজরিবা রাক্ষবু

**আগতং সীতয়া সার্দ্ধং সৈনিকৈঃ সহিতং রঘম্ ।**
**অযোধ্যাপুরবাসিন্যঃ শ্রুত্বা দ্রষ্টুং সমাযযুঃ ॥৪৩॥**
**বীক্ষ্য তং মোহমাপন্না মূর্চ্ছিতাঃ প্রেমবিহ্বলাঃ ।**
**তেপুস্তপস্তাঃ সরযূতীরে রামধৃতব্রতাঃ ॥৪৪॥**
**আকাশবাগভূত্তাসাং দ্বাপরান্তে মনোরথঃ ।**
**ভবিষ্যতি ন সন্দেহঃ কালিন্দীতীরজে বনে ॥৪৫॥**
**পিতুর্ব্বাক্যাদ্ যদা রামো দণ্ডকাখ্যং বনং গতঃ ।**
**চচার সীতয়া সার্দ্ধং লক্ষ্মণেন ধনুষ্মতা ॥৪৬॥**
**গোপায়োপাসকাঃ সর্ব্বে দণ্ডকারণ্যবাসিনঃ ।**
**ধ্যায়ন্তঃ সততং মাং বৈ রাসার্থং ধ্যানতৎপরাঃ ॥৪৭॥**

---

উবীহুনা, নখোয়না ব্রজধামদা গোপী ওইনা পোকনি, মতমত্তুদা অনীংবত্থু থুংগনি, অসুম্না মখোয়হুদা পুক্নিংনা বর পীবিখি ।।৪২।।

সীতা অমদি তেঙ্গোন খিবিক্কা লোইননা শ্রীরাম লেংলক্লে হায়বা তাবদা, অযোধ্যা নগরদা লৈবী নুপীশিংনা য়েংনীংবদগী মহৈ-মহৈ চেম্বোক্লরকখি ।।৪৩।।

শ্রীরাম উরগা মহৈ মহৈ প্রেমনা শুমহৎখিহুনা, অঙকপগা লোয়ননা জ্ঞান তাখিদে (রাম্থখি) মখোয় পুন্নমক অহুনা শ্রীরামবু মপুরোইবা ওইনা ফংজনীংবদগী সরযূ তীর্থদা চৎতুনা অকনবা তপ অমদি ব্রত তৌখি ॥৪৪॥

মতমত্তুদা আতিয়াথক্তা খোল্লাও (আকাশবাণী) অমনা তাহনখি, নখোয় পুন্নমক দ্বাপর যুগকী মমৈদা, কালিন্দী (যমুনা) মপান্দা বৃন্দাবন্দা নখোয়গী নীংলিবত্থু থুংগনি হায়বসিদা চিংনরুগনু ।।৪৫।।

মপাগী য়াথং ফংলবা রামনা দণ্ডকারণ্য কৌবা বন্দা চৎখি, অমসুং মতমত্তুদা লীরুং পায়বা অথোইবা মনাও লক্ষ্মণ অমদি সীতাগা লোইননা বন্দুদা কোইচৎ চৎখি ।।৪৬।।

দণ্ডকারন্য কৌবা বন্দুদা লৈবা, গোপালকৃষ্ণ নীংবা অয়াম্বা মুণিশিংনা, রাস লীলাবু য়াওজবা ফংনবগীদমক নীংজরিবা কাংবু অহুনা

যেষামাশ্রমমাসাদ্য ধনুর্ব্বাণধরো যুবা।
তেষাং ধ্যানে গতো রামো জটামুকুটমণ্ডিতঃ ॥৪৮॥
অন্যাকৃতিং তে তং বীক্ষ্য পরং বিস্মিতমানসাঃ।
ধ্যানাদুত্থায় দদৃশুঃ কোটিকন্দর্প সন্নিভম্ ॥৪৯॥
উচুস্তে যস্তু গোপালো বংশীবেত্রৈ বিনা প্রভুঃ।
ইত্থং বিচার্য্য মনসা নেমুশ্চক্রুঃ স্তুতিং পরাম্ ॥৫০॥
বরং বৃণীত মুনয়ঃ শ্রীরামস্তানুবাচ হ।
যথা সিতা তথা সর্ব্বে ভূয়াস্ম ইতি বাদিনঃ ॥৫১॥
শ্রীরাম উবাচ :—
যথাহি লক্ষ্মণো ভ্রাতা তথা প্রার্থ্যো বরো যদি।
অ.দ্যব সফলো ভাব্যো ভবদ্ভির্মৎপ্রসঙ্গতঃ ॥৫২॥

---

লেপ্পমক ঐতবু অরেপ্পা লৈতনা ধ্যান (নিংববু) তৌখি ।।৪৭।।

মখোয়গী লৈফম (আশ্রম) অতুদা শ্রীরামনা লেংলক্লবদা কোকথক্তা জটানা লুহপ ওইনা লৈতেংবা, ম. ফং তেন্দোং পায়বা নহা ওইবা খোকপু, মখোয়না নীংজরিবা মতুদা লাকপা ওইনা মখোয়না উখি ।।৪৮।।

মখোয়না গোপাল কৃষ্ণগী অতোপ্পা মশক মওং ওইবা শ্রীরামবু উবগা থোইদোক্না ঙকখি, নাংলম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা কাম কোটিগী মচালগুম ঙানবা ওইনা উখি ।।৪৯।।

মখোয় পুম্নমক্না মহৈ মহৈ হায়খি (খন্নখি) অতুগুম্বা শ্রীগোপালদেব ইবুঙোনা বংশী অমদি শনশেনচৈ থাদোক্লুনা লেংবীরক্লবনি, অসুম্না পুক্নিংদা খন্দুনা খুকমজখি অমসুং থোইদোক্না লৈশি লৈথোঞ্জখি ॥৫০॥

শ্রীরামনা মুণিশিং অতুদা, হে মুণিশা নখোয়না অপাম্বা বর নিজরো হাযবিখি, মতুদা মুণি পুম্নমক্না সাতা দেবীনা থৌগল্লিবা অতুগুম্বা ঐখোয় পুম্নমকসু ইবুঙোগী থৌগল ফংহনবীয়ু হায়জখি ॥৫১॥

শ্রীরামনা হায়খি :—

ঐগী ইনাওনুপা লক্ষ্মণগী মশক্কুম্বা ওইনীংলবদি বর নিরো, ঐগী থৌজান্দগী মতু ঙসিমক পাংথোকপা য়াগনি ।৫২॥

সীতোপমেয়ুবাক্যেন দুর্ঘটো দুর্লভো বরঃ।
একপত্নীব্রতোঽহং বৈ মর্য্যাদাপুরুষোত্তমঃ ॥৫৩॥
তস্মাত্তু মদ্বরেণাপি দ্বাপরান্তে ভবিষ্যথ।
মনোরথং করিষ্যামি ভবতাং বাঞ্ছিতং পরম্ ॥৫৪॥
ইতি দত্ত্বা বরং রামস্ততঃ পঞ্চবটীং গতঃ।
পর্ণশালাং সমাসাদ্য বনবাসং চকার হ ॥৫৫॥
তদ্দর্শনস্মররুজঃ পুলিন্দ্যঃ প্রেমবিহ্বলাঃ।
শ্রীমৎপাদরজো ধৃত্বা প্রাণাংস্ত্যক্তুং সমুদ্যতাঃ ॥৫৬॥
ব্রহ্মচারিবপুর্ভূত্বা রামস্তত্র সমাগতঃ।
উবাচ প্রাণসন্ত্যাগং মা কুরুত স্ত্রিয়ো বৃথা ॥৫৭॥

---

মতু নত্তনা সীতাগা মান্নবা পাম্বা হায়বা রাহৈসিগী মতুংইন্না বর পীবদি ওইথোক্কবা ফংঙমদবা হায়বত্থু ওইগনি মরমদি ঐনা পুরুষোত্তম (নিপা অথোইবা) হায়বা অবতারগী মগুণ ঙাকপা ওইনা ঐদি নুপী অমদগী হেন্নবা হায়বা ব্রতসিবু ঙাক্না চৎলিবনি ।।৫৩।।

মরম অসি লৈত্থনদ্বু ঐগী বরদগী দ্বাপর কৌবা যুগকী মমৈদা নখোয়না ঐগী চান্নবীগী মশক ওইনা পোক্লগনি, মতম অত্থুদা নখোয়গী নপুক্কিংদা নীংঙিবশিংত্থু থুংলগনি ।।৫৪।।

বর অসি পীরবা মতুংদা রামনা পঞ্চবটি বন্দা চৎখি, পঞ্চবটি বন য়োরগা উনানা লৈনবা য়ুম্ শারগা মত্থুদা লৈত্থনা বন্দা লৈবা (বনবাস) হায়বত্থু ওইখি ।।৫৫।।

নোংমদি পুলিন্দ কৌবা জাতি অতোনবগী নুপীশিংনা শ্রীরামবু উরুবদা অপাম-নুংশিগী প্রেম্না ঙাওরত্থুনা শ্রীরামগী খুয়া উফুল লৌরগা মকোকথক্তা হাপচরগা মথন্নায় থাগদবগী থৌরাং তৌরকখি ।।৫৬।।

গৃহব্রহ্মচারীগী হকচাং ফিজেৎ পুরিবা শ্রীরামনা পুলিন্দ জাতিগী নুপীশিংনা লৈরিবা মফমত্থুদা লেংলক্লগা তাকপীখি, হে নুপীশা অরেম্বা নখোয়গী থবায় থাদোকপা তৌগন্থু ।।৫৭

বৃন্দাবনে দ্বাপরান্তে ভবিতা যো মনোরথঃ।
ইত্যুক্ত্বা ব্রহ্মচারী তু তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥৫৮॥
অথ রামো বানরেন্দ্রৈ রাবণাদীন্ নিশাচরান্।
জিত্বা লঙ্কামেত্য সীতাং পুষ্পকেণ পুরীং যযৌ ॥৫৯॥
সীতাং তত্যাজ রাজেন্দ্রো বনে লোকাপবাদতঃ।
অহো সতামপি ভুবি ভবনং ভূরিদুঃখদম্ ॥৬০॥
যদা যদাকরোদ্ যজ্ঞং রামো রাজীবলোচনঃ।
তদা তদা স্বর্ণময়ীং সীতাং কৃত্বা বিধানতঃ ॥৬১॥
যজ্ঞসীতাসমূহোঽভূন্মন্দিরে রাঘবস্য চ
তাশ্চৈতন্যঘনা ভূত্বা রন্তুং রামং সমাগতাঃ ॥৬২॥

---

দ্বাপর কৌবা যুগকী মমৈদা বৃন্দাবন্দা নখোয়গী নপুক্লিংগী অনীংবহু ্ংগনি, অসুম্না ব্রহ্মচারীগী ফিজেং শেৎলবা রামনা নিংথিনা হায়বীরম্নগা ফেমহুদগী খণ্ডৌদনা মাণ্ডখি ।।৫৮।।

অসিগী তুংদা শ্রীরামনা লঙ্কাপুর য়োৌরক্লনা, য়োং নিংথৌনচিংবগী াতেংনা (পাইনা) রাবম্নচিংবা হিংচা-য়াইতম্বশিংবু ভম্নগা পুষ্পক কৌবা ্লাইদা সীতাগা লোয়ননা অযোধ্যাপুরদা চৎখি ।।৫৯।

অতুগী তুংদা প্রজা মীয়াম্না ঙাংনকপদগী নিংথৌরেল রামচন্দ্রনা ীতাবু বন্দা থাখি, ওম্মোকপনি পৃথিবীসিদা পোক্লরবদা লমচৎ-শাজৎ ্জবা (সাধু ওইবা) মীশিংনা খাংঙমদ্রবা অরাববু ওইনৈ ।।৬০।।

মিৎম্না থম্বাল মানবা রামনা মতম মতমহুদা যজ্ঞ কয়া তৌখিবহুদা ্বক পাংথোক্লবগীদমক সনানা সীতাগী মুত্তি শাহুনা মহারাণীগী মশক ওইনা থবক পাংথোকখি ॥৬১॥

শ্রীরামগী মন্দিরদা সনানা শাবা যজ্ঞসীতা ময়াম লৈরিবহুনা থাক্সে-শংনা জ্ঞান লৈবা, থরাই পানবা, অহিংবা মতৌনা প্রেমল্লিংলা ামনীংবদগী শ্রীরামগী নাক্তা লাকখি ।।৬২।।

তা আহ রাঘবেশেন্দ্রো নাহং গৃহ্নামি হে স্ত্রিয়াঃ।
তদোচুস্তাঃ প্রেমময়াঃ রামং দশরথাত্মজম্‌ ॥৬৩॥
কথং চাস্মান্ন গৃহ্নাসি ভজন্তীর্মৈথিলীঃ সতীঃ
অর্দ্ধাঙ্গীর্যজ্ঞকালেষু সততং কার্য্যসাধিণীঃ ॥৬৪॥
ধর্ম্মিষ্ঠত্বং শ্রুতিধরোঽধর্ম্মবত্তাম্বসে কথম্‌।
করং গৃহীত্বা ত্যজসি ততঃ পাপমবাপ্স্যসি ॥৬৫॥

শ্রীরাম উবাচ ঃ—

সমীচীনং বচঃ সত্যো যুষ্মাভির্গদিতং চ য়ে।
একপত্নী ব্রতোঽহং হি রাজর্ষিঃ সীতয়ৈকয়া ॥৬৬॥
তস্মাদ্‌ যূয়ং দ্বাপরান্তে পুণ্যে বৃন্দাবনে বনে।
ভবিষ্যথ করিষ্যামি যুষ্মাকং তু মনোরথম্‌ ॥৬৭॥

---

মতমহুদা রঘু সাগৈগী মবুঙো রামনা হে চাননবীশা ঐনা নখোয় লৌশিনবা ঙমলোই, অসুম্না তাকপিরবদা নুংশিবা প্রেমদা তাওরবী যজ্ঞসীতাশিংনা দশরথগী মচানুপা রামদা হাজরকখি ॥৬৩॥

ঐখোয়সু মিথিলা লৈবাক্তা লৈরবী, নহাকপু নীংজরিবী ইবুং নংগী হকচাং তশ্বাই ওইহনা যজ্ঞগী মতমদা লেপ্নমক যজ্ঞগী থবক পাং থোকখবী সতী ঐখোয়বু করম্না লৌশিনবীরোইদগে ॥৬৪॥

ধর্ম্মগী মশক ওইবা নংনি, বেদগী ৱায়েল কায়দনা চৎলিবা নহাক ধর্ম্ম লৈতবগুম্না করম্না তাকপীবগে, যজ্ঞগী মতমদা ইখুৎ পায়বীরগ (লুহোংবগী খুৎ শন্নবগুম) করম থাদোকপীবনো, মসিবু পাপ ওই রোইদ্রা ॥৬৫॥

শ্রীরামনা হায়খি ঃ— হে সতীশা নখোয়না ঐঙোন্দা হায়খ্রিব পুম্নমক অহু অচুম্বনি অহুবু রাম কৌবা ঐনদি সীতা অমতংতগা লোয়ন (মুপী অমদগী হেন্দবা) হায়বা ৱাশক অহু ভাকপা ক্ষত্রীয় শাষ্টদা পোক ঋষি অমা ওইগে নিংঙ্গে ॥৬৬॥

মরম অসিদগী নখোয়না দ্বাপর যুগকি মমৈদা পুন্যগী মফম ওই

শ্রীভগবানুবাচ :—

তা ব্রজেঽপি ভবিষ্যন্তি যজ্ঞসীতাশ্চ গোপিকাঃ।
অন্যাসাঞ্চৈব গোপীনাং লক্ষণং শৃণু তদ্বিধে ॥৬৮॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গ সংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে ভগবদ্‌-ব্রহ্মসংবাদে
উদ্যোগপ্রবর্ণনং নাম চতুর্থোঽধ্যায়ঃ॥

* * *

## পঞ্চম্ অধ্যায়ঃ

শ্রীভবানুবাচ :—

রমা বৈকুণ্ঠবাসিন্যঃ শেতদ্বীপসখীজনাঃ।
উর্দ্ধবৈকুণ্ঠবাসিন্যস্তথাজিতপদাশ্রিতা ॥১॥

---

বৃন্দাবন কৌবা বন্দা গোপী ওইনা পোক্ৰগানি, মতমত্থদা নখোইগী নপুক-
নিংগী অনিংবত্থ ঐনা থুংহনগনি ।।৬৭।।

শ্রীভগবান্না হায়খি :—

হে ব্রহ্মা, মতৌ অসুম্না যজ্ঞসীতাশিংনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা গোপী ওই-
রক্কদবীশিংগী মওং মতৌবুস্ত নং তারো ।।৬৮।।

মতাং অসিদা গর্গাচার্য্যগী ৱারীদা গোলোকখণ্ডগী শরুক্তা ভগবানগা
ব্রহ্মাগা ঙাংনবা গোপী ওইবগী থোৱাং হায়না কৌবা মরিগুবা অধ্যায়
লোইরে ।।

* * *

### পঞ্চম অধ্যায়ঃ

শ্রীভগবান্না হায়খি :—

বৈকুণ্ঠদা লৈবী লক্ষ্মী, শ্বেতদ্বীপ্তা লৈবী সখীশিং, অমাংবা বৈকুণ্ঠ (উর্দ্ধবৈকণ্ঠ)
দা লৈবী মায়থীবা লৈত্রবী খিবিক, লোকাচল :কৌবা নক্ষত্রদা লৈবীশিং

শ্রীলোকাচলবাসিন্যঃ শ্রীসখ্যোঽপি সমুদ্রজাঃ।
তা গোপ্যোঽপি ভবিষ্যন্তি লক্ষ্মীপতিবরাদ্ ব্রজে ॥২॥
কাশ্চিদ্দিব্যা অদিব্যাশ্চ তথা ত্রিগুণবৃত্তয়ঃ।
ভূমিগোপ্যো ভবিষ্যন্তি পুণ্যৈর্নানাবিধৈঃ কৃতৈঃ ॥৩॥
যজ্ঞাবতারং রুচিরং রুচিপুত্রং দিবস্পতিম্।
মোহিতাঃ প্রীতিভাবেন বীক্ষ্য দেবজনাস্ত্রিয়ঃ ॥৪॥
তাশ্চ দেবলবাক্যেন তপস্তেপুর্হিমাচলে।
ভক্ত্যা পরময়া তা মে গোপ্যো ভাব্যা ব্রজে বিধে ॥৫॥
অন্তর্হিতে ভগবতি দেবে ধন্বন্তরৌ ভুবি।
ওষধ্যো দুঃখমাপন্না নিস্ফলা ভারতেঽভবন্ ॥৬॥

---

সমুদ্রদা পোকপী লক্ষমীগী সখিশিংসু, লক্ষ্মীগী মবুঙো শ্রীনরায়নগী বরদগা হায়থ্রিবশিং অসি পুম্নমক্না ব্রজবৃন্দাবন্দা গোপী ওইনা পোক্লগনি ॥১॥২॥

কনাগুম্বীনা মক্ত্রবা হকচাং হায়বদি দিব্যদেহ ওইবা, (পঞ্চভূতকী দেহ নত্তবা চিন্ময় দেহ ওইবা) কনাগুম্বীনা মীওইবগী হকচাং (পঞ্চভূতকী হকচাং) ওইবা, কনাগুম্বীনা গুন অহুম্না (সত্ত্ব, রজ, তম কৌবা গুন্না) তিনবা, মানা মানা তৌজরকপা মখল মখা য়াম্লবা পুন্যগী ফলনা পৃথিবীদা গোপী ওইনা পোক্লগনি ॥৩॥

লাইরৈবাক্কী মপুওইবা, পুকনিং হুনা ফজবা রুচিমুনিগী মচা যজ্ঞ কৌহুনা অবতার তৌবা মপোকপু লাইনুপীশিংনা উরগা নুংশিবা প্রেমগী ভাবনা সুমহৎখি ॥৪॥

হে বিধি ব্রহ্মা, দেবল মুনিনা তাকপিবা য়াথংদগী হিমালয় কৌবা চীংদা চত্তুনা অথোইবা ভক্তিগা লোয়ননা তপ তৌখিবীশিংচুসু মৈগী ব্রজধামদা গোপীকা ওইনা পোক্লগনি ॥৫॥

পুম্নমক খংবা, লাই ওইবা, ভগবান ধন্বন্তরিনা পৃথিবীবু থাদোক্লনা মাংখ্রবদা অরাবা কংলবা (মতিক মগুন য়াওদ্রবা) হিদাক লাংথক্না

সিদ্ধার্থং তাস্তপস্তেপুঃ স্ত্রিয়োভূত্বা মনোহরাঃ।
চতুর্যুগে ব্যতীতে তু প্রসন্নোহভূদ্ধরিঃ পরম্ ॥৭॥
বরং বৃণীত চেৎ যুক্তং শ্রুত্বা সার্ধো মহাবনে।
তং দৃষ্ট্বা মোহমাপন্না উচুর্হর্তা ভবাব্রনঃ ॥৮॥

শ্রীহরিরুবাচ ঃ—

বৃন্দাবনে দ্বাপরান্তে লতা ভূত্বা মনোহরাঃ।
ভবিষ্যথ স্ত্রিয়ো রাসে করিষ্যামি বচস্তব বঃ ॥৯॥

শ্রীভগবানুবাচ ঃ—

ভক্তিভাবসমাযুক্তা ভূরিভাগ্যা বরাঙ্গনাঃ।
লতাগোপ্যো ভবিষ্যন্তি বৃন্দারণ্যে পিতামহ ॥১০॥

---

মশীংশিংনা ভারত কৌবা মফমদা কাম্নদ্রবা অরেম্না মগুন নৈতবা পোৎশক ওইখি ॥৬॥

কাম্নদ্রবা হিদাক-লাংথক, মনা-মশীংনা অমুকহন্না মতিক মগুন নৈনবগী থবক অদু পাংথোক্লবগীদমক, পুকনিংহন্না ফজরবী নুপীশিংগী মশক লৌদুনা অকনবা তপ তৌখি, অদুম্না যুগ মরি হৌরবা তুংদা শ্রীহরিনা মখোইবু পেনবীখি ॥৭॥

হিমালয়গী অচৌবা বন মনুংদা শ্রীহরিনা লেংলক্লুনা "বর নিজরো" হায়বা ৱাহৈসি তাবদা নুপীশিংদুনা মবুঙোবু হেক উজবদা অঙকপা অমদি শুমহৎখিবনা, "ঐখোইগী ইপুরো ইবা ওইবীয়ু" হায়জখি ॥৮॥

হিদাক লাংথক, মনা-মশীংনা ওইবী হে নুপীশা, দ্বাপর যুগকি মমৈদা ঐগী বৃন্দাবন্দা পুক্লিংহুনা ফজরবী উরী-ৱারী ওইনা নখোইনা হৌগনি, মতমদুদা ঐনা শান্নবদা নখোইগী ৱাহৈবু ভাক্লুনা নুনিং থুংজবা ওইয়ু ॥৯॥

শ্রীভগবানা হায়রখি ঃ—

হে পিতামহ ব্রহ্মা অখোইবা ভক্তি ভাবনা, নুংশিবা ৱাখল্লা তিন্নবী লাইবক ফরবী, উরী-ৱারীশিংনা ওইবী নুপীশিংদুনা ঐগী বৃন্দাবন্দা

জালন্ধর্য্যশ্চ যা নার্য্যো বীক্ষ্য বৃন্দাপতিং হরিম্ ।
উচুর্ব্বারং হরিঃ সাক্ষাদস্মাকং তু বরো ভবেৎ ॥১১॥
আকাশবাগভূত্তাসাং ভজতাশু রমাপতিম্
যথা বৃন্দা তথা যূয়ং বৃন্দাবনে ভবিষ্যথ ॥১২॥
সমুদ্রকন্যাঃ শ্রীমৎস্যং হরিং দৃষ্ট্বা চ মোহিতাঃ ।
তাহি গোপ্যো ভবিষ্যন্তি শ্রীমৎস্যস্য বরান্ ব্রজে ॥১৩॥
আসীদ্রাজা পৃথুঃ সাক্ষান্মমাংশশ্চ ত্রিবিক্রমঃ ।
জিত্বা শক্রন্ নৃপাগ্র্যো ধরাং কামান্ দুদোহ হ ॥১৪॥
বর্হিষ্মতীভবস্তত্র পৃথুং দৃষ্ট্বা পুরস্ত্রিয়ঃ ।
অত্রেঃ সমীপমাগত্য তা উচুর্মোহবিহ্বলাঃ ॥১৫॥

---

উরী-বারীগী মশক ওইবী গোপীকাশিং ওইনা পোক্লরগনি ।।১০।।

ঙা ফাবা তুম, ব্যাধ (শাদানবা) নচিংবগী নুপীশিংনসু শ্রীবৃন্দাবনগী মপুওইবা শ্রীহরিবু উরগা, অসিগুম্বা শ্রীহরি অসিমকনা থাংগৈশেংনমক ঐখোইগী বর (ইপুরোইবা) ওইবীশনু হায়খি ॥১১॥

মতমদুদা আতিয়াদগী য়াঙং (খোলাও) অমনা লাওথরকখি, হে নুপীশা নখোইনা থুনমক লক্ষ্মীগী মবুঙোবু নিংজো, বৃন্দাবন্দা বৃন্দাদেবীনা ওইরিবা অদুগুম্না নখোইসু বৃন্দাবন্দা গোপী ওইনা পোক্লক্কনি ॥১২॥

সমুদ্র নিংথৌগী মচানুপী কন্যাশিংনা ঙাগী মশক ওইবা (মৎস্য অবতার ভগবান) শ্রীহরিবু উরগা ঙকখ্রবী ওইখি, ঙাগী মশক ওইবা শ্রীহরিনসু মখোইদা বর পীবিখিবনা ব্রজধামদা গোপী ওইনা পোক্লক্কনি ।।১৩।।

থুক্কন—পাঙ্গনবা অমসুং মথৌনা লৈবা, ঐগী অংশনা ওইবা পৃথু কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই, মানা য়েক্লবশিংবু ঙমদুনা মীওইবগী হিংবদা চংবা অপাম্বা পোৎশিংবু পৃথ্বীগী গর্ভদগী পুথোকখি ।।১৪।।

মাহিস্মতী কৌবা লৈবাকী কোন্নুংদা লৈবী নুপীশিংনা পৃথুবু উরগা অপাম্বনা লাংতক্লরবী ওইদুনা, অত্রি-মুনিগী নাক্তা লাক্লুনা মখোইগী অনিংবদু অত্রি মুনিদা হায়জখি ॥১৫॥

অয়ন্তু রাজরাজেন্দ্রঃ পৃথুঃ পৃথুপরাক্রমঃ।
কথং বরো ভবেদ্যো বৈ তজ্জ্বদ ত্বং মহামুনে ॥১৬॥

অত্রিরুবাচঃ—

গৌরেষাহং কুরুক্ষেত্রপ্রদা পৃথ্বীয়ং ধারণাময়ী।
সর্ব্বং দাস্যতি বো দুর্গং মনোরথমহার্ণবম্ ॥১৭॥
মনোরথং প্রপূরয়েন্নঃপাত্রেণ তাশ্চ গাম্।
তস্মাদ্গোপ্যো ভবিষ্যন্তি বৃন্দারণ্যে পিতামহ ॥১৮॥
কামসেনা মোহনার্থং দিব্যা অপ্সরসো বরাঃ।
নারায়ণস্য সহসা বভূবুর্গন্ধমাদনে ॥১৯॥

---

হে অত্রি কৌবা অথোইবা মুনি, মপু ওইবগী মতীক মথৌনা লৈবা পাঙ্গনবা, নিংথৌশিংগীসু নিংথৌ ওইবা, অসিগুম্বা পৃথু কৌবা নিংথৌ অসিনা ঐথোইগী বর (ইপুরোইবা) ওইববু কমদৌনা ফংগদগে হায়বীয়ু ।।১৬।।

অত্রি মুনিনা হায়খি :—

অসিগুম্বী পৃথিবী অসিনা পোৎ পুম্নমক্কী তুংনকম ওইহনা পুরিবীনি, অদুনা ঙসিমক থুনা নখোই পুম্নমকনা পৃথিবীবু শঙ্গোম শুম্বু তৌরো, নখোই পুম্নমক্কী লাকঙমত্রবা নপুকনিং সমুদ্রবু মহাক্কা পীবিরক্কনি ।।১৭।।

হে পিতামহ ব্রহ্মা, মুনিগী রা তারগা পুকনিংগী মশক ওইবা পাত্রদা মপুকনিংনা নিংবা থুংনবগীদমক, শনবীগী মশক ওইরবী প্ৰথিবীদগী শঙ্গোম শুমখি (অপাম অপাম্বা পোৎ ময়াম্বু পুথোকখি) মতুনা মরম ওইহনা মখোয়না বৃন্দাবন্দা গোপী ওইনা পোক্লক্কনি ।।১৮।।

কাম কৌবা লাইগী তেঙ্গোল ওইরবী, ফজরবী, মশেক মঙাম্না তিল্লবী লাইগী জগোইশাবীশিংনা শ্রীনারায়নবু শুমহৎনবগীদমক (মপুরোইবা ওইনা ফংনবগীদমক) গন্ধমাদন কৌবা চীংদা থুনমক চংখি ।।১৯।।

লাইনিংবদা সিদ্ধি ফংলবা নারায়ণ কৌবা মুনিনা হায়বীখি শ্রীনারায়ণবু নপুরোইবা ওইনা ফংনিংলবী নখোইনা, নপুকনিংগী নিংজরিবা

ভর্তৃকামাশ্চ তা অহং সিন্ধো নারায়ণস্য মুনিঃ।
মন্বন্তরাণ্যে বো ভবিষ্যা ব্রজে গোপ্যো ভবিষ্যথ ॥২০॥
স্ত্রিয়ঃ সুতলবাসিন্যো বামনং বীক্ষ্য মোহিতাঃ।
তপস্তপ্ত্বা ভবিষ্যন্তি গোপ্যো বৃন্দাবনে বিধে ॥২১॥
নাগেন্দ্রকন্যা যাঃ শেষং তেজুর্ভক্ত্যা ধরেচ্ছয়া।
সঙ্কর্ষণস্য রাসার্থং ভবিষ্যন্তি ব্রজে চ তাঃ ॥২২॥
কশ্যপো বসুদেবশ্চ দেবকী চাদিতিঃ পরা।
শূরঃ প্রাণো ধ্রুবঃ সোঽপি দেবকোঽবতরিষ্যতি ॥২৩॥
বসুশ্চৈবোদ্ধবঃ সাক্ষাদ্দক্ষোঽক্রূরো দয়াপরঃ।
হৃদীকো ধনদশ্চৈব কৃতবর্মা যুপাম্পতিঃ ॥২৪॥
গদঃ প্রাচীনবর্হিশ্চ মরুতো হ্যগ্রসেন উৎ।
তস্য রক্ষাং করিষ্যামি রাজ্যং দত্ত্বা বিধানতঃ ॥২৫॥

---

খিবিক অতুমক ব্রজবৃন্দাবন্দা গোপী ওইনা পোক্লগা ফংগনি ॥২০॥

হে বিধি ব্রহ্মা, লৈখাদা লৈবা সুতল কোবা মফমদা লৈবী নুপীশিংনা শ্রীবামনদেববু উরগা শুমহুৎখিবদগী, মখোয়না অকনবা তপ তৌরগা ব্রজবৃন্দাবন্দা গোপী ওইনা পোক্লখিগনি ॥২১॥

লিন নিংথৌগী মচানুপীশিংনা শেষ (অনন্ত) ভগবানবু মপুরোইবা ওইজনিংদুনা ভক্তিগা লোইননা নিজেখিবীশিংনা বলদেবগী রাসলীলা শান্নবগীদমক ব্রজদা গোপী ওইনা পোক্লগনি ॥২২॥

কশ্যপ মুনিনা বসুদেব কৌদুনা, নুপী অথোইবী অদিতি কৌবা কশ্যপকি নুপীনা দেবকী কৌদুনা, জীবগী প্রাইগী মশক ওইবা মুংশিংনা শূরসেন, ভক্ত অথোইবা ধ্রুবনা দেবক ওইনা অবতার তৌগনি ॥২৩॥

বসুনা উদ্ধব ওইনা, দক্ষপ্রজাপতিনা চানবীহৈবা অক্রূর, কুবের কৌবা মাইনা শ্রীকৃষ্ণগী মচাইবুঙো হৃদীক, ঈশিংগী মাই বরুণ কৌবা কৃতবর্মা ওইরকনি ॥২৪॥

প্রাচীনবর্হিনা শ্রী কৃষ্ণগী মচা ওইনা গাদ কৌদুনা, মরুত কৌ

**যুযুধানশ্চাম্বরীষঃ প্রহলাদঃ সাত্যকিস্তথা ।**
**ক্ষীরাব্ধিঃ শন্তনুঃ সাক্ষাদ্ভীষ্ম দ্রোণো বসুত্তমঃ ॥২৬॥**
**শল্যশ্চৈব দিবোদাসো ধৃতরাষ্ট্রো ভগো রবিঃ ।**
**পাণ্ডুঃ পুষা সতাং শ্রেষ্ঠো ধর্ম্মোরাজা যুধিষ্ঠিরঃ ॥২৭॥**
**ভীমো বায়ুর্বলিষ্ঠশ্চ মনুঃ স্বায়ম্ভুবোঽর্জ্জুনঃ ।**
**শতরূপা সুভদ্রা চ সবিতা কর্ণ এব হি ॥২৮॥**
**নকুলঃ সহদেবশ্চ স্মৃতৌ দ্বাবশ্বিনীসুতৌ ।**
**ধাতা বাহ্লীকবীরশ্চ বহ্নির্দ্রোণঃ প্রতাপবান্ ॥২৯॥**
**দুর্য্যোধনঃ কলেরংশোঽভিমন্যুঃ সোম এব চ ।**
**দ্রৌণিঃ সাক্ষাচ্ছিবস্যাপি রূপং ভুমৌ ভবিষ্যতি ॥৩০॥**

---

নুংশিংনা মতীক চাওবা উগ্রসেন কৌহুনা, রায়েল থৌদা মতুংইন্না, মাগী মাগী রাজ্য পীহুনা (লৈবাক্কচিংবা পীহুনা) ঐনা মখোইবু ভাক্কনি ।।২৫।।

অম্বরীষ নিংথৌনা যুযুধান কৌহুনা, ভক্ত প্রহ্লাদনা সাত্যকি ওইনা, সমুদ্র নিংথৌনা শন্তনু কৌহুনা, অথোইবা দ্রোণ কৌবা বসুনা তশেংনমক ভিষ্ম ওইনা পোক্লগনি ।।২৬।।

দিবোদাস কৌবা নিংথৌনা শৈল্য, ভগ কৌবা লাইনা পাণ্ডু নিংথৌ, ধর্ম্ম (যম) কৌবা লাইনা সাধুশিংগী মহুংদা অথোইবা নিংথৌ যুধিষ্ঠির ওইনা পোক্লক্কনি ॥২৭॥

পাঙ্গল্লবা নুংশিৎ কৌবা লাইনা ভাম ওইহুনা, স্বায়ম্ভুব মনুনা অর্জ্জুন স্বায়ম্ভুব মনুগী নুপী শতরূপানা সুভদ্রা, নুমিৎ কৌবা লাইনা বৈকর্ত্তন কর্ন ওইনা পোক্লক্কনি ।।২৮।।

অশ্বিনিকুমার কৌবা লাই অনিনা নফুল সহদেব কৌহুনা, ব্রহ্মানা পাঙ্গল কল্লবা বাহ্লীক, মৈ কৌবা লাইনা মতীক মঙাল চাওরবা দ্রোন গুরু ওইনা পোক্লক্কনি ।২৯॥

কলি কৌবা লাইগী অংশনা দুর্য্যোধন নিংথৌ ওইনা, চন্দ্রদেব (থা)

ইত্থং যদোঃ কৌরব্য মন্বোষাং ভূভুজাং নৃণাম্ ।
কুলে কলে চ ভবতঃ স্বাংশো স্ত্রীভির্মদাজ্ঞয়া ॥৩১॥
যে ধরাবতারা যে পর্ব্বং তেষাং রাজ্ঞ্যো রমাংশকাঃ ।
ভবিষ্যা রাজরাজ্ঞীষু সহস্রাণি চ ষোড়শ ॥৩২॥
শ্রীনারদ উবাচ :—
ইত্যুক্ত্বা শ্রীহরিস্তত্র ব্রহ্মাণং কমলাসনন্ ।
দিব্যরূপ্যাং ভগবতীং যোগমায়ামুবাচ হ ॥৩৩॥
শ্রীভগবানুবাচ :—
দেবক্যাঃ সপ্তমং গর্ভং স্যাকৃষ্য মহামতে ।
বসুদেবস্য ভার্য্যায়াং কংসত্রাসভয়াৎ পুনঃ ॥৩৪॥

---

কৌবা লাইনা অভিমন্যু অমসুং তশেংবা মহাদেবগী শক্তিনা অশ্বথমা মশক লৌতুনা পৃথিবীদা ওইরক্নি ॥৩০॥

মতৌ অসুম তৌনা যদু শাগৈ অমদি কৌরব শাগৈদা অ: অতোপ্পা মীওইবা নিংথৌশিংনসু ব্রহ্মা নহাক্কী খুৎশেমদা শাগৈ অদু ঐগী য়াথং মতুংইন্না মা-মাগী অংশনা নুপা নুপী লোইননা পোক্লগনি ॥৩:

অহুম অতুম্না ঐগী অরতারগী মতমদা ওইখিবী নুপীশিংদু লক্ষ্মী অংশদগী খাইদোখিবী ভাক্তনি, অদু্গুম্বা নিংথৌ মহারাণীশিং অতুপ্পী মর্শ লিশীং তরাতরুক্নি ॥৩২॥

নারদনা হায়খি :— থম্বালনা পোক্লফম ওইবা ব্রহ্মাদা শ্রীহরি অসুম্না হায়ব্বিরগা; মতীক মঙাল চাওরবী ভগবতি যোগমায়াদা অসু হায়বীখি ॥৩৩॥

শ্রীভগবান্না হায় :—

হে পুকচেল চাওরবী, কংসগী অকিবা কোক্লবগীদমক দেবকী গর্ভদা লৈরীবা তরেৎশুবা গর্ভবু চিংথোক্লগা বসুদেবগী মুপীদা (নন্দ- নাক্তা লৈবী রোহিণীদা) হাপ্পুরো ॥৩৪॥

ব্রজ বৃন্দাবন্দা নন্দনিংথৌগী নাক্তা লৈবী রোহিণীগী গর্ভদা নং

নন্দব্রজে স্থিতাস্মাক রোহিণ্যাং সমীরেশ্বর।
নন্দপত্ন্যাং ভবস্ত্বং বৈ বৃন্দেদং কর্মা চাদ্ভুতম্ ॥৩৫॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

শ্রুত্বা ব্রহ্মা দেবগণেনত্বা কৃষ্ণং পরাৎপরম্।
ভূমিমাশ্বাস্য বাণীভিঃ স্বধাম চ সমাযয়ৌ ॥৩৬॥
পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণং বিদ্ধি মৈথিল।
কংসাদীনাং বধার্থায় প্রাপ্তোঽয়ং ভূমিমণ্ডলে ॥৩৭॥
রোমমাত্রতনৌ জিহ্বা ভবন্তীত্থং যদা নৃপ।
তদাপি শ্রীহরেস্তস্য বর্ণ্যন্তে ন গুণো মহান্ ॥৩৮॥
নভঃ পতন্তি বিহগা যথা হ্যাত্মসমং নৃপ।
তথা কৃষ্ণগতিং দিব্যাং বদন্তীহ বিপশ্চিতঃ ॥৩৯॥

---

হাপ্পুরো অমস্তং অস্নিগুম্না তৌঙমদবা অঙকপা থবক অসি তৌরম্নগা যশোদাগী গর্ভদা নংস্থ লেংমক পোক্লরো ॥৩৫॥

নারদনা হায়খি ঃ— ব্রহ্মানা রাফমসি তারগা লাইযাম পুন্নমক্কা লাযননা, লাই পুন্নক্তগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুম্নগা নিংথিজরবা রাহৈনা পৃথিবীবু থাগৎলহনা (থেমজিন্দুনা) মাগী লৈফমদা চংখি ॥৩৬॥

হে মিথিলাগী নিংথৌ বহুলাশ্ব, শ্রীকৃষ্ণ অসি থাংগৈমক শেংনা পরিপূর্ণতম ওইবা (অৱাৎপা লৈতরা মপুংফাবা শক্তিনা তিল্লরা) নি হায়না খংউ, কংসনচিংবা যক্তবশিংবু হাৎনবগীদমক পৃথিৱীশিদা ফংজৱনি ॥৩৭॥

হে নিংথৌ হকচাংদা হৌরিবা তুশিংগী মখোং চপ্প মাক্লরা লৈরেং ওইনস্থ শ্রীকৃষ্ণগী মতিক মগুণবু শীংথাবা ঙমগদবা লৈতে ॥৩৮॥

অতিয়াগী মকোয়দা উচেকশিংনা মশাগী শক্তিনা কোইশানা পাইবগুম পণ্ডিত কয়ানস্থ শ্রীকৃষ্ণগী গুণবু মতীক মঙালবু শকপি শোল্লি শীংথারি ॥৩৯॥

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী ৱারীদা গালোকখণ্ডগী মনুংদা ভগবানগা

ইতি শ্রীমদগার্গসংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে ভগবদ্‌ব্রহ্মসংবাদে ভগবদাগমোদ্যোগপূরণং নাম পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ ।

* * *

## ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ

শ্রীবহুলাশ্ব উবাচ ঃ—

কংসঃ কোঽয়ং পুরা দৈত্যো মহাবলপরাক্রমঃ ।
তস্য জন্মানি কর্ম্মাণি ব্রূহি দেবর্ষিসত্তম ॥১॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

সমুদ্রমথনে পূর্ব্বং কালনেমির্মহাসুরঃ ।
যুযুধে বিষ্ণুনা সার্দ্ধং যুদ্ধে তেন হতো বলাৎ ॥২॥

---

ব্রহ্মাগা ঙাংনবদা ভগবান্না পৃথিদা অবতার (লেংথরকপা) তৌবগী মরীদা থোর়াং মপুং কাহনবা কৌগা মঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

* * *

### ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ

শ্রীবহুলাশ্বনা হায়খি ঃ—

হে দেবর্ষি অথোইবা, মতীক মগুন লৈবা, খুৎকন-পাঙ্গনবা কংস হায়বসি কনানো, করম্বা মফমগী কোন্নুংদা (পুরদা) পানবা হিংচাবনো, মহাক্কী মপোক অমদি তৌখিবা থবক্কচিংবা অহু পুম্নমক ঐঙোন্দা হায়বীয়ু ॥১॥

শ্রীনারদনা হায়খি ঃ— মমাংঙৈদা সমুদ্র নৈবা মতমদা কালনেমী কৌবা কন-থোরবা অচৌবা হিংচাবা অমা থোক্লকখি, মহাক্কা বিষ্ণুগা লানবা তৌহনা লান শোক্লখি, বিষ্ণুগী পাঙ্গলনা হেন্দুনা লানফমগুদা মাবু হাৎখি ॥২॥

শুক্রেণ জীবিতস্তত্র সঞ্জীবিন্যা চ বিদ্যয়া।
পুনর্ব্বিষ্ণুং যোদ্ধুকাম উদ্যোগং মনসাকরোৎ ॥৩॥
তপস্তেপে তদা দৈত্যো মন্দরাচলসন্নিধৌ।
নিত্যং দূর্ব্বারসং পীত্বা ভজন্ দেবং পিতামহম্ ॥৪॥
দিব্যেষু শতবর্ষেষু ব্যতীতেষু পিতামহঃ।
অস্থিশেষং সবল্মীকং বরং ব্রুহীত্যুবাচ তম্ ॥৫॥

কালনেমিরুবাচ ঃ—

ব্রহ্মাণ্ডে যে স্থিতা দেবা বিষ্ণুমুলা মহাবলাঃ।
তেষাং হস্তৈর্ন মে মৃত্যুঃ পূর্ণানামপি মা ভবেৎ ॥৬॥

ব্রহ্মোবাচ ঃ—

দুর্লভোঽয়ং বরো দৈত্য যস্ত্বয়া প্রার্থিতঃ পরঃ।
কালান্তরে তে প্রাপ্তঃ স্যান্মদ্বাক্যং ন মৃষা ভবেৎ ॥৭॥

---

হিংচাবশিংগী গুরু শুক্রাচার্য্যনা সঞ্জিবনি কৌবা বিদ্যানা মাবু হিং-গৎহনখি, মাগী মপুরিংদা অমুক হন্না বিষ্ণুগা লোয়ননা লাল খেংনখিগে হায়না নিংহুনা থৌরাং তৌখি ।।৩।।

বিষ্ণুদগী মাইথীবা ফংলবা মতমদা, দিতিগী মচা হিংচাবা কালনেমিনা মন্দর চীংগী মনাক্তা চতনা নুমিৎ খুদিংগী তিংথৌ মহী শুমহুনা থক্লগা অকনবা লাইনিং ওইনা ব্রহ্মা কৌবা লাইবু নিংখি ।।৪।।

অতুমনা লাইগী চহিদা চহি চাম হৌগ্রবদা মশাদা লৈশৌতনা কুপখিহুনা শরুতমক ভাইরবা কালনেমিদা ব্রহ্মানা নংনা পাম্বা বর নিজরো হায়বিখি ।।৫।।

কালনেমিনা হায় ঃ—

পিতামহ (ইবুধৌ) নহাক্না শেম্বা তাইবংপান (ব্রহ্মাণ্ড) অসিদা বিষ্ণুনটিংবা মপাঙ্গল কল্লবা, লৈরিবা লাইয়ামশিং অসিগী মখুত্তা ঐগী শিদবা ওইহনবীয়ু, মপুংফাবা শক্তি ময়াম্না তিনবশিংগী মখুত্তসু শিদবা হায়বত্থু পীনবীয়ু ।।৬।।

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

কৌমারেঽপি মহামল্লৈঃ সততং স যুযোধ হ ।
উগ্রসেনস্য পত্ন্যাং বৈ জন্ম লেভেঽসুরঃ পুনঃ ॥৮॥
জরাসন্ধো মাগধেন্দ্রো দিগ্‌জয়ায় বিনির্গতঃ ।
যমুনানিকটে তস্য শিবিরোঽভূদিতস্ততঃ ॥৯॥
দ্বিপঃ কুবলয়াপীড়ঃ সহস্রদ্বিপসত্ত্বভৃৎ ।
বভঞ্জ শৃঙ্খলাসঙ্ঘং দুদ্রাব শিবিরান্মদী ॥১০॥
নিপাতয়ন্ স শিবিরান্ গৃহাংশ্চ ভূভৃতস্তটান্ ।
রঙ্গভূমামাজগাম যত্র কংসোঽপ্যধাৎ ॥১১॥

---

ব্রহ্মানা হায় ঃ—

হে দিতিগী মচা, নংনা নিরিবা বর অসিদি ফংঙমদ্রবা অথোই বর অমনি, অদুম ওইমক অতোপ্পা মতম অমদা (হৌজিক্তি নত্রবা) নংনা ফংগনি, ঐগী য়াথংদি লেপ্পা মাংলোই ।।৭।।

নারদনা হায় ঃ—

কালনেমি কৌবা হিংচাবনা উগ্রসেনগী নুপীগী গর্ভদা চংদুনা অমুকহন্না পৃথিবীদা পোকখি, মানা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা কল্ল কল্লবা মল্লশিংগা লোইননা তত্তনা লানফেংনখি ।।৮।।

মগধ কৌবা লৈবাক্কী নিংথৌ জরাসন্ধনা দিগবিজয় তৌগে হায়বগী দমক (মাইকৈ খুদিং লান ঙম্নবগীদমক) থোক্লকখি, মানা যমুনা তুরেলগী মপান্দা নাক-য়েং মাইকৈ পুম্নমক্তা মহাক্কী লানশং শাদুনা লৈখি ।।৯।।

মতমদুদা শামু লিশিং অমগী মপাঙ্গল কল্লবা কুলবয়াপীড় কৌবা শামুনা ময়াই কারকপদগী, মহাকপু পুল্লিবা য়োংহল্লীং ফলাং খুরৌনচিনবা থদত্তনা লানশংদগী য়াংনা চেম্থোরকখি ।।১০।।

শামু অদুনা লানশংশিংবু য়ুমশিংবু ইম্থখি, চীংয়া তময়াগী লমদম হোগাই-থিঙ্গাইখি, অদুদগীদি মল্লযুদ্ধ (কুস্তীগী লান) তৌফম তাম্না লামফমদুদা কংসগসু লাক্লেংনখি ।।১১।।

**পলায়িতেষু মল্লেষু কংসস্তং তু সমাগতম,**
**শুণ্ডাদণ্ডে সংগৃহীত্বা পাতয়ামাস ভূতলে ॥১২॥**
**পুনর্গৃহীত্বা হস্তাভ্যাং ভ্রাময়িত্বোগ্রসেনজঃ।**
**জরাসন্ধস্য সেনায়াং চিক্ষেপ শতযোজনম্‌ ॥১৩॥**
**তদদ্ভুতং বলং দৃষ্ট্বা প্রসন্নো মগধেশ্বরঃ।**
**অস্তিপ্রাপ্তী দদৌ কন্যে তস্মৈ কংসায় শংসিতে ॥১৪॥**
**অশ্বার্ব্বুদং হস্তিলক্ষং রথানাং চ ত্রিলক্ষকম্‌।**
**অযুতং চৈব দাসীনাং পারিবর্হং জরাসুতঃ ॥১৫॥**
**দ্বন্দ্বযোধী ততঃ কংসো ভুজবীর্য্যমদোদ্ধতঃ।**
**মাহিষ্মতীং যযৌ বীরোঽথৈকাকী চণ্ডবিক্রমঃ ॥১৬॥**

---

খুদক অদুদা মল্লশিং পুন্নমক্লা কিরদুনা মহৈ মহৈ কোইচেন-চেন্নরবদা উগ্রসেনগী মচানুপা কংসনা, মফমদুদা লাকলিবা শামুদুগী উতুপকুম্বা মনাতোন্দা চেৎনা পায়রদুনা লৈমাইথক্তা হনখুখি ।।১২।।

উগ্রসেনগী মচানুপা কংসনা অমুক হন্না মখুৎ অনিনা শামুবু থাঙ্গৎ-তুনা উরু-রুরু লৈরগা জরাসন্ধগী তেঙ্গোল তম্না, যুথক চান্ন লাপনা লংশিনখি ।।১৩।।

অদুগুম্বা ভাঙকপগী মশক ওইবা, কংসগী মপাঙ্গল অদু উরগা মগধগী নিংথৌ জরাসন্ধনা পেনখ্রদুনা, কংসবু থাগৎ ব্রাহৈ কয়ানা থাগৎলদুনা, মানা পোকচবী অস্তি প্রাপ্তী কৌবী মচানুপী অনিবু কংসদা দান তৌদুনা পীখি ।।১৪।।

জরা কৌবী হিংচাবীগী মচানুপা (জরানা তথ্যাই অনি তাইশিন্দুনা হিংহনখিবা) জরাসন্ধ নিংথৌনা, শগোল অর্ব্বুদ অমা, শামু লক্ষ অমা, দলাই লক্ষ অহুম অমস্তুং মীনাইনুপী অযুত অমবু অউনপোৎ ওইনা পীখি ।।১৫।।

মদুগী মতুংদা মপাম্বোমগী পাঙ্গলনা মম্নাই, কারবা অনিতগী লান্থেং-নবগী লানমী ওইনা, অকনবা, মপাঙ্গল মথৌনাম্না তিল্লবা কংসনা মথন্তা মহিষ্মতী কৌবা কোন্নুংদা চৎখি ।।১৬।।

**চাণূরো মুষ্টিকঃ কুটঃ শলস্তোশলকস্তথা।**
**মাহিষ্মতীপতেঃ পুত্রা মল্লা যুদ্ধজয়ৈষিণঃ ॥১৭॥**
**কংশস্তানাহ সাম্নাপি দীয়ধ্বং রঙ্গমেব মে।**
**অহং দাসো ভবেয়ং বো ভবন্তো জয়িনো যদি ॥১৮॥**
**অহং জয়ী চেদ্ভবতো দাসান্ সর্ব্বান্ করোম্যহম্।**
**সর্ব্বেষাং পশ্যতাং তেষাং নাগরাণাং মহাত্মনাম্ ॥১৯॥**
**ইতি প্রতিজ্ঞাং কৃত্বাথ যুযুধে তৈর্জয়ৈষিভিঃ।**
**মদাগতং স চাণূরং গৃহীত্বা যাদবেশ্বরঃ ॥২০॥**
**ভূপৃষ্ঠে পোথয়ামাস শব্দমুচ্চৈঃ সমুচ্চরন্।**
**তদায়ান্তং মুষ্টিকাখ্যং মুষ্টিভির্যুধি নির্গতম্ ॥২১॥**

---

মহিষ্মতীপুরগী নিংথৌমচা, মল্লযুদ্ধদা (কুষ্টীদা) য়াম্না হৈশিংলবা অমদি মমান্নবা লাম্বা পারকপদা জয় ওইগল্লবা চাণূর, মুষ্টিক, কূট, শল, তোশল কৌবা নিংথৌমচাশিংনা মাহিষ্মতী কোনুংদা লৈরমই ॥১৭॥

মখোয় পুন্নমক্কী মফমদা কংসনা সাম কৌবা নিতিনা (য়েক্কববু থেম-নৌত্না মীচং ওইনা পুশিন্নবা রাজনিতিনা) মরম ওইনা হায়খি, নখোয়না ঐগা মল্লযুদ্ধ তৌবীয়ু; নখোয়না ওয়গদি ঐনা নখোয় পুন্নমক্কি ননাই ওইজগনি ॥১৮॥

করিগুম্বা নখোয়বু ঐনা ওমবা থোক্লগনা, নখোয় পুন্নমক্কা ঐগী ইনাই ওইবা হায়বা য়ানবসি, পুকচেল চাওরবা য়েংবীরিবা পুরগী ওইবা মীয়াম উনবা (খংনবা) মখোয়বু য়েংহনসি ॥১৯॥

অসুম্না মহে রাশক অসিগী মখাদা য়ানরত্না রাশক্লবদা মহৈ-মহৈ লানওমনীংবশিংত্না লাম্থেংবা হৌখি, মতমদুদা চওলক্লিবা চাণূরবু যাদ শাগৈগী নিংথৌ কংসনা মখুৎনা ফাখি ॥২০॥

কংসনা খোঞ্জেল হৌনা লাও-খোংবগা লোইননা চাণূরবু লৈপাক থক্তা নমথুখি, (চাণূরনা মায়থীবা উরবা) মতম অদুদা চওলক্লিবা মুষ্টি

**একেন মুষ্টিনা তং বৈ পাতয়ামাস ভূতলে ।**
**কূটং সমাগতং কংসো গৃহীত্বা পাদয়োশ্চ তম্‌ ॥২২॥**
**ভুজমাস্ফোট্য ধাবন্তং শলং পীত্বা ভুজেন সঃ ।**
**পাতয়িত্বা পুনর্নীত্বা ভূমিং তং বিচকর্ষ হ ॥২৩॥**
**অথ তোশলকং কংসো গৃহীত্বা ভুজয়োর্বলাৎ ।**
**নিপাত্য ভূমাবুত্থাপ্য চিক্ষেপ দশযোজনম্‌ ॥২৪॥**
**দাসভাবে চ তান্‌ কৃত্বা তৈঃ সার্দ্ধং যাদবেশ্বরঃ ।**
**মদ্বাক্যেন যযাবাশু প্রবর্ষণগিরিং বরম্‌ ॥২৫॥**
**তস্মৈ নিবেদ্যাভিপ্রায়ং যুযুধে বানরেণ সঃ ।**
**দ্বিবিদেনাপি বিংশত্যা দিনৈ কংসো হ্যবিশ্রমম্‌ ॥২৬॥**

---

হায়না ফাওরিবা মল্লবু কংসনা খুত্নমতনা শুবদা মায়থীবা ফংলবা মুষ্টিকা লানফমদগী হুক্লিনখি ।।২১।।

অসুম্না কংসনা খুত্তম্না অমুক্তং শুবতনা মুষ্টিক্‌ কৌবা মল্লবু লৈমায়-থক্তা তুহনখ্রবদা কূট কৌবা মল্লনা চংলকখি কংসনা মাবুসু ফাত্নুনা মখোং অনি পুল্লপ পায়শিল্লগা মায়থীবা পীখি ।।২২।।

মল্ল তৌবগী হৈনশা ওইবা, মপান্থোম খিংত্নুনা ফুজিল্লকলিবা শল কৌবা মল্লবু কংসনা মপান্থোমতনা ফাত্নুনা পুরগা নমথুখি অমুক হন্নসু লেপাকথক্তা কোহাচং চিংখি ।।২৩।।

অত্নুদগী কংশনা মপান্থোমতগী পাঙ্গলনা তোশল কৌবা মল্লবু ফারগা লৈপাকথক্তা নমথুখি, অমুক্তসু থাঙ্গৎত্নুনা কোয়হায় হায়রগ। যোযন তরাগী লম থাপ্না লংখি ।।২৪।।

কংসনা মল্লপুন্নমকপু ভন্নবদা হায়নখিবা বাক্মগী মতুংইন্না কংস ঐগী মাথং ইন্দুনা ইনাই ওইনা লৈরগনি হায়বা বাক্যমদগী কংশগা লোইনন্না প্রবর্ষন কৌবা চীংদা থুনা লাকমিন্নখি ।।২৫।।

কংসনা দ্বিবিদ কৌবা মপাঙ্গল কল্লবা যোংদা শাথেংনবা লান তৌসি, অত্তম্বগী মথা পোল্লসি হায়বা বাকমু খঙহল্লবদা দ্বিবিদ কৌবা

দ্বিবিদো গিরিমুৎপাট্য চিক্ষেপ তস্য মূর্দ্ধনি ।
কংসো গিরিং গৃহীত্বা চ তস্যোপরি সমাক্ষিপেৎ ॥২৭॥
দ্বিবিদো মুষ্টিনা কংসং ঘাতয়িত্বা নভো গতঃ ।
ধাবন্ কংসস্ত তং নীত্বা পাতয়ামাস ভূতলে । ২৮ ।
মূর্চ্ছিতস্তং প্রহারেণ পরং কশ্মলমাযযৌ ।
ক্ষীণসত্ত্বশ্চূর্ণিতাস্থির্দাসভাবং গতস্তদা ॥২৯॥
তেনৈবাথ গতঃ কংস ঋষ্যমূকবনং ততঃ ।
তত্র কেশী মহাদৈত্যো হয়রূপো ঘনস্বনঃ ॥৩০॥
মুষ্টিভির্ঘাতয়িত্বা তং বশীকৃত্বারুরোহ তম্ ।
ইত্থং কংসো মহাবীর্য্যো মাহেন্দ্রাখ্যং গিরিং যযৌ ॥৩১॥

---

য়োংনস্ত য়ারহুনা হুমিং কুম্নি চুপা অরেপ্পা নৈতনা কংস দ্বিবিদ অনি কন্না লাম্থেংনখি ॥২৬॥

দ্বিবিদনা চাওরবা চীং অমা ফুক্রগা কংসগী মকোক তন্না লংশিল্ল-কখি, কংসনস্থ লংলক্লিগা চীং অহবু ওক্লগা পায়হনা দ্বিবিদ য়োংগী মথক্তা অমুক হন্না লংশিনখি ॥২৭॥

দ্বিবিদনা কংসবু খুত্‌ন্না কন্না শুরম্নগা আতিয়া মথক্তা চেনখিববু কংসনা তুংইম্না তান্নহুনা মাবু ফারগা পুরক্লুনা লৈমায়থক্তা নমথুখি ॥২৮॥

দ্বিবিদ অহু কংসগী চৈয়ুনা রাম্থম্নবদা থোইদোক্না অব্বাবা ফংহুনা মপাঙ্গল ময়েং তারবা, শরু-শয়াং তেক্রবদা মীনাই ওইবগী রাখল্লদা কংসগা লোইননা চংমিন্নখি ॥২৯॥

অদুদগীদি কংসনা দ্বিবিদনচিংবা মল্ল পুম্নমক্কা লোইনম্নহুনা ঋষ্যমূক কৌবা বন তাম্না চংখি, মফমদুদা মপাঙ্গল কল্লবা শগোলগী মশক ওইবা, মখোাঞ্জেলনা নোং খোংবগুম হৌরবা চাওরবা হিংচাবা কেশী কৌবা অমা লৈরমই ॥৩০॥

কেশী কৌবা হিংচাববু খুত্নমক্তনা শুহুনা খুত্নম তক্লগা মথক্তা

শতবারং চোদ্ধৃহার গিরিমুৎপাট্য দৈত্যরাট্‌।
পুনস্তত্র স্থিতং রামং ক্রোধসংরক্তলোচনম্‌ ।।৩২।।
প্রলয়ার্কপ্রভং দৃষ্ট্বা ননাম শিরসা মুনিম্‌।
পুনঃ প্রদক্ষিণীকৃত্য তদগুল্ফ্যোর্নিপত্য হ ।।৩৩।।
ততঃ শান্তো ভার্গবোঽপি কংসং প্রাহ মহেন্দ্রভৃৎ।
হে কীট মর্কটীডিম্ভ তুচ্ছোঽসি মশকো যথা ।।৩৪।।
অদ্যৈব ত্বাং হন্মি দুষ্ট ক্ষত্রিয়ং বীর্য্যমানিনম্‌।
মৎসমীপে ধনুরিদং লক্ষভারসমং মহৎ ।।৩৫।।
ইদঞ্চ বিষ্ণুনা দত্তং শঙ্করে ত্রৈপুরে মৃধি।
সম্ভোঃ করাদিহ প্রাপ্তং ক্ষত্রিয়াণাং বধায় চ ।।৩৬।।

---

তোংখংলি, অসুম তৌহুনা মপাঙ্গল কল্লবা কংসনা মহেন্দ্রপর্ব্বত কৌবা চীং তম্না মাবু পুহুনা চংখি ।।৩১।।

হিংচাবা নিংথৌ কংসনা মহেন্দ্রপর্ব্বত কৌবা চীংব নোমহুনা, ফুরুবা হোংনহুনা চামরক হন্না শান্নগোংকুম শান্নখি, অমুক হন্না শান্নগে তৌবদা মফমতুদা, অশাওবনা ঙাংলবা মিং ওইবা পরশুরামনা লৈরম্বু উখি ।।৩২।।

প্রলয় মতমগী নুমিৎ মঙালগুম্নবা মুণি ওইবা ভগবান, পরশুরাম্বু উবগা মকোক নোন্দুনা খুরুমখি, অমুক হন্না য়েৎওইননা কোইরহুনা পরশুরামগী চরণ (মখোঙ) অনিদা তুহুনা খুরুমখি। ।।৩৩।।

অহুগী তুংদা কংসনা নোঙ্গবগী মতৌহুদা পুক্লিং ইংথবিরক্লবা ভগবান, পরশুরামনা, অকিবগী মশক ওইরবা মিৎয়েংনা য়েংলহুনা হায়রকখি, হে তীল, নংদি য়োংগী মরুম (য়োংনাও) গুম্বনি, কাংগুম্বনি, ৱায়কুপ-ৱারুগুম্বনি ।।৩৪।।

নপাঙ্গল নথোনাদা নাপল তৌজরিবা ক্ষত্রীয় মচা ফত্রবা নংবু ওসিমক ঐনা হাৎপিরগনি, ঐগী ইমা ক্তা লৈরিবা চাওরবা লীরুং অসি য়োৎ মণ লাক্ষ (লাখ) অমা লুমলিবনি ।।৩৫।।

**যদি চেদং ত্বনোষি ত্বং তদা চ কুশলং ভবেৎ।**
**চেদস্য কর্ষণং ন স্যাদ্ঘাতয়িষ্যামি তে বলম্‌ ॥৩৭॥**
**শ্রুত্বা বচস্তদা দৈত্যঃ কোদণ্ডং সপ্ততালকম্‌।**
**গৃহীত্বা পশ্যতস্তস্য সজ্জং কৃত্বাথ লীলয়া ॥৩৮॥**
**আকৃষ্য কর্ণপর্যান্তং শতবারং ততান হ।**
**প্রতঞ্চাস্ফোটনেনৈব টঙ্কারোঽভূত্তড়িৎস্বনঃ ॥৩৯॥**
**ননাদ তেন ব্রহ্মাণ্ডং সপ্তলোকৈর্বিলৈঃ সহ।**
**বিচেলুর্দিগ্‌গজাস্তরা হ্যপতন্‌ ভূমিমণ্ডলে ॥৪০॥**

---

ত্রিপুর কৌবা হিংচাবগী লানফমদা শ্রীবিষ্ণুনা মহাদেবদা পীখিবা লীরুংনি অমতুং নাপন তৌরবা ক্ষত্রীয় মচাশিংবু হাংনবদগীদমক মহাদেবগী মথুক্তগী ঐনা ফংহুনা মফম অসিদা লৈরিবনি ॥৩৬॥

করিগুম্বা লীরুং অসিবু লীরী চিংবা ঙমজরবদি নমাই পাকচবা হায়বহু ওইয়ু, করিগুম্বা লীরুং অসিবু লীরা চিংবা ঙমদবা থোক্লবদি নংগী নপাঙ্গলবু ঐনা মাংহনগনি ॥৩৭॥

ভগবান্‌ পরশুরামগী রাহৈ তারগা হিংচাবা কংসনা কোনা পাম্বী তরেৎকুন লিংলবা, চাও-শাংলবা লীরুংহুবু পায়খত্নুনা, য়েংলিবশিংগী মমাংদা ইরায়-লায়না কুম্মৈ লীলাগী মতৌগুম্‌ শেম শাখি (লীরী হাপখি) ।৩৮॥

কংসনা লীরী নাকোং ফংনা চিংহুনা চামরক হন্না লীরী খিংখি, লীরী চিংবা অমদি লীরী খিংলকপা খুদিংগী নোংথাং কুপ্পা অমদি নোং খাকপগী খোঞ্জেলগুম্না নিনখি ॥৩৯॥

খোঞ্জেল অহুনা পৃথ্বী মরোল তরেৎ, পাতাল মরোল তরেৎ ওইবা ব্রহ্মাণ্ড (তাইবংপাল) অসি নিনখি, মায়কৈ ঙাকপা শামুশিংনা থক্‌-থক্‌ নিকখি, থরানমিচাকশিংনা পৃথ্বী লৈমায়দা কায়-কায়হুনা তাখি ॥৪০॥

অহুগী তুংদা কংসনা লীরুং থম্লগা ভগবান্‌ পরশুরামবু হন্না-হন্না খুরুম্লগা হায়জখি ঃ— হে দেব (হে লাই ওইবা) ননাই ঐহাক অসি

**ধনুঃ সংস্থাপ্য তৎ কংসো নত্বা নত্বাহ ভার্গবম্ ।**
**হে দেব ক্ষত্রিয়ো নাস্মি দৈত্যোঽহং তে চ কিঙ্করঃ ॥৪১॥**
**তব দাসস্য দাসোঽহং পাহি মাং পুরুষোত্তম ।**
**শ্রুত্বা প্রসন্নঃ শ্রীরামস্তস্মৈ প্রাদাদ্ধনুশ্চ তৎ ॥৪২॥**

**শ্রীজামদগ্ন্য উবাচ ঃ—**

**মৎকোদণ্ডং বৈষ্ণবং তদ্যেন ভঙ্গীভবিষ্যতি ।**
**পরিপূর্ণতমেনাত্র সোঽপি ত্বাং ঘাতয়িষ্যতি ॥৪৩॥**

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**অথ নত্বা মুনিং কংসো বিচরন্ স মদোন্মদঃ ।**
**ন কেঽপি যুযুধুস্তেন রাজানশ্চ বলিং দদুঃ ॥৪৪॥**
**সমুদ্রস্য তটে কংসো দৈত্যং নাম্না হ্যঘাসুরম্ ।**
**সর্পাকারং চ ফুৎকারৈর্লেলিহানং দদর্শ হ ॥৪৫॥**

---

ক্ষত্রিয় মচামক্তি নত্তদে হিংচাবনি। ইবুঙো মহাক্কী মনাইনি ॥৪১॥

হে নিপা অথোইবা, মনাই ঐদি ইবুঙো মহাক্কী মনাইগী মনাইনি, মনাই ওইবা ঐবু ঙাকপীয়ু, অসিগুম্বা কংসগী হায়েংসি তাবগা পরশুরাম্না থৌজালগা লোইননা লীরুং অদুবু কংসদা পীখ্রে ।।৪২।।

শ্রীভগবান্ রামনা হায়খি :—

অসিগুম্বা শ্রীবিষ্ণুগী ওইবা লীরুং অসিবু পরিপূর্ণতম্ (শক্তি পুম্নমক্না তিল্লবা, মপুংফাবা, পুম্নমক্কী অথোইবা) ওইবা মহাক্না থুদেক্ক-গনি, অদুগুম্বা মহাক অদুনা নংবুসু শোয়দনা হাৎলগনি ।।৪৩।।

শ্রীনারদনা হায়খি :—

অদুগী তুংদা কংসনা মুনি ওইবা ভগবান্ রামবু খুরুমজরগা অকিবা লৈতনা, ময়াই কাবগা লোয়ননা কোয়ন-কোয়না চৎখি, অমসুং কনা-গুম্বা নিংথৌ অমত্তনা মাগা লান শোক্লখিদে, মঙোন্দা লোইপোৎ কাখি ।।৪৪।।

কংসনা অহুম্না লাকপদা সমুদ্র মপান্দা অঘাসুর কৌবা হিংচাবা

**আগচ্ছন্তং দশন্তং চ গৃহীত্বা তং নিপাত্য সঃ।**
**চকার স্বগলে হারং নির্ভয়ো দৈত্যরাট্ বলী ॥৪৬॥**
**প্রাচ্যাং তু বঙ্গদেশেষু দৈত্যোঽরিষ্টো মহাবৃষঃ।**
**তেন সার্দ্ধং স যুযুধে গজেনাপি গজো যথা ॥৪৭॥**
**শৃঙ্গাভ্যাং পর্ব্বতানুচ্চাংশ্চিক্ষেপ কংসমূর্দ্ধনি।**
**কংসো গিরিং সংগৃহীত্বা চাক্ষিপত্তস্য মস্তকে ॥৪৮॥**
**জঘান মুষ্টিনারিষ্টং কংসো বৈ দৈত্যপুঙ্গবঃ।**
**মূর্চ্ছিতং তং বিনির্জ্জিত্য তেনোদীচীং দিশং গতঃ ॥৪৯॥**
**প্রাগ্‌জ্যোতিষেশ্বরং ভৌমং নরকাখ্যং মহাবলম্।**
**উবাচ কংসো যুদ্ধার্থী যুদ্ধং মে দেহি দৈত্যরাট্ ॥৫০॥**

---

লিনগী মশক ওইবা অনস্থং খু-খু কামহুনা মরৈ হা-হা তম্বা অঘাসুর হিংচাববু উখি ।।৪৫।।

কংসবু উবদা চিক্কে হায়হুনা চওলক্লিবা অঘাসুর হিংচাববু, অকিবা লৈত্রবা, কল্লবা হিংচাবা নিংথৌ কংসনা নমহুনা ফারগা, মাগী মঙক-শমদা লৈ পরেং শিবগুম শিখি ।।৪৬।।

নোংপোক মায়কৈদা লৈবা বঙ্গদেশ লৈবাক্কী লমশিংদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈরিবা চাওরবা শল্লাবগী মশক ওইবা অরিষ্ট কৌবা হিংচাবগা লোয়ননা কংসনা, শামুগা-শামুগা য়াথিন্নগুম্ লান্বা পাহুনা লান শোক্লখি ॥৪৭॥

শল্লাবগী মশক ওইবা অরিষ্ট কৌবা হিংচাবনা মচি অনিনা অরাংবা চীংগী লৈবাক কোৎ-কোৎতুনা কংসগী মকোক্তা লংশিল্লি, কংসনসু লংলক্লিবা চীং মচেংপু ওক্লগা অমুক অরিষ্টগী মকোক্তা লংশিনখি ।।৪৮।।

হিংচাবগী লুচিংবা কংসনা অরিষ্টবু খুহুম্না কন্না শুখি, মহুদা অরিষ্টহু বাঙ্খরে, অসুম্না কংসনা অরিষ্টবু ঙম্লবদা নোংপোক থংবা মায়কৈরোনদা চংখি ।।৪৯।।

প্রাগ্‌জ্যোতিষপুর নিংথৌ ভূমিগী মচান্নুপা, মপাঙ্গল কল্লবা

**অহং দাসো ভবেয়ং বো ভবন্তো জয়িনো যদি।**
**অহং জয়ী চেদ্ভবতো দাসান্ সর্ব্বান্ করোম্যহম্ ॥৫১॥**

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**পূর্ব্বং প্রলম্বো যুযুধে কংসেনাপি মহাবলঃ।**
**মৃগেন্দ্রেণ মৃগেন্দ্রোঽদ্রাবুদ্ভটেন যথোদ্ভটঃ ॥৫২॥**
**মল্লযুদ্ধে গৃহীত্বা তং কংসো ভূমৌ নিপাত্য চ।**
**পুনর্গৃহীত্বা চিক্ষেপ প্রাগ্জ্যোতিষপুরান্তরে ॥৫৩॥**
**আগতো ধেনুকো নাম্না কংসং জগ্রাহ রোষতঃ।**
**নোদয়ামাস দূরেণ বলং কৃত্বাথ দারুণম্ ॥৫৪॥**
**কংসস্তং নোদয়ামাস ধেনুকং শতযোজনম্।**
**নিপাত্য চূর্ণয়ামাস তদঙ্গং মুষ্টিভির্দৃঢৈঃ ॥৫৫॥**

---

নরক হায়না খণ্ডনরবা নিংথৌদা কংসনা হায়খি, হে হিংচাবা নিংথৌ, ঐ লান পামদুনা লাকপনি ঐঙোন্দা লান পীয়ু লাম্হেংনসি হায়খি ॥৫০॥

নখোয়না ঐবু ভম্বা থোক্লগনা ঐনা নখোয়গী ননাই ওইগনি, করিগুম্বা ঐনা ভম্বা থোক্লগনা নখোয় পুম্নমক ঐগী ইনাই ওইবা হায়বা পোন্তা অসি থানসি হায়খি ॥৫১॥

শ্রীনারদনা হায় ঃ—

অহানবদা প্রলম্ব কৌবা হিংচাবগা কংসগা লোইননা লাম্হেংনখি, মত্থু চীংথক্তা নোংশা অনি লাম্হেংনবগুমখি অমসুং মল্ল হৈবা অকনবা অনিনা মল্লযুদ্ধগী লাম্হেংনবগুমখি ॥৫২।

কংসনা মল্লযুদ্ধগী লান্দা প্রলম্ববু পায়খৎলগা লৈবাক্তা নমথুরগা অমুক হন্না পায়দুনা প্রাগ্জ্যোতিষপুরগী ময়াইদা লংশিনখি ॥৫৩॥

অসিগী তুংদা শাওরবা ধেনুক কৌবা হিংচাবনা চঙলক্লুনা কংসবু ফারগা তমখিনা কল্লবা মপাঙ্গল অদু থেক্লদুনা ভম্বমখৈ লাপ্পা কংসবু চুনখি ॥৫৪॥

কংসনা অমুক ধেনুক কৌবা হিংচাববু যোজন (য়ুথক) চাম লাপ্পা

**তৃণাবর্ত্তো ভৌমবাক্যাৎ কংসং নীত্বা নভো গতঃ।**
**তত্রৈব যুযুধে দৈত্য উৰ্দ্ধং বৈ লক্ষযোজনম্‌ ॥৫৬॥**
**কাংসোঽনন্তবলং কৃত্বা দৈত্যং নীত্বা তদাম্বরাৎ।**
**ভূম্যাং সম্পাতয়ামাস বমন্তং রুধিরং মুখাৎ ॥৫৭॥**
**তুণ্ডেনাথ গ্রসন্তং চ বকং দৈত্যং মহাবলম্‌।**
**কংসো নিপাতয়ামাস মুষ্টিনা বজ্রঘাতিনা ॥৫৮॥**
**উত্থায় দৈত্যো বলবান্‌ সিতপক্ষো ঘনস্বনঃ।**
**ক্রোধযুক্তঃ সমুৎপত্য তীক্ষ্ণতুণ্ডোঽগ্রসচ্চ তম্‌ ॥৫৯॥**
**নিগীর্ণোঽপি সবজ্রাঙ্গস্তদগলে বোধকৃচ্চ যঃ।**
**সদ্যশ্চচ্ছর্দ্দ তং কংসং ক্ষতং কণ্ঠো মহাবকঃ ॥৬০॥**

---

হুনখি অমসুং মাবু নমথুরগা চেংনা পায়শিল্লবা খূৎতুম্না শুহনা মশা পুম্নমক অমদি-শব্দ শয়াং পুম্নমক ইতেক তেকহনখি ॥৫৫॥

নরক নিংথৌগী য়াথংদগী তৃণাবর্ত্ত কৌবা হিংচাবনা চঙলক্লুনা কংসবু পুরগা নোংথক্তা চৎখি (অতিয়াদা পায়খৎখি) যোজন লক্ষ (যূথক লাখ) অমা রাংবা মফমদা পুরগা কংসগা তৃণাবর্ত্তগা য়াম্না কন্না শাথেং-লান্থেংনখি ॥৫৬॥

মতমহুদা কংসহু খাকচবা লৈতবা মপাঙ্গল পুথোক্লুনা তৃণাবর্ত্তবু ফাহনা অতিয়াথক্তগী লৈপাকথক্তা থাদরকখি, পৃথিবীদা হেক তাবদা তৃণাবর্ত্তহু ময়াদা ঈ ওহনা অরাবা ফংখি ॥৫৭॥

অহুগী তুংদা য়াম্না কল্লবা বক কৌবা উরোক্কী মশক ওইবা হিং-চাবনা ময়া কাথোক্লুনা কংসবু য়োংলগে হায়না চঙলকপদা, কংসনা বজ্রগুম্না কল্লবা খূৎতুম্না শুবদা বক হিংচাবহু লৈমায়থক্তা তুখরে ॥৫৮॥

নোং খোংবগুম্ ঙংলবা শাওরবা, মশা পুম্নমক অঙৌবা মচূনা ওইবা, মপাঙ্গল কল্লবা বকাসুরনা অমুক হৌগৎতুনা, চাওরবা অথোবা মচিন্না চপ্তুনা কংসবু য়োংশিনখ্রে ॥৫৯॥

বজ্রগুম্ (নোংমৈ শীংজংগুম) কল্লবা হকচাং ওইবা কংসনা,

কংসো বকং সংগৃহীত্বা পাতয়িত্বা মহীতলে।
করাভ্যাং ভ্রাময়িত্বা চ যুদ্ধে তং বিচকর্ষ হ ॥৬১॥
তৎস্বসারং পূতনাখ্যাং যোদ্ধুকামামবস্থিতাম্।
তামাহ কংসঃ প্রহসন্ বাক্যং মে শৃণু পূতনে ॥৬২॥
স্ত্রিয়া সার্দ্ধমহং যুদ্ধং ন করোমি কদাচন।
বকাসুরঃ স্যান্মে ভ্রাতা ত্বং চ মে ভগিনী ভব ॥৬৩॥
ততোঽনন্তবলং কংসং বীক্ষ্য ভৌমোঽপি ধর্ষিতঃ।
চকার সৌহৃদং কংসে সাহায্যার্থং সুরান্ প্রতি ॥৬৪॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে নারদবহুলাশ্ব
সংবাদে কংসবলবর্ননং নাম ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ॥

---

উরোক্লা য়োংখ্রবদা উরোক্কী মখোরী মন্নুংদা কন্না পায়শিন্দুনা খিংখিবনা খুৎক্লাইনা থাবগুম নাহল্লবদা খুদক্কা কংসবু ওখোক্লুনা মপাঙ্গন্দা পুখোকখি ॥৬০॥

কংসনা মখুৎ অনিনা মফম চানা পায়রতুনা উরু উরু লৈরগা লৈবাকথক্তা ফুথবদা ৱারবা উরোক বকারসুরবু, শোক্লরিবা লানফমতুদা কোইচিং চিংতুনা লাক্লখি ॥৬১॥

বকাসুরগী মচনন্নুপী পূতনা কৌবীনা মবুংগী লন্দন শিংনিংবদগী লান তৌনিংতুনা চংলক্লবদা, কংসনা মোমোন নোক্লুনা হে পুতনা কৌবী, ঐগী ৱাসি তাখো হায়খি ॥৬২॥

ঐনা করিগুম্বদা নুপীগা লানবা পাতুনা লান তৌরোই, নংগী নবুং বকাসুর অসি ঐগীদি ইচিন ইনাওমক ওইরবনি অতুনা নহাকসু ঐগীদি ইচনগুম্বনি ইচন ওইরো ॥৬৩॥

অতুদগীদি ভূমিগী মচা নরক নিংথৌনসু, মপান নাইদনা কল্লবা কংসবু উরগা মাইথীরবা মিপাই থাবাইরবা ওইরতুনা, লাইশিংগা লানবা পাবদা মতেং পাংবীনবগীদমক মহৈ মহৈ মরুপ ওইবগী মওংদা লৌনখি ॥৬৪॥

## সপ্তমোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচঃ—

অথ কংসঃ প্রলম্বাদ্যৈরন্যৈঃ পূর্ব্বং জিতৈশ্চ তৈঃ।
শম্বরস্য পুরং প্রাগাৎ স্বাভিপ্রায়ং ন্যবেদয়ৎ ॥১॥
শম্বরো হ্যতিবীর্য্যোঽপি ন যুযোধ স তেন বৈ।
চকার সৌহৃদং কংসে সর্ব্বৈরতিবলৈঃ সহ ॥২॥
ত্রিশৃঙ্গশিখরে শেতে ব্যোমনামাসুরো বলী।
কংসপাদপ্রবুদ্ধোঽভূৎ ক্রোধসংরক্তলোচনঃ ॥৩॥

---

মতাং অসিদা গর্গ মুনিগী ৱারীদা, গোলোকখণ্ডগী মতাংদা নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা, কংসগী মপাঙ্গল হায়বা তরুকশুবা অধ্যায় লোইরে।

* * *

### সপ্তেমোঽধ্যায়

শ্রীনারদনা হায়খি ঃ—

অসিগী তুংদা প্রলম্বনচিংবা অহানবদা ঙমখ্রবশিং অদু পুন্নমক্কা লোইনদুনা শম্বর নিংথৌনা লৈবা কোন্নুং তম্না লাক্লগা কংসনা, মানা পাম্বিবা ৱাফম্বু খংহন্দুনা ফোংদোকখি ॥১॥

সম্বর নিংথৌনা মপাঙ্গল মথৌনা য়াম্না লৈবা, কল্লবা নিংথৌ ওইদু-নসু কংসগা লান তৌনখিদ্রে, মাগী কল্লবা মথৌনা লৈরবা তেঙ্গোলশিংগা লোয়ননা চান্ন-চিন্নবা মরুপকি মতৌগুম তিন্নখি ॥২॥

ত্রিশৃঙ্গ কৌবা চীংদোন্দা ব্যোমাসূর কৌবা মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবনা তুমহনা লৈরিভঁদা কংসনা খোংপাক্লা কাওক্লবদগী মিক্কপ থোক্লক্লনা শাওবনা মমিৎ ঙাংশং ঙাংখি ॥৩॥

কংসং জঘান চোত্থায় প্রবলৈর্দৃঢ়মুষ্টিভিঃ।
তয়োর্যুদ্ধমভূদ্‌ঘোরমিতরেতরমুষ্টিভি ॥৪॥
কংসস্য মুষ্টিভিঃ সোঽপি নিঃসত্ত্বোঽভূদ্‌ভ্রমাতুরঃ।
ভৃত্যং কৃত্বাথ তং কংসঃ প্রাপ্তং মাং প্রণনাম হ ॥৫॥
হে দেব যুদ্ধকাঙ্ক্ষোঽস্মি ক্ব যামি ত্বং বদাশু মে।
প্রোবাচ তং তদা গচ্ছ দৈত্যং বাণং মহাবলম্‌ ॥৬॥
প্রেরিতশ্চেতি কংসাখ্যো ময়া যুদ্ধদিদৃক্ষুণা।
ভুজবীর্যমদোন্মত্তঃ শোণিতাখ্যং পুরং যযৌ ॥৭॥
বাণাসুরস্তৎপ্রতিজ্ঞাং শ্রুত্বা ক্রুদ্ধো হ্যভূন্মহান্‌।
ততাড় লত্তাং ভূমধ্যে জগর্জ্জ ঘনবদ্বলী ॥৮॥

---

ব্যোমাশুরনা ভৌগৎলগা থোক্নিদোক্না কল্লবা চেৎনা পায়শিল্লবা খুত্নমনা কংসদা কন্না শুখি, মথোই অনিনা মহৈ মহৈ খুত্নুম্না শুনত্নুম্না অকিবগী মশক ওইবা লান তৌখি ॥৪॥

ব্যোমাসুর অদু কংসনা খুত্নুম্না শুবত্নুদা মপাঙ্গল ময়েং তারত্নুনা, খাংঙমদবা অরাবা ওইরত্নুনা কোইরৈ লৈনা খাংখি, কংসনা অস্নুম্না ব্যোমাসুরবু খুত্নন চল্লবা তুংদা ঐগী (নারদ ঐগী) নাক্তা লাক্লুনা খুরুম্নখি (খুরুম্নগা হায়রকখি) ॥৫॥

হে লাই ওইরবা, ঐহাক লান তৌবা পামই, কদাইদা চৎলগা কনাগা লান পারু হায়বগে মত্নু ঐঙোন্দা হায়বীয়ু, মাগী ৱাহৈ মতুং ইন্না ঐনা হায়খি, মপাঙ্গল কল্লবা বাণ কৌবা হিংচাবগী মনাক্তা চৎলু ॥৬॥

নারদ ঐনস্ত লান য়েংনিংবদগী কংসদা ইনশিনখিবনি, মপান্থোম মপাঙগল মথৌনাদা নাপল ৱাংনা কারবা কংসনা শোনিতপুর হায়না খংনবা কোন্নুং তান্না চৎখি ॥৭॥

কল্লবা বাণ কৌবা হিংচাবনা কংসগী ৱাশক্‌ ৱাঙাং তারগা য়াম্না শাওখিত্নুনা নোং খোংবগুম্‌ ঙংলত্নুনা লৈপাক মনুংদা নুংশুক (য়োংচৈ) অমবু কন্না সুংশিনখি ॥৮॥

আজানুজঙ্ঘিপাং লব্ধাং পাতালাত্তমুপাগতাম্ ।
কৃত্বা তমাহ বাণস্তু পূর্ব্বচেষ্টেনাং সমুদ্ধর ॥৯॥
শ্রুত্বা বচঃ করাভ্যাং তামুজ্জহার মদোৎকটঃ ।
প্রচণ্ডবিক্রমঃ কংসঃ খরদণ্ডং গজো যথা ॥১০॥
তয়া চোদ্ধৃতয়োৎখাতা লোকা সপ্ততলা দৃঢ়াঃ ।
নিপেতুর্গিরয়োনেকা বিচেলুর্দ্দিগ্‌গজাঃ ॥১১॥
যোদ্ধুং তমুদ্যতং বাণং দৃষ্ট্বাগত্য বৃষধ্বজঃ ।
সর্ব্বান্ সম্বোধয়ামাস প্রোবাচ বলিনন্দনম্ ॥১২॥
কৃষ্ণং বিনা পরং চৈতং ভূমৌ কোঽপি ন জেষ্যতি ।
ভার্গবেন বরো দত্তো ধনুরস্মৈ চ বৈষ্ণবম্ ॥১৩॥

লৈন্নুংদা য়ুংশিল্লিবা, লৈখা পাতাল ফাওবা চঙহল্লবা য়োংচৈত্নগী শরুক খরদংনা, খুকউমুক ব্বাংনা থন্নগা বাণাসুরনা কংসদা মসি শংকৎলু হায়খি ॥৯॥

বাণাসুরগী ৱা তারগা, ঙমখৈ লৈতনা কল্লবা, মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা কংসনা, ময়াই কারবা শামুগুম্না, কন্না য়ুংশিল্লবা য়োংচৈ অদুবু মখুৎ অনিনা পায়রতুনা শংখি ॥১০॥

লৈখুন্দা চেংনা য়ৈশিল্লবা য়োংচৈবু ফুল্লকপদা লৈপাক পাতাল মরোল তরেৎ ফুক্কল্লবগুম অঙকপা ওইখি, অয়াম্বা চোং খিবিক তুরল্লবগুম পৈথখি, চেকশিন্না লৈরবা মাইকৈ ঙাকপা শামু (দিগ্‌গজ) শিংনা মিপাই থাবাইবা পোক্লখি ॥১১॥

লান তৌগে খল্লত্নগা থৌরাং তৌরবা বলিগী মচানুপা বাণ নিংথৌবু উরনা, শন্দম্বা তোংলবা মহাদেবনা লেংলক্নুনা লৈরিবা পুম্নমকপু খংহন্দুনা হায়বিখি ॥১২॥

কংস হায়বসে, পৃথিবী অসিদা লৈরিবা পুম্নমক্কী মন্নুংদা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তনা মাবু মায়থীবা পীবা ঙম্লোই, ভগবান্ পরশুরামমক্না বরগা লোইননা বৈষ্ণবকী মশক ওইবা লীরুংবু পীখ্রবনি ॥১৩॥

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**ইত্যুক্ত্বা সৌহৃদং হৃদ্যং সদ্যো বৈ কংসবাণয়োঃ ।**
**চকার পরয়া শান্ত্যা শিবঃ সাক্ষান্মহেশ্বরঃ ॥১৪॥**
**অথ কংসো দিক্‌প্রতীচ্যাং শ্রুত্বা [illegible] মহাসুরম্‌ ।**
**তেন সার্দ্ধং স যুযুধে বৎসরূপেণ [illegible] ॥১৫॥**
**পুচ্ছে গৃহীত্বা তং বৎসং পোথয়ামাস ভূতলে ।**
**বশে কৃত্বাথ তং শৈলং ম্লেচ্ছদেশাংস্ততো যযৌ ॥১৬॥**
**সম্মুখাৎ কালযবনঃ শ্রুত্বা দৈত্যং মহাবলম্‌ ।**
**নির্যযৌ সম্মুখে যোদ্ধুং রক্তশ্মশ্রুর্গদাধরঃ ॥১৭॥**
**কংসো গদাং গৃহীত্বা স্বাং লক্ষভারবিনির্ম্মিতাম্‌ ।**
**প্রাক্ষিপদ্‌ যবনেন্দ্রায়ঃ সিংহনাদমথাকরাৎ ॥১৮॥**

---

শ্রীনারদনা হায়খি ঃ— মহাদেবনা অনুগ্রাহ য়রত্তুনা য়েক্লবগী ভাব লৈরম্বত্তু ইংথহন্দুনা (তাইশিন্নত্তুনা) খুদক অত্তুদা কংস অমদি বাণ নিংথৌ অনিবু, থমোই য়ৌনা চেংশিন্নরবা চান্নরবা মরুপ ওইহনখি ।।১৪।।

অসিগী তুংদা হিংচাবা নিংথৌ কংসনা, নোংচুপ মাইকৈদা লৈবা কল্লবা বৎস কৌবা হিংচাবগী মতিক মগুন তারত্তুনা শন্নাওগী মশক ওইবা বৎস কৌবা হিংচাবগা লোয়ননা কল্লবা লান থেংনখি ।।১৫।।

কংসনা বৎস কৌবা হিংচাবগী মমৈ (শন্নাওগী মমৈ) পায়ত্তুনা লৈবাক্তা নমথুত্তুনা মাবু খুত্তুন চল্লবা মতুংদা চীংগুম্না কল্লবা বৎসবু পুরত্তুনা, জাৎ বিজাৎ (জাতি বিজাতি) খাইত্রবা ম্লেচ্ছ জাতিশিংনা লৈবা মফম তান্না চংখি ॥১৬॥

নারদ ঐগী ইচিন্দগী ম্লেচ্ছ কালযবনগী রাবু তারবা মপাঙ্গল কল্লবা কংসনা কালযবনবু লান থেংনগে থন্দুনা চংখিবনি, কালযবনসু মায়য়োক্লবা লান থেংনবা চংলকখি ।।১৭।।

কংসনা য়োৎ মন লক্ষ (লাখ) অমা লুম্বা মশাগী গদা পায়রগা নোংশাগী লাল্লাও (সিংহনাদ) লাওরত্তুনা যবন নিংথৌ তম্না মাগী গদাত্তু লংশিনখি ।।১৮।।

গদাযুদ্ধমভূদ্‌ঘোরং তত্রাহি কংসকালয়োঃ।
বিকটং বিনদন্তৌ দেবগলে চূর্ণীবভূবতুঃ ॥১৯॥
কংসং কালং সংগৃহীত্বা পাতয়ামাস ভূতলে।
পুনর্গৃহীত্বা নিপাত্য মূর্চ্ছিতং চকার হ ॥২০॥
বাণবর্ষং প্রকুর্বন্তীং সেনাং তাং যবনস্য চ।
গদয়া প্রোথয়ামাস কংসো দৈত্যাধিপো বলী ॥২১॥
গজাংস্তুরঙ্গান্ সুরথান্ বীরান্ ভগ্নৌ নিপাত্য চ।
জগর্জ্জ ঘনবদ্‌বীরো গদাযুদ্ধো মৃধাঙ্গনে ॥২২॥
ততশ্চ দুন্দুভুম্ভে গৃহীত্বা স্বং স্বং রণং পরম্।
ভীতান্ পলায়িতান্ ম্লেচ্ছান্ জঘানাথ নীতিমান্ ॥২৩॥
উচ্চপাদো দীর্ঘজানুঃ স্তম্ভোরুর্লম্বিস্ফিক্কটিঃ।
কপাটবক্ষাঃ পীনাংসঃ পুষ্টঃ প্রাংশুর্বৃহদ্ভুজঃ ॥২৪॥

---

মতমত্তুদা কংস অমদি কালযবন অনিনা অকিবা ফংলবা গদাগী লানবু তৌখি, গদা অনি থেংনবদা মৈরীক কয়া পায়থোরকখি, মহৈ মহৈ ফুনরকপনা পাইনরিবা গদা অনি অত্তু মচেৎ মচেৎ কায়নখি-তোইনখি ॥১৯।

পায়নরিবা গদানা তুমখ্রবদা কংসনা কালযবন নিংথৌবু চেৎনা পায়রগা লৈবাক্তা নমথুখি, অসুম্না হন্না হন্না ফানহুনা ইনথুনহুনা লাক্সরকপনা কালযবন অত্তু অশিবগী মতৌগুম ওইখ্রে ।।২০।।

অসুম্না কালযবন্না মাইথীরক্লবদা মাগী তেঙ্গোল পুম্নমক্না কংস তম্না তেনতনা নোংচুবগুম কাপশিল্লকখি, হিংচাবা নিংথৌ পাঙ্গল্লবা কংসনা, অত্তুক য়াম্বা তেনশিংত্তু গদানা য়ৈথোক য়ৈথ্রোকুনা মাংহনখি ।।২১।।

শামু কয়া শগোল কয়া, নিংথিরবা দলাই কয়াবুসু, কল্ল কল্লবা লানমীশিংবুসু লানফমত্তুদা লৈমাইথক্তা তুহনখি, অমসুং কল্লবা কংসনা নোংখোংবগুম ভংহুনা সিংহনাদ লাওহুনা গদাগী অকনবা লান তৌখি ॥২৩।।

চাও-শাংলবা মখোং, চাওরবা খুকউ, য়ুম্বীগুম্বা ফৈবোম, চেংলবা খাং,

পদ্মনেত্রো বৃহৎকেশোঽরুণবর্ণোঽসিতাম্বরঃ ।
কিরীটী কুণ্ডলী হারী পদ্মমালী মহার্ভক. ।।২৫।।
খড়্গী নিষঙ্গী কবচী মুদগরাঢ্যো ধনুর্দ্ধরঃ ।
মদোৎকটো যযৌ জেতুং দেবান্ কংসোঽমরাবতীম্. ।।২৬।।
চাণূরমুষ্টিকারিষ্টশলতোশলকেশিভিঃ ।
প্রলম্বেন বকেনাপি দ্বিবিদেন সমাবৃতঃ ।।২৭।।
তৃণাবর্ত্তাঘকূটৈশ্চ ভৌমবাণাখ্যশম্বরৈঃ ।
ব্যোম ধেনুকবৎসৈশ্চ রুরুধে সোঽমরাবতীম্. ।।২৮।।
কংসাদীনাগতান্ দৃষ্ট্বা শক্রো দেবাধিপঃ স্বরাট্. ।
সর্ব্বৈর্দেবগণৈঃ সার্দ্ধং যোদ্ধুং ক্রুদ্ধো বিনির্যযৌ ।।২৯।।

---

ফল্লবা থবাক, নোয়-পেল্লবা লেংজুম-লেংপাক, পাক-চাওরবা মনমগন চাও-শাংলবা কল্লবা মপাম্বোম পানবা ।।২৪।।

মিংনা থম্বাল মনা মানবা, শম পৌতক তৌবা, কুচু ঙাঙ্‌লনবা মুৱৈ-শংদানবা ফি শেৎপা, লুক্সপ উপ্পা, কুণ্ডল নায়িন য়ানবা, ঙকশমদা থম্বাল পরেং শিবা, প্রলয়গী মতমদা থোকপা নুমিৎকুম মতীক মঙাল কল্লবা ।।২৫।।

থাংশাং য়ানবা, তেন্দোং নম্বো পোবা, লানমী ফুরিৎ লিংপা, পাম-বোমনচিংবা হুকচাং কন্নবা মৃদগর হায়না কৌবা গদা লোইনবা, লীরুং পায়বা, ময়াই কারবা কংসনা লাইশিংবু জয় তৌনিংদুনা অমরাবতি কোন্নুং তম্না চৎখি ।।২৬।।

চাণুর, মুষ্টিক অরিষ্ট, শল, তোশল, কেশি, প্রলম্ব, বক, দ্বিবিদ, কৌবা মহাক্কী খোংলোই লানমীশিংনা কোয়রদুনা কংসনা চৎখি ।।২৭।।

তৃণাবর্ত্ত, অঘাসুর, কূট, নরক, বাণ, শম্বর, ব্যোমাসুর ধেনুক, বৎস অসিনচিংবা তেঙ্গোল পুন্নমক অসিনা কোইশিন্দুনা অমরাবতি কৌবী কোন্নুংবু থিংখি ।।২৮।।

তেঙ্গোলগা লোয়ননা লাকলিবা কংসবু উরগা শাওরবা, লাইশিংগী

তয়োর্যুদ্ধমভূদ্‌ঘোরং তুমুলং রোমহর্ষণম্‌ ।
দিব্যৈশ্চ শস্ত্রসঙ্ঘাতৈর্বাণৈস্তীক্ষ্ণৈঃস্ফুরৎপ্রভৈঃ ॥৩০॥
শস্ত্রান্ধকারে সঞ্জাতে রথারূঢ়ো মহেশ্বরঃ ।
চিক্ষেপ বজ্রং কংসায় শতধারং তড়িদ্দ্যুতি ॥৩১॥
মুদগরেণাপি তদ্বজ্রং তাড়াশু মহাসুরঃ ।
পপাত কুলিশং যুদ্ধে চ্ছিন্নধারং বভূব হ ॥৩২॥
ত্যক্ত্বা বজ্রং তদা বজ্রী খড়্গং জগ্রাহ রোষতঃ ।
কংসং মূর্দ্ধ্নি ততাড়াশু নাদং কৃত্বাথ ভৈরবম্‌ ॥৩৩॥
স ক্ষতো নাভবৎ কংসো মালাহত ইব দ্বিপঃ ।
গৃহীত্বা স গদাং গুর্বীমষ্টধাতুময়ীং দৃঢ়াম্‌ ॥৩৪॥

---

নিংথৌ সুরারেন্না অয়াম্বা লাইশিংগা লোয়ননা কংসগা লান তৌনবগী-দমক থোক্লকখি ॥২৯॥

অমকপা লৈত্রবা (মঙাল থোক্লবা) মচিন্দা মৈরীক-মৈরী থোক্লবা থৌর থৌরবা তেনশিংনা, অতোপ্পা খুংলাই মখল কয়ানস্তু থানদুনা, লাই হিংচাবা কাংলুপ অনিনা অকিবা ফংলবা তুজুং মাংজুংলবা অকনবা লান থেংনখি ॥৩০॥

তেঙ্গোল অনিনা খুংলাই কাপ্পলংনবনা পুম্মম মম্লবদা দলাই তোং-লবা লাইগী নিংথৌ সুরারেন্না, নোংথাংগী মঙালগুম ঙাল্লবা ময়া চাম পাল্লবা বজ্র (নোংমৈ শীংজং) বু কংস হাৎনবগীদমক লংশিনখি ॥৩১॥

কল্লবা কংসনস্তু মুদগর কৌবা মশা কন্নবা খুংলাইনা থুনমক য়ৈথেক্লু-না, বজ্র কৌবা খুংলাইহুবু মতীক ময়াই মাংহন্দুনা ময়া কুমহন্দুনা লানফম ময়াইদা থাদখি ॥৩২॥

অসিগী তুংদা শাওরবা, বজ্র পায়বা সুরারেন্না বজ্রবু থাদোক্লুনা থুনমক থাংশোং অমা পায়রগা অকিবগী মশক ওইবা খোল্লাও লাওরদুনা কংসগী মকোক্তা য়ানখি ॥৩৩॥

অদুন ওইনমক শামুগী মকোক্তা লৈপরেংনা থাদরগুন কংসগী মকোক্তা

**লক্ষভারসমাং কংসশ্চিক্ষেপেন্দ্রায় দৈত্যরাট্‌।**
**তাং সমাপততীং বীক্ষ্য জগ্রাহাশু পুরন্দরঃ ॥৩৫॥**
**ততশ্চিক্ষেপ দৈত্যায় বীরো নমুচিসূদনঃ।**
**চচার যুদ্ধে বিদলন্নরীন্‌ মাতলিসারথিঃ ॥৩৬॥**
**কংসো গৃহীত্বা পরিঘং তভাড়াংসে সুরদ্বিষঃ॥**
**তৎপ্রহারেণ দেবেন্দ্রঃ ক্ষণং মূর্চ্ছামবাপ সঃ ॥৩৭॥**
**কংসং মরুদ্গণাঃ সর্ব্বৈগৃধ্রপক্ষৈঃ স্ফুরৎপ্রভৈঃ॥**
**বাণৌঘৈশ্ছাদয়ামাসুর্ব্বর্ষাস্বিনমিবাম্বুদঃ।॥৩৮॥**
**দোঃসহস্রযুতো বীরশ্চাপং টঙ্কারয়ন্মুহুঃ॥**
**তদা তান্‌ কালয়ামাস বাণৈর্ব্বাণাসুরো বলী ॥৩৯॥**

---

করিস্থ তৌবা ঙমখিগ্রে, কংসনস্থ ধাতুনিপান্না তিন্দুনা শাবা মাগী গদাবু খুত্থম চেৎনা পায়খৎখি ॥৩৪॥

মণ লক্ষ অমা লুম্নবা গদাবু হিংচাবা নিংথৌ কংসনা সুরারেন্দা পালন্নুনবা লংলকখি, লংলকলিবা গদাবু উরগা সুরারেন্নস্থ থুনমক গদাবু ফারহুনা গুকখি ॥৩৫॥

নমুচি কৌবা হিংচাববু হাৎঙস্থা কন্নবা সুরারেন্না অমুক হন্না গদাদু কংসদা লংখি, অস্থুন্না মাতলি কৌবা সারথিনা দলাই থৌবা সুরারেন্না য়েক্লবশিংবু নৈহত্নুনা লানক্ষদা কোইচং চৎখি ॥৩৬॥

লাইগী য়েক্লবা কংসনা পরিঘ কৌবা য়োৎশুক অমনা সুরারেনগী লেংজুনদা থাখি, মাগী চৈনাখোন্না সুরারেনস্থ মিৎকুপ খরদং ৱাস্থখি ॥৩৭॥

অয়াম্বা মরুৎ কৌবা নুংশিৎকি মপৈশিংনা লাংজা মশা মানবা (লাংজা মতুনা তেন্না চনবা) মচিন্দা মৈরীক মৈরি হৌবনা ঙাল্লবা তেনগী মপৈনা, নোংজুথাদা নোংনা নুমিৎপু খুম্বগুম কংসগী মথক্তা কুপশিনখি ॥৩৮॥

মতমতুদা কংসগী তেঙ্গোল ঙাকপা অকনবা, মপাম্বোম লিশিং অমা পানবা বাণ কৌবা হিংচাবনা লীরুং হন্না হন্না খীংহুনা তেন ময়াম কাপশিন্দুনা লাইশিংবু ৱাহনখি ॥৩৯॥

বাণশ্চ বসবো রুদ্রা আদিত্যা ঋভবঃ সুরাঃ।
জঘ্নুর্নানাবিধৈঃ শস্ত্রৈঃ সর্ব্বত্রোৎদ্রিং সমাগতাঃ ॥৪০॥
ততো ভৌমাসুরঃ প্রাপ্তে প্রলম্বাদ্যসুরৈর্নদন্।
তেন নাদেন দেবাস্তে নিপেতুর্মূর্চ্ছিতা রণে ॥৪১॥
উত্থায়াশু তদা শক্রো গজমারুহ্য রক্তদক্।
নোদয়ামাস কংসায় মত্তমৈরাবতং গজম্ ॥৪২॥
অঙ্কুশাস্ফালনাৎ ক্রুদ্ধং পাতয়ন্তং পদৈর্দ্বিষঃ।
শুণ্ডাদন্তস্য ফুৎকারৈর্গর্দ্দয়ন্তমিতস্ততঃ ॥৪৩॥
শ্রবন্মদং চতুর্দ্দন্তং হিমাদ্রিমিব দুর্গমম্।
নদন্তং শৃঙ্খলাং শুণ্ডাং চালয়ন্তং মুহুর্মুহুঃ ॥৪৪॥

---

মতমতুদা মাইকৈ পুন্নদগী বসু কৌবা লাইশিং রুদ্রখিবিক আদিত্য (নুমিৎ) কৌবা লাইশিং, ঋভু কৌবা লাইশিংনা অমদি মফমতু তাঁন্না লাক্নরিবা লাইয়ানশিংনা মখল মখা অয়াম্বা খুৎলায়শিংনা চীংগুম্বা বাণদা থাখি ।।৪০।।

অতুগী তুংদা ভৌমগী মচা নরক কৌবা হিংচাবনা প্রলম্বনচিংবা হিং-চাবশিং পুন্নমক্না লাইশিংগা লোইননা লাম্বেংনবা ফংলবতুদদি মখোই পুন্নমক্না লাও-খোংবা, নিনবা অতুদা লাইশিংনা রাম্বতুনা তুনখি ।।৪১।।

শাওবনা মমিং ঙাংলবা সুরারেক্না খুনা ঙ্হৌগতুনা ঐরাবত কৌবা শামু তোংতুনা কংস তম্না ময়াই কারবা ঐরাবত কৌবা শামু থৌজিনখি ।।৪২।।

শামুকাটিনা থিনবদগী শাওরবা ঐরাবতপু মখোংশিংনা য়েক্নবশিংবু নেৎখায়হনখি, চৈগুম্বা মনাতোম্না ফঁ, ফঁ, কাম্বতুনা মাইকৈ পুন্নমক শিন-থুংমা নৈহৎহনখি ।।৪৩।।

লানফমদা হিমালয় চীংগুম্বা, ময়া মরি পানবা, ময়াইকাবনা মচুম তারবা ঐরাবতনা, মনাতোন অমদি খাংলাক য়োৎহল্লিংনা হুম্না হুম্না হায়-হুমতুনা লাও-খোংহল্লি ॥৪৪॥

ঘণ্টাঢ্য কিঙ্কিণীজালরত্নকম্বলমণ্ডিতম্ ।
গোমূর্দ্ধচয়সিন্দুর কস্তূরীপত্রভৃন্মুখম্ ॥৪৫॥
দৃঢ়েন মুষ্টিনা কংসস্তং তত্রাভূ মহাগজম্ ।
দ্বিতীয়মুষ্টিনা শক্রং সঞ্জঘান রণাজনে ॥৪৬॥
তস্য মুষ্টি প্রহারেণ দূরে শক্রঃ পপাত হ ।
জানুভ্যাং ধরণীং স্পৃষ্ট্বা গজোঽপি বিহ্বলোঽভবৎ ॥৪৭॥
পুনরুত্থায় নাগেন্দ্রো দন্তৈশ্চাহত্য দৈত্যপম্ ।
শুণ্ডাদন্তেন চোদ্ধৃত্য চিক্ষেপ লক্ষযোজনম্ ॥৪৮॥
পতিতোঽপি স বজ্রাঙ্গঃ কিঞ্চিদ্ব্যাকুলমানসঃ ।
স্ফুরদোষ্ঠোঽতিরুষ্টাঙ্গো যুদ্ধভূমিং সমাযযৌ ॥৪৯॥

শরীক, কিঙ্কীণী (খাংলাকপী) — খাংসরীক মপৈ, রত্ন মনি-মুক্তা, কম্বল ফি অসি খিবিক্রা লৈতেংলিবা, গোরোচনা, চন্দন সিন্দুর, কস্তূরীন-চিংবা খিবিক্রা মম্মাইদা ফজনা মথকলোমদা চিংখত্তুনা য়েকখোৎলিবা শামু ঐরাবতনি ॥৪৫॥

লানফমত্তুদা কংসনা চেৎনা পায়শিল্লবা খুত্তমনা অচৌবা শামু ঐরাবত অত্তুদা কম্না শুখি, অনিশুবা খুত্তমনা সুরারেন কৌবা লাই নিংথৌদা কম্না শুখি ॥৪৬॥

কংসগী খুত্তমগী চৈনাখোন্দা সুরারেম্না থাপনা হন্দোক্তুনা তুখি, ঐরাবত শামুসু খুত্তমগী চৈনা খাংবদা লৈপাক্তা খুরখুদক কুপ্থত্তুনা ঙান মাংখি ॥৪৭॥

শামু নিংথৌ ঐরাবতনা অমুক হৌগত্তুনা ময়ানা কংসবু খিন্দৎ-লগা, মনাতোম্না কোক্তুনা য়ুথক লক্ষ (লাখ) অমা থাপ্লা লংখি ॥৪৮॥

বজ্রগুম (নোংমৈ শিংজংগুম) কল্লবা হকচাং ওইবা কংসনা, শামুনা লংবদা তুরু-তারুবা ওইবদগী খজিক্কং পুক্নিং মুঙাইতবগা লোয়ননা থোইনা শাওখিবদগী চিম্বাল থক-খা চিক্লহুনা লানফম তাম্না লাকখি ॥৪৯॥

কংসো গৃহীত্বা নাগেন্দ্রং সংনিপাত্য রণাঙ্গনে।
নিষ্পীড্য শুণ্ডাং তস্যাপি দন্তাংশ্চূর্ণীচকার হ ॥৫০॥
অথ ঐরাবতো নাগো দুদ্রাবাশু রণাঙ্গনে।
নিপাতয়ন্মহাবীরান্ দেবাধানীং পুরীং গতঃ ॥৫১॥
গৃহীত্বা বৈষ্ণবং চাপং সজ্জং কৃত্বাথ দৈত্যরাট্।
দেবান্ বিদ্রাবয়ামাস বাণৌঘৈশ্চ ধনুঃস্বনৈঃ ॥৫২॥
ততঃ সুরাস্তেন নিহন্যমানা
বিদুদ্রুবুলীনধিয়ো দিশান্তে।
কেচিদ্রণে মুক্তশিখা বভূবু—
ভীতাঃস্ম ইত্থং যুধি বাদিনস্তে ॥৫৩॥
কেচিত্তথা প্রাঞ্জলয়োঽতিদীনবৎ—
সংন্যস্তশস্ত্রা যুধি মুক্তকচ্ছাঃ।
স্থাতুং রণে কংসনৃদেবসম্মুখে।
গতেপ্সিতাঃ কেচিদতীব বিহ্বলাঃ ॥৫৪॥

---

কংসনা ঐরাবত শামুবু মথুংনা ফারহনা লানফম ময়াইথক্তা নম-হনা, শামুগী মনাতোন ফোইদং-চিংথংলহনা অমস্তুং ময়া খিবিকপু মচেৎ-মচেৎ থুগাইগে হোৎনখি ।।৬০।।

অতুগী তুংদা ঐরাবত কৌবা শামুনা য়াম্না থুনা লানফমদগী চেনখি, মানা চেনখিবদা কংসগী লান্মী অকল-অথৌ কয়াবু তুহন-তাহল্লমহনা থেংথুহন্না লাইশিংগী কোন্নুং তান্না চেনখি ।।৫১।।

অতুদগী হিংচাবা নিংথৌ কংসনা বৈষ্ণবধনু ওইবা, পরশুরামনা পীবা লীরুং অচৌবত্থ পায়রগা লীরী হাপতুনা খিংবগী অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা তেনগী মপৈ-মপেনা লাইশিংবু থাহনা রাস্তহনখি ।।৫২।।

কংসনা হাৎনবা হোৎনরক্লবা লাইশিংনা জ্ঞান মাংলহনা মাইকৈ খা-রাই থংদনা চেন্নরকখি, কনাগুম্বা লাইশিংনা মকোক্কী মশম-মনা ফাদোক্লুন্না অকিবগী মতৌ উৎলহনা ঐখোয় কিরে অস্তুম্না মহৈ-মহৈ হায়নখি ।।৫৩।।

**ইত্থং স দেবান্ প্রগতান্নিরীক্ষ্য তা—**
**ন্নীত্বা চ সিংহাসনমাতপত্রবৎ।**
**সর্ব্বৈস্তদা দৈত্যগণৈর্জ্জনাধিপঃ**
**স্বরাজধানীং মথুরাং সমাযযৌ ॥৫৫॥**

**ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে নারদবহুলাশ্ব সংবাদে দিগ্বিজয়বর্ণনং নাম সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥**

---

অসুন্না কনা কনাগুম্বা লাইশিংনা মখুত্তগী খুৎলাই থাদোক্লুনা মশন-মনা ফাদোক্লুনা, মখুৎ লোন্নতুনা য়াম্না তোল্লবগী মতৌ তৌখি, কনাগুম্বা কিবা লাইনা তৌফম খংদবা জ্ঞান মাংলবা ওইতুনা মীথোই মীহেনবা নিংথৌ কংসগা মায়োক্নবদগী চেন্নিংখি ॥৫৪॥

মতৌ অসুন্না মহৈ মহৈ চেন্নরবা লাইশিংবু উরগা হিংচাবা নিংথৌ কংসনা লাই নিংথৌগী সিংহাসন অমদি শেকপিনবু লৌরতুনা অয়াম্বা হিংচাবাশিংগা লোয়ননা মশাগী লৈফম মথুরানগর তান্না হল্লকখি ॥৫৫॥

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী ৱারীদা গোলোক খণ্ডগী মতাংদা, নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ৱাংনবা দিগ্বিজয় তৌবগী ৱা হায়বা তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ।

* * *

## অষ্টমোঽধ্যায়ঃ

শ্রীগর্গউবাচ ঃ—

শ্রুত্বা তদা শৌণক ভক্তিযুক্তঃ
শ্রীমৈথিলো জ্ঞানভৃতাং বরিষ্ঠম্‌।
নত্বা পুনঃ প্রাহ মুণিং মহান্তং
দেবর্ষিবর্য্যং হরিভক্তিনিষ্ঠম্‌ ॥১॥

শ্রীবহুবাশ্ব উবাচ ঃ—

ত্বয়া কুলং কৌ বিশদীকৃতং মে
স্বানন্দদোর্জ্জদ্‌যশসামলেন।
শ্রীকৃষ্ণভক্তক্ষণসঙ্গমেন
জনোঽপি সন্‌ স্যাদ্বহুনা কিমুস্বিৎ ॥২॥

---

গর্গচার্য্যনা হায় ঃ—

হে শৌনক, মতমত্তুদা নোঙ্গুকপা ভক্তিনা তিল্লবা, মিথিলাগী নিংথৌ বহুলাশ্বনা রারীশিবু তারগা জ্ঞান লৈবা খংলবশিংগী মনুংদা হরিভক্তি লৈরবা লাইগী ঋষি নারদবু খুরুম্মতুনা অমুক হায়জরকই ॥১॥

বহুলাশ্বনা হায় ঃ— মুনিনা লেংবীরকপসিনা ননাই ঐগী শাগৈশিদা অমদি পৃথিবীসিদা মুঙাইবগী মশক অমদি মঙ্গলবা মিংচংনা লুরবা হায়বত্তু ওইহনবীরবনি, শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তগা মীকুপ অমতংতবু তিন্নজরবা মীওইনা অফবতা ওইরবনি হায়বসিদগী করি অমুক অহেনবা লৈখিগদগে ॥২॥

পরিপূর্ণতম হায়বদি থোইদোক্লা মপুং ফাবা অবতার ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা, শ্রীমতি রাধাগা লোয়ননা অবতার তৌবীরগা ব্রজ ধামদা করি করি লীলা শান্নখিবগে হায়বত্তু হে লাইগী ঋষি দেবর্ষী অথোইবা, ইবুংঙো নংনা তাকপীত্তুনা হকচাংগী, আত্মাগী, নোংদম্বগী অৱাবা ত্রিতাপ কৌববু নহাক্লা কোকহনবীয়ু ॥৩॥

শ্রীরাধায়া পূর্ণতমস্তু সাক্ষা—
ভূত্বা ব্রজে কিং চরিতং চকার।
তদ্‌ ব্রূহি মে দেবঋষে ঋষীশ
ত্রিতাপদুঃখাৎ পরিপাহি মাং ত্বম্‌ ॥৩॥

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

ধন্যং কুলং যন্মিমিনা নৃপেণ
শ্রীকৃষ্ণভক্তেণ পরাৎপরেণ।
পূর্ণীকৃতং যত্র ভবান্‌ প্রজাতো
যুক্তো হি মুক্তা ভবতো ন চিত্রম্‌ ॥৪॥

অথ প্রভোস্তস্য পবিত্রলীলাং
সুমঙ্গলাং সংশৃণুতাৎ পরস্য।
অভূৎ সতাং যো ভুবি রক্ষণার্থং
ন কেবলং কংসবধায় কৃষ্ণঃ ॥৫॥

---

নারদনা হায়খি ঃ— নিংথৌ নংনা হৎলিবদুনা, নিংথৌ নংগী শাগৈগী য়াইফবা মঙ্গল ওইবা, মাং-তুং অনিমক ফনবা ওইবা অমদি শাগৈ পুম্নমক্কি মপুংফাবা মঙ্গলবু তৌরবনি, শ্রীকৃষ্ণগী মনাইওইবা চন্দ্রবংশদা পোক্লবা নহাক্না অরানবা খুভম ফংবদবু করি অমুক চিংননিঙাই লৈখিদগে ।।৪।।

পুম্নমক্কী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গলগী মশক ওইবা শেংলবা লীলা খিবিকপু নিংথিনা তারো, শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবীররিবা অসি কংস কৌবা হিংচাবতবু হাৎনবা তৌবা নত্তে, পৃথিবীসিবু, সাধুশিংবু ঙাকপিগে হায়বগীদমকসু ইবুঙো মানা পৃথিবীদা অবতার তৌবীখিবনি ।।৫।।

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, অসিগী তুংদা বৃষভানু কৌবী মহারাণীদা, মতীকচাওরবী পরা কৌবী শক্তিগী মশক্না চংদুনা, যমুনাগী মপান্দা ঊরীনা কোয়শিনবা নিকুঞ্জগী ফজরবা মণ্ডিরদা (সঙ্গায়দা) অদুগুম্বী রাধানা অবতার (লেংথরকপা) তৌখি (পোকখি) ।।৬।।

অথৈব রাধা বৃষভানুপত্ন্যা—
মাবেশ্য রূপং মহসঃ পরাখ্যম্ ।
কলিন্দজাকূলনিকুঞ্জদেশে
সুমন্দিরে সাবততার রাজন্ ॥৬॥

ঘনাবৃতে ব্যোম্নি দিনস্য মধ্যে
ভাদ্রে সিতে নাগতিথৌ চ সোমে ।
অবাকিরন্ দেবগণাঃ স্ফুরদ্ভি
স্তন্মন্দিরে নন্দনজৈঃ প্রসূনৈঃ ॥৭॥

রাধাবতারেণ তদা বভুবু—
র্নদ্যোঽমলাভাশ্চ দিশঃ প্রসেদুঃ ।
ববুশ্চ বাতা অরবিন্দরাগৈঃ
সুশীতলাঃ সুন্দরমন্দযানৈঃ ॥৮॥

সুতাং শরচ্চন্দ্রশতাভিরামাং
দৃষ্ট্বাথ কীর্তিমুর্দমাপ গোপী ।
শুভং বিধায়াশু দদৌ দ্বিজেভ্যো
দ্বিলক্ষমানন্দকরং গবাঞ্চ ॥৯॥

---

ভাদ্রমাস (লাংবন থা) গী থানখংলাংনা নিপাল্লি থানবা নিংথৌকাবা স্থুমিংবী, স্থুমিং চপ যুংবা মতমদা ইবেম্মনা পৃথিবীদা পোকখি, মতমতুদা অতিয়াসি নোংনা থুপখি, চাবোকশং মন্দিরতুদা লাইশিংনা স্বর্গগী নন্দন কৌবা বন্দা মকাফম্না শাংলবা, নুংশিববা লৈশংনা চায়থবকখি ॥৭॥

শ্রীরাধানা অবতার (পোকপিংখিবা) তৌবা মতমতুদা ভুবেল খিবিরমক্ত বা তরু-তরুবা ওইখি, মাইকৈ পুম্নমক তশেং তশেংখি, থম্বাল লৈরীক লোইনরবা লিরিহুম্বা নুংশিংনা নুংশাগী মৈশা ইংহনবা ওইনা ফজনা তপ্না তপ্না হুনখি ॥৮॥

শরৎ থাগী থানিল চামদগী হেন্না ফজরবী মচানুপীবু উরগা,

প্রেঙ্খে খচিদ্রত্নময়ূখপূর্ণে
সুবর্ণযুক্তে কৃতচন্দনাঙ্গে।
আন্দোলিতা সা ববৃধে সখীজনৈ—
র্দিনে দিনে চন্দ্রকলেব ভাভিঃ ॥১০॥
যদ্দর্শণং দেববরৈঃ সুদুর্লভং
যজ্ঞৈরবাপ্তং জনজন্মকোটিভিঃ।
সবিগ্রহাং তাং বৃষভানুমন্দিরে
লক্ষ্যন্তি লোকা ললনাপ্রলালনৈঃ ॥১১॥
শ্রীরাসরঙ্গস্য বিকাসচন্দ্রিকা
দীপাবলীভির্বৃষভানুমন্দিরে।
গোলোকচূড়ামণিকণ্ঠভূষণাং
ধ্যাত্বা পরাং তাং ভুবি পর্য্যটাম্যহম্ ॥১২॥

---

গোপ নিঙোল কীর্ত্তিদানা হরাও-নুংঙাইমনখিবনা মচাগী মঙ্গল ওইন-বগীদমক শাস্ত্রগী বায়েল মতুংইন্না, নুংঙাই-য়াইফবা পীনরিবী শনবী লক্ষ অনিবু ব্রাহ্মনশিংদা থুনমক দান তৌখি ।।৯।।

রত্ন মনি মুক্তা থাম্নবা, মনম নুংশিবা চন্দন তৈরবা, সনা হৎপা নাওশুম কাংথোল মচাদা, রাণীগী লোইনবী সখীশিংনা হায়-হন্না নাও-খেমলিবী রাধা কৌবী ইবেম্মদা থাগী কল্লানা নোংমা নোংমগী হেনগৎনা ঙানখৎলকপগুম নোংমা মোংমগী চাওখৎলকখি ।।১০।।

লাই অথোইবশিংনা উজবা ফঙমদ্রবা ইবেম্মগী মশক মওং অসিবু মাওইবা মপোক্লস্থু কোটি কোটিরক হন্না যজ্ঞ তৌজন্থনস্থু ফঙমদ্রবা, অসি-গুম্বী ইবেম্মনা বৃষভানুগী সঙ্গাইদা গোপীশিংনা লুনা চান্না তৌজরত্থনা হকচাং পানবা মওংদা শ্রীরাধাবু মীওইবশিংনা উজরে ।।১১।।

শ্রীরাস কৌবী লীলাগী থাগী থাবলগুম ঙাল্লিবী থাংমৈ মপৈ পরেং পরেংগুম বৃষভানুগী সঙ্গাইদা ঙাল্লিবী, গোলোক ধামগী মপু শ্রীকৃষ্ণগী ঙক্কী লৈতেং ওইরিবী অথোইবী রাধাবু নিংজত্থনা পৃথিবীশিদা ঐনা কোয়না কোয়না চচ্চরি ।।১২।।

শ্রীবহুলাশ্ব উবাচ ঃ—

**বৃষভানোরহো ভাগ্যং যস্য রাধা সুতাভবৎ ।**
**কলাবত্যা সুচন্দ্রেণ কিং কৃতং পূর্ব্বজন্মনি ॥১৩॥**

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

**নৃগপুত্রো মহাভাগঃ সুচন্দ্রো নৃপতীশ্বরঃ ।**
**চক্রবর্ত্তী হরেরংশো বভুবাতীব সুন্দরঃ ॥১৪॥**
**পিতৃণাং মানসী কন্যাস্তিস্রোঽভুবন্মনোহরা ।**
**কলাবতী রত্নমালা মেনকা নাম নামতঃ ॥১৫॥**
**কলাবতীং সুচন্দ্রায় হরেরংশায় ধীমতে ।**
**বৈদেহায় রত্নমালাং মেনকাঞ্চ হিমাদ্রয়ে**
**পারিবর্হেণ বিধিনা স্বেচ্ছাভিঃ পিতরো দদুঃ ॥১৬॥**

---

বহুলাশ্বনা হায় ঃ—

ওস্তোকইদা অসিগুম্বী শ্রীমতি রাধিকানা বৃষভানুগী মচা ওইনা পোকখিবসে, বৃষভানুগী লাইবকফববু করম্না শীংথাগদগে, নহানমুক্কী সুচন্দ্র কলাবতি ওইনা পোকখিবগী মপোক্তা মখোয় অনিনা করি তপ তৌজখিবননো ।।১৩।।

নারদনা হায়খি ঃ— নিংথৌশিংগী নিংথৌরেল ওইবা, মরাইবক ফবা, লৈবাক কয়াগী মথক্তা পানবা রাজচক্রবর্ত্তী ওইবা, থোইদোক্লসু মশক মতৌ ফজবা সুচন্দ্রনা, শ্রীকৃষ্ণগী অংশ ওইবা (শরুক চংবা) নৃগ কৌবা নিংথৌগী মচা ওইনা পোকখি ।।১৪।।

মমাংৈঙদা লাইওইবা পিতৃশিংগী পুকনিংদগী কালবতী রত্নমালা অমসুং মেনকা কৌবী পুকনিং হুনা ফজরবী কন্যা অহুমসি পোকখি ।।১৫॥

পিতৃলোকশিংনা মানা মানা নিংবা অউনপোংকা লোইননা হৌনবী রায়েল কায়দনা, শ্রীহরিগী অংশ ওইবা বুদ্ধি লৈবা সুচন্দ্রদা কালবতীব বিদেহ নিংথৌদা রত্নমালাবু, চীংনিংথৌ হিমালয়দা মেনকাবু পিখি ।।১৬॥

**সীতাভূদ্রত্নমালায়াং মেনকায়াঞ্চ পার্ব্বতী।**
**দ্বয়োশ্চরিত্রং বিদিতং পুরাণেষু মহামতে ॥১৭॥**
**সুচন্দ্রোঽথ কলাবত্যা গোমতীতীরজে বনে।**
**দিব্যৈর্দ্বাদশভির্বর্ষৈস্তুতাপ ব্রহ্মণস্তপঃ ॥১৮॥**
**অথো বিধিস্তমাগত্য বরং ব্রুহীত্যুবাচ হ।**
**শ্রুত্বা বাল্মীকদেশাচ্চ নির্যযৌ দিব্যরূপধৃক্ ॥১৯॥**
**তং নত্বোবাচ মে ভূয়াদ্দিব্যং মোক্ষং পরাৎপরম্‌,**
**তচ্ছ্রুত্বা দুঃখিতা সাধ্বী বিধিং প্রাহ কলাবতী ॥২০॥**
**পতিরেব হি নারীণাং দৈবতং পরমং স্মৃতম্‌।**
**যদি মোক্ষমসৌ যাতি তদা মে কা গতির্ভবেৎ ॥২১॥**

---

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ রত্নমালা কৌবীদা সিতাদেবী, মেনকা দেবীদ পার্ব্বতী দেবীনা পোকখি, সিতা পার্ব্বতী অনিগী পুনশি ৱারীদি কুইরবা পুরাণ খিবিক্লা তাক্লুনা খংনরবনি ॥১৭॥
মসিগী তুংদা সুচন্দ্র কালবতী অনিনা গোমতী তীর্থগী মপান্দা লৈবা বন্দা লাইগী চহি তরানিথোই চঙ্গা ব্রহ্মাবু নিংখি তপ তৌখি ॥১৮॥

ব্রহ্মাবু চহি তরানিথোই তপ তৌরবদা, ব্রহ্মানা সুচন্দ্রগী মনাক্তা লাক্লুনা বর নিজরো হায়রখি, মহু তারগা মশা পুম্নমক লৈশৌনা কুপলম্বহু লৈশৌবুং মনুংদগী মক্ত বা মশক পুরবা সুচন্দ্রনা থোক্লকখি ॥১৯॥

সুচন্দ্রনা ব্রহ্মাবু খুরুম্নগা হায়রকই, পুম্নমক্তগী অথোইবা মক্ত বা মোক্ষ কৌবা অরানবা খুভম অহুবু ঐহাক্কী ওইজগে অসুম্না বর নিবসি তারগা ৱারবী মপুরোইবা নিংবী কলাবতীনা ব্রহ্মাগী মফমদা অসুম্না হায়রকখি ॥২০॥

ঈপুরোইবা হায়বসিনা নুপীশিংগীদবক্তদি অথোইবা লাই ওইরিবনি হায়খ্রে, মসিদা ইপুরোইবনা মোক্ষপতি (অরান খুবম) ফংগ্রগদি ঐগীদি করি গতি (ফংনিঙাই অফবা পাঙ্গল) লৈরিবগে ॥২১॥

করিগুম্বা ইপুরোইবনা অরানবা খুবম ফংখিবা থোক্লগদি, ঐদি ইপুরোইবা য়াওদনদি হিংবা ঙমগনি নীংজদে, ইপুরোইবা কায়নবদগী

এনং বিনা ন জীবামি যদি মোক্ষং প্রদাস্যসি ।
তুভ্যং শাপং প্রদাস্যামি পতিবিক্ষেপবিহ্বলা ॥২২॥

শ্রীব্রহ্মোবাচ ঃ—

ত্বচ্ছাপাভয়ভীতোঽহং মে বরোঽপি মৃষা নহি ।
তস্মাত্ত্বং প্রাণপতিনা সার্দ্ধং গচ্ছ ত্রিবিষ্টপম্ ॥২৩॥
ভুক্ত্বা সুখানি কালেন যুবাং ভুমৌ ভবিষ্যথঃ ।
গঙ্গাযমুনয়োর্ম্মধ্যে দ্বাপরান্তে চ ভারতে ॥২৪॥
যুবয়ো রাধিকা সাক্ষাৎ পরিপূর্ণতমপ্রিয়া ।
ভবিষ্যতি যদা পুত্রী তদা মোক্ষং গমিষ্যথঃ ॥২৫॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

ইত্থং ব্রহ্মবরেণাথ দিব্যোনামোঘরূপিণা ।
কলাবতী সুচন্দ্রৌ চ ভুমৌ তৌ দ্বৌ বভূবতুঃ ॥২৬॥

---

তৌফম খংদ্রবী, তপথদ্রবী ঐনা ব্রহ্মা কৌবা নঙোন্দা শাপ তৌররু-গনি ॥২২॥

শ্রীব্রহ্মানা হায়খি ঃ—

নহাক্কী শাপকী অমাংবদু ঐ য়াম্না কিং, অদুগা ঐগী বর অসিসু অরেম্বদি ওইরোই, মরম অসিদগী দেবী নহাক্কী নপুরোইবগা লোয়ননা লাইরৈবাক্তা (স্বর্গদা) চৎলো ॥২৩॥

নখোয় অনিনা নুঙাইনা মতম কয়ামুক স্বর্গভোগ (লাইগী চিঙ্গাক) চাহুনা লৈরুরগা দ্বাপর কৌবা যুগকি মনৈদা ভারত কৌবা মফমদা, গঙ্গা যমুনা অনিগী মরক্তা পৃথিবীদা পোক্লগনি ॥২৪॥

মতমদুদা পরিপূর্ণতম ওইবা (তশেংনা মপুংফাবা অথোইবা) শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী শ্রীরাধিকানা, নখোয় অনিগী নচা ওইনা পোক্লকনি, মতমদুদা নখোয় অনিমক মোক্ষপদবী (অরান খুবম) ফংবা ওইজৌ ॥২৫॥

শ্রীনারদনা হায়খি ঃ—

অসিগী তুংদা মতৌ অসুম ওইবা, অমাং অতা লৈত্রবা মশক ওইবা

**কলাবতী কান্যকুব্জে ভলন্দননৃপস্য চ।**
**জাতিস্মরা হ্যভূদ্দিব্যা যজ্ঞকুণ্ডসমুদ্ভবা ॥২৭॥**
**সুচন্দ্রো বৃষভান্বাখ্যঃ সুরভানুগৃহেঽভবৎ।**
**জাতিস্মরো গোপবরঃ কামদেব ইবাপরঃ ॥২৮॥**
**সম্বন্ধং যোজয়ামাস নন্দরাজো মহামতিঃ**
**তয়োশ্চ জাতিস্মরয়োরিচ্ছতোরিচ্ছয়া দ্বয়োঃ ॥২৯॥**
**বৃষভানোঃ কলাবত্যা আখ্যানং শৃণুতে নরঃ**
**সর্ব্বপাপবিনির্ম্মুক্তঃ কৃষ্ণসাযুজ্যমাপ্নুয়াৎ ॥৩০॥**

**ইতি শ্রীমদগর্গসংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে নারদ—**
**বহুলাশ্ব সংবাদে শ্রীরাধিকাজন্মবর্ণনং**
**নামাষ্টমোঽধ্যায়ঃ ॥**

---

ব্রহ্মাগী বরগী মঙান্দগী সুচন্দ্র কলাবতী অনিনা পৃথিবীসিদ। পোক্লখি ॥২৬॥

কল্লাবতী কৌবীনা কান্যকুব্জ কৌবা মফমদা ভলন্দন কৌবা নিংথৌগী যজ্ঞ কুণ্ডদগী চোংথোক্লকপী (থোক্লকপী) ওইবনা মপোক খংবী অমর্কপা লৈত্রবী অমা ওইখি ।।২৭।।

সুচন্দ্রনা সুরভানুগী য়ুমদা, মমাংগী মপোক খংবা ওইনা গোপ অথোইবা বৃষভানুবর হায়না কৌহুনা, কামদেব কৌবা লাইগুম মশক মতৌ ফজনা পোকখি ॥২৮॥

পুকচেল চাওবা নন্দ নিংথৌনা বৃষভানু কীর্ত্তিদা অনিগা য়ান্না নক্লবা মরী থম্লখি, অমসুং নন্দ বৃষভানু অনিগী মমাংগী মপোক খংবা ওইবনা মহৈ-মহৈ অমনা অমগী অনিং-অনিংবা থুংনবা তৌনহুনা থোই-দোক্লা চান্নবা ওইখি ।।২৯।।

মীওইবনা বৃষভানু অমদি কলাবতী অনিগী ৱারীবু তাজরবদি, পাপ পুম্নমক কোকচহুনা, শ্রীকৃষ্ণদা তিণ্ণবা সাযুজ্য কৌবা মুক্তিবু ফংজৈ ।।৩০।।

# নবমোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচ :—

তত্রৈকদা শ্রীমথুরাপুরে বরে
পুরোহিতঃ সর্ব্বযদূত্তমৈঃ কৃতঃ।
শূরেচ্ছয়া গর্গ ইতি প্রমানিকঃ
সমাযযৌ সুন্দররাজমন্দিরম্‌ ॥১॥

হীরাখচিদ্ধেমলসৎকপাটকং
দ্বিপেন্দ্রকর্ণাহতভৃঙ্গনাদিতম্‌।
ইভস্রবন্নির্ঝরগণ্ডধারয়ং
সমাবৃতং মণ্ডপখণ্ডমণ্ডিতম্‌ ॥২॥

---

মতাং অসিদা গর্গমুণিগী ৱারীদা গোলোকখণ্ডগী মতাংদা, নারদ-বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা শ্রীরাধিকা পোকপগী মতাং হায়বা নিপানগুবা অধ্যায় লোইরে।

*　*　*

## নবমোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদনা হায়খি :—

নোংমগী নুমিত্তা অয়াম্বা যদু শাগৈ পুন্নমক্কী পুরোহিত ওইনা লৈরবা গর্গাচার্য্য মুণিনা নিংবা মতুংইন্না, পৃথিবী অসিগী অথোইবা মফম ওইবা ফজরবা মথুরা পুরগী কোনুংদা লাকখি ॥১॥

কোনুং অদু হীরা মনি মুক্তা থাম্বা, স্নাতগী ফজরবা মঙাল খোল্লবা থোং পানবা, শামুগী চায়রুংদগী ময়াই কারকপগী মচুম তাৱকপগী নুংশিবা

**মহোদ্ভটৈর্বীরজনৈঃ সকঞ্চুকৈ—**
**র্ধনুর্দ্ধরৈশ্চর্মকৃপাণপাণিভিঃ।**
**রথদ্বিপাশ্বধ্বজিণীবলাভিঃ**
**সুরক্ষিতং মণ্ডলমণ্ডলীভিঃ ॥৩॥**

**দদর্শ গর্গো নৃপদেবমাহুকং**
**শ্বাফল্কিনা দেবককংসসেবিতম্।**
**শ্রীশক্রসিংহাসন উন্নতে পরে**
**স্থিতং বৃতং ছত্রবিতানচামরৈঃ ॥৪॥**

**দৃষ্ট্বা মুনিং তং সহসাসনাশ্রয়া—**
**দুত্থায় রাজা প্রণনাম যাদবৈঃ।**
**সংস্থাপ্য সম্পূজ্যসুভদ্রপীঠকে**
**স্তুত্বা পরিক্রম্য নতঃ স্থিতোঽভবৎ ॥৫॥**

---

মনম পামহ্ননা তোংলম্বা খোইমুশিংনা, শামুগী মনানা হুম্বদা পাইথোকখিবগী খোঞ্জেলনা নিল্লিবা অমহুং ফজবা পুন্নমক্কা তিল্লবা মাণ্ডবনা লৈতেংলিবনি ।।২।।

চীং লেম্নবা অকল অথৌ মীশকশিংনা, লানগী থাখুম ফুরিৎ লিৎলহ্ননা মখুত্তা লীরুং থাং চুঙ্গোয় পায়বা, দলাই, শামু, শগোল ফিরাল পায়বা তেঙ্গোল মখল মখলনা ইকোই কোইশিন্দুনা নিংথিনা ঙাক শেল্লিবা মথুরা কোন্নুংনি ।।৩।।

অক্রুর, দেবক, কংসনা থৌগল্লিবা, স্বরারেনগী সিংহাসনগুম ৱাংলবা ফম্ফমথক্তা, চোং-সেকপিন, কাংহাই-চামরনচিংবনা থৌগল্লিবা, লাইগুম্নবা নিংথৌ অথোইবা আহুক কৌববু গর্গমুনিনা উখি ।।৪।।

আহুক নিংথৌনা গর্গমুনিবু উরগা, খুদক্তা ফম্ফমদগী হৌগৎলগা যদুশিংগা লোইননা খুরুমজখি, মঙ্গলগী মশক ওইবা খুদাদা (ফমফমদা) লেংশিলহল্লগা চংখোম্না ঈরাৎ-পুজা তৌরহ্ননা, ৱাহৈ-ৱাতা ফজবনা লৈশি লৈথোন্দুনা (স্তুতি) য়েৎ ওইননা কোয়রগা নোল্লুক্কা লৈখি ।।৫।।

দত্ত্বাশিষং গর্গমুনির্নৃপায় বৈ
পপ্রচ্ছ সর্ব্বং কুশলং নৃপাদিষু
শ্রীদেবকং প্রাহ মহামনা ঋষি—
র্মহৌজসং নীতিবিদং যদূত্তমম্‌, ॥৬॥

শ্রীগর্গউবাচ ঃ—

শৌরিং বিনা ভুবি নৃপেষু বরস্তু নাস্তি
চিন্ত্যো ময়া বহুদিনেঃ কিল যত্র তত্র।
তস্মান্‌ নৃদেব বসুদেববরায় দেহি
শ্রীদেবকীং নিজসুতাং বিধিনোদ্বহস্ব ॥৭॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

কৃত্বা তদৈব পুরি নিশ্চয়নাগবল্লীং
শ্রীদেবকঃ সকলধর্মভৃতাং বরিষ্ঠঃ।
গর্গে চ্ছয়া তু বসুদেববরায় পুত্রীং
কৃত্বাথ মঙ্গলমলং প্রদদৌ বিবাহে ॥৮॥

---

পুকচেল চাওরবা গর্গমুনিসু আশুক নিংথৌদা য়াইফ-মঙ্গল পীবগা লোয়ননা পুম্নমক্কি য়াইফ-নুংঙাইবনচিংবা ঈ-পাও হংলহুনা, মতিক মঙাল লৈরবা পুকচেল চাওবা, লমচং-শাজং খংলবা যদুগী অথোইবা দেবক য়েংলহুনা হায়খি ॥৬॥

গর্গনা হায় ঃ— পৃথিবীদা লৈরীবা নিংথৌশিংগী মনুংদা বসুদেবদগী হেন্দেক থোইদোকপা মতিকচাবা অমত্তা ঊদে, মসিমিৎ কয়ানিমুকসি ঐনা চথোক-চংশিন তৌবদা, মকম মতম খুদিংদা খন্দুনতা লৈরকলি, মহাক্কী মচানুপী দেবকীগী বর ওইনবগীদমক মী অথোইবা বসুদেবগী মফমদা হৌনবী কায়দনা বিবাহ (লুহোংবা) তৌবীরো ॥৭॥

শ্রীনারদনা হায় ঃ— অসিগী তুংদা ধর্ম খংলবা অথোবা দেবক কৌবনা গর্গাচার্য্যগী অনিংবা মতুংইন্না পুম্নমক্কা খল্লরকহুনা কোনুংগী তকোয়বদা (নাগবল্লি) পানমনা পরেং লেংহনা শিন্নহংনা য়ানখি, য়াইফ-মঙ্গলগী

কৃতোদ্বহঃ শৌরিরতীব সুন্দরং
রথং প্রয়াণে সমলঙ্কৃতং হয়ৈঃ।
সার্দ্ধং তয়া দেবকরাজকণ্যয়া
সমারুহ্য কাঞ্চণরত্নশোভয়া ॥৯॥

স্বসুঃ প্রিয়ং কর্ত্তুমতীব কংসো
জগ্রাহ রশ্মীংশ্চলতাং হয়ানাম্।
উবাহ বাহাংশ্চতুরঙ্গিণীভি—
র্ব্বৃতঃ কৃপাস্নেহপরোঽথ শৌরৌ ॥১০॥

দাসীসহস্রং ত্বযুতং গজানাং
সৎপারিবর্হং নিযুতং হয়ানাম্।
লক্ষং রথানাঞ্চ গবাং দ্বিলক্ষং
প্রাদাদ্ দুহিত্রে নৃপ দেবকো বৈ ॥১১॥

---

থবক পুন্নক্কা লোয়ননা বসুদেবগী মফমদা মচানুপী দেবকীবু থিন্দনা বিবাহ (লুহোংবা) গী নিয়ম তৌত্লনা পীখি ।।৮।।

লুহোংবা লোইরবুনা বসুদেবনা ময়ুমদা হন্নবগীদমক নিংথিনা লৈতেংলবা শগোলশিংনা চিংলবা, সনা, মনি, মুক্তানচিংবা রত্নখিবিক্কা থান্নবা দলাইদা, দেবক নিংথৌগী মচানুপী দেবকীগা লোয়ননা দলাই মথক্তা কাখৎখি (তোংখি) ।।৯।।

কংসনা মচল দেবকীবু থোইনা নুংশিবা মতৌ উৎলবুনা, চৎলিবা শগোলশিংগী চুপলী পায়রবুনা বসুদেববু নুংশিবা মতৌ উৎপগা লোয়ননা, শগোল, শামু, দোলাই তোংবা, খোংমী-লানমীশিংনা কোয়শিল্লবুনা অউনপোৎশিংগা লোইননা থিল্লি ।।১০।।

দেবক নিংথৌনা মচানুপী দেবকীগীদমক অউনপোৎ ওইনা; মীনাই-নুপী লীশীং অমা, শামু অযুত অমা, শগোল নিযুত অমা, দলাই লক্ষ (লাক্ষ) অমা, শল লক্ষ অনি মচানুপী দেবকীগীদমক পীখি (উনখি) ।।১১॥

বর কন্যা অনিনা ময়ুমদা চৎপা মতমসিদা লম্বেলদা, যদু শাগৈশিংনা

ভেরীমৃদঙ্গোদ্বরগোমুখানাং
ধুন্ধুর্জ্জবীণানকবেণুকানাম্ ।
মহৎস্বনোঽভূচ্চলতাং যদূনাং
প্রয়াণকালে পথি মঙ্গলঞ্চ ॥১২॥
আকাশবাগাহ তদৈব কংসং
ত্বামষ্টমো হি প্রসবোঽঙ্গসায়াঃ ।
হন্তা ন জানাসি চ যাং রথস্থাং
রশ্মীন্ গৃহীত্বা বহসেঽবুধ ত্বম্ ॥১৩॥
কুসঙ্গনিষ্ঠোঽতিখলো হি কংসো
হন্তুং স্বসারং ধিষণাং চকার ।
কচে গৃহীত্বা সিতখড়্গপাণি-
র্গতত্রপো নির্দ্দয় উগ্রকর্ম্মা ॥১৪॥
বাদিত্রকারা রহিতা বভূবু-
রগ্রেস্থিতাঃ স্যুশ্চকিতা হি পশ্চাৎ ।
সর্ব্বেষু বা শ্বেতমুখেষু সৎসু
শৌরিস্তমাহাশু সতাং বরিষ্ঠঃ ॥১৫॥

---

থিনবা চৎলিবশিংগী মমাং থানা ভেরী কৌবা যন্ত্র, মৃদঙ্গ, উদ্ধর, গোমুখ ধুন্ধুর্জ্জ, বীণা, আণক, বেণু কৌবা যন্ত্রশিং অসি খোংবা য়ৈবা থীনতনা য়াইফ মঙ্গলগী মশক ওইনা নিন-খোংখি ॥১২॥

মতমতুদা কংসবু খংনবা আকাসবাণী (নোংথক্তা লাওবা ৱাহৈ) তৌরকখি, দলাইথক্তা তোংলিবী নচনন্নুপীতুগী নিপালশুবা গর্ভনা নংবু শোয়দনা হাৎলগদৌরি হায়বসিদি অপংবা নংনদি খংদ্রিদো ॥১৩॥

অকিবগী মশক ওইবা থৌদৌ তৌবা, ফত্তবা সঙ্গ তৌবদা পুক্নিং লূপ্লবা, তমথিনা ফত্রবা, ইকাইবা নাইদ্রবা, মথুত্তা থাংশাং পায়রিবা কংসনা, বুদ্ধি জ্ঞান লৈরবী মচনন্নুপী দেবকীবু মশম পাইদুনা হাৎকদবগী মতৌ তৌখি ॥১৪॥

শ্রীবসুদেব উবাচ :—

ভোজেন্দ্র ভোজকুলকীর্ত্তিকরস্তমেব
ভৌমাদিমাগধবকাসুরবৎসবাণৈঃ।
শ্লাধ্যা গুণাস্তব যুধি প্রতিযোদ্ধুকামৈঃ
স ত্বং কথন্তু ভগিনীমসিনাত্র হন্যাঃ ॥১৬॥

জ্ঞাত্বা স্ত্রিয়ং কিল বকীং প্রতিয়োদ্ধুকামাং
যুদ্ধং কৃতং ন ভবতা নৃপণীতিবৃত্ত্যা।
সা তু ত্বয়াপি ভগিণীব কৃতা প্রশান্ত্যে
সাক্ষাদিয়ন্তু ভগিণী কিমু তেঽবিচারাৎ ॥১৭॥

উদ্বাহপর্ব্বণি পতা চ তবানুজা চ
বালা সুতেবকৃপণা শুভদা সদৈষা।
যোগ্যোঽসি নাত্র মথুরাধিপ হন্তুমেনাং
ত্বং দীনদুঃখহরণে কৃতচিত্তবৃত্তিঃ ॥১৮॥

---

মাংদা চৎলিবা যন্ত্রখোংবা য়ৈবশিংনা অঙকপগা লোয়ননা মিপাই থাবাইনরে অমসুং যন্ত্রখোংবা য়ৈবা লেপ্তুনা তুংদা হন্থদুনা চৎখি, চৎলিবা মীয়াম পুম্নমক্না মাইথোং লাংশিন্দুনা রানররুবদা সাধুশিংগী মনুংদা অথোইবা বসুদেবনা থুনমক কংসদা হায়রকই ।।১৫।।

শ্রীবসুদেবনা হায় :— হে ভোজ শাগৈগী লুচিংবা, ভোজ শাগৈগী মিংচৎকী মশক ওইরিবা, নরকচিংবা, জরাসন্ধ, বকাসুর, বৎস বান্নচিংব-শিংনা মরম ওইদুনা নংগী লানফমদা নহাক্কী নগুণবু থাগৎনরিবনি, অদুগুম্বা নহাক্কবু লুহোংবগী থিল্লিবা নচননুপীবু করম্না হাৎকদগে ।।১৬।।

লান্দা বক কৌবা হিংচাববু নংনা ঙরবদা, মবুংগী লমন শিংনিংদুনা নংগা লাম্বা পাগে চংলক্কবী পুতনাবু নুপীনি হায়দুনা নিংথৌগী নিয়মগী মতুংইন্না লান তৌখিদে অমসুং নচল নুপীমক্কি মশক ওইনা লৌদুনা নপুকনিং তপথখিবনি, অদুগবু পোকমিন্নবা নচলনুপীবুদি নহাক্কী করম্না ওন্নবা রাখলনা হাৎকদৌরিবনো ।।১৭।।

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

নামান্যতেত্থং প্রতিবোধিতোঽপি
কুসঙ্গনিষ্ঠোঽতিখলো হি কংসঃ।
তদা হরেঃ কালগতিং বিচার্য্য
শৌরিঃপ্রপন্নঃ পুনরাহ কংসম্ ॥১৯॥

শ্রীবসুদেব উবাচ ঃ—

নাস্যাস্তু তে দেব ভয়ং কদাচিদ্—
যদ্দেববাক্যাৎ কথিতঞ্চ তচ্ছৃণু।
পুত্রান্ দদামীতি যতো ভয়ং স্যা—
ন্মা তে ব্যথাস্যাঃ প্রসবপ্রজাতান্ ॥২০॥

---

লুহোংবা নুমিৎকী বরগী য়ুমদা থিল্লিবী নচন নুপী, নচাম্নুপীগুম্বী, তোল্লবী, নংগী ফনবতা খঞ্জরবী দেবকীবু, তোল্ল-তারবা, অরা-অনা কয়াগী অৱাবা কোকপীবা ৱাখলনা নংগী থম্মোইদা লৈবা মথুৱাগী মবুঙো নংনা, লুহোংবা থিনবগী লমখাংশিংদা নচননুপীবু হাৎকদবা মতীক চাদে হাৎপিগনু ॥১৮॥

নারদনা হায়খি ঃ— বসুদেবনা ৱা কয়া হায়দুনা খংহল্লবসু, ফত্তবা সঙ্গদা হালেংদ্রবা, য়াম্না তমথিবা কংসনা ইয়া-ময়াদ্রবদা, শ্রীহরিগী অনিংবা মতমগী খোংচৎপু ৱাখল তৌরগা কংসদা চংজরবা বসুদেবনা অমুক হন্না হায়রকখি ॥১৯॥

হে লাইগুম্বা অথোইবা, দেবকীগী মরনগীদমক অকিবা লৈবীগনু নোংথক্কী লাইগী (দেববাণীগী) ৱাহু হায়খ্রবসু মহুগী অকিবা লৈতবা ৱাহু তাবীয়ু, দেবকীগী মচাগী মফমদগী নহাক্কী অকিবা লৈরিবহু দেবকীনা হেক হেক পোক্লকপদা মচা খুদিংমক ঐনা নখুত্তা শিন্নগে অদু ওইরবদি অরেম্বদা কিরিবদো কিফম লৈররোই ॥২০॥

শ্রীনারদনা হায়খি ঃ—

অসিগী তুংদা কংসনা, বসুদেবগী ৱাশিংসি তারগা, মাগী ৱাসি অরেপ্পা

শ্রীনারদ উবাচ :—

শ্রুত্বা স নিশ্চিত্য বচোঽথ শৌরেঃ
কংসঃ প্রশস্যাশু গৃহং গতোঽভূৎ।
শৌরিস্তদা দেবকরাজপুত্র্যা
ভয়ান্বিতঃ সন্ গৃহমাজগাম ॥২১॥

ইতি শ্রীমদ্গার্গসংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে বসুদেববিবাহ
বর্ণনং নাম নবমোঽধ্যায়ঃ ॥

* * *

## দশমোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচ :—

ভীতঃ পলায়িতো বায়ং যোদারঃ কংস-নোদিতাঃ
অযুতং শস্ত্রসংযুক্তাঃ রুরুধুঃ শৌরিমন্দিরম্ ॥১॥

---

ওইগনি খল্লতুনা বসুদেবনু থাগৎলম্লগা শৃনমক কংসতু ময়ুমদা হঞ্জিলখি মতমতুদা বসুদেবসু দেবক নিংথৌগী মচানুপী দেবকীগা লোয়ননা অরাবা অকিবগী রাখলনা কুপশিল্লবা ওইতুনা ময়ুমদা হনখি ॥২১॥

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী রারীদা গোলোকখণ্ডগী মতাংদা বসুদেবগী লুহোংবা হায়বা মমিংনা ওইবা মাপনগুবা অধ্যায় লোইরে।

* * *

### দশমোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদনা হায়খি :—

কংসবু কিঁতুনা চেল্লবা-কংসগী লাংদা থুরবা বসুদেব অসি কংসনা য়াথং পীতুনা ইনশিল্লবা, খুৎলাই পায়বা লানমী অযুত অমনা বসুদেবগী ময়ুম্বু চেকশিন্না ঙাক্লুনা চংথোক চংশিন থিংখি ॥১॥

**শৌরিঃ কালেন দেবক্যামষ্টৌ পুত্রানজীজনৎ।**
**অনুবর্ষং চাথ কন্যামেকাং মায়াং সনাতণীম্‌ ॥২॥**
**কীর্ত্তিমন্তং সুতং হ্যাদৌ জাতমানকদুন্দুভিঃ।**
**নীত্বা কংসং সমভ্যেত্য দদৌ তস্মৈ পরার্থবিৎ ॥৩॥**
**সত্যবাক্যস্থিতং শৌরিং দৃষ্ট্বা কংসো ঘৃণী হ্যভূৎ।**
**দুঃখং সাধুর্ন সহতে সত্যে কসা ক্ষমা নহি ॥৪॥**

**কংস উবাচ ঃ—**

**এষ বালো যাতু গৃহমেতস্মান্ন হি মে ভয়ম্‌।**
**যুবয়োরষ্টমং গর্ভং হনিষ্যামি ন সংশয়ঃ ॥৫॥**

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**ইত্যুক্তো বসুদেবস্তু সপুত্রো গৃহমাগতঃ।**
**সত্যং নামন্যত মনাক্‌ বাক্যং তস্য দুরাত্মনঃ ॥৬॥**

---

মতমগী মতুংইন্না বসুদেবনা চহি খুদিংগী ওইনা মচানুপা নিপাল মথং মথং দেবকীদা পোকখি, মতুগী তুংদসু মহৌশাদগী লৈরক্রবী সনাতনী মায়া (প্রকৃতি) কৌবীগী শক্তি ওইবী মচানুপী অমসু পোকখি ॥২॥

ইহান হান্না পোকপা মচানুপা কীর্ত্তিমান কৌবা অঙাংবু হায়নখিবা মতুংইন্না পোকপদা ঙাইরিঙৈদা পুরত্নুনা বসুদেবনা কংসগী মখুত্তা পিখি ॥৩॥

অরেপ্পা ৱাশক্তা লেংদনা লৈবা বসুদেবগী মতৌবু উরগা কংসনা মতোমতা হঙ্গোইজখি, সাধু ওইবা (অফবা মীশক ওইবা) মীনা, অতোপ্পগী অৱাবদা খাংঙমদে অদুবু অচুম্বা থবক্তী মরমদদি কনাবুসু ঙাকপীদে ॥৪॥

কংসনা হায়খি ঃ—

অঙাং অসি পুত্নুনা নয়ুমদা চৎলো, মঙোন্দগী (অঙাংসিদগী) ঐগী অকিবা অমত্তা লৈতে, নখোই অনিগী নিপালশুবা গর্ভদা পোক্লকপা অঙাং অত্নুদি ঐনা শোয়দনা হাৎকনি চিংনৰুগনু ॥৫॥

নারদনা হায়খি ঃ— কংসনা অসুম্না হায়রবদা বসুদেবত্নু মচা পুরত্নুনা

**তদাম্বরাদাগতং মাং নত্বাপুজ্যোগ্রসেনজঃ।**
**পপ্রচ্ছ দেবাভিপ্রায়ং প্রাবোচন্তং নিবোধ মে ॥৭॥**
**নন্দাদ্যা বসবঃ সর্ব্বে বৃষভান্বাদয়ঃ সুরাঃ।**
**গোপ্যো বেদঋগাদ্যাশ্চ সন্তি ভূমৌ নৃপেশ্বরঃ ॥৮॥**
**বসুদেবাদয়ো দেবা মথুরায়াঞ্চ বৃষ্ণয়ঃ।**
**দেবক্যাদ্যাঃ স্ত্রিয়ঃ সর্ব্বা দেবতা সন্তি নিশ্চয়ঃ ॥৯॥**
**সপ্তবারপ্রসঙ্খ্যানামষ্টমাঃ সর্ব্ব এব হি।**
**তে হন্তুঃ সঙ্খ্যয়া যং বা দেবানাঞ্চ মনোগতিঃ ॥১০॥**

---

ময়ুমদা হল্লকখি, ফত্তবা মীশক ওইবা কংসনা ঙাংবা ৱাঙাংবু খিত্তং ফাওবা অচুম্বা ওইগনি হায়বসি বসুদেবনা খল্লুবা ঙমখিদে (থাজখিদে) ॥৬॥

মতমদুদা অতিয়াগী লম্বীদা লাকখিবা নারদ ঐবু উগ্রসেনগী মচা কংসনা নিংথিনা ঈরাৎ পূজা তৌরগা খুরুমদুনা, লাইশিংগী অনিংবা ৱাফম্বু হংখি, মদুদা ঐনা খংবা ৱাফমদু কংসদা খংলো হায়খি ॥৭॥

হে নিংথৌরেল, পৃথিবীসিদা লৈরিবা নন্দনচিংবশিং অসি বসু কৌবা লাইনা (বসু নিপান্না) ওইবনি, বৃষভানুনচিংবশিংশিনা লাই ঙাক্তনা ওইবনি অমসু ঋগ্‌নচিংবা বেদশিংনা পোকপীশিং ওই ॥৮॥

মথুরাদা লৈরিবা বসুদেবনচিংবা বৃষ্ণি শাগৈ যাদব শাগৈ পুন্নমক লাই ঙাক্তনি অমসুং দেবকীনচিংবী নুপী পুন্নমক অসি লাইরেম্বীশিংনা ওইবা ঙাক্তনি হায়বসি নহাক খংলো ॥৯॥

মশীং তরেৎ হায়বসি থীরবা মতুংদা নংবু হাৎলগদবা মশীং "নিপাল" হায়বদু ওই, বসুদেবগী মচা পুন্নমক্তা নিপাল ওইবনা, নিপাল হায়বদু ওইবদগী নিপালশুবা হায়বদু নংগী শিফম্নি, (হৌজিক অমা চংগ্রে তরেৎ লাকখিগনি, লাক্কদৌরিবা তরেৎ অদু হাৎঞবসু হাৎহৌদ্রিবা অঙাং অসি নিপালশুবা ওইবা য়াই) মসিনি লাইশিংগী পুক্কিংদি ॥১০॥

শ্রীনারদনা হায়খি :— কংসদা ঐনা অসুম্না হায়বসিনা হিংচাবশিংবু হাৎনবগী মরম ওইরবদা, ঐনা হনখ্রবা তুংদুদা কংসশি অশাওবনা লুপ্পা

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

ইত্যুক্ত্বা তং ময়ি গতে কৃতদৈত্যবধোদ্যমে।
কংসঃ কোপাবৃতঃ সদ্যো যদূন্ হন্তুং মনোদধে ॥১১॥
বসুদেবং দেবকীঞ্চ বদ্ধ্বা চ নিগড়ৈর্দৃঢ়ৈঃ।
মমর্দ্দ তং শিলাপৃষ্ঠে দেবকীগর্ভজং শিশুম্ ॥১২॥
জাতিস্মরো বিষ্ণুভয়াজ্জাতং জাতং জঘান হ।
ইতি দুষ্টকিভাবাচ্চ ভূমৌ ভূতং হ্যসংশয়ম্ ॥১৩॥
উগ্রসেনস্তদা ক্রুদ্ধো যাদবেন্দ্রো নৃপেশ্বরঃ।
বারয়ামাস কংসাখ্যং বসুদেবসহায়কৃৎ ॥১৪॥
কংসস্য দুরভিপ্রায়ং দৃষ্ট্বা তস্য গৃহাভটাঃ।
উগ্রসেনানুগা রক্ষাং চক্রুস্তে খড়্গপাণয়ঃ ॥১৫॥

---

হায়বত্থু ওইরকুনা খুদক অত্থুদগী যাদবশিংবু হাৎনবা কন্না হোৎনখি ॥১১॥

বসুদেব দেবকী অনিবু য়োৎহ্লিংনা চেংনা পুন্দুনা থমখি, অমসুং দেবকীমা পোক্লক-পোক্লকপা মচাশিংবু নুংপাক্তা হায়হৎ-হায়হত্না হাৎখি ॥১২॥

মতৌ অসুম্না ফত্তবতা খনবা রাখন্দগী, টিংনকন লৈতবা পৃথিবীদা পোকর্চরক্লিবা অঙাংবু, বিষ্ণু কিবদগী, মমাংগী মপোক খংলবা কংসনা পোক্লক-পোক্লকপা খুদিংগী হন্না-হন্না হাৎখি ॥১৩॥

যাদব শাগৈগী লুচিংবা, নিংথৌরেল উগ্রসেন কৌবা নিংথৌনা য়াম্না শাওখি অমসুং বাসুদেববু স্নুংশিবদগী মতেং পাংবা ওইনা কংস হায়না খঙনরবা মচানুপাবু খামখি ॥১৪॥

কংসনা তৌবা ফত্তবা মতৌদু উরগা, উগ্রসেন নিংথৌগী মনাই অচানবা অঙম-অথৌশিংনা ফমফমদগী ফুক-ফুক হৌগৎনখি মথুক্তা থাংশাং পায়দুনা, কংসনা তৌরিবা মতৌবু থিংনবা (ঙাক্লবা) কন্না হোৎনখি ॥১৫॥

উগ্রেসেনানুগান্ দৃষ্ট্বা কংসবীরাঃ সমুত্থিতাঃ ।
তৈঃ সার্দ্ধমভবদ্ যুদ্ধং সভামণ্ডপমধ্যতঃ ॥১৬॥
দ্বারদেশেঽপি বীরাণাং যুদ্ধং জাতং পরস্পরম্ ।
খড়্গপ্রহারৈরযুতং জনানাং নিধনং গতম্ ॥১৭॥
কংসো গৃহীত্বাথ গদাং পিতুঃ সেনাং মমর্দ্দ হ ।
কংসস্য গদয়া স্পৃষ্টাঃ কেচিচ্ছিন্নললাটকাঃ ॥১৮॥
ভিন্নপাদা ভিন্ননখাশ্ছিন্নাংসাশ্ছিন্নবাহবঃ ।
অধোমুখা ঊর্দ্ধমুখাঃ সশস্ত্রাঃ পতিতা ক্ষণাৎ ॥১৯॥
বমন্তো রুধিরং বীরা মুর্চ্ছিতা নিধনং গতাঃ ।
সভামণ্ডপমারক্তং দৃশ্যতে ক্ষতজস্রবাৎ ॥২০॥

---

উগ্রসেন নিংথৌগী মনাইশিংনা ঙাক-শেনববু উরগা কংসগী মনাই অকনবশিংনা মীয়াম তিনবা সভা ময়াইদগী হৌগংনরক্লুনা মখোইশিং পুন্নমক্না মহৈ-মহৈ লান তৌনরকখি ।।১৬।।

সভা মাণ্ডবকি থোংজিন্দসু অকনবশিংনা মহৈ-মহৈ লান তৌনরকপসিদা, থাংনা য়ান্নরকপদগী শোক্ন-শিনরকপনা মী অযুত অমা ওই-রক্লে ।।১৭।।

অসিগী তুংদা কংসনা গদা পায়দুনা মপা উগ্রসেনগী তেঙ্গোলবু নৈহৎখি, কংসগী গদানা ফুরকপনা কনা-কনাগুম্বগী মমাই-মমিৎ পুন্নমক অতেক-অকায় ওইনখি ।।১৮।।

কনানা মখোঙ তেকপা, কনানা খুজিল হুক্তোকপা, কনানা মরেংজুম লেংবান তেকপা, কনানা মপাম্বোম তেক-কায়বা, কনানা মমাই হায়-গৎপা, কনানা মমাই লুকথবা ওইদুনা মিক্পুপ অমতংদতা মশাগী খুৎলাইগা লোয়ননা তুনখি ।।১৯।।

অকন-অথৌশিং কয়ানা ঈ-ওদুনা, বাম্থদুনা কয়াশু অশিবা য়াওরক্লে, ঈতগী ঈচেলনা সভা মাণ্ডপ মীয়াম তিনফম অদু ফাওবা ঈতনা পুমঙাং ঙাংবা উরকলে ।।২০।।

ইত্থং মদোৎকটঃ কংসঃ সন্নিপাত্যোগ্রসেনম্ রিপুন্ ।
ক্রোধাদ্যো রাজরাজেন্দ্রং জগ্রাহ পিতরং খলঃ ॥২১॥
নৃপাসনাৎ সংগৃহীত্বা বদ্ধা পাশৈশ্চ তং খলঃ ।
তস্মিংশ্চ নৃপৈঃ সার্দ্ধং কারাগারং রুরোধ হ ॥২২॥
মধূনাং শূরসেনানাং দেশানাং সর্ব্বসম্পদাম্ ।
সিংহাসনে চোপবিশ্য স্বয়ং রাজ্যং চকার হ ॥২৩॥
পীড়িতা যাদবাঃ সর্ব্বে সমুদ্রস্য মিবেশুরম্ ।
চতুর্দ্দিশাস্তরং দেশান্ বিবিশুঃ কালবেদিনঃ ॥২৪॥
দেবক্যাঃ সপ্তমে গর্ভে হর্ষশোকবিবর্দ্ধনে ।
ব্রজং প্রণীতে রোহিণ্যামনন্তে যোগমায়য়া ॥২৫॥

---

মতৌ অসুম্না ময়াই কারবা, ফত্রবা,য়াম্না শাওরবা কংসনা, মপা উগ্রসেনগী মনাই অকল অথৌশিং, য়েক্কবগী মতৌ ওইরবশিংবু ইন্দু-য়েথুরগা নিংথৌশিংগী নিংথৌ ওইরবা মপা উগ্রসেনবু ফাখি ।।২১।।

ফত্রবা কংসনা মপা উগ্রসেন নিংথৌবু নিংথৌগী সিংহাসনদগী তানথোক্লুনা, শউনথোরীনা পুন্দুনা, মপাগী মরুপ নিংথৌশিংগা লোয়ননা কৈশুমশংদা থমদুনা চংথোক চংশিন পুম্নমক থিংখি ।।২২।।

মধু কৌবা, সুরসেন কৌবা দেশশিংগী মপোৎ-মরন-সম্পত্তি পুম্নমক খোমজিন্দুনা, মশামক্তা মপাগী সিংহাসন মথক্তা ফমদুনা লৈপাক ঙাক্কপগী থবক পুম্নবক পায়শিনখি ।।২৩।।

কংসনা ওৎ-নৈবদগী বারবা, মতমগী খোংলৈ-খোংচৎ খংলবা যদুশিংনা, মরী মতাগী ময়ুমদা চৎলিবনি হায়রিন্দুনা মাইকৈ মরিদা, অতোপ অতোপ্পা দেশশিংগী মফম মফম কয়াদা থুন্না য়াংনা চৎলখি (চংজফম থিনখি) ।।২৪।।

দেবকীগী তরেৎশুবা গর্ভনা মীরোল্লবা হায়বদু ওইরক্লবদা, হৌরাওবা অবাবা অনি পুন্না ওইরক্লবদা, যোগমায়া কৌবী দেবীনা, মপান নাইদ্রবা শক্তিনা ওইবা গর্ভবু চিংথোক্লুনা ব্রজদা লৈবী বসুদেবগী মুপী রোহিনীগী

অহো গর্ভং ক বিগত ইত্যাচর্য্যথুরা জনাঃ ॥২৬॥

অথ ব্রজে পঞ্চদিনেষু ভাদ্রে
স্বাতৌ চ ষষ্ঠ্যাঞ্চ সিতে বুধে চ।
উচ্চৈর্গ্রহৈঃ পঞ্চভিরাবৃতে চ
লগ্নে তুলাখ্যে দিনমধ্যদেশে ॥২৭॥

সুরেষু বর্ষৎসু সুপুষ্পবর্ষং
ঘনেসু মুঞ্চৎসু চ বারিবিন্দুন্।
বভূব দেবো বসুদেবপত্ন্যাং
বিভাসয়ন্নন্দগৃহং স্বভাসা ॥২৮॥

নন্দোঽপি কুর্ব্বন্ শিশুজাতকর্ম্ম
দদৌ দ্বিজেভ্যো নিযুতং গবাঞ্চ।
গোপান্ সমাহুয় সুগায়কানাং
রাবৈর্মহামঙ্গলম্যাতনোতি ॥২৯॥

---

গর্ভদা হাপ্তুনা থৈদোকখি, মথুরাদা লৈবা মীয়াম পুম্নমক্না, ওহোকইদা দেবকীগী গর্ভবু কমদৌনা মাংখ্রবনো হায়না মীপুমতিংনা ঙাংনশোন্নখি ।।২৫।।

অসিগী তুংদা গোকুলদা থৈরকপা মঙানিশুবা ভাদ্রমাস (লাংবন থাগী) থাবান্না নিন্মাং তরুকনি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিৎ, স্বাতী নক্ষত্র, তুলারাশি তুলা লগ্নদা, নুমিৎনা চপয়ুংবা মতমদা, গ্রহ মঙানা উচ্চ ওইবা মতাংদা (অবাংবা মফমদা লৈবা মতমদা) ব্রজধামদা ভগবান্ বলদেবনা পোকপিখি ।।২৭।।

লাইওইবা বলদেবনা মশাগী মতীক মঙালতনা নন্দগী সঙ্গাই পুম্নমকপু ঙানহন্দুনা, বসুদেবগী লোয়নবী রোহিণীগী গর্ভদগী পোকখিবা মতমদা, লাইশিংনা নোংথক্তগী মনমনুংশিরবা লৈতনা নোংচুবগুম চায়থরকখি, অমসুং নোংশিংনসু মরীক মরীক খিক-চায়তুনা মঙ্গলগী মশক ওইখি ॥২৮॥

নন্দ নিংথৌনসু অঙাং পোকপগী হৌনবী জাতকর্ম্ম (পোকপগী থবক)

দ্বৈপায়নো দেবলদেবরাত—
বসিষ্ঠবাচস্পতিভির্ময়া চ।
আগত্য তত্রৈব সমাস্থিতোঽভূৎ—
পাদ্যাদিভির্নন্দকৃতৈঃ প্রসন্নঃ ॥৩০॥

নন্দরাজ উবাচ ঃ—

সুন্দরো বালকঃ কোঽয়ং ন দৃশ্যো যৎসমঃ ক্বচিৎ।
কথং পঞ্চদিনাজ্জাতস্তন্মে ব্রূহি মহামুনে ॥৩১॥

শ্রীব্যাস উবাচ।

অহোভাগ্যন্তু তে নন্দ শিশুঃ শেষঃ সনাতনঃ।
দেবক্যা বসুদেবস্য জাতোঽয়ং মথুরাপুরে ॥৩২॥

---

পুন্নমক তৌখি অমসুং ব্রাহ্মন খিবিক্তা শনবী নিযুত অমা দান তৌখি, ঈশৈ শকপা হৈবা গোপ খিবিক্ক কৌহনা মখোয়গী খোঙ্গেলতনা মহা-মঙ্গলগী মশক ওইনা কোনুং শিনথুংনা নিনখি ।।২৯।।

দ্বৈপায়ন ব্যাস, দেবল, দেবরাত, বসিষ্ঠ, বাচস্পতি, অমদি নারদ ঐহাক্কচিংবা ঋষি পুন্নমক মফমহ তান্না চহুনা তিনখি, নন্দ নিংথৌনসু পাদ্যার্ঘ্যানচিংবা (খোং শেংদোকপনচিংবনা) ঈরাৎ পুজা তৌহুনা ঐখোয় পুন্নমকপু পেনহনখি ।।৩০।।

নন্দ নিংথৌনা হায় ঃ—

ফজরবা অঙাং অসিবু কনানো ! মহাক্কা মান্নবা অমত্তা করিগুম্বদা উখিদ্রি, করম্না হুমিৎ মঙানি চপ চানা (রাত্তনা হেন্দনা) পোক্করিবনো !! হে মহামুনি, মসি ঐঙোন্দা হায়রিবিয়ু ।।৩১।।

ব্যাসদেবনা হায়খি ঃ—

ওন্থোকপনি হে নন্দ মহারাজ, মসি নংগী নরাইবক ফবদগীনি, অসি-গুম্বা অঙাং অসি মতমপুম্বদা লেংদনা লৈবা, কুইরবা, শেষনাগ অনন্ত কৌবা ভগবান্ অহুনি, বসুদেবগী গর্ভদা চংলগা হৌজিক মথুরাপুরশিদা পোক্করবসিনি ।।৩২।।

**কৃষ্ণেচ্ছয়া তদুদরোৎ প্রণীতো রোহিণীং শুভাম্।**
**নন্দরাজ ত্বয়া দৃশ্যো দুর্লভো যোগিনামপি ॥৩৩॥**
**তদ্দর্শনার্থং প্রাপ্তোঽহং বেদব্যাসো মহামুনিঃ।**
**তস্মাত্ত্বং দর্শয়াস্মাকং শিশুরূপং পরাৎপরম্ ॥৩৪॥**

শ্রীনারদ উবাচঃ—

**অথ নন্দঃ শিশুং শেষং দর্শয়ামাস বিস্মিতঃ।**
**দৃষ্ট্বা প্রেঙ্খস্থিতং প্রাহ নত্বা সত্যবতীসুতঃ ॥৩৫॥**

শ্রীব্যাস উবাচঃ—

**দেবাধিদেব ভগবন্ কামপাল নমোঽস্তু তে।**
**নমোঽনন্তায় শেষায় সাক্ষাদ্রামায় তে নমঃ ॥৩৬॥**

---

শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাদগী (অনিংবা মতুংইন্না) দেবকীগী গর্ভদগী লাইবকফবী রোহিণীগী গর্ভদা পুরক্লুনা হাপ্নমনি, যোগিশিংনক্তসু ফংঙমগ্রবসি হে নন্দ নিংথৌ নংগী লাইবক ফবদগী উররেদো ॥৩৩॥

ইবুংঙো মাংভবু উজনিংবনা মহামুনি বেদব্যাস হায়নরিবা ঐহাক্না মফমসিদা রোরকলিবনি, মাং—তুং অনিদা লেংঅবা অথোইবা পুন্নমক্কী অথোইবা ওইবা মঙাকপু ঐখোয় পুন্নমক্তা উহল্লে ॥৩৪॥

অদুদগী নন্দহু অঙকপা লোইনমা শেষনাগ অনন্তগী মশক ওইরবা অঙাং তুবু উৎখি, সত্যবতীগী মচা ব্যাসনা ভপ্পাক্তা লৈবা অঙাংতুবু উরগা খুরুমলগা হায়জরকই ॥৩৫॥

শ্রীব্যাসনা হায়ঃ—

হে লাই পুন্নমক্কী নবুংঙো, লাই অথোইবা, ঐশ্বর্য্য পুন্নমক্কা তিনবা অপান্বা পুন্নমকপু ঙাকপা বলদেব নংবু খুরুমজে শেষ নাগ অনন্তগী মশক ওইবা তশেংবা নুংঙাইবা হায়বতুগী মশক ওইবা বলরাম কৌবা নংবু খুরুমজে ॥৩৬॥

হে পৃথ্বি পুবিরিবা মপুং মরৈ কাবা, নশেক নঙাল চাঙবা লাঙ্গোল

**ধরাধরায় পূর্ণায় স্বধাম্নে সীরপাণয়ে ।**
**সহস্র শিরসে নিত্যং নমঃ সঙ্কর্ষণায় তে ॥৩৭॥**
**রেবতীরমণ ত্বং বৈ বলদেবোঽচ্যুতাগ্রজঃ ।**
**হলায়ুধঃ প্রলম্বঘ্নঃ পাহি মাং পুরুষোত্তম ॥৩৮॥**
**বলায় বলভদ্রায় তালাঙ্কায় নমো নমঃ ।**
**নীলাম্বরায় গৌরায় রোহিণেয়ায় তে নমঃ ॥৩৯॥**
**ধেনুকারির্মুষ্টিকারিঃ কূষ্মাণ্ডারিস্ত্বমেব হি ।**
**রুক্স্যারিঃ কূপকর্ণারিঃ কূটারির্ব্বল্বলান্তকঃ ॥৪০॥**
**কালিন্দীভেদনোঽসি ত্বং হস্তিনাপুরকর্ষকঃ ।**
**দ্বিবিদারির্যাদবেন্দ্রো ব্রজমণ্ডলমণ্ডনঃ ॥৪১॥**

---

পায়বা নকোক লিশিং পানবা সংকর্ষন ভগবান কৌবা ইবুঙো নংবু খুরুমজৈ ॥৩৭॥

ইবুঙো মহাক্তি রেবতী কৌবীগী মবুঙোনি, শ্রীকৃষ্ণগী মমাংদা পোক্লনা শ্রীকৃষ্ণগী ময়াম্বা ওইবনি, লাঙ্গোল পায়বা বলদেব কৌবা, প্রলম্ব কৌবা হাৎঙম্বা, নুপা অথোইবা ইবুঙো নংনা ঐবু ঙাকপিয়ু ॥৩৮॥

পাঙ্গল কনবা বল কৌবা, বলভদ্র, তালাঙ্ক হায়নসু কৌবা ইবুঙো নংবু হন্না হন্না খুরুমজৈ, অশংবা মচুগী ফিগে থোনবা, কুচু ভৌবা, রোহিণী দেবীগী মচা ওইবা ইবুঙো নংবু খুরুমজৈ ॥৩৯॥

ইবুঙো নহাক্তি হিংচাবা ধেনুক, মুষ্টিক, কুষ্মাণ্ড, রুক্মি, কুপকর্ণ, কুট, বল্বন অসিনচিংবা লাইশিংগী য়েক্নবা হিংচাবশিংবু মথৎবাই লৌবা ঙম্বনি ॥৪০॥

যমুনাবু লাঙ্গোলনা থিঙ্গাইবা, হস্তিনাপুর তান্না চিংবা, দ্বিবিদ কৌবা হিংচাবগী য়েক্নবা, যদু শাগৈগী লুচিংবা, ব্রজধামগী লৈতেং ওইবা ইবুঙো নহাকনি ॥৪১॥

কংসগী মচিন মনাওশিংবু মরু ফংনা মাংহনবা, মহাভারত লান্দগী থৈদোক্লনা তীর্থ কোইবা, ঈশ্বর ওইবা, দুর্য্যোধনগী গদাগী গুরু ওইবা

কংসভ্রাতৃপ্রহন্তাসি তীর্থযাত্রাকরঃ প্রভুঃ।
দুর্যোধনগুরুঃ সাক্ষাৎ পাহি পাহি জগৎপ্রভো ॥৪২॥
জয়জয়াচ্যুত দেব পরাৎপর
স্বয়মনন্ত দিগন্তগতশ্রুত।
সুরমুনীন্দ্র ফণীন্দ্রবরায় তে
মুসলিনে বলিনে হলিনে নমঃ ॥৪৩॥
ইহ পঠেৎ সততং স্তবনন্তু যঃ
স তু হরেঃ পরমং পদমাব্রজেৎ।
জগতি সর্ব্ববলং ত্বরিমর্দ্দনং
ভবতি তস্য জয়ঃ স্বধনং ঘনম্ ॥৪৪॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

বলং পরিক্রম্য শতং প্রণম্য চ
দ্বৈপায়নো দেব পরাশরাত্মজঃ।
বিশালবুদ্ধির্মুনিবাদরায়ণঃ
সরস্বতীং সত্যবতীসুতো যযৌ ॥৪৫॥

---

হে তাইবানগী মপু ওইবা ইবুঙো নংনা জগৎপু হন্না হন্না ঙাকপিয়ু ॥৪২॥

হে ময়েং তাবা লৈতবা, মাং-তুং খংবা লাই ওইবা, ইবুঙো নংনা জয় ওইবীয়ু, মপান নাইদবা নতিক নগুণ ওইবা, মাইকৈ পুম্বদা অরোম্বা ঙমখৈ লৈতবা, মিংচৎ চাওবা, লাই অথোইবা, মুনি অথোইবা, মতোক পানবা লিম্নচিংবগী অথোইবা, য়োংশুক-মুংশুক লাঙ্গোল পায়বা অকন্বা, ইবুঙো নংবু খুরুমজে ॥৪৩॥

অদুগুম্বা মীশক অদুনা বলদেব স্তুতি অসিবু তত্তনা পাজরবদি শ্রীহরিগী অথোইবা পদবী (নাক নকচবা খুবম) বু ফংজৈ, পাঙ্গল-কনবা য়েক্লবা ঙম্বা ওই, লন-থুম রাত্ত-পাদবা, জয় ওইবা হায়বদু ওই ॥৪৪॥

শ্রীনারদনা হায়খি ঃ—

অসিগী তুংদা সত্যবতীগী গর্ভদা, পরাশর মুনিনা পোকচবা মচা,

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে শ্রীনারদ বহুলাশ্ব
সংবাদে বলভদ্রজন্মবর্ননং নাম দশমোঽধ্যায়ঃ ।।

* * *

## একাদশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচ :—

পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ স্বয়ম্ ।
বিবেশ বসুদেবস্য মনঃ পূর্ব্বং পরাৎ পরঃ ॥১॥
সূর্য্যেন্দুবহ্নিসঙ্কাশো বসুদেবো মহামনাঃ ।
বভুবাত্যন্তমহসা সাক্ষাদ্ যজ্ঞ ইবাপরঃ ॥২॥

---

বুদ্ধি-লৌশিং রাত্রবা, বাদরায়ণ মুনি, দ্বৈপায়ণ ব্যাস দেবনা বলদেববু চামরক হন্না কোয়রত্নুনা খুরম্নগা সরস্বতী তীর্থ তমনা চৎখি ॥৪৫॥

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী রারীদা, গোলোক খণ্ডগী মনুংদা নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা বলভদ্র জন্ম কৌবা তরাশুবা অধ্যায় লোইরে ।

### একাদশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচ :—

শক্তি পুম্নমক্না তিনবা, মপুং ফারবা, মাং-তুং খংবা, পুম্নমক্কী অথোইবা, ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্না তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা বসুদেবগী মপুক্কিংগী অনীংব মতুংইন্না, বসুদেবগী থমোইনুংদা শংশংনা লেংশিনখি ।।১।।

শ্রীকৃষ্ণনা থমোইনুংদা লেংশিল্লবদা, মুমিৎ-থা মৈগী মতৌগুম ঙাল্লবা, পুকচেল চাওরবা বসুদেবনা, অনিশুবা যজ্ঞগী মৈঙানগুম মতীক ঙালনা থোইদোক্না তশেংনা ঙানখি ।।২।।

দেবক্যামাগতে কৃষ্ণে সর্ব্বেষামভয়ঙ্করে।
ররাজ তেন সা স্নেহে ঘনে সৌদামিনী যথা ॥৩॥
তেজোবতীঞ্চ তাং বীক্ষ্য কংসঃ প্রাহ ভয়াতুরঃ।
প্রাপ্তোঽয়ং প্রাণহন্তা মে পূর্ব্বমেষা ন চেদৃশী ॥৪॥
জাতমাত্রং হনিষ্যামীত্যুক্ত্বাস্তে ভয়বিহ্বলঃ।
পশ্যন্ সর্ব্বত্র চ হরিং পূর্ব্বশত্রুং বিচিন্তয়ন্ ॥৫॥
অহো বৈরানুবন্ধেন সাক্ষাৎ কৃষ্ণোঽপি দৃশ্যতে।
তস্মাদ্বৈরং প্রকুর্ব্বন্তি কৃষ্ণপ্রাপ্ত্যর্থমাসুরাঃ ॥৬॥
অথ ব্রহ্মাদয়ো দেবা মুনীন্দ্রৈরস্মাদাদিভিঃ।
শৌরিগেহোপরি প্রাপ্তাঃ স্তবং চক্রু প্রণম্য তম্ ॥৭॥

---

পুম্নমকপু অভয়দান (কিদবা) পীনবীরিবা শ্রীকৃষ্ণনা বসুদেবদগী দেবকীদা শিন্নরবদা (লংশিল্লবদা) দেবকীনা লৈরিবা কৈশুমশং অতু নোংলক্তা নোংথাংনা ঙানবগুম ঙানখি ॥৩॥

মঙাল থোক্লা ঙাল্লবী দেবকীবু উরগা কংসনা অকিবগা লোয়ননা হায়খি (খনখি) দেবকীসি মমাংদদি অসুম্না থক ওইখিদে, হন্দক্কী মতৌসি-নদি ঐবু হাংকনি হায়বা নিপানশুবা গর্ভ অদো চংলবোইরে ॥৪॥

অসুম্না কিবনা লাংতক্নরবা কংসনা মমাংগী মপোক্তগী য়েক্নরক্লবা হরিতবু তক্তনা নিংশিংখিবনা, মাইকৈ পুম্নমক্তা হরিতমক ওইনা উখ্রে, অমসুং হেক পোক্লকপা খুদক্তা ঐনা মাবু গোয়দনা হাংকনি অসুম্না হায়খি ॥৫॥

ওহ্নোকপনি নিংতবু নিংজক্লরবদি য়েক্নবা ওইনতা নিংউবদা শ্রীকৃষ্ণবু উজবা ফংলি, মরম অসিমক্তা হিংচাবশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবগীদমক ইবুঙো মাবু য়েক্নরি ॥৬॥

অসিগী তুংদা নারদ ঐহাক, ব্রহ্মানাচিংবা লাইশিং, অথোইবা মুনিশিং ঐখোই খিবিক্তা বসুদেব দেবকীনা লৈরিবা কৈশুমশংদু তাম্না চত্তুনা ইবুঙো মাবু খুরুমজদুনা লৈশি- লৈথোক্তখি ॥৭॥

দেবা উচুঃ ।

যজ্জাগরাদিষু ভ:বষু পরং হ্যহেতু—
র্হেতুঃ স্বিদস্য বিচরন্তি গুণাঃ শ্রয়েণ ।
নৈতদ্বিশন্তি মহদিন্দ্রিয়দেবসঙ্ঘা—
স্তস্মৈ নমোঽগ্নিমিব বিস্তৃতবিস্ফুলিঙ্গাঃ ॥৮॥

নৈবেশিতুং প্রভুরয়ং বলিনা বলীয়ান্
মায়া ন শব্দ উত নো বিষয়ীকরোতি ।
তদ্ ব্রহ্ম পূর্ণমমৃতং পরমং প্রশান্তং
শুদ্ধং পরাৎপরতরং শরণং গতাঃ স্মঃ ॥৯॥

অংশাংশকাং সব্বকলাদ্যবতারবৃন্দে—
রাবেশপূর্ণসহিতৈশ্চ পরস্য যস্য ।
সর্গাদয়ঃ কিল ভবন্তি তমেব কৃষ্ণং
পূর্ণাৎ পরং তু পরিপূর্ণতমং নতাঃ স্মঃ ॥১০॥

---

লাইশিংনা হায় ঃ—

অবস্থা অহুমগী হায়বদি শেম্বা, লৈহনবা, মাংহনবগী হেতু (মরম) ওইবতা নত্তনা পুম্নমক মাঙোন্দগী থোরকপস্তু ওইবা অমস্তুং মাঙোন্দা চংজরগা, গুণ পুম্নমক্না মাগী মগুণ তাকপা, মৈদগী থোরকপা মৈরিকনা মৈদা অমুক তিনবা ঙমদবগুম মহত্তত্ত্ব, ইন্দ্রিয়শিংগী মপু দেবতাশিংনা মাঙোন্দা চংবা তিনবা ঙমদবা হৈবুঙো মাবু খুরুমজে ।।৮।।

হে পুম্নমক্কি মপু ওইবা, নহাক্কী ঙমখৈবু করম্না খংবা ঙমজগবা, নশাগী পাঙ্গল শক্তিনা পাঙ্গনবা, নংগী মায়াদা লুপ্তনা লৈরিবা ঐখোয়না অদু গুম্বা মপুংফাবা, পুক্কিং অমৃতগী মশক ওইবা, মাং-তুং পুম্নমক্তা অমাং-অতা লৈত্রবা শেংলবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নঙোন্দা চংজরি ।।৯।।

পুম্নমক্তগী অথোইবা মাগী অংশাংশ, অংশ, কলা, আবেশ, পূর্ণ অসিনচিংবা অবতার মখল অসিদগী সংসারবু শেম্বা, ঙাকপা মাংহনববু তৌরি, পূর্ণদগীসু ( মপুংফাবদগীসু ) অথোইবা পরিপূর্ণতম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা নংবু খুরুমজে ॥১০॥

**মন্বন্তরেষু চ যুগেষু গতাগতেষু**
**কল্পেষু চাংশকলয়া স্ববপুর্বিভর্ষি।**
**অদ্যৈব ধাম পরিপূর্ণতমং তনোষি**
**ধর্ম্মং বিধায় ভুবি মঙ্গলমাতনোষি ॥১১॥**
**যদ্দুর্লভং বিশদযোগিভিরপ্যগম্যং**
**গম্যং দ্রবদ্ভিরমলাশয়ভক্তিযোগৈঃ।**
**আনন্দকন্দচরতস্তব মন্দযানং**
**পাদারবিন্দমকরন্দরজো দধামঃ ॥১২॥**
**পূর্ব্বং তথাত্র কমনীয়বপুস্ময়ং ত্বাং**
**কন্দর্পকোটিশতমোহনমদ্ভুতং চ।**
**গোলোকধামধিষণদ্যুতিমাদধানং**
**রাধাপতিং ধরণধুর্য্যধনং দধামঃ ॥১৩॥**

---

ইবুঙো নহাক্না হৌখ্রবা লাক্কদবা মন্বন্তর খিবিক্তা, যুগ যুগ খুদিংদা কল্প কয়াদা, নংগী অংশ কলানচিংবনা হকচাংবু লৌবী (অবতার তৌবী) হৌজিকসু নংগী অথোইবা মপুংফাবা মওংনা নশাগী ধাম (লৈফম গোলোক্লাচিংববু) পাক-চাওনা শন্দোকপিত্নুা ধর্ম্মগী নিয়ম ঙাকপিরি, পৃথিবীদা য়াইফ-মঙ্গলবু শিন্নুংনা শন্দোকপিরি ।।১১।।

মরমশিদগী পুকচেলতিংবা যোগিশিংমক্সু ফঙমদ্রবা, নিংজবতদা থমোই মহী চেল্লবা অমকপা লৈতবা ভক্তিনা মরম ওইত্নুা নংবু ফংনরিবা, নুঙাইবগা লোইনবা মশান্নদা তপ্না তপ্না চৎপা খোংচৎনা ওইবা, লৈহী চেল্লবা নখোং থম্বালগী লৈরাক ওইবা উফুলবু ঐখোয়না পুজরি ।।১২।।

হে রাধাগী মবুঙো, ইবুঙো নংগী নশকপু মমাংঙৈদসু উজ্জগ্রে হৌজিকসু মকমশিদা উজররি, অঙকপা অমদি জগৎনা পান্নবা ওইবা হকচাং ওইবা, কাম কৌবা লাই কোটি চামবু শুমহৎঙম্বা, গোলোকধামগী মপু ওইত্নুা ঙানবীরিবা, পৃথিবীগী অন্নাবা ন্নাকৎ কোক্লবা নশক লনবু থমোইস্নুংদা পুজরি ।।১৩।।

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

নত্বা হরিং তদা দেবা ব্রহ্মাদ্যা মুনিভিঃ সহ।
গায়ন্তস্তং প্রশংসন্তঃ স্বধামানি যযুর্মুদা ॥১৪॥
অথ মৈথিল রাজেন্দ্র জন্মকালে হরেঃ সতি।
অম্বরং নির্ম্মলং ভূতং নির্ম্মলাশ্চ দিশো দশ ॥১৫॥
উজ্জ্বলাস্তারকা জাতাঃ প্রসন্নং ভূমিমণ্ডলম্।
নদা নদ্যঃ সমুদ্রাশ্চ প্রসন্নাপঃ সরোবরাঃ ॥১৬॥
সহস্রদলপদ্মানি শতপত্রানি সর্ব্বতঃ।
বিকচানি মরুৎস্পর্শৈঃ পতদগন্ধিরজাংসি চ ॥১৭॥
তেষু নেদুমধুকরা নদন্তশ্চিত্রপক্ষিণঃ।
শীতলা মন্দযানশ্চ গন্ধাক্তা বায়বো ববুঃ ॥১৮॥

---

নারদনা হায়খি ঃ—

ব্রহ্মানচিংবা লাইয়াম অমদি মুনিশিংনা দেবকীগী গর্ভদা লৈরিবা শ্রীহরিবু খুরুমজরগা ইবুঙোগী মতিক মগুণ শক-শোন্দুনা, থাগকনা হরাওনা মাগী মাগী লৈফমদা চৎনখি ॥১৪॥

হে মিথিলাগী নিংথৌ অথোয়বা, অদুগীদি শ্রীকৃষ্ণগী পোকপগী মতমনা ওইরক্লবদা অতিয়া পুম্নমক অাস ওরু-ওরুখি, মাইকৈ তরাংক তশেং তশেংখি ॥১৫॥

থবানমিচাকশিংনা তরং-তরংনা ঙানখি, পৃথিবী মকোয় অসি হরাও তয়াম্বনা তিন্নখি, তুরেল মচা-অচৌবা, সমুদ্র পাৎ পুখ্রিনচিংবা ঈশিং লৈরুম পুম্নমক তরু-তহেনবা ওইখি ॥১৬॥

পুখ্রি তুরেল পাৎ ঈশিং লৈবা সফমশিংদা মনা লিশিংঅমা পানবা চাম পানবা থম্বলশিংনা মক্মা লায়া লায়া শাৎখি, শোক-পনবদা নুঙাই-রবা ইংলবা নুংশিংনা লৈগী নুংশিররা মনম পুন্নুনা শিংখি ॥১৭॥

খোইমুশিংনা ঙংবনা ইনিন নিনখি, রাঙ্গোংনচিংবা মথল মথলগী

**সর্ব্বাঙ্কা জনপদা গ্রামা নগরা মঙ্গলান্বিতাঃ।**
**দেবা বিপ্রা নগা গাবো বভূবুঃ সুখসংবৃতাঃ ॥১৯॥**
**দেবদুন্দুভয়ো নেদুর্জ্জয়ধ্বনিসমাকুলাঃ।**
**যত্র তত্র মহারাজ সর্ব্বেষাং মঙ্গলং পরম্‌ ॥২০॥**
**বিদ্যাধর্য্যশ্চ গন্ধর্ব্বাঃ সিদ্ধকিন্নরচারণাঃ।**
**জগুঃ সুনায়কা দেবাস্তুষ্টুবুঃ স্তুতিভিঃ পরম্‌ ॥২১॥**
**ননৃতুর্দিবি গন্ধর্ব্বা বিদ্যাধর্য্যো মুদান্বিতাঃ।**
**পারিজাতকমন্দারমালতীসুমনাংসি চ ॥২২॥**
**মুমুচুর্দেবমুখ্যাশ্চ গর্জ্জন্তশ্চ ঘনা জলে।**
**ভাদ্রে বুধে কৃষ্ণপক্ষে ধাত্রর্ক্ষে হর্ষণে বৃষে।**
**কৃষ্ণাষ্টম্যামর্দ্ধরাত্রে নক্ষত্রেশমহোদয়ে ॥২৩॥**

---

ভুচেকশিংনা হরাও নুঙাইনা খোংখি, ইংলবা লৈনম প্পবা নামিবা ক্লুংশিংনা তপ্পা তপ্পা হুমখি ॥১৮॥

মী তাবা মফম মফমশিংদা, চাওখৎলবা মফমশিংদা, সহর-খুঙ্গংশিংদা মঙ্গলগী মশক ওইবা হরাও-কুম্মৈনা নিনখি, লাই, ব্রাহ্মণ, শন, চীং-মাঙ্গচিংবা জগৎ পুম্নমক অসি হরাও তয়াম্বা নুঙাইবনা তিনবা ওইখি ॥১৯॥

লৈরৈবাক্তা লাইশিংনা য়াইফ-মঙ্গলগী খোঞ্জেলনা জয়ধ্বনি তৌবা মনদি দুন্দুভি কৌবা পুং য়েবগী খোঞ্জেলনা নিনখি, হে বহলাঙ্ক পৃথিশিদস্তু মফম মফম খুদিংদা থোইদোক্তা মঙ্গলগী মশক হায়বতু ওইখি ॥২০॥

বিদ্যাধর কৌবা লাইশিং, গন্ধর্ব্ব, সিদ্ধ, চারণ, কিন্নর কৌবা লাইশিংনা ঈশৈ শকখি, লাই লুচিংবশিংনস্তু থাগৎ রাহৈ হায়জ-রাহৈ কয়ানা লৈশি-লৈথোনখি ॥২১॥

হরাও তয়াম্বগা লোয়ননা গন্ধর্ব্ব বিদ্যাধরনচিংবা লাইশিংনা লাইরৈপাক স্বর্গদা জগোয় শাখি, স্বর্গগী লাইগী ওইবা লৈ পরিজাত মন্দার, মালতিনচিংবা মনমঙ্গংশিরবা লৈ কয়াবু লাই লুচিংবশিংনা চায়থখি নোংলিক্তা লোইননা নোংনা খোংবনা মঙ্গলগী খোঞ্জোক ওইনা নিনখি,

**অন্ধকারাবৃতে কালে দেবক্যাং শৌরিমন্দিরে।**
**আবিরাসীদ্ধরিঃ সক্ষ্যাদরণ্যামধ্বরেঽগ্নিবৎ ॥২৪॥**
**স্ফুরদক্ষবিচিত্রহারিণং বিলসৎকৌস্তুভরত্নধারিণম্।**
**পরিধিদ্যুতিনূপুরাঙ্গদধৃতবালার্ককিরীটকুণ্ডলম্ ॥২৫॥**
**চলদদ্ভুতবহ্নিকঙ্কণং তড়িদূর্জিতগুণমেখাচিতম্।**
**মধুভৃদ্ধ্বনিপদ্মমালিনং নবজাম্বূনদদিব্যবাসসম্ ॥২৬॥**
**সতড়িদ্ঘনদিব্যসৌভগং চলনীলালকবৃন্দভৃন্মুখম্।**
**চলদংশুতমোহরং পরং শুভদং সুন্দরমম্বুজেক্ষণম্ ॥২৭॥**

---

অসুম্মা (ভাদ্র কৃষ্ণাষ্টমী) থরানগী থাগী থামৈ (নিন্দুং) কুনহুমদোইনি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিৎকী নুমদাং নোংয়াই, চন্দ্রগ্রহনা উচ্চ ওইবা (অরাংবদা লৈবা) বৃষ রাশি, বৃষ লগ্ন, রোহিণী কৌবী নক্ষত্র, হর্ষণ যোগনা পানবা মতম, থাশিরমদাইগী য়াম্না মমুবা মতমদা বসুদেবগী লৈফম (কংসগী কারা-গার) দা দেবকীগী মচা ওইনা শ্রীহরিনা, যজ্ঞগী মৈনা মৈবা চিংবদা থোক্লকপগুম শংশংনা ফোংদোকখি ॥২২॥২৩॥২৪॥

নুমিৎ মঙাল মকোইগুম্বা ইবুঙোনা, মচু মচুগী সুগ্রিক পরেংনা হায় হুম্বা, থবাক্তা মনি-রত্ন, কস্তুভনচিংবনা লৈতেংবা, নূপুর, তাল, পাম্বোম ফাবীনা মফম মফম চানা লৈতেংবা, থোক্লকপদা ঙাইরিবা নুমিৎকী মঙালগুম্বা কুণ্ডল-নায়িন্নসু নিংথিজরি ॥২৫॥

মৈরিনা হায়-হুম্বগুম ঙক্লা ফজবা খুজি, নোথাংগুম লংনা ঙাল্লবা খ্বাংগোই-মেখলা থোল্লিবা, খোইমুশিংনা ঙংবগী খোঞ্জেলগা লোইনবা থম্বাল পরেং থোনবা, মঙাল থোক্লা নৌনা ফজবা সনাফিগে থোনবন থোইনা নিংথিজরি ॥২৬॥

তগুপ তরেংবা শমজোয়না ভিনবা মাইথোং, নোংথাংনা মৈবদ মঙাল থোক্লবা নোংগী কুচুনা তমজবা কুচু, পুক্লিং হুরবা থম্বাল লৈকান তমজনা ফজবা মিৎনা থোইদোক্লা য়াইফ-মঙ্গলবু পীনবিবনি ॥২৭॥

মাইথোংগী মফমশিংদা উনা মওং মান্না য়েক- খোৎপা কাম কোটি

কৃতপত্রবিচিত্রমণ্ডনং সততং কোটিমনোজমোহনম্‌ ।
পরিপূর্ণতমং পরাৎপরং কলবেণুধ্বনিবাদ্যতৎপরম্‌ ॥২৮॥
তমবেক্ষ্য সুতং যদূত্তমো হরিজন্মোৎসবফুল্ললোচনঃ ।
অথ বিপ্রজনেষু চাশু বৈ নিযুতং সন্মনসা গবাং দদৌ ॥২৯॥
হরিমানকদুন্দুভিস্তবৈঃ স্তবনং তং প্রণিপত্য বিস্মিতঃ ।
অকরোদুদিতপ্রভূদয়ো গতভীঃ সূতিগৃহে কৃতাঞ্জলিঃ ॥৩০॥

**শ্রীবসুদেব উবাচ ঃ—**

একো যঃ প্রকৃতিগুণৈরনেকধাসি
হর্তা ত্বং জনক উতাস্য পালকস্ত্বম্‌ ।
নির্লিপ্তঃ স্ফটিক ইবান্য দেহবর্ণৈ
স্তস্মৈ শ্রীভুবনপতে নমামি তুভ্যম্‌ ॥৩১॥

---

শুমহৎনবগী মশক ওইবা, পরিপূর্ণতম হায়না খংনবা মপুংফাবা পুম্নমক্কী অথোইবা, মিরবা নুংশিরবা খোঞ্জেন্না তিনবা বেনু (বাঁশী) বু খোংবীরিবা ইবুঙোনি ।।২৮।।

শ্রীহরি (কৃষ্ণ) পোক্লকপগী হরাওবনা মাইথোং মকালাম্নবা যদুগী অথোইবা বসুদেবনা, মচাগী মাইথোং য়েংলুরগা, পোকপগী উৎসবকি মরীদা ব্রাহ্মণ খিবিক্তা শনবী নিযুত অমবু থুনমক নুংঙাইবা ৱাখলগা লোইননা পুকনিংদা দান তৌখি ।।২৯।।

ইবুঙোনা চাবোকপংহ্নদা লেংথোকপিরক্লবদা হরাও-নুংঙাইমনখিবদগী ঙক্লবা বসুদেবনা মখুৎ লোন্নদুনা শ্রীহরিবু খুরুম্নদুনা লৈশি-লৈথোন কয়ানা স্তুতি তৌজখি ।।৩০।।

বসুদেবনা হায়খি ঃ—

অমত্তা ওইবা ইবুঙো নংনা, নহাক্কী প্রকৃতি কৌবী মহৌশাগী গুন্দগী মখল মথা য়াম্নবা তাইবংপানগী মশকপু ওইহল্লি, অদুগা ঙাকপসু ঙাকপিরি, মাংসু মাংহল্লি, মদুগী দোষ গুন পুম্নমক্তদি নঙোন্দা চংবা ঙমদে, অদুগুম্না অশংবা স্ফটিক মণিগী মচু মানবা কুচু ওইবা, জগৎকি মপু ওইবা ইবুঙো নংবু খুরুমজরি ।।৩১।।

এবংস্তু ভুবন ইবাত্র বর্ত্তমানো
যোঽন্তস্থো বহিরপি চাম্বরং যথা হি।
আধারো ধরণিরিবাস্য সর্ব্বসাক্ষী
তস্মৈ তে নম ইব সর্ব্বগো নভস্বান্‌॥৩২॥

ভূভাবোদ্ভটহরণার্থমেব জাতো
গোদেবদ্বিজনিজবৎসপালকোঽসি।
গেহে মে ভুবি পুরুষোত্তমোত্তমস্ত্বং
কংসান্মাং ভুবনপতে প্রপাহি পাপাৎ॥৩৩॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—
পরিপূর্ণতমং সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণং শ্যামসুন্দরম্‌,
জ্ঞাত্বা নত্বাথ তং প্রাহ দেবকী সর্ব্বদেবতা॥৩৪॥

---

শীংগী মনুংদা মৈনা লৈবগুম পোংশক পুন্নমক্তসু ইবুংঙো নংনা লৈবিরি, থম্মোইনুংদা লৈরবসু, মপান্দা আত্তিয়াগী অহাংবদসু ভাদুমক লৈবীরি, নহাক্কী পৃথিবীগুন পুন্নমক্কী তুংনফম ওইবা, নুংশিংকুম্না পুন্নমক শিন্থংনা লৈবিহুনা পুন্নমক্কী সাক্ষি ওইবীরিবা ইবুংঙো নংবু খুরুমজরি ॥৩২॥
হে জগৎকি মপু ওইবা ইবুংঙো, মপান্মোম কনবশিংবু মাংহন্নবগীদমক পৃথিবীদা বসুদেবগী ঐগী য়ুমদা পোকপিররি, মুপা অযাইবশিংগী খুদইদগী অথোইবা ওইবা, শন, লাই, ব্রাহ্মণ, নহাক্কী ওইবা ননাই ভক্তশিংবু ঙাকপি-শেনবীনবগীদমক অবতার তৌবিররি, ইবুংঙো নংনা পাপ চেনবা কংসদগী ঐবু ঙাকপিয় ॥৩৩॥

নারদনা হায়খি ঃ—
লাই পুন্নমক্কী মশক ওইরবী (লাইশিংগী মম অদিতিনা ওইবী) দেবকীনা পরিপূর্ণতম (পুন্নমক্তগী অথোইবা মপুংফাবা) ওইবা কুচু শংবান-রবা শ্রীকৃষ্ণবু শশংনা খংহনা, ইবুংঙো মাগী মফমদা খুকজরগা হায়জখি ॥৩৪॥

**শ্রীদেবক্যুবাচ ঃ—**

**হে কৃষ্ণ হে বিগণিতাংশপতে পরেশ**
**গোলোক ধামধিষণধ্বজ আদিদেব ।**
**পুর্ণেশ পূর্ণ পরিপূর্ণতম প্রভো মাং**
**ত্বং পাহি পাহি পরমেশ্বর কংসপাপাৎ ॥৩৫॥**

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**তচ্ছ্রুত্বা ভগবান্ কৃষ্ণঃ পরিপূর্ণতম স্বয়ম্ ।**
**সস্মিতো দেবকীং শৌরিং প্রাহ স বৃজিনার্দ্দনঃ ॥৩৬॥**

**শ্রীভগবানুবাচ ঃ—**

**ইয়ং চ পৃশ্নিঃ পতিদেবতা চ**
**ত্বং পুর্ব্বসর্গে সুতপাঃ প্রজার্থী ।**
**ব্রহ্মাজ্ঞয়া দিব্যতপৌ যুবাভ্যাং**
**কৃতং পরং নির্জ্জলভোজনাভ্যাম্ ॥৩৭॥**

---

দেবকীনা হায় ঃ—

হে কৃষ্ণ, মশীং লাকঙবশ্রবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী মপু ওইবা, পুম্নমক্তগী অথোইবা নিংনফম ঈশ্বর ওইবা, গোলোক কৌবা নংগী ধামগী নিংথিরবা ফিরানগী মশক ওইবা পুম্নমক্তগী অহানবা লাই ওইবা, মপুংফাবা পুম্নমক্কী মবুঙো-থোইনা হেন্না মপুং ফাবা পরিপূর্ণতম হায়বত্থ ওইবা হে অতোনবশিংগী মবুঙো, পুন্নমক্কী পরমেশ্বর হায়বত্থ, অথোইবা নিংগবা লাই হায়বত্থ ওইবা নহাক্না পাপকি থবক্তা তৌরবা কংসদগী ঐবু ঙাকপিয়ু ॥৩৫॥

নারদনা হায় ঃ—

দেবকীগী ৱাহৈত্থ তারবদা মপুংফাবা পুম্নমক্তগী অথোইবা, পাপ পুম্নমক্তগী কোকহনবীবা, ঐশ্বর্য্য তরুক্নাতিনবা, শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না মোমোন নোক্লুনা দেবকী- বসুদেব অনিদা হায়বিখি ॥৩৬॥

শ্রীভগবান্না হায় ঃ—

মপুরোইবনা লাইনিং ওইবী অনিগুম্বী দেবকী [illegible]

কালেষু মন্বন্তরয়ে ব্যতীতে
তপঃ পরন্তপসঃ প্রজার্থী।
তদা প্রসন্নো যুবয়োবভূবং
বরং পরং ক্রত ময়া তদোক্তম্ ॥৩৮॥

শ্রুত্বা যুবাভ্যাং কথিতং তদেব
ভূয়াৎ সুতস্ত্বৎসদৃশঃ কিলাবয়োঃ।
তথাস্তু চোক্ত্বাথ গতে ময়ি প্রজা—
পতী হ্যভূতং স্বকৃতেন দম্পতী ॥৩৯॥

ন মৎসমঃ কোঽপি সুতো জগত্যলং
বিচর্য্য তদ্বামভবং পরেশ্বরঃ।
শ্রীপৃশ্নিগর্ভো ভুবি বিশ্রুতঃ পুন—
র্দ্বিতীয়কালেঽহমুপেন্দ্রবামনঃ ॥৪০॥

---

মপোক্তা পৃশ্নি হায়না কৌন্থনা, অদুগা বসুদেব নহাক্কা সুতপা কৌন্থনা পোক্লম্বা মতমতুদা নখোয় অনিনা নচা পাম্বদগী ব্রহ্মাগী য়াথ-না চাদ-থক্তনা ঈশিংফাওবা য়াতোন তংদনা অকনবা মক্ত্বা তপপু তৌখি ॥৩৭॥

মতমগী মতুংইন্না মন্বন্তর অনা হৌখ্রবদা (লোইখ্রবদা) নচা পাম্বদগী লাইনিং চেৎনা তৌরিবা তপ অদুদা ঐনা পেল্লতুনা নখোয় অনিনা অপাম্বা বর অদু নিজরো হায়না ঐনা হায়খি ॥৩৮॥

ঐনা হায়রবদু তারগা নখোয় অনিনা "ইবুঙো নহাক্কা মান্নবা ইচানুপা অমতং ঐখোয় অনিদা পীনবীয়ু" হায়খি, ঐনসু "মদুমক ওইরসনু" হায়রম্ব-গা ঐনা হনখ্রবদা প্রজা শেম্বনা নখোয় ওয়রবা (প্রজাপতি ওয়রবা) নখোয় অনিসনা নশানা তৌজরম্বা থবক্কি মতৈনা ঙসি ঐমক্কা নচা ওয়না ফংলররনি ॥৩৯॥

মরম অসিদগী ঐনা মালেম তৌবদা জাৎংসিদা ঐগা মান্নবা মচাদি কনাসু লৈরোইদবনা পরমেশ্বরনক ওইরবসু ওইওইনরবসু (বামভব) লাই ওইরিঙেদা শীহৌদ্রগা নী ওইনা পোক্লবসিদা হৌজিক ঐনা নচাওইনা

**তথাভবং হ্যদ্যতনে পরাৎপরো**
**নীত্বাথ মাং প্রাপয় নন্দমণ্ডিরম্ ।**
**অতো ন ভূয়াদ্ভয়মৌগ্রসেনতঃ**
**সুতাং সমাদায় সুখী ভবিষ্যথঃ ॥৪১॥**

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**তুষ্ণীং ভূত্বা হরিস্তত্র তদ্বয়ঃ পশ্যতোস্তয়োঃ ॥**
**দৃশ্যং হ্যপকটং কৃত্বা বালোঽভূৎ কৌ যথা নটঃ ॥৪২॥**
**প্রেঙ্খে ধৃত্বাথ তং শৌরির্যাবদ্গন্তুং সমুদ্যতঃ ।**
**তাবদ্‌ব্রজে নন্দপত্ন্যাং যোগমায়াজনি স্বতঃ ॥৪৩॥**

---

পোক্নরে, অদুনা পৃথিবীসিদা পৃশ্নি ।ভি হায়না খংনথ্রবনি, অমুক্তসু অনিশুবদা সুরারেনগী মখাদা (মতুংদা পোকপা মনাও ওইনা) বামন কৌদুনা ফাওরগনি ।।৪০।।

ঐনা পুন্নমক্তগী অথোইবা মাং-তুংগী মপু ওইরবসু কংসগী চিংনফম ওইনা নখোইদা পোক্নরে, হৌজিকমক ঐবু পুরগা নন্দনিংথৌগী সঙ্গাইদা থিল্লো, অদুগা যশোদাগী মচানুপীবু পুরক্লবদি কংসগী অকিবা লৈররোই অনসুং নখোই অনিগী নুংঙাইনা লৈবা হায়বদু ওইরগনি ।।৪১।।

নারদনা হায়খি ঃ—

চাবোকশংদুদা শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না য়াথং তৌরম্নগা তুমিন্না ৱা ঙাংদনা লৈখ্রে; বসুদেব দেবকী অনিনা উনা উনা মশাগী ওইবা মশকপু লোৎশিন্দুনা পৃথিবীশিদা লিলাদা লাই-তিন শারম্বগুম উহল্লম্বা মশক্তু, অচম্বা অঙাং মচা, পোকপদা ঙাইরিবা অমগী মতৌ ওইখরে ।।৪২।।

মদুগী মতুংদা নাওশুম কাংথোল মচাদা হাপ্লনা পুরগা য়াম্না থুনা চৎনবগীদমক বসুদেবনা থৌরাং তৌদুনা অদুক্কী মখৈ থুনা নন্দগী মহারাণী যশোদাগী নাক য়ৌরগা, পোকপা লৈতবী যোগমায়ানা পোক্নুনা লৈরমই ।।৪৩।।

বসুদেবনা চৎলমদাই মতমদুদা যোগমায়ানা জগৎ পুম্নমক শুমদুনা

তয়া শয়ানে বিশ্বস্মিন্ রক্ষকেষু স্বপৎসু চ।
দ্বার উদ্ঘাটিতাঃ সর্ব্বাঃ প্রস্ফুরচ্ছৃঙ্খলার্গলাঃ ॥৪৪॥
নির্গতে বসুদেবে চ মূর্দ্ধ্নি শ্রীকৃষ্ণশোভিতে।
সূর্য্যোদয়ে যথা সদ্যস্তমোনাশোঽভবৎ সুতঃ ॥৪৫॥
ঘনেষু ব্যোম্নি বর্ষৎসু সহস্রবদনঃ স্বরাট্।
নিবারয়ন্ দীর্ঘফণৈরাসারং শৌরিমন্বগাৎ ॥৪৬॥
ঊর্ম্ম্যাবর্ত্তাকুলাবেগৈঃ সিংহসর্পাদিবাহিনী।
সদ্যো মার্গং দদৌ তস্মৈ কালিন্দী সরিতাং বরা ॥৪৭॥
নন্দব্রজং সমেত্যাসৌ প্রসুপ্তং সর্ব্বতঃ পরম্।
শিশুং যশোদাশয়নে নিধায়াশু দদর্শ তম্ ॥৪৮॥

---

তুমহনখ্রবদা কংসগী থোংশংবা পুন্নমক অহুনস্থ তুমখ্রবদা, থোংশিংনা মরন্নাই হাংদোকচখি অমস্থং বস্থদেবদা পুল্লিবা য়োংহিলং ফলাং পুন্নমক অহুস্থ মরন্নাই নাংখোকুনা তাজখি ॥৪৪॥

বস্থদেবনা শ্রীকৃষ্ণবু মকোক্তা থোনদুনা চৎলকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী তেজনা ( মঙাম্না ) নোংজুথাগী থাশিরমদাই অহিংগী অমস্থদু নুমিৎনা থোক্লকপদা অমম্বনা মরন্নাই মাংখিবগুম মাংখি ॥৪৫॥

অতিয়াদা নোংনা কুপখিবনা মরন্নাই চুরক্লবদা, মতোক লিশিং পানবা অনন্তনা মশাগী শাংনা পাল্লিবা মতেরা কদোকুনা শ্রীকৃষ্ণগী থক্তা খান্দুনা বস্থদেবগী তুংইন্দুনা চৎখি ॥৪৬॥

নোংজুথা ওইবনা যমুনা তুরেলগী পাক-শন্না, কল্লবা ঈচেল ইরৈ লোইননা চেল্লমই, নোংশা কৈ লিন্নচিংবনা লানবা ঙমদবদগী ঈচেলদা তাওথরমই, মতীক চাওবী কালিন্দি যমুনানা ইবুঙো লেংলকপা খুদক্তা মবুঙো লেংবা য়ানবা লম্বী কচ্চখি ॥৪৭॥

বস্থদেবনা নন্দ নিংথৌগী ব্রজধাম য়ৌরগা পুন্নমকনা তুমখুন হুনা তুমহুনা (যোগমায়ানা শুমখিবনা) লৈববু উখি, যশোদানা তুমলিবহুগী নাক্তা পুরকল্লিবা অঙাংবু (শ্রীকৃষ্ণবু) খুৎলৈ থুনা হমখি ॥৪৮॥

তৎসুতাং সমুপাদায় পুনর্গেহান্ জগাম সঃ।
তীর্ত্বা শ্রীযমুনাং শৌরিঃ স্বাগারে পূর্ব্ববৎ স্থিতঃ ॥৪৯॥
সুতং সুতাং বা জাতং চাজ্ঞাত্বা গোপী যশোমতী।
পরিশ্রান্তা স্বশয়নে সুষ্বাপানন্দনিদ্রয়া ॥৫০॥
অথ বালধ্বনিং শ্রুত্বা রক্ষকাঃ সমুপস্থিতাঃ।
উচুঃ কংসায় বীরায় গত্বা তদ্রাজমন্দিরম্ ॥৫১॥
সুতীগৃহং ত্বরং প্রাগাৎ কংসো বৈ ভয়কাতরঃ।
স্বসাথ ভ্রাতরং প্রাহ রুদন্তী দীনবৎ সতী ॥৫২॥

দেবক্যুবাচ :—

সুতামেকাং দেহি মে ত্বং পুত্রেষু প্রমৃতেষু চ।
স্ত্রিয়ং হন্তুং ন যোগ্যোঽসি ভ্রাতস্ত্বং দীনবৎসলঃ ॥৫২॥

---

বসুদেবনা যশোদাগী নাক্তা শ্রীকৃষ্ণবু থনম্লগা যশোদাগী মচানুপীবু পুরহুনা, অমুক হন্না যমুনা লান্দুনা ময়ুমদা হল্লকখি, মমাংগী মতৌগুম লৈখি, (হায়বদি যোগ মানা মরম্নাই থোং থিংজিন্দুনা, অমম্নং য়োৎহ্লিং কোলহৌনচিংবা হান্নগুম কায়দনা লৈখি) ॥৪৯॥

গোপী (গোপ নিংভোল) যশোদাম্নু পোকলিবা অঙাং অসি নুপানি নুপীনি হায়বা অরেপ্পা খংদনা মীওইবগী মতৌনা অরা-পোত্থাবা (যোগ মায়ানা করিগুম্বা অমত্তা খংহন্দবা) ওইনা মশাগী ফমুংদা নুঙাইনা তুমখি ॥৫০॥

অশোমদা অঙাংনা কপ্পগী খোঞ্জেল তানরক্লুনা কংসগী কারাগার শংলিবা কাংবুনা, অকনবা কংসগী কোন্নুং তান্না চেল্লক্লুনা কংসদা অঙাং পোকলে হায়না পাওদমখি ॥৫১॥

কংসম্নু শিগদ্রা কিবদগী লাংতক্কবগা লোইননা থিন্দনা শাক্লবদা কংস মাগী মচনম্নপী অতোপ্পী সতী ওইবী দেবকীনা তোল্লবগুম কপ-লাওজবগা লোইননা মবুং কংসদা হায়জখি ॥৫২॥

দেবকীনা হায় :— ঐগীদি ইবুং ওইবনি নহাক্তি তোল্লবশিংবু

তেঽমুজাহং হতসুতা কারাগারে নিপাতিতা।
দাতুমর্হসি কল্যাণ কল্যাণীং তনুজাং চ মে ॥৫৪॥

শ্রীনারদ উবাচ।

অশ্রুমুখ্যা মোহিতয়া সমাচ্ছাদ্যাত্মজাং বহু।
প্রার্থিতোঽঙ্কাদ্বিনির্ভৎর্স্য তাং স আচিচ্ছিদে খলঃ ॥৫৫॥
কুসঙ্গনিরতঃ পাপঃ খলো যদুকুলাধমঃ।
স্বস্বুঃ সুতাং শিলাপৃষ্ঠে গৃহীত্বাঙ্ঘ্রৌ ন্যপাতয়ৎ ॥৫৬॥
কংসহস্তাৎ সমুৎপত্য ত্বরং সা চাম্বরে গতা।
শতপত্রে রথে দিব্যে সহস্রহয়সেবিতে ॥৫৭॥

---

চানবীবনি, অমরোমদনা নুপী ওইবাবু হাংপা হায়বসি মতাক চাদে তৌনদে, অত্তক য়াপা ঐগী ইচানুপাশিংবুসু নহাক্কা লোইনা হাংথ্রবনি, ইচা নুপীমচা অসিনতংদি ঐঙোন্দা পীনবীয়ু হাংপীগনু নিঙ্গরি ।।৫৩।।

ইচানুপা খিবিকপুহু হাংপিথ্রবী,, কৈথুশংশিদা ফা-পুন্দুনা থমলিবা ঐ অসি মিংথৌ নহাক্কীদি মচননুপী অতোনবীনি, হে য়াইফ মঙ্গলগী মশক ওইবা ইবুংও, ঐগী য়াইফ-মঙ্গলগী মশক ওইরবী ইচানুপীমচা অসিমতংদি ঐঙোন্দা পীনবীরো নিজরি ।।৫৪।।

পিনা চোৎলবা মাইথোং ওইরবী সুমহৎপনা তিল্লবী দেবকীনা মচা-নুপীবু মখুৎ মশানা কুপশিন খুমজিন্দুনা হাইজ চচ্চরিবী মচনগী তম্পাক্তগী. ফত্রবা কংসনা লাওহৎ-চৈহত্না মুন্দুনা লৌখি ।।৫৫।।

যদু শাগৈগী অতোনবা, ফত্তবা থবক তৌবা-ফত্তবা তিন্নবতা পাম্নবা, পাপচেনবা ফত্রবা কংসনা, মচনহুপীগী মচাবু মখোং অনি পায়শিন্দুনা নুংপাকথক্তা হায়হত্না থাদখি ।।৫৬।।

অদুগুম্বী নুপীমচাপী মশক ওইরবী দেবী যোগমায়ানা কংসগী মখুত্তগী নাম্বোকখিহনা য়াম্না থুনা অতিয়াথক্তা পাইখৎখি, মক্ত্রবা শগোল লিশিং অমনা চিংবা, মনা চাম পানবা থম্বালগী মশক ওইবা দলাইদা (লাইগী ওইবা দলাই দিব্য রথদা) তোংখি ।।৫৭।।

চামরান্দোলিতে শুভ্রে স্থিতাদৃশ্যাত দিব্যদৃক্ ।
সায়ুধাষ্টভুজা মায়া পার্ষদৈঃ পরিসেবিতা ।
শতসূর্যপ্রতীকাশা কংসমাহ ঘনস্বনা ॥৫৬॥

শ্রীযোগমায়োবাচ ঃ—

পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ স্বয়ম্ ।
জাতং ক্ব বা তু তে হন্তা বৃথা দীনাং দুনোষি বৈ ॥৫৭॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

ইত্যুক্ত্বা তং ততো দেবী গতা বিন্ধ্যাচলে গিরৌ ।
যোগমায়া ভগবতী বহুনামা বভুব হ ॥৬০॥
অথ কংসো বিস্মিতোঽভূচ্ছ্রুত্বা মায়াবচঃ পরম্ ।
দেবকীঃ বসুদেবঞ্চ মোচয়ামাস বন্ধনাৎ ॥৬১॥

---

মঙাল থোক্লা ঙাল্লবা দলাইথক্তা লৈরিবী কাংহাই চামরনা হায়-হুম্না থৌগল্লবী, খুংসু-খুংলাইগা লোইননা পাম্বোম নিপান পাল্লিবী, মনাই পার্ষদশিনা থৌগল্লিবী, হুমিৎ চামগী মঙালগুম ঙাল্লিবী, লাইগী মিংয়েং ওইবী যোগমায়াবু কংসনা উখি, অদুগুম্বী যোগমায়ানা নোং-খেংবগুম শুক্লবা ৱাহৈনা কংসদা হায়খি ॥৫৮॥

যোগমায়ানা হায়খি ঃ—

কংস নংবু হাৎনবা, মপুংফাবা পুন্নমক্তগী অথোইবা, পরিপূর্ণতম ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি লেপ্পমক মশামক শংশংনা অতোপ্পা মফম অমদা পোকখরে, অদুগা নংনা অরেম্বদা তোল্লবী দেবকীবু অৱাবা পীরি ॥৫৯॥

নারদনা হায়খি ঃ—

লাইরৈপাক্কী যোগমায়ানা অসুম্না কংসদা হায়রম্লগা বিন্ধ্যাচল কৌবা চীংজাও তাম্না চৎখি, ভগবতী যোগমায়া অসিনচিংবা মিং খিখিকনা জগৎ পুম্নমক্তা খ্যাৎনখি ॥৬০॥

দেবী অথোইবী যোগমায়ানা হায়রম্বা ৱা তারগা কংসনা অঙকপা

**কংস উবাচ ঃ—**

**পাপোঽহং পাপকর্ম্মাহং খলো যদুকুলাধমঃ।**
**যুষ্মৎপুত্রপ্রহন্তারং ক্ষমধ্বং মে কৃতং ভুবি ॥৬২॥**
**হে স্বসঃ শৃণ মে শৌরে মন্যে কলাকৃতং ত্বিদম্‌ ॥**
**যেন নিশ্চাল্যমানো বা বায়ুনেব ঘনাবলিঃ ॥৬৩॥**
**বিশ্বস্তোঽহং দেববাক্যে দেবাস্তেঽপি মৃষাগিরঃ।**

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**ইত্থং কংসস্তদণ্ডেঘ্যাশ্চ পতিতোঽশ্রুমুখো রুদন্‌।**
**চকার সেবাং পরমাং সৌহৃদং দর্শয়ংস্তয়োঃ ॥৬৫॥**

---

খিবিক্লা তিনখি, অমসুং বসুদেব দেবকী অনিবু ফা-পুন্দুনা থমলিপত্নু নিং-থিনা থাদোকখি ।।৬১।।

কংসনা হায়খি ঃ—

কংস হায়বা ঐ অসি পাপচেনবনি, পাপকি থবক্তা তৌরবনি ফত্রবনি, যত্নু শাগৈ চৈন্তরবা অতোনবনি, নখোই অনিগী নচা পুন্নমকপু হাংপনি ঐনা তৌখিবা ইরাল পুন্নমক নখোই অনিনা ঙাকপিয়ু ।।৬২।।

হে ইচলনুপী দেবকী, হে বসুদেব ঐগী বাসি তাবিয়ু, ঐনা তৌখ্রিবা ফত্রবা থবকশিং অসি কাল হায়বা লাই অত্নুনা ইনশিন্দুনা তৌখ্রবনি থল্লি, মত্নু পুন্নমক অত্নু মতমগী নুংশিংনা নোংশিংবু কোইপু পুবগুম্বনি ॥৬৩॥

ঐনা লাইগী য়াথং আকাশবাণীবু থাজরম্বি অদুগদি লাইশিংনসু মীনম্বা ওইদবা মতৌবু তৌরি, যোগমায়া কৌবী দেবীনা হায়খিবা ঐগী য়েক্লবা অহনা, পৃথিবীগী মফম কদাইদা পোকখ্রবনো হায়বসু ঐ থংদ্রে ।।৬৪।।

নারদনা হায় ঃ— কংসনা মতৌ অসুম তৌনা কপ-লাওরদুনা মমিত্তা মপি শিন্থরদুনা মচন মশেন অনিদা মকুপ-মপাং অমদি মরী-মতা ওইবগী মতৌ উৎলদুনা, বসুদেবগী মতম্পাক্তা তুথরদুনা থোইদোকপা সেবাবু তৌখি ॥৬৫॥

অহো শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রস্য পরিপূর্ণতমপ্রভোঃ।
দানদক্ষৈঃ কটাক্ষৈশ্চ কিন্ন স্যাদ্ভূমিমণ্ডলে ॥৬৬॥
প্রাতঃকালে তদা কংসঃ প্রলম্বাদীন্ মহাসুরান্।
সমাহূয় খলস্তেভ্যোঽবদদুক্তঞ্চ মায়য়া ॥৬৭॥

কংস উবাচঃ—

জাতো মে হ্যন্তকৃদ্ভূমৌ কথিতো যোগমায়য়া।
অনির্দ্দশাম্নির্দ্দশাংশ্চ শিশূন্ যূয়ং হনিষ্যথ ॥৬৮॥

দৈত্যা ঊচুঃ —

সজ্জস্য ধনুষো যুদ্ধে ভবতা দ্বন্দ্বযোধিনা ॥
টঙ্কারেণোদ্গতা দেবাস্মন্যসে তৈঃ কথং ভয়ম্ ॥৬৯॥

---

ওহোঁকশনি, পরিপূর্ণতম ওইবা জগৎকী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী পীন-হৈবা, নুংশিবা থৌজালগী মিৎয়েংনা য়েংবীরবদা পৃথিবী মকোয়সিদা মানা মানা নীংলিবশিং অতুম্ব ফংলোইদবা করি অমুক লৈরিবগে ॥৬৬॥

কংসনা ময়ুনদা হনখ্রগা অয়ুক শঙনবা অমদা প্রলম্বনচিংবা মতীক মথৌনা লৈবা হিংচাবশিংবু কৌরগা, যোগমায়ানা শায়রম্বা বা অমদি লৌনম বাহৈ করা, অমদি ফত্রবা থবক কয়াগী বাবুসু হায়খি ॥৬৭॥

কংসনা হায়খি ঃ—

যোগমায়া কৌবী দেবীনা ঐবু হাংলগনি হায়বা মহাক্তো পৃথিবীসিদা পোকখ্রে অসুম হায়খিবনা, (পোকফম অরেপ্পা খংদবনা) পোকপা নুমিৎ তরানি শুরবা অমদি শুদ্রিবা অঙাং পুম্নমক লোইনা থিশ-থিজ্নুনা নখোইনা হাৎলুরো ॥৬৮॥

হিংচাবনা হায়খি ঃ—

লানফমদা নহাক্কা লাম্বা পান্তুনা শোরুবদা অমদি নংগী লীরী খিংবগী খোঙ্কেলতা তাবদা লাইশিংনা কিতুনা চেনখিবনি, অতুগুম্বা লাইশিংগা লাম্নেংনববু কমদৌনা কিগদগে অসুম্না নিংই ॥৬৯॥

শন, ব্রাহ্মণ, সাধু, বেদশিং, ধর্ম্মনচিংবা, অথোইবা লাইশিং পুম্নমক

গোবিপ্রসাধুশ্রুতয়ো দেবা ধর্ম্মাদয়ঃ পরে।
বিষ্ণোশ্চ তনবো হ্যেষাং নাশে দৈত্যবলং স্মৃতম্ ॥৭০॥
জাতো যদি মহাবিষ্ণুস্তে শত্রুর্যো মহীতলে।
অয়ং চৈতদ্বধোপায়ো গবাদীনাং বিহিংসনম্ ॥৭১॥

**শ্রীনারদ উবাচ :—**

ইত্থং মহোদ্ভটা দুষ্টা দৈতেয়াঃ কংসনোদিতাঃ।
দুদ্রুবু খং গবাদিভ্যো জঘ্নুর্জাতাংশ্চ বালকান্ ॥৭২॥
আসমুদ্রাদ্ভূমিতলে বিশন্তশ্চ গৃহে গৃহে।
কামরূপধরা দৈত্যাশ্চেরুঃ সর্পা ইবাভবন্ ॥৭৩॥
উৎপথা উদ্ভটা দৈত্যাস্তত্রাপি কংসনোদিতাঃ।
কপি সুরাপ্যলিহতো ভূতগ্রস্ত ইবাভবন্ ॥৭৪॥

---

অসি বিষ্ণুগী হকচাংনি হায়, মখোই অসিনা মাংলবদা হিংচাবা ঐখোইগীদি পাঙ্গলগী তেঙ্গোলনি অসুম্না খংনখ্রবনি ।।৭০।।
পৃথিবীসিদা নংগী য়েক্লবা মহাবিষ্ণু কৌবা মানা পোক্লয়বদি, মহাক্কী হাৎনবগী থোইদোকপা উপায় হায়ববু শন ব্রাহ্মণ সাধুশিংবু হিংসা তৌবা, মরুফংনা মাংহনবা অসিতনা মহুগী উপায় ওইগনি ।।৭১।।
শ্রীনারদনা হায় :—

কংসনা ইনশিন্দুনা য়াথং পীরবা মরুপ-মনাই ওইবা কল্লবা ফত্রবা হিংচাবশিংনা অতিয়াগী লম্বীদা পাইহুনা চৎখ্রগা, শন ব্রাহ্মণ অমদি পোকপদা ঙাইহিরিবা অঙাংনচিংববু হাৎপা হৌখি ।।৭২।।

অপাম্বনা খুদুম চল্লবা হিংচাবশিংনা সমুদ্রনা ঙমখৈ ওইরবী পৃথিবীগী মফম মফমশিংদা, য়ুম য়ুম খুদিংদা, লিনগুম্না কোইচং চংহুনা থিখি ।।৭৩।।

কংসনা ইনশিল্লবা, ফত্রবা লম্বেলতদা চৎলিবা, ফত্তবা মরুপ-মনাই ওইবা হিংচাবশিংনা য়ুগী নেশা লৈবা বৃশ্চিকনা চিক্লবা, ভূত-প্রেতনা ফারবা য়োংগুম্বা ওইখি ।।৭৪।।

মিথিলা লৈবাক্কী নিংথৌ বিদেহ (হকচাং পান্দবা) হায়না খংনরবা

বৈদেহ মৈথিল নরেন্দ্র উপেন্দ্রভক্ত
ধর্ম্মিষ্ঠমুখ্য সুতপোজনক প্রতাপিন্।
এতৎ সতাঞ্চ ভুবি হেলনমঙ্গ রাজন্
সর্ব্বং ছিনত্তি বহুলাশ্ব চতুষ্পদার্থম্ ॥৭৫॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোকখণ্ডেঃ
শ্রীনারদ-বহুলাশ্বসংবাদে শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রজন্ম বর্ণনং নাম
একাদশোঽধ্যায়ঃ।

---

সুরারেনগী মনাও ওইনা খ্বাইগী তুংদা পোকপা বামনদেবগী ভক্ত ওইবা নহাক্কি ধর্ম্ম লৈবশিংগী অথোইবনি, লাইনিং চেৎপনি, নতিক নঙাল চাওবনি, জনক হায়রগম্ব খংনবনি; হে বহুলাশ্ব নিংথৌ পৃথিবীসিদা মশাতমক নুঙাইনিংবা অফ-ফত্ত য়েংদবা মীনা সাধুশিংবু অস্কুম্না অরাবা পী, মতুনকনা মশাগী ধর্ম্ম, লন, অপায়া, অরানবা খুভমবু ককথৎলি মাংহল্লি ॥৭৫॥

মতাং অসিদা গর্গ মুনিগী ৱারীদা গোলোকখণ্ডগী শরুক্তা নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র পোকপা কৌবা তরামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

* * *

# দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

অথ পুত্রোৎসবং জাতং শ্রুত্বা নন্দ উষঃক্ষণে।
ব্রাহ্মণাংশ্চ সমাহূয় কারয়ামাস মঙ্গলম্ ॥১॥

স বিধিং জাতকং কৃত্বা নন্দরাজো মহামনাঃ।
বিপ্রেভ্যো দক্ষিণাভিশ্চ মুদা লক্ষং গবাং দদৌ ॥২॥
ক্রোশমাত্রং রত্নসানূন্ সুবর্ণশিখরান্ গিরীন্।
সরমান্ সপ্তধান্যানি দদৌ বিপ্রেভ্য আনতঃ ॥৩॥
মৃদঙ্গবীণাশঙ্খাদ্যা নেদুর্দুন্দুভয়ো মুহুঃ।
গায়কাশ্চ জগুর্দ্বারে ননৃতুর্ব্বারযোষিতঃ ॥৪॥

---

শ্রীনারদনা হায়খি :—

নোংঙাল্লবা মতমদা নন্দ নিংথৌনা মচাঙ্গপা পোকপগী খুদোংচিবা পাও তারগা ব্রহ্মণশিংবু কৌজরহনা য়াইফ-মঙ্গলগী থবক তৌহনখি ॥১॥

পুকচেল চাওরবা নন্দনা মচা পোকপগী (জাত কর্ম্মগী) তৌবা হোনবা থবক খিবিক রায়েন কায়দনা তৌরগা ব্রাহ্মণশিংগী পেল্লবগীদমক দক্ষিণাগা লোইনবা শনবী লক্ষ অমা কত্থখি ॥২॥

নন্দনা ক্রোশ অমগী (মাইল অনি— কিঃনিঃ অহুমগী প্রায়) লক শিংহুংনা অচা-অথক কয়া সপ্তধান্যনচিংবা (লৈবাক্কগী থোকপা ফৌ, যব, গেহু, মুগ, ওইর, শগোলহরাই, চানা) চীংহুম চাংহুম শারগা সনা লুপা মণি-মুক্তানা চীংশিংহুগী চীংদোম্দা পৈহুনা থম্মগা, নোল্লুকপগা লোইননা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখি (কৎখি) ॥৩॥

মতমত্তদা পূং, বীনা, মোইবুংনচিংবা অমদি তুন্দুভি কৌবা পূংগুম্বা হৈন-খোংনবা যন্ত্র কয়া হন্না হন্না থিনবা খোংবনা মিনখি, খোং খোংদা ঈশৈ শকপা জগোই শাবশিংনা জগোই শাখি, ঈশৈ শকখি ॥৪॥

পতাকৈহেমকলশৈর্ব্বিতানৈস্তোরণৈঃ শুভৈঃ।
অনেকবর্ণৈশ্চিত্রৈশ্চ বভৌ শ্রীনন্দমন্দিরম্ ॥৫॥
রথ্যাবীথ্যশ্চ দেহল্যো ভিত্তিপ্রাঙ্গণবেদিকাঃ।
তোলিকা মণ্ডপসমা রেজুর্গন্ধিজলাম্বরৈ ॥৬॥
গাবঃ সুবর্ণশৃঙ্গাশ্চ হেমমালালসদগলাঃ।
ঘণ্টামঞ্জীরঝঙ্কারা রক্তকম্বলমণ্ডিতাঃ ॥৭॥
পীতপুচ্ছাঃ সবৎসাশ্চ তরুণীকরচিহ্নিতাঃ।
হরিদ্রাকুঙ্কুমাযুক্তাশ্চিত্রধাতুবিচিত্রিতাঃ ॥৮॥
বর্হপুষ্পৈর্গন্ধজলৈর্যা ধর্ম্মধুরন্ধরাঃ।
ইতস্ততো বিরেজুঃ শ্রীনন্দদ্বারি মনোহরা ॥৯॥

---

ফিরান মচাশিংগা লোইননা শনানা শাবা চফুশিং, লংদা তিংহ্নুনা য়ানবা ফিরান মচাশিং, মখল-মখলগী মচুনা তিনবা, লৈতেংশিংনা মঙ্গলগী মশক ওহনা শ্রীনন্দগী সঙ্গাইবু নীংথিজনা লৈতেংখি ॥৫॥

লৈরক-খুল্লক, লমজাও, থোংজিন, ফকলাং, মাঙ্গোল; ঈরাৎ-পূজা তৌফম (বেদিকা) কোম্থোংনচিংবা মফম পুম্নমক মীতিনফম মাণ্ডবকা মান্ননা শেম-শারিবা পুম্নমক্কী চংফম থোংনচিংবদা, মনম নুংশিরবা পোৎশক্কা ঈশিংগা তিন্নরগা খিক-চায়বা অমদি য়ুখল (ফিজং) শিংনস্থু নিংথিখি ॥৬॥

শনশিংবু মচীদা সনা য়োমহ্নুনা, মঙক্তা সনা পরেং শিবিহ্নুনা, শরীক-খোংজিনচিংবস্থু লৈতেংবীরি, মহুগী মখোন্তনা নিল্লি, মনমগন্দস্থু অঙাংবা ফি, অঙাংবা কম্বলনচিংবনা লৈতেংবীরি ॥৭॥

নহা ওইবী ব্রজগোপীশিংনা শঙ্গোম শুম্বগী খুৎফম লৈবী, মমৈ নাপু মচু (ঙৌরুনবী) মানবী চাজেনবী শনবীশিংবু য়াইঙং অমদি কুঙ্কুম চন্দন্না লৈতেংবীহ্নুনা সনা লুপানচিংবা ধাতু কয়ানস্থু লৈতেংবী ॥৮॥

শনবী শন্নাও ঙাক-শেনবনা মথৌ ওইরবা শল্লাবশিংবুনা মনম নুংশিরবা ঈশিংনা তৈথোক-নান্থোকপিহ্নুনা-ঈরুজবীহ্নুনা লৈ ময়াম, ৱাহোং মতু, ঊনা ৱানানচিংবা থেৎপীহ্নুনা নন্দ মহারাজগী শনথোংগী মফম পুম্নমক্তা হঙ্গৎ-হঙ্গা চত্তুনা পুকনিং হুনা ফজরি ॥৯॥

গোবৎসা হেমমালাঢ্যা মুক্তাহারবিরাজিতাঃ।
ইতস্ততো বিলঙ্ঘন্তো মঞ্জীরচরণাঃ সিতাঃ ॥১০॥
শ্রুত্বা পুত্রোৎসবং তস্য বৃষভানুবরস্তথা।
কলাবত্যা গজারূঢ়ো নন্দমন্দিরমাযযৌ ॥১১॥
নন্দা নবোপনন্দশ্চ তথা ষড়্ বৃষভানবঃ।
নানোপায়নসংযুক্তাঃ সর্ব্বে তেঽপি সমাযযুঃ ॥১২॥
উষ্ণীষোপরিমালাঢ্যাঃ পীতকঞ্চুকশোভিতাঃ
বৃদ্ধকুঞ্জা বৃদ্ধকেশা বনমালাবিভূষণাঃ ॥১৩॥
বংশীধরা বেত্রহস্তাঃ সুপত্রতিলকার্চ্চিতাঃ।
বদ্ধবর্ণা পরিকরা গোপাস্তেঽপি সমাযযুঃ ॥১৪॥

---

শনরীক পরেং, মুক্তা পরেংনা লৈতেংলদা, মখোংদা খোংজি নূপুর শিরবা অঙৌবা মচৃগী শন্না৫শিংনা, খা-রাং, মাইকৈ মরিদা চেন চোংহুনা খৌশাহুনা চেল্লি ।।১০।।

গোপশ্মচিংবা বৃষভানুবর কৌবা নিংথৌনা, নন্দ নিংথৌগী মচা পোকপগী নুংঙাইবা পাও তারগা, নহানমুক্কী মপোক্না কলাবতী ওইনা পোকখিবী কুপ্তিদা মহারাণীগা লোইননা শামু তোংহনা নন্দগী সঙ্গাইদা লাকখি ।।১১।।

নন্দ মাপল (নন্দ মহারাজ থারগা) উপনন্দ মাপল বৃষভানু তরুক (বৃষভানুবর থারগা) পুন্নমক অসিনা অথেম্পোৎ নিংথিনা শেম-শারহুনা মখোই পুন্নমক্না নন্দমহারাজগী সঙ্গাইদা লাকখি ।।১২।।

কোক্তা নিংথিবা শক্তুন পুনবী, শবুন্দা লৈপরেংনা কোইনা য়েৎলিবী নাপু মচুগী হকচাং কন্নবা ফুরিৎ লিংলিবী. চিনবান থক-খা তাবা ফজবা বনমালা কৌবী লৈ পরেং শিরিন্নীনি ।।১৩।।

মথুত্তা বাশি পাইবা, চৈমচা পাইবা, নিংথিনা য়েক-খোৎলবা চন্দন খিল্লবা, তৌথোরকপা থবক্তা জাতিগী মশক তাকলিবা, গোপশিংসু মফমতুদা লাকখি ।।১৪।।

নৃত্যন্তঃ পরিগায়ন্তো ধুন্বন্তো বসনানি চ।
নানোপায়নসংযুক্তাঃ শ্মশ্রুলাঃ শিশবঃ পরে ॥১৫॥
হৈয়ঙ্গবীনদুগ্ধানাং দধ্যাজ্যানাং বলীন্ বহূন্।
নীত্বা বৃদ্ধা যষ্টিহস্তা নন্দমন্দিরমাযযুঃ ॥১৬॥
পুত্রোৎসবং ব্রজেশস্য কথয়ন্তঃ পরস্পরম্
প্রেমবিহ্বলভাবৈঃ স্বৈরানন্দাশ্রুসমাকুলাঃ ॥১৭॥
জাতে পুত্রোৎসবে নন্দঃ স্বানন্দাশ্রুকুলেক্ষণঃ।
পূজয়ামাস তান্ সর্ব্বাংস্তিলকাদ্যৈর্ব্বিধানতঃ ॥১৮॥

শ্রীগোপা ঊচুঃ—

হেব্রজেশ্বর হে নন্দ জাতো পুত্রোৎসবস্তথা।
অনপত্যাসোচ্ছ্রতোঽলমতঃ কিং মঙ্গলং পরম্ ॥১৯॥

---

মখল মখা অমাং্গা ফজনা শেম্বা অথেম্পোৎকা লোইননা, মকোই নিংথিনা খাক্লবা গোপশিং, অমদি গোপমচা অঙাংশিংনসু শেৎলিবা মফি মরোলশিংডু হায় হুমনা জগোই শাই ঈশৈ শকই ॥১৫॥

গোপ অহলশিংনা মখুত্রা চৈশু পায়রদুনা, শঙ্গোম অনৌবা অফবা, ঘী, মাখন্নচিংবা মখল মখা কয়াগী চানবা পোং অমদি অথেম্পোৎনচিংবা পুরদুনা নন্দগী সঙ্গাই তম্না লাকখি ॥১৬॥

ব্রজনিংথৌ নন্দগী মচানুপা অমা ফজবগী, হরাও নুংঙাইবগী রাফম্বু ঙাংনশান্নরিবা অহল-অম্মনশিংদুনা মহৈ মহৈ নুংশিনবা, পুক্লিং লাংতক্‌বা অমদি নুংঙাইবদগী মিত্তা পিগী ঈরা চেন্নখি ॥১৭॥

মচানুপা ফজবদগী হরাও নুংঙাইবনা থুমহৎলবা, নুংঙাইবদগী মিত্তা ঈরা চেন্নবা নন্দনিংথৌনা, লাকপীরিবা পুম্নমকপু রায়েল থৌরম মতুং ইন্না থোইদিং য়াওবা অচা-অথক্লচিংবা পীজ পীথক তৌদুনা পুজা তৌখি ॥১৮॥

গোপশিংনা হায়ঃ—

হে ব্রজগী মপুওইবা নন্দ নিংথৌ! নহাক্না মতম কুইনা নচা ফংলমদ্রবদগী হৌজিক্তি নংনা নিংজবা অপাম্বা অচুমক ওইনা নচানুপা অমা ফংজবসিদগী হেনবা অফবা মঙ্গল হায়বদু করি অমুক লৈখিদগে ॥১৯॥

দৈবেন দর্শিতং চেদং দিনং বো বহুভির্দ্দিনৈঃ।
কৃতকৃত্যাশ্চ ভূতাঃ স্মো দৃষ্ট্বা শ্রীনন্দনন্দনম্‌ ॥২০॥
হে মোহনেতি দুরাত্ত্বমঙ্কং নীত্বা গদিষ্যসি।
যদা লালনভাবেন ভবিতা নস্তদা সুখম্‌ ॥২১॥
শ্রীনন্দ উবাচ ঃ—
ভবতামাশিষঃ পুণ্যাজ্জাতং সৌখ্যমিদং শুভম্‌।
অজ্ঞাবর্ত্তীহ্যহং গোপগোপীনাং ব্রজবাসিনাম্‌ ॥২২॥
শ্রীনারদ উবাচ ঃ—
শ্রীনন্দরাজসুতসম্ভবমদ্ভুতঞ্চ
শ্রুত্বা বিসৃজ্য গৃহকর্ম্ম তদৈব গোপ্যঃ।
তূর্ণং যযুঃ সবলয়ো ব্রজরাজগেহা
ন্নুদ্যৎ প্রমোদপরিপুরিতহৃন্মনোহঙ্গা ॥২৩॥

---

মতম কুইনগী তুংদা নন্দ যশোদা নখোই অনিগী নচা ফংজবগী নুংঙাইবা হুমিৎ অহু ঙসিসি লাইনা চানবীহুনা উৎপিররে অমসুং নখোই অনিগী নচাবু উজবদা ঐখোই পুন্নমক্কীসু তৌজবগী মহৈ য়ানবা ওইরে ॥২০॥

নহাক্না তাংনা ফংজবা, লুনা চান্না তৌজবদগী, লাপনা শান্ন-খোৎন-রমবদগী কৌহুনা নতম্পাক্তা পমহুনা "হে শুমহৎপগী মশক ওইবা" হায়বা রাহৈহু তাবদা ঐখোই পুন্নমক্কী নুংঙাইজবা ওইরগনি ॥২১॥

নন্দনা হায় ঃ—

নখোই খ্বাইনা পীনবীবা য়াইফ-মঙ্গল অসিদগী ফংজবা পুণ্যগী ফলনা নুংঙাইবা লাইবকফবা হায়বহু ওইজরে, ঐ অমসুং ব্রজদা লৈবশিং পুন্নমক্না নখোইগী য়াথং ঙাক্না চচ্চবা (নখোইগীনচিন্দগী পীনবীবা য়াথংহু শোয়দবা) ওইজগে ॥২২॥

শ্রীনারদনা হায়খি ঃ—

ব্রজনিংথৌগী অঙকপগী মশক ওইবা, মচানুপা ফংজবগী (মতম কুইনা মচা অমত্তা ফংলুব্রবদগী হৌজিক অহল ওইরবা মতমদা ফংজবসিদা ঙক্নবা)

আনন্দমন্দিরপুরাৎ স্বগৃহাদ্‌ ব্রজন্ত্যঃ
সর্ব্বা ইতস্তত উত ত্বরমাব্রজন্তঃ ।
স্নানশ্লথদ্বসনভূষণকেশবন্ধা
রেজগরেন্দ্র পথিভূপরিমুক্তমুক্তাঃ ।।২৪।।
ঝঙ্কারনূপুরনবাঙ্গদহেমচীর-
মঞ্জীরহারমণিকুণ্ডলমেখলাভিঃ ।
শ্রীকণ্ঠসূত্রভুজকঙ্কণবিন্দুকাভিঃ
পূর্ণেন্দুমণ্ডলনবদ্যুতিভির্বিরেজুঃ ।।২৫।।
শ্রীরাজিকালবণরাত্রিবিশেষচূর্ণৈ-
র্গোধূমসর্ষপযবৈঃ করলালনৈশ্চ ।
উত্তার্য্য বালকমুখোপরি চাশিষস্তাঃ
সর্ব্বা দদুর্নৃপ জগুর্জগদুর্যশোদাম্‌ ।।২৬।।

রাবু তারগা নুংশিবা প্রেমদগী নুংঙাইবনা হুবা-ভুজংলবী গোপীশিংনা থুদক অত্তুদা ময়ুম ময়ুমগী থবক থাদোক্লগা মথল মথেলগী অচা-অথক পুম্না নন্দগী য়ুমদা থুনা লাক্লখি ।।২৩।।

নুংঙাইবগা লোইননা ময়ুম ময়ুদগী লাকলিবী অয়াম্বী গোপীশিংনা নন্দগী সদাইদা থুনা লাকপনা নাম্বরবা ইন্নফি, লৈতেং, অমদি হিকথরবা শন্দুল ওইরবী, কনাগুম্বী গোপীগী তংনা চায়না তাববা মুক্তা পবেংদো নিংথৌগী লম্বেলদা ইচায় চাযনা তাবনা থোইনা নিংথিখি ।।২৪।।

ঝন ঝন লাওনা মগোন থোক্লবা নূপুর, নৌনা ফজববা পাম্বোমদা শিরবা তাল, পাম্বোম ফাবী, সনা তুৎপা ইন্নফি, শরীকমচা যানবা খোংজি ন্যাচি, চন্দনগী বিন্দু অসিনচিংবা লৈতেংশিং অসিনা থরানমিচাক মপৈনা তিনবা মপুং ফাবা থাগুম ঙানখি ।।২৫।।

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, অতুম ওইবী গোপীশিংহুনা মখুত্তা চেৎনা পাইরবা গেন্থুগী যামু, হুঙ্গামরু অঙৌবা, যব, থুম, য়াইংং মকুপনচিংরনা, খিজুং হৌগৎলগা শ্রীকৃষ্ণগী লাইবক্তা থম্লগা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীবগা লোইননা ঈশৈ শক্ল শক্লতুনা যশোদাদা হায়রকই ।।২৬।।

**শ্রীগোপ্য ঊচুঃ –**

সাধু সাধু যশোদে তে দিষ্ট্যা দিষ্ট্যা ব্রজেশ্বরি।
ধন্যা ধন্যা পরা কুক্ষির্যয়ায়ং জনিতঃ সুতঃ ॥২৭॥
ইচ্ছাযুক্তং কৃতং তে বৈ দেবেন বহুকালতঃ।
রক্ষ বালং পদ্মনেত্রং সুস্মিতং শ্যামসুন্দরম্ ॥২৮॥

**শ্রীযশোদোবাচ ঃ—**

ভবদীয়দয়াশীর্ভির্জাতং সৌখ্যং দয়া চ মে।
ভবতীনামপি পরং দিষ্ট্যা ভূয়াদতঃ পরম্ ॥২৯॥
হে রোহিণী মহাবুদ্ধে পূজনস্তু ব্রজৌকসাম্।
আগতানাং সৎকুলানাং যথেষ্টং হীপ্সিতং কুরু ॥৩০॥

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ–**

রোহিণী রাজকন্যাপি তৎকরৌ দানশীলিনৌ।
তত্রাপি নোদিতা দানে দদাবতিমহামনাঃ ॥৩১॥

---

গোপীকাশিংনা হায় ঃ— হে ব্রজধামগী মবেম্মা যশোদা কৌবী, ফরেদা ইবেম্মা নরাইবক ফবা তায়বহুনি, নংগী গর্ভদগী অসিগুম্বা নচাগুপাবু পোকচবসি থোইদোক্লা পুগাচেনবী লাইবক ফবী হায়বীদু ওইরবনি ॥২৭॥

নহাক্লা মতমকুইনা নি জরকপবু লাইগী নোংদম্না ননিং থুংহনবীরেদো মমিৎ থম্বাল মানবা, নিংথিবা চিম্বালদা মোমোন নোকপা, কুচু শংবাননা অঙাংশিবু নিংথিনা ঙাক-শেন্দুনা লুনা চান্না য়োকপীয়ু ॥২৮॥

যশোদানা হায় :— নখোই খাইগী য়াইফ মঙ্গলগী রাহৈনা আশীষ তৌবীবা অসিনা ঐগী লাইবক ফবা হায়বহু ওইজরবনি, মশি নখোই খিরিক্কী থৌজান্না ওইবনি, ঐগুম্না নখোই খুদিংসু লাইবক ফবী ওইবীয়ু ॥২৯॥

হে রোহিণী ! হে বুদ্ধি-জ্ঞান লৈবী ইবেম্মা !! অসুক য়াম্বা ব্রজগী লাকপীরিবী অফবী গোপীশিং অসিগী মাগী মাগী অপাম্বা মনিং থুংননবা হোৎনবা য়াবা মওংগী সেবা-পূজানচিংববু নহাক্লা হোৎনবীয়ু ॥৩০॥

গৌরবর্ণা দিব্যবাসা রত্নাভরণভূষিতা ।
ব্যচরদ্রোহিণী সাক্ষাৎ পূজয়ন্তী ব্রজৌকসাম্ ॥৩২॥
পরিপূর্ণতমে সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণে ব্রজমাগতে ।
নদৎসু নরতূর্যেষু জয়ধ্বনিরভূন্মহান্ ॥৩৩॥
দধিক্ষীরঘৃতৈর্গোপা গোপ্যা হৈয়ঙ্গবৈর্নবৈঃ ।
সিষিচুর্হর্ষিতাস্তত্র জগুরুচ্চৈঃ পরস্পরম্ ॥৩৪॥
বহিরন্তঃপুরে জাতে সর্ব্বতোদধিকর্দ্দমে ।
বৃদ্ধাশ্চ স্থূলদেহাশ্চ পেতুর্হাস্যং কৃতং পরৈ ॥৩৫॥

---

শ্রীনাবদনা হায ঃ— বোহিণীনা নিংথৌগী মচামক ওইরবস্থ মাগী মখুংনা দান তৌবা হাযবত্থ হৈনবক্রবী ওইবক্রবনা, অত্থগীস্থ মথক্তা যশোদানস্থ ইনশিন্নক্রবা অত্থদদি, থোইদোক্লা পুকচেল চাওবগা লোইননা পুম্নমক্কী পেন্নবা দান তৌখি ॥৩১॥

ফজরবা লংলবা ফিজেৎ, কুচুঙৌবী, মণি-মুক্তা রত্ন খিবিক্লা লৈতেংলবী বোহিণীনা, মতা চাবা মওংদা, অরাৎ-অপা য়েংত্থনা অত্থক য়াম্বী ব্রজগী নুপীশিংগী মনিংথুংনবা হোৎনখি ॥৩২॥

পুম্নমক্কী অথোইবা ওইবা, শংশংবা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজধামদা লেংলক্লবদা মীতগী যন্ত্র ওইবা তুর্যা কৌবা পূংনচিংবা থৌন্দুনা নিল-খোংহুনা, হরাও তয়ামনা জয়ধ্বনি তৌনখি ॥৩৩॥

হবাওনববা ব্রজগোপ গোপীশিংনা, শঙ্গোম অফবা, অনৌবা, ঘী, অনৌবা শঙ্গোম মাখন্নচিংবনা থিৎ-নৈহুনা মহৈ মহৈ খিক্ল-চায়নরহুনা খোজেল বাংনা ঈশৈ শকখি ॥৩৪॥

কোন্নুংগী মনুং মপাল খুদিংদা শিন্থলা শঙ্গোমগী লৈখোম থোক্লবদা অহল ওইবা কয়া মশা মউ-নোয়-চাওবা কয়ানা নাম্থলরবদা, নাম্থলবা অতৈনা নোক্ল-হায়নহুনা ক্বাগি-জুগাই তৌনখি ॥৩৫॥

পুবান হৈবা (পুরানগী বারী খংবা) সূত কৌবা জাৎ, শাগৈ-নাতৈশিংগী বারী থাত্থনা শকপা হৈবা মগধ কৌবা জাৎ, অমকপা লৈত্রবা, অচুম্বা

সূতাঃ পৌরাণিকাঃ প্রোক্তা মাগধা বংশশংসকাঃ।
বন্দিনস্ত্বমলপ্রজ্ঞাঃ প্রস্তাবসদৃশোক্তয়ঃ ॥৩৬॥
তেভ্যো নন্দো মহারাজ সহস্রং গাঃ পৃথক্ পৃথক্।
বাসোলঙ্কাররত্নানি হয়েভানখিলান দদৌ ॥৩৭॥
বন্দিভ্যো মাগধেভ্যশ্চ সর্বেভ্যো বহুলং ধনম্।
ববর্ষ শ্রমবদ্যোগো নন্দরাজো ব্রজেশ্বরঃ ॥৩৮॥
নিধিঃ সিদ্ধিশ্চ বৃদ্ধিশ্চ ভুক্তিস্তু ক্ত গৃহে গৃহে।
বীথ্যাং বীথ্যাং লুঠন্তীব তদিচ্ছা কস্যচিন্নহি ॥৩৯॥
সনৎকুমারকপিলশুকব্যাসাদিভিঃ সহ।
হংসদত্তপুলস্ত্যাদ্যৈর্নয়া ব্রহ্মা জগাম হ ॥৪০॥

---

বাকম খংবা পণ্ডিতকুমবা বন্দি কৌবা জাৎ, মখোইশিংশিনা শেম-শাদ্ণা হায় (শক-শোল্লি) ॥৩৬॥

হে মহারাজ মহুলাশ্ব, নন্দ নিংথৌনা অসিগুম্না মখোইশিং অসিদা তোঙান তোঙান্না, শনবী লিশিং অমবু, ফি-রোল কয়াবু, সনা রুপা, মণি রত্নগী লৈতেং কয়াবু, শগোল-শামু কয়াবুসু দান তৌখি ॥৩৭॥

ব্রজধামগী মপু, গোপ নিংথৌ নন্দনা মগধ, বন্দিশিংদা কয়ামুক ওইবা লন-থুম ময়াম্বু অথাকপা লৈতন', নোংখোং মুইনা চুথবগুম দান তৌখি ॥৩৮॥

ব্রজগী য়ুম য়ুম খুদিংদা, লম্বী লম্বেলশিংদা, লন-থুম, থবক পাংবা মহৈয়ানবা, চাওখৎপা, চাবা থকপা, লাম্ভোকপা অসি খিবিক অসিদা মহৈ মহৈ তাওনরে কনাগুম্বনা আশা তৌরগ্রসনু মরম্নাই ফত্তুমক কনরে, হায়বদি ব্রজদা অরাং-অপা লৈত্রে ॥৩৯॥

সনৎকুমার, কপিল ভগবান, শুকদেব, ব্যাসদেব, হংসদত্ত পুলস্তন-চিংথশিং অসিগা পিতামহ ব্রহ্মানচিংবগা নারদ ঐগা লোয়নবা মফমদুদা চৎলুখি ॥৪০॥

হংসারূঢ়ো হেমবর্ণো মুকুটী কুণ্ডলী স্ফুরন্ ।
চতুর্ম্মুখো বেদকর্ত্তা দ্যোতয়ন্মণ্ডলং দিশাম্ ॥৪১॥
তথা তমনুভূতাঢ্যো বৃষারূঢ়ো মহেশ্বরঃ ।
রথারূঢ়ো রবিঃ সাক্ষাদ্‌গজারূঢ়ঃ পুরন্দরঃ ॥৪২॥
বায়ুশ্চ খঞ্জনারূঢ়ো যমো মহিষবাহনঃ ।
ধনদঃ পুষ্পকারূঢ়ো মৃগারূঢ়ঃ ক্ষপেশ্বরঃ ॥৪৩॥
অজারূঢ়ো বীতিহোত্রো বরুণো মকরস্থিতঃ ।
ময়ূরস্থঃ কার্ত্তিকেয়ো ভারতী হংসবাহিনী ॥৪৪॥
লক্ষ্মীশ্চ গরুড়ারূঢ়া দুর্গাখ্যা সিংহবাহিনী ।
গোরূপধারিণী পৃথ্বী বিমানস্থা সমাযযৌ ॥৪৫॥

---

কাংঙতোংবা, সনামচুগী লূহুপ উপ্পা, মঙাল থোক্লা লংলবা কুণ্ডলনা-য়িন য়ানবা, বেদবু মচিন্দগী পুথোকখিবা, মমাই মরি পানবা ব্রহ্মানা মাইকৈ পুম্নমক শিন্থংনা ঙানহন্দুনা মফমদু য়ৌখি ।।৪১।।

ব্রহ্মানা লাকপগুম মবুঙোগী মতুং ইন্না চৎলিবা ভূত-প্রেতশিংগা লোয়নরিবা বৃষভ (শন্দম্বা) তোংবা মহাদেবনা, দোলাই (রথ) তোংহুনা নুমিৎ কৌবা লাইনা; ঐরাবত শামু তোংহুনা ইন্দ্রদেবনা (স্বরারেম্না) মফমদুদা য়ৌরকখি ।।৪২।।

খঙ্গুংচাক্লা শাদোং ওইবা নুংশিৎ কৌবা লাইনা' ইরোইথরোবী তোংহুনা যম, পুষ্পক কৌবা দলাইদা কুবের, শজি তোংহুনা নক্ষত্রগী মবুঙো চন্দ্রদেব (থা) কৌবা লাইহু মফম অদু য়ৌরকখি ।।৪৩।।

হামেং তোংবা মৈ কৌবা লাই, ঙাকিয়োং তোংবা বরুণ, য়াহোং তোংবা লাইগী সেনাপতি কার্ত্তিক, কাংঙ তোংহুনা সরস্বতী কৌবী লাই-রেম্বীসু মফমদু য়ৌরকখি ।।৪৪।।

লক্ষ্মী দেবীনা মবুঙোগী শাদোং গরুড় তোংহুনা, নোংশা তোংহুনা দুর্গা হায়না খংলবী দেবীনা, অমদি শনবীগী মশক পুরিবী পৃথিবীসু দলাই তোংহুনা, হায়রিবী লাইনুপীশিংশিসু মাগী মাগী শাদোংগা লোইননা লাকখি ।।৪৫।।

দোলারূঢ়া দিব্যবর্ণা মুখ্যা ষোড়শ মাতৃকাঃ।
ষষ্ঠী চ শিবিকারূঢ়া খড়্গাঁরষষ্টিধারিণী ॥৪৬॥
মঙ্গলো বানরারূঢ়ো তাসারূঢ়ো বুধঃ স্মৃতঃ।
গীস্পতিঃ কৃষ্ণসারস্থঃ শুক্রো গবয়বাহনঃ ॥৪৭॥
শনিশ্চ মকরারূঢ় উষ্ট্রস্থঃ সিংহিকাসুতঃ।
কোটিবালার্কসঙ্কাশ আযযৌ নন্দমন্দিরম্ ॥৪৮॥
কোলাহলসমাযুক্তং গোপগোপীগণাকুলম্।
নন্দমন্দিরমভ্যেত্য ক্ষণং স্থিত্বা যযুঃ সুরাঃ ॥৪৯॥
পরিপূর্ণতমং সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণং বালরূপিণম্।
নত্বা দৃষ্ট্বা তদা দেবাশ্চক্রুস্তস্য স্তুতিং পরাম ॥৫০॥

---

দোল কৌবা হাই হনতুনা শান্নবনা (ঝূলা) শাদোং ওইবী, কুচু পানবী মাতৃকা তরাতকক (ষোড়শ মাতৃকা) লাইবেম্বীশিং, মখুওা থাং-চৈনচিংবা খুংলাই পাইবী, মী মরিনা পুবা দলাই (পালকী) তোংবী ষষ্ঠী দেবীসু মফমদুদা লাকখি ।।৪৬।।

য়োং তোংবা মঙ্গলগ্রহ, লাংজা তোংবা বুধ গ্রহ, কৃষ্ণসার কৌবা শজি তোংবা বৃহস্পতি, মথা পান্দবা শগুং তোংবা শুক্রগ্রহসু মফমদুদা য়ৌরকখি ।।৪৭।।

ঙাকিয়োং তোংবা শনি, সিংহিকাগী মচানুপা রাহুগ্রহনা উট তোংদুনা পুন্নমক অসিনা থোক্লকপদা ঙাইরিবা নুমিৎ কোটিগী মঙালগুম ঙান্দুনা নন্দগী সঙ্গায়দা লাক্লখি ।।৪৮।।

গোপ গোপীগী মপৈনা হরাও-তয়াম্বগী নিল-খোংলিবা নন্দগী সঙ্গায় তাম্না লাক্লবরা লাইশিং অদু, ঙাইহাক ঙাইহাক লৈনরবা মতুংদা মাগী মাগী মফম মফমদা হন্নখি ।।৪৯।।

মপুং ফারবা শক্তিনা তিল্লবা, শংশংনা গোলোকী মপুনা অবতার তৌবীররিবা শ্রীকৃষ্ণনা অঙাংগী মশক ওইরিবদুবু য়েংজল্লবা ভুজরবা লাই-শিংনা শ্রীকৃষ্ণবু খুকমজরগা থোইদোক্লা লৈশি-লৈথোন্দুনা স্তুতি তৌজখি ।।৫০।।

বীক্ষ্য কৃষ্ণং তদা দেবা ব্রহ্মাদ্যা ঋষিভিঃ সহ।
স্বধামানি যযুঃ সর্ব্বে হর্ষিতাঃ প্রেমবিহ্বলাঃ ॥৫১॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে নারদবহুলাশ্ব সংবাদে শ্রীনন্দমহোৎসববর্ণনং নাম দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ॥

* * *

# ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

শৌর্য্যনাময়পৃচ্ছার্থং করং দাতুং নৃপস্য চ।
পুত্রোৎসবং কথয়িতুং নন্দে শ্রীমথুরাং গতে ॥১॥

---

অসুম্না ব্রহ্মানচিংবা লাইয়াম্না ঋষিশিংগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংজরবত্তুদা, হরাওবা নুংঙাইবা অমসুং নুংশিবা প্রেমদা লুপল্লুরবা মতুংদা পুন্নমক্না মা মাগী লৈনফমদা হন্নখি ।।৫১।।

মতাং অসিদা শ্রীগর্গমুনিগী রারীদা, গোলোকখণ্ডগী শরুক্তা, নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনখিবা শ্রীনন্দমহোৎসব কৌবা তরানিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

* * *

## ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীারদনা হায়খি : —

নোংমগী নুমিত্তা নন্দ নিংথৌনা, বসুদেবগী য়াইক মঙ্গলগী ঈ-পাও হংলুগে অমসুং মচানুপা পোকপগী নুঙাইবসু ফোংদোক্লগে, লোইননা কংস নিংথৌগী লোইপোৎসু পীকগে হাইদুনা মথুরা তাম্না চৎখি ॥১॥

মতমত্তুদা কংসনা থৌদারক্লবী পূতনা কৌবী অঙাংহাৎপী হিংচাবীনা

কংসেন প্রেষিতা দুষ্টা পূতনা ঘাতকারিণী।
পুরেষু গ্রামঘোষেষু চরন্তী ঘর্ঘরস্বনা ॥২॥
অথ গোকুলমাসাদ্য গোপগোপীগণাকুলম্।
রূপং দধার সা দিব্যং বপুঃ ষোড়শবার্ষিকম্ ॥৩॥
ন কেঽপি রুরুধুর্দেবাঃ সুন্দরীং তাঞ্চ গোপিকাঃ।
শচীং বাণীং রমাং রম্ভাং রতিঞ্চ ক্ষিপতীমিব ॥৪॥
রোহিণ্যাঞ্চ যশোদায়াং ধর্ষিতায়াং স্ফুরৎকুচা।
অঙ্কমাদায় তং বালং লালয়ন্তী পুনঃপুনঃ ॥৫॥
দদৌ শিশোর্মহাঘোরা কালকূটাবৃতস্তনম্।
প্রাণৈঃ সার্দ্ধং পপৌ দুগ্ধং কটুং রোষাবৃতো হরিঃ ॥৬॥

---

ঘর ঘর হাইবা খোঞ্জেলগা লোইননা থুঙ্গং থুঙ্গং থুদিং, কোনুং কয়াদস্থু কোইচৎ চৎলকখি ।।২।।

অসুম্না লাকপনা ব্রজধাম গোকুল য়ৌরক্লবদা, চহি তরাতরুক্কী মতমগী মথোৎ কারকপী ফজবী, মঙাল মশেক পুরবী হকচাংগী মশক লৌরহুনা, ব্রজ গোপ–গোপীশিংগী ময়ুম ময়ুমদা চংলকখি ।।৩।।

শচী, সরস্বতী, লক্ষ্মী, জগোই শাবী অথোইবী রম্ভা, কামদেবগী মুপী রতিনচিংবী লাইনুপী অথোইবীশিংবু থাদোক্লুনা মাবুনা মহেল্লে থনবগুম্বা নিংথিরবা শক্তম লৌরবী ওইবনা লাইশিং ফাওবনা অমদি ব্রজ-গোপীকাশিংনা, মানা চংলকপদা অথিংবা লৈখিদ্রে ।।৪।।

রোহিণী অমসুং যশোদাবু কোইদবা শাহুনা ইথৌ থৌশাদনা, অমৃত ফুইনা হৌরবীগী শাওং শাদা মাল্লবী পূতনানা শ্রীকৃষ্ণবু লৌথৎলগা তম্পাক্তা পমহুনা,হুম্না হুম্না লুনা চাম্না তৌবগী মওং মতৌবু তৌশিন্নখি ।।৫।।

তমথীরবী পূতনানা কালকূট কৌবা হু তৈশিন্দুনা পুরক্লবা অমৃতবু, অঙাং ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মচিন্দা ইনশিনখি, মতৌহু খংবদগী শাওরবা শ্রীকৃষ্ণনা থারবা হুগা লোইনরবা অমৃতবু পূতনাগী মথবাইগা লোইননা চিংখি ॥৬॥

মুঞ্চ মুঞ্চ বদন্তীত্থং ধাবন্তী পীড়িতস্তনা।
নীত্বা বহির্গতা তং বৈ শতযোজনবপুর্বভূব হ ॥৭॥
পতমানা মহাকায়া রুদন্তী পতিতা ভুবি।
ননাদ তেন ব্রহ্মাণ্ডং সপ্তলোকৈর্বিলৈঃ সহ ॥৮॥
চচাল বসুধা দ্বীপৈস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ।
ষট্‌ক্রোশং সা দ্রুমান্‌ দীর্ঘান্‌ বৃক্ষান্‌ পৃষ্ঠতলে পতান্‌ ॥৯॥
চূর্ণীচকার বপুষা বস্ত্রলোমা নৃপেশ্বর।
যমস্তম্ভে গোপগণা বীক্ষ্য ঘোরং বপুর্মহৎ ॥১০॥
অস্যা অঙ্কে শিশো বাল্যে ন জীবতি বলাচল।
তস্যা উরসি সানন্দং ক্রীড়ন্তং সুস্মিতং শিশুম্‌ ॥১১॥

---

শ্রীকৃষ্ণনা অমত্তবু চিংলকপদা নাখিবনা "থাদোকউ থাদোকউ" হায়না লাওরতুনা কোইচেল চেল্লবী পূতনানা মপান্দা চেম্বোরক্তনা, মানা তৌবম্বা মাযাগী মশক মওংচু কাযবরুতুনা হান্নগী মশক অতু ওইখি ।।৭।।

থাংবা খাবদগী লৈবাক্তা তুবৰী, মমিং মনা ওনখংলবী, মশাদা ঈ থাংদ্রবী, কপ লাওবা, মানা কপ্পগী খোঞ্জেলনা ব্রহ্মাণ্ড লোক তরেৎ, পাতাল মরোল তবেংপুম্ব খোম্থাংহৈনা নিনখি ।।৮।।

পূতনানা কপ্পগী খোমেলনা দ্বীপ (ঈথৎ) তরেংকা লোইননা পৃথিবীনা নিকুখি, ক্রোস তরুক্কী (মাইল তবানিথোইগী) লমদা হৌবা উপালশিংবু পূতনা মাগী মমমগন্না নুন্দনা অওকপগী মশক ওইখি ॥৯॥

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ বস্ত্রগুম্না কন্নবা পূতনাগী হকচাংনা নৈহৎলবা উপাল রাপালশিংবু অমম্বুং অকিবগী মশক ওইরবা চাও-শাংলবা মশাহুবু উরগা গোপশিংনা হায়নখি ।।১০।।

হিংচাবী অসিগী মখুং চল্লবা অঙাঙনা কৈদৌঙৈদা হিংগনি নিংদে, অমুক্ত মরুক্কী মথক্তা লিংজাইননা শান্নরিবা" মোমোন নোকমিনা অঙাং অমিনা রুমদোনা হিংবিবনো !! ॥১১॥

দুগ্ধং পীত্বা জৃম্ভমাণং তং দৃষ্ট্বা জগৃহুঃ স্ত্রিয়ঃ।
যশোদয়া চ রোহিন্যা নিধায়োরসি বিস্মিতাঃ ॥১২॥
সর্ব্বতো বালকং নীত্বা রক্ষাং চক্রুর্বিধানতঃ।
কালিন্দী পুণ্যমৃত্তোয়ৈর্গোপুচ্ছভ্রমণাদিভি ॥১৩॥
গোমূত্রগোরজোভিশ্চ স্নাপয়িত্বা ন্বিদং জগুঃ ॥১৪॥

শ্রীগোপ্য উচুঃ —
শ্রীকৃষ্ণস্তে শিরঃ পাতু বৈকুণ্ঠঃ কণ্ঠমেব হি।
শ্বেতদ্বীপপতিঃ কর্ণৌ নাসিকাং যজ্ঞরূপধৃক্ ॥১৫॥
নৃসিংহো নেত্রযুগ্মঞ্চ জিহ্বাং দশরথাত্মজঃ।
অধরাববতাং তে তু নরনারায়ণাবৃষী ॥১৬॥

---

পূতনাগী অমৃত থক্লহুনা, মবুক থল্লবা অঙাংনা তুমনিংবা ফাওরকপগুম হক্কাম চল্লিবা কৃষ্ণবু উরগা ব্রজগী গোপীশিংনা লৌখৎলগা যশোদা রোহিণী অনিনা কোনশিন্থহুনা অঙকপগী মতৌ মওং ওইখি ।।১২।।

কোকথোক শেংদোক্লবগীদমক, রায়েল মতুংইন্না অঙাং ওইবা কৃষ্ণবু মফম পুন্নমক্তা পুহনা ঙাকপি-শেম্বীনবগী থবক পুন্নমক তৌখি, যমুনাগী শেংলবা ঈশিংনা অমদি শনগী মমৈনা হুমদোকপনচিংবা তৌখি ॥১৩॥

শম্থি-শনয়ুং অমদি শন খোঙ্গুল লৈপাক্লচিংবনা ঈরু-মাইথজবিহুনা শোনবা হৌনবা মন্ত্রনচিংবা শোনখি ॥১৪॥

গোপীশিংনা হায় :— কৃষ্ণনা নহাক্কী কোকপু ঙাকপিশন্নু, বৈকুণ্ঠগী না-রায়ন্না খ্বৌরীবু, শ্বেতদ্বীপকি মপু নারায়ন্না নাকোং অনিবু, নাতোনবু যজ্ঞগী মশক ওইবা ভগবান্না ঙাকপীশন্নু ॥১৫॥

নৃসিংহ ভগবান্না নহাক্কী মিৎ অনিবু ঙাকপিশন্নু লৈয়েংবু দশরথগী মচান্নুপা শ্রীরামনা, নর নারায়ণ কৌবা ঋষিনা চিম্বাল মথক মখাবু ঙাকপিসন্নু ॥১৬॥

থাঙ্গৈশেংবা শ্রীহরিগী কলা ওইবা সনকনচিংবা ঋষি মচিন মনাও মরিনা চায়রুং থজাই অনিবু, শ্বেতবরাহ (অঙৌবা ওক্কী মুত্তি লৌবীবা

কপোলৌ পাতু তে সাক্ষাৎ সনকাদ্যা কলা হরেঃ।
ভালন্তে শ্বেতবারাহো নারদো ভ্রূলতেঽবতু ॥১৭॥
চিবুকং কপিলঃ পাতু দত্তাত্রেয় উরোঽবতু।
স্কন্ধৌ দ্বাবৃষভঃ পাতু করৌ মৎস্যঃ প্রপাতু তে ॥১৮॥
দোর্দ্দণ্ডং সততং রক্ষেৎ পৃথুঃ পৃথুলবিক্রমঃ।
উদরং কমঠঃ পাতু নাভিং ধন্বন্তরিশ্চ তে ॥১৯॥
মোহিনী গুহ্যদেশঞ্চ কটিন্তে বামনোঽবতু।
পৃষ্ঠং পরশুরামশ্চ তবোরূ বাদরায়ণঃ ॥২০॥
বলো জানুদ্বয়ং পাতু জঙ্ঘে বুদ্ধঃ প্রপাতু তে।
পাদৌ পাতু সগুলফৌ চ কল্কিধর্ম্মপতিঃ প্রভুঃ ॥২১॥

---

ভগবান্না নহাক্কী লাইবকপু, দেবর্ষি নারদনা পিগুম অনিবু ঙাকপিসন্নু ॥১৭॥

কপিলদেবনা নহাক্কী খদাংবু, দত্তাত্রেয় কৌবা ঋষিনা থবাকপু, ঋষভ কৌবা ঋষিনা লেংবান-লোজুম অনিবু ঙাকপিসন্নু, নহাকী খুৎ অনিবু ঙাগী অবতার তৌবা ভগবান্না ঙাকপিসন্নু ॥১৮॥

মতীক-মথৌনা লৈবা পৃথু কৌবা নিংথৌনা নপাম্বোম অনিবু মতম-পুম্বদা ঙাকপিসন্নু, কুর্ম্মভগবান্ (থঙ্গুগী অবতার) তৌবা মানা নহাক্কী পুক, ধন্বন্তরি কৌবা ভগবান্না খোইদৌবু ঙাকপিসন্নু ॥১৯॥

মোহিনীরূপ লৌবীখিবা ভগবান্না অথুপ্পা মফম্বু, খ্বাংগী মফম্বু বামন ভগবান্না, নঙ্গলবু পরশুরামনা ঙাকপিসন্নু, নহাকী কৈবোম অনিবু বেদব্যাসনা ঙাকপিসন্নু ॥২০॥

বলদেবনা খুকউ অনিবু ঙাকপিসন্নু, খুবোম অনিবু ভগবান্ বুদ্ধ-দেবনা, খুম্বিংকা লোইনবা খোং অনিবন্না জগৎকি মবু ভো ধর্ম্ম ঙাকপা কল্কি ভগবান্না ঙাকপিসন্নু ॥২১॥

হৃকচাং পুম্বা ঙাকপিবা, মঙ্গবা মঙাল ওইবা, অথোইবা, শ্রীকৃষ্ণ কবচ কৌবা (হৃকচাং ঙাক্রবা কুরিৎকুম্বা) অসিবু শ্রীভগবান্না অহান্নবদা

এলালবঙ্গশ্রীখণ্ডতগরাগরুগন্ধিভূৎ।
ধুমো দগ্ধস্য দেহস্য পবিত্রস্য সমুত্থিতঃ ॥২৭॥
অহো কৃষ্ণস্তুতে কংবা ব্রজামঃ শরণংত্বিহ।
পুতনায়ৈ মোক্ষগতিং দদৌ পতিতপাবনঃ ॥২৮॥

শ্রীবহুলাশ্ব উবাচ ঃ—

কেয়ং বা রক্ষসী পূর্ব্বং পুতনা বালঘাতিনী।
বিষস্তনা দুষ্টভাবা পরং মোক্ষং কথং গতা ॥২৯॥

শ্রীনারদ উবাচ :—

বলিযজ্ঞে বামনস্য দৃষ্ট্বা রূপমতঃ পরম্।
বলিকন্যা রত্নমালা পুত্রস্নেহং চকার হ ॥৩০॥
এতাদৃশো যদি ভবেদ্বালস্তং হি শুচিস্মিতম্।
পায়য়ামি স্তনং তেন প্রসন্নং মে মনস্তদা ॥৩১॥

---

আগর চন্দনচিংবা মৈ থাবগী মনম নঙকপা অসিনা পুতনাগী হকচাংসি শেংলবা (পবিত্র ওইরবা) হকচাংনি হায়বা উৎখি ॥২৭॥

ওস্থোকপনি! তৌরে-তারবশিংবু লানবীবা শ্রীহরি কৃষ্ণনা পুতনাবু অরানবা খুবম (মোক্ষ) পীনবিখি, অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণদা নত্তনা হৌজিক-শিদা কনাগী মকমদা এখোয়না চংজগদগে ॥২৮॥

বহুলাশ্ব নিংথৌনা হায়— পুতনা হায়বী অঙাং হাৎপী হিংচাবী অসিবু মমাংগী মপোক্কী কনা গুইনা পোকখিবনো, মহাক্না ফত্রবা রাখল-পুকখন্দা অমৃতদা হু তৈখিবনি অদুগবু করম্না অরান খুবম ফং-খ্রিবনো ॥২৯॥

শ্রীনারদনা হায়:— বলি নিংথৌগী মচানুপী রত্নমালা কৌবীনা মপা বলিগী যজ্ঞদা শ্রীবামনদেবগী মশকপু উবদা মচা ওইবগী মুংশিবগী প্রেম (পুত্রস্নেহ) গী মতৌবু শ্রীবামনদেবদা ওইখি ॥৩০॥

রত্নমালাগী পুক্নিংদা অসিগুম্বা অঙাংশিনা মোমোন নোক্নুনা এগী ইচানি হায়দুনা ফংজরবদি, মঙোদা (স্তনামৃত) ইশাগী অমৃতবু ইজদুনা

বলেঃ পরমভক্তস্য সুতায়ৈ বামনো হরিঃ।
মনোরথস্তু তে ভূয়ান্মনস্যাপি বরং দদৌ ॥৩২॥
সাভবদ্দ্বাপরান্তে বৈ পূতনা নাম বিশ্রুতা।
শ্রীকৃষ্ণস্পর্শসম্ভূতা পরং প্রাপ্তমনোরথা ॥৩৩॥
যঃ পূতনামোক্ষমিমং শৃণোতি
কৃষ্ণস্য দেবস্য পরাৎপরস্য।
ভক্তির্ভবেৎ প্রেমযুতাপি তস্য
ত্রিবর্গসিদ্ধিঃ কিমু মৈথিলেন্দ্র ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোক খণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে পূতনামোক্ষ নাম ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ

---

ঐগী পুক্লিংশিদা অপেনবা মুঙাইবা হায়বদু ওইজগনি হায়না খনখি ॥৩১॥

থোইদোকপা মনাই ভক্ত ওইবা বলিগী মচানুপী রত্নমালাগী ৱাখলবু উবীদুনা বামনদেবনসু নপুক্লিংনা নীংলিবদুমক ওইশনু হায়না পুক্লিংনা বর অদুমক পীবিখি ।।৩২।।

মরমশিদগী দ্বাপর যুগকি মমৈদা বলিগী মচানুপী রত্নমালানা পূতনা কৌদুনা পোকখি, শ্রীকৃষ্ণগা শোক্ল-শম্নজরুবদা মপুক্লিংনা নীংজখিবদুগী মতুংইন্না অরানবা খুবম ফংজখি ।।৩৩।।

হে মিথিলাগী নিংথৌ— অসিগুম্বা পূতনাগী অরানবা খুবম ফংখিবগী ৱাফমসিবু তাজরবদি, অথোইবা পুম্নমক্তগী অথোইবা, লাই ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা প্রেমগা লোইনবী ভক্তি কৌবী ভাবনা ওই, অদুনদি ধর্ম্ম, অর্থ, কাম (ধর্ম্মগী লম্বী, লনফংবা, অপাম্বা ফংবনচিংবা) মখল অদুমুদি করি অমুক হায়রুরনি ।।৩৪।।

মতাং অসিদা শ্রীগর্গ মুণিগী ৱারীদা গোলোকখণ্ডগী শরুক্তা নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা পূতনাবু লানবীবা কৌবা তরাহুমদোই গুবা অধ্যায় লোইরে।

* * *

# চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীগর্গ উবাচ :—

ইত্যেবং কথিতং দিব্যং শ্রীকৃষ্ণচরিতং বরম্ ।
যঃ শৃণোতি নরো ভক্ত্যা স কৃতার্থো ন সংশয়ঃ ॥১॥

শ্রীশৌনক উবাচ :—

সুধাখণ্ডাৎ পরং মিষ্টং শ্রীকৃষ্ণচরিতং শুভম্ ।
শ্রুত্বা তন্মুখতঃ সাক্ষাৎ কৃতার্থাঃ স্মো বয়ং মুনে ॥২॥
শ্রীকৃষ্ণভক্তঃ শান্তাত্মা বহুলাশ্বঃ সতাং বরঃ ।
ততো মুনিং কিং পপ্রচ্ছ তন্মে ব্রূহি তপোধন ॥৩॥

শ্রীগর্গ উবাচ :—

অথ রাজা মৈথিলেন্দ্রো হর্ষিতঃ প্রেমবিহ্বলঃ ।
নারদং প্রাহ ধর্ম্মাত্মা প্ররিপূর্ণতমং স্মরন্ ॥৪॥

---

শ্রীগর্গ মুনিনা হায় :— মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা অথোইবা মক্ত্রবা ৱারী অসিবু, মী মহাক অহুনা তাজরবদি, মহাক অদু পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি হায়বসিদা চিংনফম লৈত্রবনি ।।১।।

শ্রীশৌনকনা হায় :— হে মুনি, মঙ্গলগী মশক ওইরবা, অমৃতগুম থুম্নবা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী ৱারী অসিবু ঋষি নহাক্কী নচিন্দগী তাজবা ফংলবা ঐখোয় অসিমক পোকচবগী মহৈ য়াঙ্গরবনি ।।২।।

অসিগী মখাদা সাধু অথোইবা ওইবা, পুক্নিং তপ্পবা, শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইরবা বহুলাশ্ব নিংথৌনা, করি অমুক হংখিবগে, মদু লাইনিং চেৎলবা মুনি নহাক্না ঐঙোন্দা হায়বীয়ু ।।৩।।

গর্গ মুনিনা হায়খি :— অসিগী তুংদা মিথিলাগী নিংথৌ বহুলাশ্বনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা তাওরহুনা হরাও তয়াম্বগা লোয়ননা, মপুংফাবা

শ্রীবাহুলাশ্ব উবাচ ঃ—

ধন্যোঽহঞ্চ কৃতার্থোঽহং ভবতা ভূরিকর্মণা।
সঙ্গো ভগবদ্ভক্তানামত্যন্তো দুর্লভোঽস্তি হি ॥৫॥
শ্রীকৃষ্ণস্ত্বর্ভকঃ সাক্ষাদদ্ভুতো ভক্তবৎসলঃ।
অগ্রে চকার কিং চিত্রং চরিত্রং বদ মে মুনে ॥৬॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

সাধু পৃষ্টং ত্বয়া রাজন্ ভবতা কৃষ্ণধাম্মণা।
সঙ্গমঃ খলু সাধূনাং সর্বেষাং বিতনোতি শম্ ॥৭॥
একদা কৃষ্ণজন্মর্ক্ষে যশোদা নন্দগেহিনী।
গোপীগোপান্ সমাহূয় মঙ্গলং চাকরোদ্দ্বিজ ॥৮॥

---

শক্তিনা তিনবা খিবিক্কী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণগীবু নীংজবগা লোইননা ধর্ম্ম চেল্লবা নারদ মুণি য়েংহনা হায়খি ।।৪।।

শ্রীবহুলাশ্বনা হায় ঃ—ঐহাক অসি লাইবক করবনি, তৌজবা থবক্কী মহৈ য়াল্লবনি; শ্রীভগবানগী মনাই অচানবশিংগী মন্নবদা, অকবতা তৌরবা ঋষি মহাকুম্বা অমগা তিন্নজরুবদগী থোইদোক্না ফংতমদবনু ফংজবা হায়বত্থ ওইরবনি ।।৫।।

অঙকপগী মশক ওইরবা অঙাংগী মশক মওং লৌবারবা, মনাই ওইববু চানবীবা শ্রীকৃষ্ণনা পূতনা হাৎপ্রবগী মতুংসিদা অমুক হন্না ইবুঙো মাগী ওইবা থবকশিংগী রারীবু ঐঙোন্দা লীবিয়ু ।।৬।।

শ্রীনারদনা হায় ঃ—নিংথৌ নংনা অকবা রাবু হংলে, শ্রীকৃষ্ণবু পুক্নিং অনি লোংদনা নীংজরবা মহাকুম্বা অকবা মীশকা তিত্র-তোঙনবা হায়বসি থোইদোক্লি। মঙ্গলগী মশক্কি ।।৭।।

নোংমগী হুমিত্তা নন্দগী লৌইনবী যশোদানা কৃষ্ণগী মপোক্কী নক্ষত্র (থবানমিচাক্গী পানবা) তাবা হুমিৎ ওইবনা ব্রজগোপ-গোপীশিংবু কৌহনা ময়াম পুন্না ব্রাহ্মণশিংবু মচাগী য়াইফ-মঙ্গল ওইনববু তৌহনখি ।।৮।।

রক্তাম্বরং কনকভূষণভূষিতাঙ্গং
বালং প্রগৃহ্য কলিতাঞ্জনপদ্মনেত্রম্‌
শ্যামং স্ফুরদ্ধরিনখাবৃতচন্দ্রহারং
দেবান্‌ প্রণম্য সুবর্ণং প্রদদৌ দ্বিজেভ্যঃ ॥৯॥
প্রেঙ্খে নিধায় নিজমাত্মজমাশু গোপী
সম্পূজ্য মঙ্গলদিনে প্রতিগোপিকাস্তাঃ।
নৈবাশৃণোৎ সুরুদিতস্য সুতস্য শব্দং
গোপেষু মঙ্গলগৃহেষু গতাগতেষু ॥১০॥
তত্রৈব কংসখলনোদিত উৎকচাখ্যো
দৈত্য প্রভঞ্জনতনুঃ শকটং স এত্য।
বালস্য মূর্দ্ধ্নি যদি পাতয়িতুং প্রবৃত্তঃ
কৃষ্ণোঽপি তং কিল ততাড় তু রোদনেন ॥১১॥

---

মমা যশোদানা মচাবু অঙাংবা মচুগী ফি শেৎপিহ্নুনা, স্নাগী লৈতেং শিরবা, ফজরবা মিৎস্না থম্বালদা কজ্জল তৈবীরবা, শংবানবা কুচু ওইবা চন্দ্রহার কৌবা লিকপরেং শিবিরবা, অঙাং ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু তম্পাক্তা পগ্নহ্নুনা লাইশিংবু খুরুজরগা, ব্রাহ্মণশিংদা সনা-লুপা খিবিক দান তৌখি ।।৯।।

যশোদানা থুনা য়াংনা মচাবু নাওগুমদা থনম্লগা গোকুলগী লাকপিরিবা ব্রজ গোপীশিংগী পীজ-পীথক তৌহ্নুনা, নুংঙাইরবা য়ুম খুদিংহ্নুদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎথোক- চৎশিন তৌবগী লাংবহ্নুদা কপলিবা মচা শ্রীকৃষ্ণগী খোঞ্জেলবু ইতা-মতাখিদ্রে ।।১০।।

ফত্রবা কংসনা থারকপা উৎকচ কৌবা হিংচাবা অমনা মশক মওং নাইদবা দুংশিংকী মশক ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী লৈরিবা মফমহ্নুদা, কোকথক্তা অচৌবা কাং (শনগাড়ী) অমবু থাদররুবগী থৌরাং তৌখি, শ্রীকৃষ্ণন্থু কপ্পদা খোং থুৎ কাওবা থিনবদা কাংহ্নুদা খোংনা কাওখিবদা কাংনা পান্দুনা হিংচাবহ্নু মথৱাই থাখি ।।১১।।

চূর্ণং গতেঽথ শকটে পতিতে চ দৈত্যো
ত্যক্ত্বা প্রভঞ্জনতনুং বিমলোঽভবৎ সঃ।
নত্বা হরিং দিব্যরথেন যুক্তো
গোলোকধাম নিজলোকমরং জগাম ॥১২॥

নন্দাদয়ো ব্রজজনা ব্রজগোপীকাশ্চ
সর্ব্বে সমেত্য মুদিতাঃ প্রবুদ্ধাস্তদাহুঃ।
অথ স্বয়ঞ্চ পতিতঃ শকটঃ কথং হি
জানীথ হে ব্রজসুতাঃ সুলভাশ্চ যূয়ম ॥১৩॥

বালা ঊচু।

প্রেঙ্খস্থোঽয়ং শিশুঃ পাদৌ রুদন্‌, দুগ্ধার্থমেব হি।
তত্রাস্ত পাদং শকটে তেনেদং শকটং ত্বনু ॥১৪॥
শ্রদ্ধাং ন চক্রুর্বালেভ্যস্তে গোপা গোপাশ্চ বিস্মিতাঃ।
ত্রৈমাসিকঃ ক্ব বালোঽয়ং ক্ব চৈতদ্ভারভৃত্ত্বনঃ ॥১৫॥

---

অসুরগী ভুংদা কাং অহুনা তেক্লনা লৈমাইদা তাহনা লৈবা অমদি হিংচাবতুম্ মথরাই থারগা হায়গী নুংশিংকী হকচাংতু থাদোক্লগা মক্তুবা মূর্ত্তি অমা ফংলদুনা শ্রীহরি কৃষ্ণবু খুরুম্নগা শগোল চামনা চিংবা দলাইদা তোংলতুনা ইবুঙো মাগী ধাম গোলোক কৌবা মফমদা চৎখি ।।১২।।

মতমদুদা নন্দনচিংবা ব্রজগী মী পুম্নমক অমদি ব্রজগোপীকাশিংনা মফমদুদা থুনমক লাক্লনা, হান্না লৈরম্বা অঙাংশিংদা হংখি, হে ব্রজগী নুপামচাশা তারিবা কাং অসি মরম্নাই তারকপরা, করম তৌনা থইরিবা মওংনো নখোই খংবরা উহৌবরা ।।১৩।।

অঙাংশিংনা হায় :—

লাওগুম কাংখোন মচাদা লৈরিবা অঙাং অসিনা অমুক্ত মীয়ুদগী কপলাওরদুনা মখোং মখুং খিনবদা কাংদা শামুক্লে মদুদগী কাংনা তেক্লনা তারকপদা অঙাংগী মখোংনা কাওথোকখিবনি ।।১৪।।

গোপ গোপীশিংনা অঙাংগী রাত থাজখিদে থা অদমক্তা থাইরিবা

বালমঙ্কে সংগৃহীত্বা যশোদা গ্রহশঙ্কিতা।
কারয়ামাস বিধিবদ্‌ যজ্ঞং বিপ্রৈঃ সুতর্পিতৈঃ ॥১৬॥

বহুলাশ্ব উবাচ :—

কোঽয়ং পূর্ব্বন্তু কুশলী দৈত্য উৎকচনামকঃ।
অহো কৃষ্ণপদস্পর্শাদ্‌গতো মোক্ষং মহামুনে ॥১৭॥

শ্রীনারদ উবাচ :—

হিরণ্যাক্ষসুতো দৈত্য উৎকচো নাম মৈথিল।
লোমশস্যাশ্রমে গচ্ছন্‌ বৃক্ষাংশ্চূর্ণীচকার হ ॥১৮॥
তং দৃষ্ট্বা স্থূলদেহাঢ্যমুৎকচাখ্যং মহাবলম্‌,
শশাপ রোষযুগ্‌বিপ্রো বিদেহো ভব দুর্মতে ॥১৯॥

---

অঙাংসিনবু কদায়দগী অসুক লুম্বা কাংশিবু কমদোনা কাওথোকপা ঙম্ম থোকপগে হায়না মহৈ মহৈ ঙক্লখি ।।১৫।।

গ্রহগী উৎ-পাৎ হায়বদুরা মশিবো হায়না চিংনরগী যশোদানা মক্ত-স্পাক্তা অঙাংবু পমখৎলগা, লাইশিংনা পেনবীনবগী দমক ৱায়েল কায়দনা যজ্ঞ হোমনচিংবা পুন্নমক ব্রাহ্মণশিংদা তৌহনখি ।।১৬।।

বহুলাশ্বনা হায় :— হে মুনি, মাইক-মঙল ওইবা উৎকচ হায়বা হিংচাবা অসি মমাংগী মপোক্তা কনা ওইনা পোকখিবগে, গুহোকপনি, শ্রীকৃষ্ণগী খোংনা শোকপিবতনা অরানবা খুভম ফংখিবনি ।।১৭

শ্রীনারদনা হায় হে মিথিলা নিংথৌ, উৎকচ হায়বা হিংচাবসি মমাংগী মপোক্তা হিরণ্যাক্ষ কৌবা হিংচাবগী মচা ওইনা পোকখি, মানা লোমশ মুনিগী আশ্রমদা হৌরিবা উ-ৱা খিবিকপু শিংনাশানা নৈহত্না মপাঙ্গল চাং য়েংখি ।।১৮।।

মশা নোয়-চাওরবা, মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবা উৎকচ কৌবা মাবু উরগা শাওরবা ব্রাহ্মণ মুনি লোমশ কৌবনা হে পুকচেল ফত্রবা নহাক হকচাং পান্দবা ওইয়ু হায়না শাপ তৌখি ।।১৯।।

মশাক্কী খবকি মহৈনা ফংজরবা, মশা য়াওরবা লিনগী মতৌগুম্না

সর্পকঞ্চুকবদ্দেহং পতন্ কর্ম্মবিপাকতঃ।
সদ্যস্তচ্চরণোপান্তে পতিতা প্রাহ দৈত্যরাট্ ॥২০॥

উৎকচ উবাচ —

হে মুনে হে কৃপাসিন্ধো কৃপাং কুরু মমোপরি।
তে প্রভাবং ন জানামি দেহং মে দেহি হে প্রভো ॥২১॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

তদা প্রসন্ন স মুনির্দৃষ্টর্‌ নয়শত বিধেঃ।
সতাং রোষোঽপি বরদো বরো মোক্ষার্থদঃ কিমু ॥২২॥

শ্রীলোমশ উবাচ —

বাতদেহস্তু তে ভূয়াৎ ব্যতীতে চক্ষুষান্তরে।
বৈবস্বতান্তরে মুক্তির্ভবিতা চ পদা হরেঃ ॥২৩॥

---

তাববা হিংচাবা উৎকচনা খুদক অতুদা ব্রাহ্মণগী মখোংদা তুম্ননা খুরুম্নগা হাযজখি ।।২০।।

উৎকচনা হাযখি ঃ— হে মুনি, হে থৌজানগী মপু ওইবা, ননাই ঐঙোন্দা কৃপা তৌবীয়ু, হে ইবুঙো নহাক্কী নৃতীক নগুণবু খংজরুদ্রে ইবুঙো নংনা চানবীজ্রনা ঐগী হকচা ফংহনবীয়ু ।।২১।।

শ্রীনারদনা হায় —

উৎকচ কৌবা হিংচাবনা হাযজবা নোঙরবত্তুদা লোমশ মুণিনা পেনবীরে, সাধুশিংগী অশাওবা হায়বসিমক্তবু মমৈদা বর পীনবীবগা অম্মানি (অমত্তনি) বর অত্তুমকস্থ অবানবা খুবম যোক্ষ হায়বত্থ ফংননবগী মরম ওইবিবনি, মশিদা করি অমুক হায়নিঙাই লৈরিবগে ।।২২।।

চাক্ষুষ মনুগী মনুংদা নংগী মুংশিংকী হকচাং ওইববস্থ মতুগী মতম লোইখিজ্রনা বৈবস্বত মনুগী মতমদদি শ্রীহরিগী চবম্মা (খোংনা) শোকপিন্দা মুক্তি (অরানবা থুবম) ফংবা ওইজো ।।২৩।।

শ্রীনারদনা হায় ঃ—

লোমশ কৌবা ব্রাহ্মণগী মতীকশমঙালনা উৎকচ হিংচাববু শানবিখিবনি

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

তস্মাদুৎকচদৈত্যস্তু মুক্তো লোমশতেজসা।
সন্তো নমোঽস্তু যে নুন, সমর্থা বরশাপয়োঃ ॥২৪॥
উৎসঙ্গে ক্রীড়িতং বালং লালয়ন্ত্যেকদা নৃপ।
গিরিভারং ন সেহে তং বোঢুং শ্রীনন্দগেহিনী ॥২৫॥
অহো গিরিসমো বাল কথং স্যাদিতি বিস্মিতা।
ভূমৌ নিধায় তং সদ্যো নেদং কস্মৈ জগাদ হ ॥২৬॥
কংসপ্রণোদিতো দৈত্যস্তৃণাবর্তো মহাবলঃ।
জহার বালং ক্রীরন্তং বাতাবর্ত্তেন সুন্দরম ॥২৭॥
রজোন্ধকারোঽভূত্তত্র ঘোরশব্দশ্চ গোকুলে।
রজস্বলানি চক্ষুংষি বভূবুর্ঘটিকাদ্বয়ম ॥২৮॥

---

মবম অসিনা বব যংবা অমদি শাপ ফংবা হায়বসি চপ মান্নবগুম ওইবসি মতিক লৈবশিংগী মতৌনি, অহুগুম্বা মতীক লৈবশিংবু মীশক অহুনা খুরুম-জফম ওইসনু ।।২৪।।

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, নোংমগী নুমিত্তা নন্দগী লোইনবী যশোদানা লুনা চান্না তৌজবিবা মচা মতম্বাক্তা শান্নরিবা অঙাং ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু তম্বাক্তা পম্বা ঙম্লক্তবে, চাংগুম লুম্লকলে ।।২৫।।

ওন্থোকপনি, অঙাং অসিনা কবম্না চাংওম্না লুমলিবনো অসুম হায়না ওক্রক্লুনা মচা অঙাং অদু খুদক্তা লৈবাক্তা থম্লগা কনাগুম্বা অমতংদা বাফম অদু হায়দোকখিদে ।।২৬।।

মতমসিদা কংসনা ইনশিন্নরুবা (থাবরুবা) মপাঙ্গল কন্নবা তৃনাবর্ত কৌবা হিংচাবনা নোংলৈ নুংশিংকুম্না লাক্লগা, শান্নরিবা ফজ্জববা অঙাং শ্রীকৃষ্ণবু হুহুনা পুখি ।।২৭।।

শিংলিবা নোংলৈ-নুংশিং অদুগী উফুলনা গোকুল অদু পুম্মম মমখি অমম্লুং মতুগী খোঞ্জেলতনা নিনখি, উফুলনা কুপখিবনা দণ্ড অনি (হৈং ঘঃ মিনিত ৪৮) চুপনা মিংপাংবা ওম্নখিদে ।।২৮।।

ততো যশোদা নাপশ্যৎ পুত্রং তং মন্দিরাজিরে ।
মোহিতা রুদতী ঘোরান্ পশ্যন্তী গৃহশেখরান্ ॥২৯॥
অদৃষ্টে চ যদা পুত্রে পতিতা ভুবি মূর্চ্ছিতা ।
উচ্চৈ রুরোদ করুণং মৃতবৎসা যথা হি গৌঃ ॥৩০॥
রুরুদুশ্চ তদা গোপ্যঃ প্রেমস্নেহসমাকুলা ।
অশ্রুমুখ্যো নন্দসূনুং পশ্যন্তস্তা ইতস্ততঃ ॥৩১॥
তৃণাবর্তো নভঃ প্রাপ্ত উর্দ্ধং বৈ লক্ষযোজনম্ ।
স্কন্ধে সুমেরুবদ্বালং মন্যমানঃ প্রপীড়িতঃ ॥৩২॥
অথ কৃষ্ণং পাতয়িতুং দৈত্যস্তত্র সমুদ্যতঃ ।
গলং জগ্রাহ তস্যাপি পরিপূর্ণতমঃ স্বয়ম্ ॥৩৩॥

---

অসুম্না যশোদানা মচাবু ইমুং-মাঙ্গোলদা উবা ফংলক্ত বদা অকিবা অমদি অঙকপগা লোইননা কপ্প-কপ্প্রত্নুনা যুমগী মফম অযাম্বদা থিবা ফংলক্ত্রবদা, মতুদগী হেন্দোক্তনা যুমগী যুমথক ফাওবদা কোযে, যেংখি ॥২৯॥

অসুম্না মচাবু যেংবদা উবক্ত্রতুনা রাম্থ বান্থতুনা ওন্না-খোইনা কপ্প্রতুনা তোল্লবী কনা নৈজদ্রবী মতৌগুম অমদি মচা মাংখ্রবী শনবীগী মতৌগুম খোঞ্জেল রাংনা কপ লাওজখি ।।৩০।।

যশোদানা কপ্পা-লাওজবগী খোঞ্জেল তাবদা চেল্লরুবী নুংশিবা প্রেমনা তিল্লবী ব্রজগোপীশিংনা মমিত্তা ঈবা চেল্লতুনা, নন্দগী মচা ইবুঙো কৃষ্ণদো মফম কদাযদা নৈখ্রবনো হাযতুনা মাইকৈ থুদিং কোযে, য়েংনখি ।।৩১।।

তৃনাবর্ত কৌবা হিংচাবনা শ্রীকৃষ্ণবু লেংবান্দা হাপ্তনা অতিযাথক্তা যোজন লক্ষ অমগী (যুথক লক্ষ অমা = ই, ঘ পূং লাখ অত্তুমগী) লম রাংনা পুখৎখি অতুবু শ্রীকৃষ্ণগী অরূপা ভার অতুনা শনজিংগী মতৌগুম লুম্লরুবদা অরাবা ওইবকলে ।।৩২।।

অরাবসিদগী হিংচাবনা কৃষ্ণবু অরাংবা মফমতুদগী থাদরগে হুম্থরগে

মুঞ্চ মুঞ্চেতি গদিতে দৈত্যো কৃষ্ণোঽচ্যুতোঽর্ভকঃ।
গলগ্রাহেণ মহতা ব্যসূং দৈত্যং চকার হ ॥৩৪॥
তজ্জ্যোতিঃ শ্রীঘনশ্যামে লীনং সৌদামিনী যথা।
দৈত্যোঽম্বরান্নিপতিতঃ শিলায়াং শিশুনা সহ ॥৩৫॥
বিশীর্ণাবয়বস্যাপি পতিতস্য স্বনেন বৈ।
বিনেদুশ্চ দিশঃ সর্ব্বাঃ কম্পিতং ভূমিমণ্ডলম্ ॥৩৬॥
তৎপৃষ্ঠস্থং শিশুং তুষ্ণীং রুদন্ত্যো গোপিকাস্ততঃ।
দণ্ডবুযু গপৎ সর্ব্বা নীত্বা মাত্রে দদুর্জ্জগু ॥৩৭॥

গোপ্য ঊচুঃ।

নযোগ্যোসি যশোদে ত্বং বালং লালয়িতুং মনাক্।
ন ঘৃণা তে কচিদ্দৃষ্টা ক্রুদ্ধাসি কথিতেন বৈ ॥৩৮॥

---

হায়না থৌবাং তৌবকবদা, নপুং ফাববা শক্তিনা ওইবা ইবুঙো মানা হিংচাবগী মঙকশমদা কন্না কোনশিনখবে ॥৩৩॥

ঙকশমদা কন্না কোনখিবগী অবাবনা থাদোকউ থাদোকউ লাও রিবা হিংচাবহু অঙকপনা তিন্নবা অঙাং শারিবা কৃষ্ণনা যাম্না কন্না মখৌবীদা লাকশিনখিবনা হিংচাবহু শব ফুন্দুনা মথবাই থাখি ॥৩৪॥

হিংচাবনা মথবাই থাববদা অঙাংগা কোমনা অতিযাদগী তারক-পনা নংপাকথক্তা তাখি, হিংচাবগী শিরবা হকচাংদগী মঙাল অমা থোক্লক্লুনা, নোং অনৌবগী কুচু ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা নোংথাংগী মতোগুম্না তিনখি ॥৩৫॥

হিংচাবগী মশাহু নুংপাকথক্তা তাবনা ইতোই তোইনা তেক-কায়খি, মতুগী মখোলনা মাযকৈ পূম্নমক শিন্থনা নিন-খোংখি অমসুং পৃথ্বি থক-থক নিকখি ॥৩৬॥

অতুগী তুংদা শিববা হিংচাবগী মনমগন্দা তোংহুনা তুমিন্না লৈরিবা অঙাংবু উবহুনা কপলিবী গোপীকাশিংনা য়াম্না থুনা পুরক্লুনা মমা যশো-দাদা পীখি অমসুং মতৌ-মওং হু তমখি ॥৩৭॥

**প্রাপ্তেঽন্ধকারে সদ্যরোহাৎ কোঽপি বালং জহাতি হি।**

**ত্বয়া নির্ভর্ৎসয়া ভূমৌ ধৃতো বালো মহাভয়ে ॥৩৯॥**

**শ্রীযশোদোবাচ :—**

**ন জানামি কথং বালো ভারো ভূতো গিরীন্দ্রবৎ।**

**তস্মান্ময়া কৃতো ভূমৌ চক্রবাতে মহাভয়ে ॥৪০॥**

**গোপ্য উচুঃ —**

**মা মৃষা বদ কল্যাণি হে যশোদে গতব্যথে।**

**অয়ং দুগ্ধমুখো বালো লঘুঃ কুসুমতুলবৎ ॥৪১॥**

**শ্রীনারদ উবাচ :—**

**তদা গোপ্যোঽথ গোপাশ্চ নন্দাদ্যা আগতে শিশৌ।**

**অতীব মোদং সম্প্রাপুর্বদন্তঃ কুশলং জনৈঃ ॥৪২॥**

---

গোপীশিংনা হায়খি :— হে যশোদে নহাক অসি অঙাংবু নুংশিনা, লুনা চান্না তৌবা হায়বদু ওইদ্রে, মতিক চাদ্রে, নহাকী মিৎয়েংদা খজিক্তং ফাওবা চেকশিনবা হায়বদু লৈতে অসুম হায়না মহৈ মহৈ হায়নরকখি ॥৩৮॥

উফুলনা কুপ্পনা পুম্মম মন্নবসু, অঙাংনা নক্তপাক্তা লৈববু কমদৌনা কনানা লৌরগদবা, অমসুং নোংলৈ নুংশিৎনা অকিবা পোক্তনসু অঙাংবু কমদৌনা কোমথোক্তনা লৈবাক্তা থম্বনো ॥৩৯॥

যশোদানা হায় — অঙাং অসিনা শনম্ভিংগী মতৌগুম কমদৌনা লম্থবকখিবনো হায়বদু ঐ খনফম থোক্তে, খংদে অমসুং নোংলৈ নুং-শিৎনা লাকপদুনা যামসু কিখিদি হায়রবু অঙাংনা পুবা থাংবা ঙমদবমখে লম্বদগী লৈবাকৃতা থমখিবনি ॥৪০॥

গোপীশিংনা হায় — হে যশোদে অকিবা অরাবা থোকপ্পবা মতুংশিদদি ওইদবা রারেম ঙাংবা তৌরগনু, হে য়াইফবী অঙাং অসে খোমজিংলিবনি, থোংনৌরবা লৈগুম্বনি ॥৪১॥

শ্রীনারদনা হায় :— অঙাংনা হিংচাবগী মখুত্তদগী থবাই হিংদুনা

**যশোদা বালকং নীত্বা পায়য়িত্বা স্তনং মুহু ।**
**আঘ্রায়োরসি বস্ত্রেণ বোহিনীং প্রাহ মোহিতা ।।৪৩।।**

**শ্রীযশোদোবাচ ঃ—**

**একো দৈবেন দত্তোঽয়ং ন পুত্রা বহবশ্চ মে ।**
**তস্যাপি বহবোঽরিষ্টা আগচ্ছন্তি ক্ষণেন বৈ ।।৪৪।।**
**অদ্য মৃত্যুমুখান্মুক্তোঽভবিষ্যৎ কিমতঃ পরম ।**
**কিং করোমি ক্ক গচ্ছামি কুত্র বাসো ভবেদতঃ ।।৪৫।।**
**ধনং দেহো গৃহং সৌধো রত্নানি বিবিধানি চ ।**
**সর্ব্বেষাং তু হ্যবশ্যং বৈ ভূয়াম্মে কুশলী শিশুঃ ।।৪৬।।**

---

লাববা মতমশিদা নন্দনচিংবা গোপ গোপী মযাম লাক্কুনা খোইনা হয়াও নুংঙাইবগা লোইননা যাইফ-নুংঙাইগী ৱাবী শানখি ।।৪২।।

যশোদানা ইঙক ঙক্লা (তৌফম খংদবনা) অঙাংবু লৌখৎলগা, ফিজিনা খুমজিল্লগা অমুত্বু হনা হন্না ইনবীবদুনা, অঙাংগী মবোকপু মনম নম্লগা বোহিণীদা হাযকই ।।৪৩।।

যশোদানা হায — ঐগী ইচা মযাম পোকচবা নচ্চদেদো লাইগী নোংদমদগী অসিমখক্তং ফংজবনিদো, অদুবু অসিমখক্তং লৈজবসিদা ফত্ত-ফত্তবা উপদ্রব-যেক্লত্তিংখং কযা লাকল্লিদো ।।৪৪।।

ঙসি অসিমক অশিবগী খযাতগী নাংগোকহৌববা হাযবত্তনি, মতুংদা অমুক কবি লাকখিগদগে হাযবত্তু খংদ্রি, কবি তৌনি, কদাইদা চৎকনি, কদাইদা লৈবগা ফগদগে খংদ্রে ।।৪৫।।

লনথুম, ফজববা নিংথৌগী সঙ্গাই, যুম, মখল মখা যাম্নবা মণি রত্ন সনানচিংবা খিবিক অসি ইশাবু লৈরবদি তানবা ফংইদো, মখোইশিং অসিদি মাংজগ্রবসু যাই, ঐগী হাযববু ইচা অঙাং অসিদংদি য়াইফ-মঙ্গল ওইবা অসিতনি ।।৪৬।।

ইচা অঙাং অসিনা অৱা-অনা, য়ৈথাই-থিঙ্গাইবদগী নাম্থোক্লুনা অৱাবদগী কোকচবা মত্তমত্তুদা, অহানবদা লাইশং মন্দির চাম-চামদা

হরেরর্চ্চাং দানমিষ্টং পুর্ব্বং দেবালয়ং শতম্ ।
করিষ্যামি তদা বালোঽরিষ্টেভ্যো বিজয়ী যদা ॥৪৭॥
একবালেন মে সৌখ্য মন্ধযষ্টিরিব প্রিয়ে ।
বালং নীত্বা গামিষ্যামি দেশে রোহিণী নির্ভয়ে ॥৪৮॥

শ্রীনারদ উবাচ :—

তদৈব বিপ্রা বিদ্বাংস আগতা নন্দমন্দিরম্ ।
যশোদয়া চ নন্দেন পূজিতা আসনস্থিতাঃ ॥৪৯॥

শ্রীব্রাহ্মণা ঊচুঃ —

মা শোকং কুরু হে নন্দ হে যশোদে ব্রজেশ্বরি ।
করিষ্যামঃ শিশো রক্ষাং চিরজীবী ভবেদয়ম্ ॥৫০॥

শ্রীনারদ উবাচ :—

ইত্যুক্ত্বা দ্বিজমুখ্যাস্তে কুশাগ্রৈর্নবপল্লবৈঃ ।
পবিত্রকলশৈস্তোয়ৈর্ঋগ্‌যজুঃসামজৈঃ স্তবৈঃ ॥৫১॥

---

শ্রীহরিগী অর্চ্চা পূজা তৌজত্থুনা অঙম্বা দান খিবিক তৌজগনি ॥৪৭॥

হে চান্নবী রোহিণী, মমিৎ তাংবগী চৈগুগী মতৌগুম্বা ঐগী অমত্তা ঙাইজরবা ইচা অসিনা ঐগী নুংঙাইজবা ওইরিবনি, মাবু পুরগা অকি-অথং লৈত্রবা লৈবাক অমদা চৎকনি ॥৪৮॥

শ্রীনারদনা হায় :— খুদক অত্তুমক্তদা য়াম্না খং-হৈরবা পণ্ডিত ওইরবা ব্রাহ্মণশিংনা নন্দগী সঙ্গাইদা লাকখি, নন্দসু যশোদাগা লোয়ননা ব্রাহ্মণশিংগী আসন (ফম্ফম) থারত্থুনা তৌবা হৌনবা সেবা পূজানচিংবা তৌখি ॥৪৯॥

ব্রাহ্মণশিংনা হায় :— হে নন্দ নিংথৌ, হে ব্রজগী মবেম্মা যশোদে ৱারুগনু, অঙাংগী অৱা-অনাদগী কন্নবা ঙাক্লববু ঐখোইনা তৌগনি, মত্থুনা অঙাং অসি পুনশি-নুংশাংবা ওইগনি ॥৫০॥

শ্রীনারদনা হায় :— খং-হৈরবা ব্রাহ্মণশিংত্থুনা অসুম্না হায়রগা হৈনৌমনা অমদি কুশমনা মতোম্না, শেংলবা চফুদা হাপ্লবা ঈশিংনা ঋগ,

পরং স্বস্ত্যয়নৈর্যজ্ঞং কারয়িত্বা বিধানতঃ।
অগ্নিং সম্পূজ্য বিধিবদ্রক্ষাং বিদধিরে শিশোঃ ॥৫২॥

শ্রীব্রাহ্মণা উচুঃ—

দামোদরঃ পাতু পাদৌ জানুনী বিষ্টরশ্রবাঃ।
ঊরূ পাতু হরির্নাভিং পরিপূর্ণতমঃ স্বয়ম্ ॥৫৩॥
কটিং রাধাপতিঃ পাতু পীতবাসাস্তবোদরম্ ।
হৃদয়ং পদ্মনাভশ্চ ভুজৌ গোবর্দ্ধনোদ্ধরঃ ॥৫৪॥
মুখঞ্চ মথুরানাথো দ্বারকেশঃ শিরোঽবতু।
পৃষ্ঠং পাত্বসুরধ্বংসী সর্ব্বতো ভগবান্ স্বয়ম্ ॥৫৫॥
শ্লোকত্রয়মিদং স্তোত্রং যঃ পঠেন্মানবঃ সদা।
মহাসৌখ্যং ভবেত্তস্য ন ভয়ং বিদ্যতে ক্বচিৎ ॥৫৬॥

---

যজু, সামবেদগী ওইবা স্তব মন্ত্র (শ্রীহরিগী মতীক মগুণ থাবা থাগৎ-ল্লাহৈ) থীরদুনা খিক্তোক চাইথোকখি ॥৫১॥

অথোইবা শান্তি স্বস্ত্যযন মন্ত্র, গ্রহগী অরা-অনা, ফত্তবা কোক্লবা খিকতোক চাযথোকপা অমদি বেদগী বাযেন মতু, ইন্না মৈবু পুজা তৌদুনা যজ্ঞ হোমনচিংবা ভৌহন্দনা অঙাংবু ঙাকথোক শেন্দাকপগী থবক তৌখি ॥৫২॥

ব্রাহ্মণশিনা হায — দামোদব কৌবা ইবুঙোনা খোং অনিবু ঙাকপিশনু, শ্রীবিষ্ণুনা খুকউ অনিবু, শ্রীহরিনা ফৈবোম, শংশংবা মপুং ফাবা শক্তিনা তিনবা অথোইবা ভগবান্না খোইদৌবু ঙাকপিসনু ॥৫৩॥

রাধাগী মবুঙোনা খ্বাংবু ঙাকপিসনু, মাফিগে থোনবা ভগবান্না নহাক্কী পুকপু, খোইদৌদা থম্বাল হৌবা শ্রীনাবযন পদ্মনাভনা হৃদি (থমোই) বু, গোবর্দ্ধনবু থাঙ্গপা শ্রীহরিনা পাম্বোম অনিবু ঙাকপিশনু ॥৫৪॥

মথুরাগী মবুঙোনা চিনবু, দ্বাবকাগী মপুনা কোকপু, হিংচাবশিংবু মাংহনবীবা মানা নঙ্গনবু, হকচাংগী মফম খুদিংবু স্বয়ং ভগবান মানা ঙাক্পিশনু ॥৫৫॥

**শ্রীনারদ উবাচ :—**

নন্দস্তেভ্যো গবাং লক্ষং সুবর্ণং দশলক্ষকম্ ।
সহস্রং নবরত্নানাং বস্ত্রলক্ষং দদৌ পরম্ ॥৫৭॥
গতেষু দ্বিজমুখ্যেষু নন্দো গোপান্বিপ্রম্য চ ।
ভোজয়ামাস সম্পূজ্য বস্ত্রৈর্ভূষৈর্ম্মনোহরৈঃ ॥৫৮॥

**শ্রীবহুলাশ্ব উবাচ :—**

তৃণাবর্ত্তঃ পূর্ব্বকালে কোঽযং সুকৃতকৃন্নরঃ ।
পরিপূর্ণতমে সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণে লীনতাং গতঃ ॥৫৯॥

**শ্রীনারদ উবাচ :—**

পাণ্ডুদেশোদ্ভবো রাজা সহস্রাক্ষঃ প্রতাপবান্ ।
হরিভক্তো ধর্ম্মনিষ্ঠো যজ্ঞকৃদ্দানতৎপরঃ ॥৬০॥

---

অসিগুম্বা "শ্রীকৃষ্ণরক্ষা মন্ত্র" শ্লোক অহুম অসিবু মী মহাক অত্থনা মতম খুদিংদা পাজববা (পাঠ তৌজরবা) মহাক অদু থোইদোক্লা নুংঙাই-য়াইফবা অমদি করিগুম্বদা অকি অখং নৈতবা হায়বদু ওই ॥৫৬॥

শ্রীনারদনা হায় :— নন্দ নিংথৌনা শনবী লক্ষ (লাখ) অমা, সনা মোহুব লক্ষ তরা, অনৌবা মণি রত্ন লিশিং অমা অথোইবা ফিজোল লক্ষ অমবু ব্রাহ্মণশিং অদদা দান তৌখ ॥৫৭॥

ব্রাহ্মণ অথোইবশিং অত্থনা চৎখ্রবদা নন্দনা গোপশিংবু কৌথুনা পুকনিং হুনা ফজববা মখল মথেলগী ফি-রোল খিবিক অমদি হকচাংগী লৈতেং কয়ামুক্লা পেন্নবা পূজা তৌথুনা (কৎলথুনা) পিজ-পিথক তৌখি ॥৫৮॥

বহুলাশ্বনা হায় :— হে মুনি, তৃনাবর্ত্ত হায়বা হিংচাবসি কনানো অমসুং মাগী মমাংগী মপোক্তা করি পুণ্য (করি অফবা থবক) তৌখিবা মীশক ওইবদগী, শংশংবা পরিপূর্ণতম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা মাগী মথ্বাইনা তিঞ্জখ্রিবনো ॥৫৯॥

শ্রীনারদনা হায়খি :— মমাংঙৈদা পাণ্ডুদেশ কৌবা মফমদা শ্রীহরিগী

রেবাতটে মহাদিব্যে লতাবেত্রসমাকুলে ।
নারীণাঞ্চ সহস্রেণ রমমাণো চচার হ ॥৬১॥
দুর্ব্বাসসং মুনিং সাক্ষাদাগতং ন ননাম হ ।
তদা মুনির্দ্দদৌ শাপং রাক্ষসো ভব দুর্ম্মতে ॥৬২॥
পুনস্তদঙ্ঘ্র্যাং পতিতং নৃপং প্রাদাদ্বরং মুনিঃ ।
শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহস্পর্শান্মুক্তিস্তে ভবিতা নৃপ ॥৬৩॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

সোঽপি দুর্ব্বাসসঃ শাপাৎ তৃণাবর্ত্তোঽভবদ্ভুবি ।
শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহস্পর্শাৎ পরং মোক্ষমবাপ হ ॥৬৪॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোক খণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে
শকটাসুরতৃণাবর্ত্ত মোক্ষ নাম চতুর্দ্দশোঽধ্যায় ।

---

মনাই ওইবা, ধর্ম্ম লৈবা, যজ্ঞ যাম্না তৌবা, মতম পুম্নমক্তা দান যাম্না তৌখিবা সহস্রাক্ষ কৌবা যাম্না মতীক মথৌনা লৈবা নিংথৌ অমা লৈবমই ।।৬০।।

নর্ম্মদা তুবেলগী মপান্দা, উবী-ৱাবীনা কোযশিল্লবা, যাম্না তরু-তহেনবা মফমদা, নিংথৌ সহস্রাক্ষ অসিনা নুপী লিশিং অমগা লোযননা শান্নখিবমই ।।৬১।।

মতমতুদা মফমতু তানা তুর্ব্বাসা মুণি লাকখি, অতুবু সহস্রাক্ষ নিংথৌনা খুরুমখিদ্রে, অতুম ওইবা লিচৎ অতুবু শাওবদগী তুর্ব্বাসানা হে পুকচেল ঙ্খবা নহাক হিংচাবা ওইবো হায়না শাপ তৌখি ।।৬১।।

সহস্রাক্ষ নিংথৌনা তুর্ব্বাসা মুণিগী মখোংদা তুজববদা মুণিনা অমুক হন্না বর পীখি, হে নিংথৌ শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংগা হেক শোক্ল-শম্নবদা নহাক্কী মুক্তি (হিংচাবগী হকচাং থাদোকপা) ওইরক্কনি ।।৬৩।।

নারদনা হায় — সহস্রাক্ষ নিংথৌদু তুর্ব্বাসাগী শাপ্তুগী তৃনাবর্ত্ত হায়বা হিংচাবসি ওইহনা পৃথিবীদা লৈখি, শ্রীকৃষ্ণগা শোক্ল-শম্নজবদা মুক্তি ফংখি ।।৬৪।।

## পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

প্রেঙ্খে হরিং কনকরত্নময়ে শয়ানং,
শ্যামং শিশুং জনমনোহরমন্দহাসম্‌।
দৃষ্টার্দ্রিহারিমসিবিন্দুধরং যশোদা
ঘ্রাঙ্কে চকার ধৃতকঞ্জজপদ্মনেত্রম্‌ ॥১॥
পাদং পিবন্তমতিচঞ্চলমদ্ভুতাঙ্গং
বক্তে্রর্বিশীলনবকোমলকেশবৃন্দৈঃ।
শ্রীপত্রকেসরিনখস্ফুরদর্দ্ধচন্দ্রং
তং লালয়ন্ত্যতিঘৃণা মুদমাপ গোপী ॥২॥

---

মতাং অসিদা গর্গ মুনিগী ৱাবীদা গোলোকখণ্ডগী শরুক্তা, নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংঙখিবা শকটাসুর অমদি তৃণাবর্ত্ত অনিনা অরানবা খুবম ফংখিবা কৌবা তবামবি শুবা অধ্যায় লোইবে।

*  *  *

### পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনাবদনা হায়— সনা মণি রত্ননা শাবা নাওশুমদা হিপলিবা, কুচু শংবানবা অঙাংমচা ওইরিবা শ্রীহরিবু মমা যশোদানা লৌখৎতুনা পমগা জগৎকি পুক্নিং হুনবা ওইবা, মোমোন নোকপা, মিত্তা কজ্জল থারবা, থম্বাল লৈকানা তমজবা মিৎকম ওইবা মাইথোংদা, মীগী মিথয়েং ফজবা চংদনবা (মাংনবা) অমুবা মচু কালিনা বিন্দু মরিক নম্বিরি ॥১॥

তাইবংদা ওইথোক্তবা হকচাং ওইবা, অঙাংগী মহৌশ্য তথক-তথকপা, খোং থাঙ্গৎতুনা খোংবী চুপলিবা, থোং-নৌনা মুনা লংলবা

বালস্য পীতপয়সো নৃপ জৃম্ভিতস্য
তত্ত্বান্বিতঞ্চ বদনে সকলং বিরাজম্ ।
মাত্রা সুরাধিপমুখঃ প্রবুতঞ্চ সর্গ্চং
দৃষ্টা পরং ভয়মবাপ নিমীলিতাক্ষী ॥৩॥
রাজন পরস্য পরিপূর্ণতমস্য সাক্ষাৎ-
কৃষ্ণস্য বিশ্বমখিলং কপটেন সা হি ।
নষ্টস্মৃতিঃ পুনরভূৎ স্বসুতে ঘৃণার্ত্তা
কিং বর্ণয়ামি সুতপো বহু নন্দপত্ন্যা ॥৪॥

শ্রীবহুলাশ্ব উবাচ —
নন্দো যশোদয়া সাৰ্দ্ধং কিং চকার তপো মহৎ ।
যেন শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রোঽপি পুত্রীভূতো বভূব হ ॥৫॥

---

শমজোইনা কোইশিনবা মাইথোং ওইবা, মনম নুংশিবা চন্দ্রমা উনা মানবা, নোংশাগী খুজিল মানবা মওংনা থা-মচেৎ শানা যেক্লনা লৈ-তেংলবা, শ্রীকৃষ্ণবু লুনা চান্না তৌবিবী পুক্নিং লৈতারবী যশোদানা মচা উবদা নুঙাইজখি ॥২॥

হে নিংথৌ বহুলাশ্ব, অমৃত থক্লিবা অঙাংনা তুম্মিংলকপনা হকাম চনবদা যান্নুংদা তাইবংপান পুম্নমকপু ইঙান-ঙাল্লা উখি, লোইননা স্বরায়েন্নচিংবা লাইযাম পুম্নমক্না লৈবিবত্নু উরগা ঙাইহাক্কী ওইনা অকিবা পোক্লত্নুনা মমিং উইশিনখি ॥৩॥

হে নিংথৌ, অত্নুগুম্বী, মীবু তাথি-শোয়নাইবা লৈত্রবী যশোদানা, শক্তি পুম্নমক্না তিনবা শংশংবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মাযানা শুমহৎকুম্না, মান্নুংদা জগৎ পুম্নমক্না লৈবুবু উহনদুনা জ্ঞান মাল্লুরবস্থু অমুক হন্না, মচানিং হায়বগী বাৎসল্য প্রেমদা মুপ্পবী, নন্দগী লোয়নবী যশোদানা তৌজখিবা তপস্যাবু কবি অমুক হায়রুবগনি ॥৪॥

শ্রীবহুলাশ্ব নিংথৌনা হায়— নন্দ যশোদা অনি লোয়ননা করম্বা

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

অষ্টানাং বৈ বসুনাঞ্চ দ্রোণো মুখ্যো ধরাপতিঃ।
অনপত্যো বিষ্ণুভক্তো দেবরাজ্যং চকার হ ॥৬॥
একদা পুত্রকাঙক্ষী চ ব্রহ্মণা নোদিতো নৃপ।
মন্দারাদ্রিং গন্তুমগুং ধরয়া ভার্য্যয়া সহ ॥৭॥
কন্দমূলফলাহারৌ তল্পপর্ণাশনৌ তপঃ।
জলভক্ষৌ ততস্তৌ তু নির্জ্জলৌ নির্জ্জনে স্থিতৌ ॥৮॥
বর্ষাণামবুদে যাতে তপস্তপতোদ্দয়োঃ।
ব্রহ্মা প্রসন্নস্তাবেত্য বরং ব্রূহীত্যুবাচ হ ॥৯॥

---

অকনবা তপস্যা তৌখিবনা অম্মম ওইবা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনম্ভু মচামক ওইনা পোকখিবনো ॥৫॥

শ্রীনারদ মুণিনা হায— বসু কৌবা লাই নিপালগী মকোক ওইবা দ্রোণ বসু হায়বসি ধবা কৌবী দেবীগী মপুবোইবনি, শ্রীবিষ্ণুগী মনাই ভক্ত ওইবা মহাক অসি, লাইশিংগী নিংথৌ ওইহনা লৈবাক ঙাক্লমই অমসুং মচা পোকখিদে ॥৬॥

হে নিংথৌ — নোংমদি দ্রোণ বসুনা মচা পামজবদগী ব্রহ্মাগী য়াথং লৌহনা ধরা কৌবী মাগী লোযনবীগা লোয়ননা মন্দব কৌবা চীংদা চত্তনা অচেৎপা লাইনিং তপস্যা) বু তৌখি ॥৭॥

উহৈ-ৰাহৈ, উরু-উবানচিংবনা চিঙ্গাক ওইহনা, অকংবা উনা শীংনা চাহনা, মফমতুদা অফংবা ঈশিং থক্লুনা, মতুসু ফংদ্রগা ঈশিংহমক কাওবা থক্তনা করিগুম্বা অমত্তা চাদ-থক্লনা মখোই অনিনা কল্লবা তপস্যা তৌখি ॥৮॥

অসুম্মা তৌবক্পা তপস্যানা চহি অর্ব্বুদ অমা হৌগ্রগা (লোইপ্রগা) পেনবীরবা ব্রহ্মানা মখোই অনিগী মনাক্তা ক্লাক্লুনা বর নিজরো হায়বীখি ॥৯॥

মতম কুইরবা লাইনিং ওইবনা লৈশৌনা য়োমশিল্লবা মহুৎদগী দ্রোণ

বল্মীকান্নির্গতো দ্রোণো ধরয়া ভার্য্যয়া সহ।
নত্বা বিধিঞ্চ সম্পূজ্য হর্ষিতঃ প্রাহ তং প্রভুম্‌ ॥১০॥

শ্রীদ্রোণ উবাচ ঃ—

পরিপূর্ণতমে কৃষ্ণে পুত্রীভূতে জনার্দ্দনে।
ভক্তিঃ স্যাদাবয়োর্ব্রহ্মন্‌ সততং প্রেমলক্ষণা ॥১১॥
যয়াঞ্জসা তরন্তীহ দুস্তরং ভবসাগরম্‌।
নান্যং বরং বাঞ্ছিতং স্যাদাবয়োস্তপতোর্ব্বিধে ॥১২॥

শ্রীব্রহ্মোবাচ ঃ—

যুবাভ্যাং যাচিতং যন্মে দুর্ঘটং দুর্লভং বরম্‌।
তথাপি ভূয়াৎ সফলং যুবয়োরন্যজন্মনি ॥১৩॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

দ্রোণো নন্দোঽভবদ্ভূমৌ যশোদা সা ধরা স্মৃতা।
কৃষ্ণো ব্রহ্মবচঃ কর্ত্তুং প্রাপ্তো ঘোষং পিতুঃ পুরাৎ ॥১৪॥

---

অমদি ধরা অনি লোয়ননা থোক্লক্তুনা ব্রহ্মাবু খুরুমজবগা নিয়ম কাইদনা পূজা তৌজবগা হরাওনা মবুঙো ব্রহ্মাদা হায়জখি ।।১০।।

দ্রোণনা হায়খি — হে ব্রহ্মা কৌবা লাই, পুম্নমক্তগী অথোইবা, শক্তি পুম্নমক্তা তিল্লবা, জনার্দ্দন ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ইচাগী মশক ওইনা ফংজহ্না মতম পুম্নমক্তা ভক্তি প্রেমনা, ইবুঙো মাগী মফমদা ওইজববু ঐখোই অনিনা ফংজগে ।।১১।।

মাগী মফমদা লৈজবা ভক্তি অহুতনা লানঙমগ্রবা তাইরং পান সমুদ্র অসি লাঙ্গগে, তপস্যা তৌজবগী ফংফম থোকপা মহৈ ওইনা ঐখোই অনিনা নিংজবা পামজবা ববদি অসিতনি অতৈ অমা পামজদে ।।১২।।

ব্রহ্মা ঐঙোন্দা নখোই অনিনা নিরিবা বর অসিমক্তি ফঙমগ্রবা ওইথোক্তবা হায়বতুনি অতুমকপু, নখোই অনিনা অতোপ্পা মপোক অমদা মহৈ য়ানবা ওইবসনু ।।১৩

শ্রীনারদনা হায ‚— পৃথিবীদা দ্রোণ বসুনা নন্দ ওইনা পোকখি,

সুধাখণ্ডাৎ পর, মিষ্ট, শ্রীকৃষ্ণচরিতং শুভম, ।
গন্ধমাদনশৃঙ্গে বৈ নারায়ণমুখাচ্ছ্রুতম, ॥১৫॥
কৃপয়া চ কৃতার্থোঽহং নরনারায়ণস্য চ ।
ময়া তুভ্যঞ্চ কথিত, কিং ভূয় শ্রোতুমিচ্ছসি ॥১৬॥

শ্রীবহুলাশ্ব উবাচ —
নন্দ গেহে হরিঃ সক্ষাচ্ছিশুরূপ সনাতনঃ ।
কি, চকার বলেনাপি তন্মে ব্রূহি মহামুনে ॥১৭॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—
একদা শিষ্যসহিতো গর্গাচার্য্যো মহামুনি ।
শৌরিণা নোদিতঃ সাক্ষাদাযযৌ নন্দমন্দিরম ॥১৮॥
নন্দ সম্পূজ্য বিধিবৎ পাদ্যাদ্যৈমু নিসত্তমম ।
ততঃ প্রদক্ষিণীকৃত্য সাষ্টাঙ্গং প্রণনাম হ ॥১৯॥

---

অতুগুম্বী ধবা কৌবীনা যশোদা ওইনা পোকখি হাযখবে, শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্মানা পিখিবা বরগী মশক ওইবা যাথংবু ঙাক্লবগীদমক বসুদেব কৌবা মপাগী যুমদগী ব্রজধাম অসিদা লেংলকপনি ।।১৪।।

অমৃতগী শরুক্তগী থোইদোকপা অথুম্বগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী চবিত্রবু (লমচৎ শাজৎসবু) গন্ধমাদন কৌবা চীংগী চীংদোন্দা শ্রীনাবাযণগী শ্রীমুখ-দগী (চিন্দগী) তাজখিবনি ।।১৫।।

নব-নাবাযণ কৌবা ঋষিগী কৃপাদগী (থৌজান্দগী) নাবদ কৌবা ঐসু পোকপগী মহৈ যানবা হাযবহ ওইবে, রা অসি নহাক্কী নফমদসু ঐনা হাযখ্রে, অমুক হন্না নিংথৌ নংনা কবি অমুক তানিংলিবগে ।।১৬।।

মতম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈববা, কুইববা লিরবা, অশেংবা শ্রীহবিনা অঙাংগী মশক ওইবত্না বলদেবগা লোযননা নন্দগী যুমদা লৈত্না কবি কবি তৌখিবগে মহু ঐঙোন্দা মহামুনি নংনা হায়বীযু ।।১৭।।

বসুদেবনা হাযজবনা মবম ওইত্না, নোংমগী মুমিত্তা গর্গমুনিনা মাগী শিষ্যগা লোয়ননা নন্দগী সঙ্গায়দা লাকখি ।।১৮।।

নন্দ নিংথৌনা মুনি অথোইবা গর্গাচার্য্যবু নিয়ম কায়দনা পাদ্য

শ্রীনন্দ উবাচ —

অদ্য নঃ পিতরো দেবাঃ সন্তুষ্টা অগ্নয়শ্চ নঃ।
পবিত্রং মন্দিরং জাতং যুষ্মচ্চরণরেনুভিঃ ॥২০॥
মৎপুত্রনামকরণং কুরু দ্বিজ মহামুনে।
পুণ্যৈস্তীর্থৈশ্চ দুষ্প্রাপ্যঃ ভবদাগমনং প্রভো ॥২১॥

শ্রীগর্গ উবাচ ঃ—

তে পুত্রনামকরণং করিষ্যামি ন সংশয়ঃ।
পূর্ব্ববার্ত্তাং গদিষ্যামি গচ্ছ নন্দ রহ স্থলম্ ॥২২॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

উত্থাপ্য গর্গো নন্দেন বালাভ্যাঞ্চ যশোদয়া।
একান্তে গোব্রজে গত্বা তয়োর্ণাম চকার হ ।।২৩।।

---

অর্ঘ্যনচিংবনা (খো, শেংদোক্লবা ঈশিং, চেং–লৈ থোইদিং, ঈশিং তিং–থৌনচিংবনা) পূজা তৌরগা যেৎ ওইননা কোয়রগা হকচাংগী মক্ষম নিপাল শোক্লা (দণ্ডবৎ) থুক্লমখি ।।১৯।।

শ্রীনন্দনা হাযখি — ঙসিদি ঐখোইগী ঈপা ঈপুশিং, লাই খিবিক মৈ কৌবা লাইনত্থ ঐখোইগী ইফমদা পেনবিবগনি, মুনি নখোযগী খুযাগী উফুল ফংজবসিনা ঐখোইগী যুম-কৈনচিংবা পুম্নমক শেংলবনি ।।২০।।

হে মহামুনি, হে ব্রাহ্মণ অথোইবা, হে প্রভো, পূণ্যগী থবক তৌবা তীর্থ চৎপা, মহামুনিশোইনা লেংবীরকপা হাযবসি ফংঙমত্রবনি, মুনিদেবনা লেংবিরকলিঙৈসিদা ঐগী ইচাগী নামকরণ (মমিংথোম্বা) কর্ম্মবু তৌবীবমউ ।।২১।।

গর্গমুনিনা হায — চিংনগন্থ নংগী নচাগী মমিং শোয়দনা থোনগনি হে নন্দ মী অচিকপা মফমদা চৎলো (চৎমিন্নবসি) মমাংগী বাবু হায়গে ॥২২॥

শ্রীনারদনা হায — গর্গচার্য্যনা ফম্নবদগী হৌগৎলত্নুনা অঙাং অনিগা নন্দ যশোদাগা লোইননা মী লৈতবা অচিকপা গোকুলগী মক্ষম অমদা চত্তনা, অঙাং অনিগী নামকরন মিংথোনববু তৌখি ।।২৩।।

সম্পূজ্য গণনাথাদীন গ্রহান, সংশোধ্য যত্নতঃ ।
নন্দং প্রাহ প্রসন্নাঙ্গো গর্গাচার্য্যো মহামুনিঃ ॥২৪॥

শ্রীগর্গ উবাচ ঃ—

রোহিণীনন্দনস্যাস্য নামোচ্চারং শৃণুষ্ব চ ।
রমন্তে যোগিনো হ্যস্মিন, সর্ব্বত্র রমতীতি বা ॥২৫॥
গুণৈশ্চ রময়ন, ভক্তাংস্তেন রামং বিদুঃ পরে ।
গর্ভসঙ্কর্ষণাদস্য সঙ্কর্ষণ ইতি স্মৃতঃ ॥২৬॥
সর্ব্ববিশেষাদ, স্বং শেষং বলাধিক্যাদ্বলং বিদুঃ ।
স্বপুত্রস্যাপি নামানি শৃণু নন্দ হ্যতন্দ্রিতঃ ॥২৭॥
সদ্যঃ প্রাণিপবিত্রাণি জগতাং মঙ্গলানি চ ।
ককারঃ কমলাকান্ত ঋকারো রাম ইত্যপি ॥২৮॥

---

গর্গাচার্য্য মুনিনা য়াম্না যত্ন তৌনা অহানবদা গনেশনচিংবা লাই মঙাবু পূজা তৌরগা গ্রহশিংবসু অশেংবা অফবা ওইনবা (শুদ্ধ সাধন) তৌরদুনা, পুকনিং হকচাং নুংঙাইবগা লোযননা নন্দগী মফমদা হায়রকখি ॥২৪॥

শ্রীগর্গমুনিনা হায ঃ— অসিগুম্বা রোহিণীগী মচানুপাগী কৌগদবা মমিংদো তারো, লাইনিংবা যোগিশিংনা মাংঙোন্দা লৈ, নুঙাইবা ফংই, মহাক্না মফম পুম্নমক্তা শিন্নুংনা লৈদুনা নুংঙাইবা ওই ॥২৫॥

মাঙোন্দা গুণ পুম্নমক্তা তিন্দুনা লৈ, মনাইভক্তশিংবুসু নুঙাইবা পীনবী মরম অদুনা মাবু "রাম" হায়না খংউ, গর্ভদগী চিংথোক্লগা অতোপ্পা গর্ভদা হাপ্পদগী সঙ্কর্ষণ, অসুম্না খংনৈ ॥২৬॥

জগৎ পুম্নমক লোইশ্রবসু মহাক্তি লেমহৌবদগী মাবু "শেষ" কৌই, মপাঙ্গল য়াম্না কনবদগী "বল" হায়না খংউ, হে নন্দ নপুক্কিং চংনা নচাগী মমিংশিং অসি লেপ্পমক তারো ॥২৭॥

খুদক্তা মথরাইপানবা পুম্নদকপু শেংবীবা, জগৎকী যাইফ-মঙ্গলগী মশক ওইবনি, "ক" হায়বাময়েক্না লক্ষ্মীগী মবুঙো শ্রীনাবায়ন্নি, "ঋ" হায়বা ময়েক্না "রাম" কৌবা মনাই ভক্তশিংবু চানবীবনি ॥২৮॥

**ষকারঃ ষড়্‌গুণপতিঃ শ্বেতদ্বীপনিবাসকৃৎ।**
**ণকারো নারসিংহোঽয়মকারো হ্যক্ষরোঽগ্নিভুক্‌ ॥২৯॥**
**বিসর্গৌ চ তথা হ্যেতৌ নরনারায়ণাবৃষী।**
**সম্প্রলীনাশ্চ ষট্‌ পূর্ণা যস্মিন্‌ শব্দে মহামুনে ॥৩০॥**
**পরিপূর্ণতমে সাক্ষাত্তেন কৃষ্ণঃ প্রকীর্তিতঃ।**
**শুক্লো রক্তস্তথা পীতো বর্ণোঽস্যানুযুগং ধৃতঃ ॥৩১॥**
**দ্বাপরান্তে কলেরাদৌ বালোঽয়ং কৃষ্ণতাং গতঃ।**
**তস্মাৎ কৃষ্ণ ইতি খ্যাতো নাম্নায়ং নন্দনন্দনঃ ॥৩২॥**

---

"ষ" হায়বা মযেক অসিনা গুণ তরুক্কী মপু ওযবা শ্বেতদ্বীপকি মপু নবাযম্নি, "ন" হায়বা মযেক্কা ভগবান নবসিংহগী মশকনি, অস্তুম্না "অ" হায়বা মযেকসিনা শ্রীবিষ্ণুগী মশক অগ্নিভুক কৌবা মৈনি ॥২৯॥

বিসর্গ কৌবা " " বিন্দু অনিনা নব-নারায়ণ কৌবা অথোইবা ঋষি অনিনি, মপুংফাবা (পূর্ণঅবতাব) তরুক অসিনা চংতুনা অমম্বা ওইনা গুণ তরুক্কা তিন্দুনা পৃথিবীগী অৱাবা কোকপিনবা, গোলোকপতি শ্রীকৃষ্ণ-গী হৃকচাংদা তিন্নতুনা ওইবা চংখান্না মপুংফাবা মহাকনি ॥৩০॥

মপুংফাবা তকক্কা তিনবা, অথোইবা শক্তিনা তিনবা পরিপূর্ণতম হায়বত্থ শ্রীকৃষ্ণনি হাযনা খংনবে, মহাক্কা সত্যনচিংবা যুগশিংদা অঙৌবা, অঙাংবা নাপু মচুবু পুত্থনা যুগসিংদা অবতার তৌই ॥৩১॥

---

ব্রহ্মানচিংবা লাইযাম্না গোলোকধাম্দা চত্লা পৃথিবীগী অৱাবা কোকপীনবা ৱাকৎচরুবদা শক্তি তরুক অসি লাত্থনা (মথক্কী তৃতীয অধ্যায়-গী শ্লোক ১দগী ১৪ ফাওবদা বর্নি তৌখ্রবা) গোলোকপতি শ্রীকৃষ্ণগী হৃকচাংদা তিনখিবা তরুক অত্থনা অমম্বা ওইবা অথোইবা মপুংফাবা শ্রীকৃষ্ণনি। "কৃষ্ণ" =ক+ঋ+ষ+ণ+অ+ঃ অসিনি ক=কমলাপতি বৈকুণ্ঠ নাবাযণ, ঋ=সিতাপতি শ্রীরাম, ষ=শ্বেতদ্বীপতি নারায়ণ, ণ=ভগবান্‌ নরসিংহ, অ=শ্রীবিষ্ণু শক্তি অগ্নিভুক ভগবান্‌ যজ্ঞ, ঃ=নর-নারায়ণ ঋষি তরুক অসিনা তিন্নবা শ্রীকৃষ্ণ অবতারনি।

বসবশ্চেন্দ্রিয়াণীতি তদ্দেবাশ্চিত্তমেব হি।
তস্মিন্ বশ্চেষ্টতে সোঽপি বাসুদেব ইতি স্মৃতঃ ॥৩৩॥
বৃষভানুসুতা রাধা যা জাতা কীর্ত্তিমন্দিরে।
তস্যা পতিরয়ং সাক্ষাত্তেন রাধাপতি স্মৃতঃ ॥৩৪॥
পরিপূর্ণতম সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ স্বয়ম্।
অসংখ্য ব্রহ্মাণ্ডপতির্গোলোকে ধাম্নি রাজতে ॥৩৫॥
সোঽয়ং তব শিশুর্জ্জাতো ভারাবতরণায় চ।
কংসাদীনাং বধাথায় ভক্তানাং রক্ষণায় চ ॥৩৬॥
অনন্তান্যস্য নামানি বেদগুহ্যানি ভারত।
লীলাভিশ্চ ভবিষ্যন্তি তৎকর্ম্মসু ন বিস্ময়ঃ ॥৩৭॥

---

দ্বাপর যুগকি মমৈদা, কলিযুগ হৌবনদাইদা কুচু মুবৈনবা অঙাংগী মশক লৌবারিবা অচাংসিনা মরম অসিদগী নন্দগী মচা কৃষ্ণ হায়না কৌবা মমিংনা ফাওবগনি (মী পুম্নমক্না) খংনবগনি ।।৩২।।

বসু হাযবা রাহৈনা ইন্দ্রিযশিংবু খংনৈ, দেব হাযরগা লাইবু খংনৈ, ইন্দ্রিযশিংগী মপু ওইবা লাই অত্তনা চিত্ত (আত্মা) হাযনা খংনবে, মহাক্না ইন্দ্রিয়শিংদা চংত্তুনা লৈ হাযবগীদমক "বাসুদেব" হাযনা খংনগনি ।।৩৩।।

বৃষভানু নিংথৌগী মচানুপী, কৃর্ত্তিদানা পোকচবী রাধাগী মপুরোইবা ওইবদগী "বাধাপতি" বাধাগী মবুঙো হায়নখরে ।।৩৪।।

মশীং লাকংমদ্রবা তাইবংপানগী মপুওইবা, মপুংফাবা শক্তিনা তিনবা পুন্নমক্তগী অথোইবা মপুং ফাবা শক্তি ওইবা শ্রীভগবান্না মশাগী ওইবা গোলোকধামদা ডানথোইরিবনি ।।৩৫।।

অদুগুম্বা ইবুংঙো মানা পৃথিবীগী অক্কম্বা কোকশীনবগীদমক, কংসনচিং বা ফত্রবশিংবু লানবীনবগীদমক, অমসুং মনাই ভক্তশিংগী ঙাকশিনবগী দমকসু মহাক অদুমক্না নচা ওইনা পোক্লরে ।।৩৬।।

হেভাবতবর্ষদা পোক্লরবা নন্দ নিংথৌ, বেদ শাস্ত্রদা থুপ্পা লৈব্রবা মপান নাইব্রবা, অতোপ্পা মমিং কয়াসু লৈরিবনি লীলা শান্নবগুম কুম্মৈগী

অহো ভাগ্যন্তু তে নন্দ সাক্ষাচ্ছ্রীপুরুষোত্তমঃ ।
ত্বদ্‌গৃহে বর্ত্তমানোঽয়ং শিশুরূপঃ পরাৎপরঃ ॥৩৮॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

ইত্যুক্ত্বাথ গতে গর্গে স্বাত্মানং পূর্ণমাশিষাম্ ।
মেনে প্রমুদিত পত্ন্যা নন্দরাজো মহামতিঃ ॥৩৯॥
অথ গর্গো জ্ঞানিবরো জ্ঞানদো মুনিসত্তমঃ ।
কালিন্দীতীরশোভাঢ্যং বৃষভানুপুরং গতঃ ॥৪০॥
ছত্রেণ শোভিতং বিপ্রং দ্বিতীয়মিব বাসবম্ ।
দণ্ডেন রাজিতং সাক্ষাদ্ধর্ম্মরাজমিব স্থিতম ॥৪১॥
তেজসা দ্যোতিতদিশং সাক্ষাৎ সূর্য্যমিবাপরম্ ।
পুস্তকমেখলাযুক্তং দ্বিতীয়মিব পদ্মজম্ ॥৪২॥

---

মশক ওইনা মহাক্লা থবক কযা কযা তৌরখিগনি মতুদা ঙকক্ষম করিবু লৈগনি ।।৩৭।।

পুন্নমক্তগী অথোইবা, থাঙ্গৈশেংবমক পুরুষোত্তম কৌবা মুপা অথোইবা মহাক্ল, অঙাংগী মশক লৌবতুনা নংগী নয়ুমদা ওইরেদো, মসিমক নহাক্কী যাম্না নবাইবক ফবা হাযবত্নি ।।৩৮।।

শ্রীনাবদনা হাযখি — তস্থম্না হাযবম্নগা গর্গমুনিনা চৎপ্রবদা পুক-চেল চাওববা নন্দ নিংথৌনা লোযনবী যশোদাগা লোয়ননা হন্নাও-নুংঙাইজখি, মশাবু মপুংফারবা যাইফ-মঙ্গল ওইরবনি হায়না নিংজখি ।।৩৯।।

অসিগী তুংদা পুন্নমক খংবা, পুন্নমক্তা জ্ঞান ভাকপীবা অথোইবা মুণি গর্গাচার্য্যনা কালন্দী তুবেল মপালগী ফজবা খিবিক্লা তিল্লবা বৃষভানুপুর কৌবা বৃষভানু নিংথৌগী কোন্নুং তাম্না চৎখি ॥৪০॥

অঙৌবা শেকপিন (ছাটিন) খানবনা নীংথিজরবা, অনিশুবা স্থরা-রেন লাইগুম্নবা, থুত্তা চৈশু পাযবনা তশেংনা ধর্ম্মরাজ যমমকুম উরিবা, ব্রাহ্মণ থোইবা গর্গাচার্য্যনি ॥৪১॥

শোভিতং গুরুব্যাসোক্তিভিরেবং বিষ্ণুমিব স্থিতম্ ।
তং দৃষ্ট্বা মুনিশার্দ্দূলং সহসোত্থায় সাদরম্ ॥৪৩॥
প্রণম্য শিরসা সদ্যঃ সম্মুখোঽভূৎ কৃতাঞ্জলিঃ ।
মুনিঞ্চ পীঠকে স্থাপ্য পাদ্যাদ্যৈরুপচারবিৎ ॥৪৪॥
পূজয়ামাস বিধিবদ্ব্রাহ্মণং জ্ঞানিনাং বরম্ ।
ততঃ প্রদক্ষিণীকৃত্য বৃষভানুবরো মহান্ ॥৪৫॥

শ্রীবৃষভানুরুবাচ :—

সতাং পর্য্যটনং শান্তং গৃহিণাং শান্তয়েঽমৃতম্ ।
নৃণামন্তস্তমোহারী সাধুরেব ন ভাস্করঃ ॥৪৬॥

---

মশাগী মঙান্তনা মাইকৈ শিন্থংনা ঙানবনা সূর্য্যদেবমকুম ঙাল্লবা, খ্বাংদা মেখলা, খুত্তা লাইবিক পায়বনা অনিশুবা ব্রহ্মা কৌবা লাইগী মতৌগুম নীংথিজনা উর্রি ॥৪২॥

অঙৌবা ফিজোন্তনা লৈতেংবা ভগবান বিষ্ণুগুম নীংথিজবা গর্গাচার্য্য মুণিনা লেংবীরক্লিবা অত্তুবু বৃষভানু নিংথৌনা উবগা ফমফমদগী হৌগৎতুনা, য়াম্না নোল্লুকপা অমদি ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা ব্যবহার তৌখি ॥৪৩॥

খুদক্কুদা মুণিবু খুরুমজরদুনা খুৎ লোম্নজরগা মায়োক্তুনা লেপচখি, মতীক ওকপা আসন থাদুনা লেংশিলহন্নগা তৌবা হৌনবা পূজাগী পোৎশক খিবিক্লা, মুণিগী চরণ (খোং) শেংবনচিংবা তৌখি ॥৪৪॥

অত্তুগী তুংদা জ্ঞান লৈবা অথোইবা গর্গাচার্য্য মুণিবু পূজানচিংবা তৌজদুনা, য়েৎওইননা কোইদুনা বৃষভানুবর নিংথৌনা মুণিবু পেনবীনবা সেবা তৌজখি ॥৪৫॥

শ্রীবৃষভানুনা হায়খি :—পুক্নিং তপ্পবা সাধুশিংনা লেংথোকপীরকপসি য়ুম্বানবশিংগী পুক্নিং লাংতক্কবা কোক্তুনা পুক্নিং ইংবা ফংজে হায়নৈ, সাধুত্না মীওইবশিংগী থমোইগী অমম্বা কোকহনবীবনি নুমিৎনা ঙানবদি মপাম্থোংদতনি পুক্নিং থমোইবুদি ঙানহনবীদে ॥৪৬॥

তীর্থীভূতা বয়ং গোপা জাতাস্ত্বদ্দর্শনাৎ প্রভো ।
তীর্থানি তীর্থীকুর্ব্বন্তি ত্বাদৃশাঃ সাধবঃ ক্ষিতৌ ॥৪৭॥
হে মুনে রাধিকা নাম কন্যা মে মঙ্গলায়না ।
কস্মৈ বরায় দাতব্যা বদ ত্বং মে সুনিশ্চিতম ॥৪৮॥
ত্বং পর্য্যটয়র্ক ইব ত্রিলোকীং দিব্যদর্শনঃ ।
বরোহনয়া সমো যো বৈ তস্মৈ দাস্যামি কন্যকাম ॥৪৯॥

শ্রীনারদ উবাচ —

হস্তং গৃহীত্বা শ্রীগর্গো বৃষভানোর্মহামুনিঃ ।
জগাম যমুনাতীরং নির্জ্জনং সুন্দরস্থলম ॥৫০॥
কালিন্দীজলকল্লোলকোলাহলসমাকুলম ।
তত্রোপবেশ্য গোপেশং মুনীন্দ্রঃ প্রাহ ধর্ম্মবিৎ ॥৫১॥

---

হে ঋষি অথোইবা, গোপ শাগৈদা পোক্লবা ঐখোইনা ঋষি নহাকপু উজবদগী অশেংবা হাযবত্থু ওইজববনি পৃথিবীদা লৈবিবা তীর্থশিংবু শেংনবগী লম্বী হাযবত্থু সাধু ওইবা নখোইতনা ওইবনি ।।৪৭।।

হে মুণিদেব, ঐগী যাইফ-মঙ্গল পীবিবী ইচানুপী রাধিকা কৌবীসে করম্বা কনাগুম্বা মতীকচাবা বরদা থাজগদগে, মসিগী রাফমসি মুণিনা পুক্নিংদা লেপ্পীবগা ঐঙোন্দা তাকপিয়ু ।।৪৮।।

হে মুনি নহাক্তি নুমিৎকি মতৌগুম্না মবোল অহুম্ব কোয়না চৎপিবিবা, উদবা খংপ্রবা লৈত্রবা দিব্যদৃষ্টি (লাইগী মিৎযেং ) ওইবা নহাকনি অতুনা ঐগী ইচানুপীশিগা লাম্বা চাবা অতুগুম্বা মাগী মফমদা ইচাবু দান তৌতুনা কচগে ॥৪৯॥

শ্রীনারদনা হায় অথোইবা মহামুনি গর্গনা বৃষভানু নিংথৌগী মখুৎ পায়রদুনা, মী লৈন্দবা অচিকপা মফম ওইবা যমুনা তুবেল মপানগী মজরবা মফম তাম্না চৎমিন্নখি ।।৫০।।

যমুনাগী লাও-খোংনা ঈথক ইপাম হৌনা চেল্লিবগী তোর্বান্দা

**শ্রীগর্গ উবাচ ঃ—**

হে গোপ গুপ্তমাখ্যানং কথনীয়ং ন চ ত্বয়া ।
পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ স্বয়ম্ ॥৫২॥
অসংখ্যব্রহ্মাণ্ডপতির্গোলোকেশঃ পরাৎপরঃ ।
তস্মাৎ পরো বরো নাস্তি জাতো নন্দগৃহে পতিঃ ॥৫৩॥

**শ্রীবৃষভানুরুবাচ ঃ—**

অহো ভাগ্যমহো ভাগ্যং নন্দস্যাপি মহামুনে ।
শ্রীকৃষ্ণস্যাবতারস্য সম্বন্ধং ত্বং বদ কারণম্ ॥৫৪॥

**শ্রীগর্গ উবাচ ঃ—**

ভুবোভারাবতারায় কংসাদীনাং বধায় চ ।
ব্রহ্মণা প্রার্থিতঃ কৃষ্ণো বভূব জগতীতলে ॥৫৫॥

---

মফম মতাচাবা য়েংলগা ফমিন্নবগা ধর্ম্ম খংলবা মুণি অথোইবা গর্গনা, গোপ নিংথৌ বৃষভানুদা হায়খি ॥৫১॥

শ্রীগর্গাচার্য্যনা হায় —হে গোপ নিংথৌ, যাম্না থুপ্পবা ৱাফম অসি কনাদস্থ ফোংদোক্কনু, শ্রীকৃষ্ণ হাযবসে তশেংনা পুন্নমক্কগী অথোইবা মপুংফাবা স্বয়ং ভগবান ওইবা মহাক অত্থমকনি ॥৫২॥

ইবুঙো মহাক অসিদি মশীং লাকঙমদ্রবা তাইবংপাল অসিগী মপুনি গোলোক ধামগী মবুঙোনি, পুন্নমক্কগী অথোইবনি, মবম অসিদগী মাঙোন্দ গী অথোইবা বর অমা লৈবা হৌনদ্রে, ইবুঙো মহাক মশামক নন্দগী য়ুমদা মচা ওইনা পোক্লবে ॥৫৩॥

শ্রীবৃষভানুনা হায় — হে মহামুণি ওস্থোক্লা লাইবক ফৈদকো নন্দ নিংথৌসে, অত্থুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অত্থমক্লা মাগী মচা ওইনা অবতার তৌবীরবগী ৱাফম পুন্নমক অত্থ ঐঙোন্দা হায়বীয়ু ॥৫৪॥

শ্রীগর্গনা হায় ঃ— পৃথিবীগী অরুম্বা কোকপিগে হায়রবগীদমক অমদি কংসনচিংবা হিংচা-য়াইতম্বশিংবু লানবীনবগীদমক, ব্রহ্মানা হায়জরবদা শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবী অসিদা পোকপীবরিবনি ॥৫৫॥

শ্রীকৃষ্ণপট্টরাজ্ঞী যা গোলোকে রাধিকাভিধা ।
ত্বদ্‌গৃহে সাপি সঞ্জাতা ত্বং ন জানাসি তাং পরাম্‌ ।।৫৬।।

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

তদা প্রহর্ষিতো গোপো বৃষভানু সুবিস্মিতঃ ।
কলাবতীং সমাহূয় তয়া সার্দ্ধং বিচার্য্য চ ।।৫৭।।
রাধাকৃষ্ণানুভাবং চ জ্ঞাত্বা গোপবরঃ পরঃ ।
আনন্দাশ্রুকলাং মুঞ্চন্‌ পুনরাহ মহামুনিম্‌ ।।৫৮।।

শ্রীবৃষভানুরুবাচ —

তস্মৈ দাস্যামি হে ব্রহ্মণ কন্যাং কমললোচনাম্‌ ।
ত্বয়া পন্থা দর্শিতো মে ত্বয়া কার্য্যোঽয়মুদ্বহঃ ।।৫৯।।

শ্রীগর্গ উবাচ ঃ—

অহং ন কারয়িষ্যামি বিবাহমনয়োর্নৃপ ।
তয়োর্ব্বিবাহো ভবিতা ভাণ্ডীরে যমুনাতটে ।।৬০।।

---

গোলোক কৌবা ধামদা শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবী লোইনবীদি শ্রীরাধিকা মহাকনি, অদু ওম্বী পবা শক্তিনা ওইবী অথোইবী অদুনা নহাক্কী নয়ুমদা নচা ওইনা পোক্লবেদো, অদুগুম্বী অথোইবী মাবু নংনদি খংদ্রিদো ।।৫৬।।

শ্রীনারদনা হায — থোইদোক্না হৰাওবা, গোপগী জাৎ ওইবা বৃষভানুনা অঙকপগা লোযননা, কলাবতী কৌবীনা ওইবকপী কৃত্তিদাবু কৌশিন্দুনা মখোই অনিনা বাফমদু খন্ন-তান্নখি ।।৫৭।।

রাধাকৃষ্ণগী অসিগুম্বা মনুংগী ওইবা অথোইবা ভাব তসিবু খংলদুনা গোপ অথোইবা বৃষভানুনা নুঙাইবদগী শিঙ্গরকলিবা পিবু তৈথোক্লদুনা মহামুনি গর্গাচার্য্যদা অমুকহন্না হায়রকখি ।।৫৮।।

বৃষভানুনা হায — হে ব্রাহ্মণ নহাক্না উৎপিবিবা লম্বেল অসিনা মরম ওইদুনা, থম্বালনা তমজবী মিত্তা ওইবী ঐগী ইচানুপীবু অদুগুম্বা মাঙোন্দা কচ্চবগে, মদুগী লুহোংবগী থবক অদু মুপিদেবনা তৌবীরো ।।৫৯।।

গর্গাচার্য্যনা হায ঃ— হে নিংথৌ, ঐনা মখোই অনিগী লুহোংবাই

বৃন্দাবনসমীপে চ নির্জ্জনে সুন্দরস্থলে।
পরমেষ্ঠী সমাগত্য বিবাহং কারয়িষ্যতি ॥৬১॥
তস্মাদ্রাধাং গোপবর বিদ্ধ্যর্দ্ধাঙ্গীং পরস্য চ।
লোকৈক চূড়ামণিঃ সাক্ষাদ্রাজ্ঞাং গোলোকমন্দিরম্ ॥৬২॥
যূয়ং সর্ব্বেঽপি গোপালা গোলোকাদাগতা ভুবি।
তথা গোপীগণা গোপা গোলোকে রাধিকেচ্ছয়া ॥৬৩॥
যদ্দর্শনং দুর্লভমেব দুর্ঘটং
দেবৈশ্চ যজ্ঞৈর্ন চ জন্মভিঃ কিনু।
সবিগ্রহাং তাং তব মন্দিরাজিরে
লক্ষন্তি গুপ্তাং বহুগোপগোপিকাঃ ॥৬৪॥

---

তৌরোই, মখোই অনিগী লুহোংবদি, যমুনা তুবেল মপান্দা ভাণ্ডীর বনদা মখোয় অনি লুহোংগনি ॥৬০॥

বৃন্দাবনগী মনাক্তা মী উদ-খংদ্রবা অচিকপা ফজরবা মফমদা পর-মেষ্ঠি ব্রহ্মা কৌবা লাই লাব্রগা ব্রহ্মা মহাক্কা মখোই অনিগী পুরোহিত ওইদুনা লুহোংবিরগনি ॥৬১॥

হে গোপ অথোইবা, মরম অসিদগী রাধা হায়বী অসি নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী হুকচাং তখাইনি হায়না খংউ, শংশংবা গোলোক ধামগী মপু ওইবনি অমসুং তাইবংপানবা লোক অসিগী কোক্কী লৈতেং হায়বদু ওইরগনি ॥৬২॥

গোপগী জাত্তা পোকলিবা নখোই পুম্নমক অসিসু ইবুঙো মাগী গোলোক ধাম অদুদগী পৃথিবী অসিদা পোক্লরিবা ওাক্তনি, ব্রজ গোপ গোপীশিং অসিসু গোলোক্কী মবেম্মা রাধাগী পুকনিং মতুংইন্না ওইব্রীবা ওাক্তনি ॥৬৩॥

শ্রীরাধা কৌবী ইবেম্মবু উজবা হায়বসি কংঙমদবনি ওইথোক্তবনি লাইশিংনসু উজবা ফংবা নত্তে, মপোক কয়ারক্তা যাগ-যজ্ঞ কয়া তৌদুনসু কংঙমদবনি অদুবু মশিদা করি অমুক হাইরুনি, থাম্মা লৈরবী মহাক্কা

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

তদা চ বিস্মিতৌ রাজন্ দম্পতী হর্ষিতৌ পরম্ ।
রাধাকৃষ্ণপ্রভাবঞ্চ শ্রুত্বা শ্রীগর্গমূচতুঃ ॥৬৫॥

দম্পতী উচতুঃ –

রাধাশব্দস্য হে ব্রহ্মন্ ব্যাখ্যানং বদ তত্ত্বতঃ ।
ত্বত্তো ন সংশয়চ্ছেত্তা কোঽপি ভূমৌ মহামুনে ॥৬৬॥

শ্রীগর্গ উবাচ ঃ –

সামবেদস্য ভাবার্থং গন্ধমাদনপর্ব্বতে ।
শিষ্যেণাপি ময়া তত্র নারায়ণমুখাচ্ছ্রুতম ॥৬৭॥
রময়া তু রকারঃ স্যাদাকারস্ত্বাদিগোপিকা ।
ধকারো ধরয়া হি স্যাদাকারো বিরজা নদী ॥৬৮॥

---

হৃকচা, পানবা ওইনা নংগী সঙ্গাই মাঙ্গলদা লৈহ্না গোপ গোপীপিংনা উজববে ।।৬৪।।

শ্রীনাবদনা হায — মতম অদুদা বৃষভানু নিংথৌদু অঙকপনা তিনখি অমসুং বাধাগী মমা মপা ওইবিবা মখোয় অনিনা থোইনা হবাও সুডাইবনা তিনখি, বাধা কৃষ্ণগী অসিগুম্বা ভাব অসিবু উবদুনা গর্গ মুণিদা হায়জখি ॥৬৫॥

মখোয অনিনা হায — হে ব্রহ্মণ বাধা হাযবা ব্রাহৈসিগী অবেপ্পা ব্রাফম্ বু শব্দাক্লা তাকপিযু, পৃথিবীসিদা মহুবু খংবা মীবু নহাক নত্তনা কনা। লৈরিবগে মুনিদেব নত্তনা চি নবা ক্লোকপিবা ঙম্বা অতৈ কনা লৈরোই ।।৬৬।।

শ্রীগর্গনা হায — ঐগী শিষ্যশিংগা লোয়ননা গন্ধমাদন চীংথক্তা সামবেদনা তাকপা মন্নুংগী ভাব ওইনা মফমদুনা শ্রীনারায়নগী শ্রীমুখদগী ঐনা তাজখিবনি ।।৬৭।।

"র" হায়বা মযেক্লা "রমা" (লক্ষ্মীগী) মশক ওইবী, "অ" হায়বা ময়েক্লা "আদিগোপিকা" ইহান হানবী গোপিকা=লিলাময়ী রাধা, "ধ" হায়বা

শ্রীকৃষ্ণস্য পরস্যাপি চতুর্ধা তেজসোঽভবৎ।
লীলা ভূঃ শ্রীশ্চ বিরজা চতস্রঃ পত্ন্য এব হি ॥৬৯॥
সম্প্রলীনাশ্চ তাঃ সর্ব্বা রাধায়াং কুঞ্জমন্দিরে।
পরিপূর্ণতমাং রাধাং তস্মাদাহুর্ম্মনীষিণঃ ॥৭০॥
রাধাকৃষ্ণেতি হে গোপ যে জপন্তি পুনঃ পুনঃ।
চতুষ্পদার্থাঃ কিং তেষাং সাক্ষাৎ কৃষ্ণোঽপি লভ্যতে ॥৭১॥

শ্রীনারদ উবাচ :—

তদাতিবিস্মিতো রাজন্‌, বৃষভানুঃ প্রিয়াযুতঃ।
রাধাকৃষ্ণপ্রভাবং তং জ্ঞাত্বানন্দময়ো হ্যভূৎ ॥৭২॥

---

ময়েক্না "ধরা" কৌবা কহুন্নী মশক পৃথিবী, "শ্রী" হায়বা মযেক্না "বিরজা" বিবজা কৌবী তুরেন, শক্তিশিং অসিনা পুম্নপ চংহনা ওইবী রাধানি ।।৬৮।।

পুম্নমক্তগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী মঙাল মখল মরিদগী "লীলা" ফজবা কুম্মৈগী মশক ওইবী, "ভূ" লৈফমগী মশক ওইবী পৃথিবী, "শ্রী" পুম্নমক্কী থোকফম লন-থুমগী মশক ওইবী লক্ষ্মী, "বিরজা" অথিংবা শান্তিগী মশক ওইবী বিরজা তুরেল, মরি অসিমক্না ইবুঙোগী শক্তি মরিদগী ওইবী লোইনবী প্রিয়াশিংনি ।।৬৯।।

মথোয় পুম্নমক অসি কুঞ্জ মন্দিরদা রাধাগী হকচাংদা চংহনা তিল্লি, মরম অসিনা জ্ঞানী (অথংবা) শিংনা শ্রীরাধাবু পবিপূর্ণতমা হায়বদি অথোইবীশিংদগী থোইদোক্না মপুং ফাবী অথোইবী হায়নরি ।।৭০।।

হে বৃষভানুবর অতুগুম্বা মীশক্না "রাধাকৃষ্ণ" হায়বা ব্রাহৈ অসিবু হন্না হন্না শোঞ্জরবদি শ্রীকৃষ্ণবু লেপ্পমক ফংজৈ, অতুনদি ধর্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ, পুরুষার্থ মরিসি ফংবদি করি লুবা থবক্নো ।।৭১।।

শ্রীনারদনা হায় :— বৃষভানু মিংথৌনা মাগী চাক্কবী কুপ্তিদাগা লোয়ননা অঙকপনা তিল্লবা রাধা কৃষ্ণগী রাকমশিবু খংজরহনা থোইদোক্না নুঙাইবা ওইখি ।।৭২।।

ইত্থং গর্গো জ্ঞানিবরঃ পূজিতো ব্রজভানুনা।
জগাম স্বগৃহং সাক্ষাম্মুনীন্দ্রঃ সর্ব্ববিৎ কবিঃ ॥৩৬॥

ইতি শ্রীমদগর্গসংহিতায়াং শ্রীগোলোকখণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে নন্দপত্ন্যা বিশ্বরূপদর্শনং শ্রীকৃষ্ণ নামকরণং নাম পঞ্চদশোঽধ্যায় ॥

* * *

## ষোড়শোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

গাশ্চারয়ন্নন্দনমঙ্কদেশে
সংলালযন্ দূরতমং সকাশাৎ।
কলিন্দজাতীরসমীরকম্পিতং
নন্দোঽপি ভাণ্ডীরবনং জগাম ॥১॥

---

মতৌ অসুম্না বৃষভানু নিংথোনা অথোইবা মুণি পুন্নমক খংবা, শৈহেক-শৈরেং খংবা, তত্ত্ব খংবা কবিগুম্বা, জ্ঞান লৈবা গর্গাচার্য্য কৌবা মুণিবু পেন্নবা ঈরাৎ-পূজা তৌববদা মুণিনা মশাগী লৈফম তান্না চংখি ॥৭৩॥

মতাং অসিদা গর্গ মুণিগী য়ারীদা, গোলোক খণ্ডগী শরুক্তা, নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনখিবা যশোদানা মচাগী য়াম্মুংদা তাইবংপান উবা অমদি কৃষ্ণগী মমিং থোনবা কৌবা তরামঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

* * *

### ষোড়শোঽধ্যায়ঃ

নোংমা নন্দ নিংথৌনা মচা কৃষ্ণবু মথাক্তুংদা কোম্লগা চেংনাজানা তৌহুনা, শন শেম্না শেম্না অসুম লাকপগা য়মুনা তুরেলগী মপান্দা লৈরাং

কৃষ্ণেচ্ছয়া বেগতরোঽথ বাতো
ঘনৈরভূম্মেদুরমম্বরঞ্চ ।
তমালনীপদ্রুমপল্লবৈশ্চ
পতদ্ভিরেজদ্ভিরতীব ভীকে ॥২॥

তদান্ধকারে মহতি প্রজাতে
বালে রুদত্যঙ্কগতেঽতিভীতে ।
নন্দো ভয়ং প্রাপ শিশুং স বিভ্র
দ্ধরিং পরেশং শরণং জগাম ॥৩॥

তদৈব কোট্যর্কসমূহদীপ্তি-
রাগচ্ছতীবাচলতী দিশাসু ।
বভূব তস্যাং বৃষভানুপুত্রী
দদর্শ রাধাং নবনন্দরাজ ॥৪॥

---

মু৲শিংনা লিবি লিরি শিংপনা উনা শী৲নানা তনিক-তনিরবা ভাণ্ডিরবন কৌবা মফমদা যৌবকখি ॥১॥

মফমদু যৌবকপদা কৃষ্ণগী ইচ্ছাদগী (অনিংবদগী) অকনবা নো৲নু৲শিং তৌবকখি, অকু৲বা নো৲শি৲নসু অতিযা শিন্থ৲ংনা কুপখি, নো৲নু৲শিংনা যৈবদা তমাল কদম্বনচি৲বা উপালশি৲দগী কেল্লকপা তাবকপা উনা শী৲নাবু উবগা খোইদোক্লা অকিবগী মশক ওইখি ॥২॥

মথাদা কোন্দনা পুবিবা অঙা৲না নো৲ মু৲শিং কিবদগী কপ লাওবগী খোঞ্জেল তাববা মতমদুদা নন্দনু মপুকনিংদা অকিবা চিংনবা পোত্রক্লুত্তুনা মচা পম্মা পম্মা অথাইবা শক্তি পুম্নমক্লা তিল্লবা শ্রীহরিগী চরন্দা চংজখি ॥৩॥

মতমত্তুদা নুমিং কোটিগী মঙালনা মাইকৈ পুম্নমক শিন্থ৲ংনা ঙানবগুম্মা মঙালগী মশক ওইনা লাকলিবী শ্রীরাধাবু নন্দ মাপনগী মনুংদগী খুাইদগী অথোইবা নন্দ মিংথোনা উখি ॥৪॥

কোটীন্দুবিম্বদ্যুতিমাদধানা-
নীলাম্বরং সুন্দরমাদিবর্ণম ।
মঞ্জীরধীরধ্বনিনূপুরাণা—
মাবিভ্রতীং শব্দমতীব মঞ্জুম. ॥৫॥
কাঞ্চীকলাকঙ্কণশব্দমিশ্রা-
হারাঙ্গুলীয়াঙ্গদবিস্ফুরন্তীম ।
শ্রীনাসিকা মৌক্তিকহংসিকাভিঃ
শ্রীকণ্ঠচূড়ামণিকুণ্ডলাঢ্যাম. ॥৬॥
তত্তেজসা ধর্ষিত আশু নন্দো
নত্বাথ তমাহ কৃতাঞ্জলিঃ সন্ ।
অয়ন্তু সাক্ষাৎ পুরুষোত্তমস্তং
প্রিয়াসি মুখ্যাসি সদৈব রাধে ॥৭॥

---

থা কোটি ঙমজবা মঙাল পুবিবী (ঙাল্লিবী) অশংবা ফিজোল নিংথিংনা শেৎ-ইল্লিবী তপ্না চৎপদা খোংজি খ্বাঙ্গাই খ্বাংগী খাংশবীক, অমদি নূপুবগী খোঞ্জেংনা নিল্লবী বাধানি ।।৫।।

হুকচাং কন্নবা যুবিৎ, খ্বাঙ্গাইগী খাংশবীক অমদি খুজিগী মখোল অনি পুন্না যান্নবা তাবিবী, লিকপরেং খুদোপ তাল পাস্নোমফাবী অসি খিবিক্লা থোইদোক্লা ঙাল্লিবী, অঙৌবা কাংঙগী মচু মানবা, মুক্তা থাম্না ন্যাসিক্লা কোক্তা ঙক্তা মনি পাবং নাকোংদা কুণ্ডল নাম্লিন য়াল্লিবী ব ধানি ।।৬।।

অতুগুম্বী বাধাগী মঙাম্না কুপখিতুনা খুদক্তা নন্দনা খুকুম্নগা খুৎলোম্নতুনা মবেম্মা বাধাদা হায়জখি, ঐনা পমলিবা অঙাংসে তশেং তশেংবা পুরুষোত্তম (নিপা অথোইবা) ওইবা হায়বতুনি, অতুগা ইবেম্মা নহাক্না মাগী চান্নথোইবীনি মাগী পেন্নবতা তৌবীনি হে বাধে ।।৭।।

হে ইবেম্মা বাধে অথুপ্পা রাকম অসি ঐনা গর্গাচার্য্য মুনিগী মচিন্দগী তাজবনি, মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগী গুণ ওইবা নোং শুংশিং অসিদগী

শুপ্তং ত্বিদং গর্গমুখেন বেদ্মি
গৃহাণ রাধে নিজনাথমঙ্কাৎ।
এনং গৃহং প্রাপয় মেঘভীতং
বদামি চেত্থং প্রকৃতেগু'ণাঢ্যাম্‌. ॥৮॥
নমামি তুভ্যং ভুবি রক্ষ মাং ত্বং
যথেপ্সিতং সর্ব্বজনৈর্দু'রাপম্‌. ।

**শ্রীরাধোবাচঃ—**

অহং প্রসন্না তব ভক্তিভাবা-
ন্মদ্দর্শনং দুর্ল'ভমেব নন্দ ॥৯॥

**শ্রীনন্দ উবাচঃ—**

যদি প্রসন্নাসি তদা ভবেন্মে
ভক্তির্দৃ'ঢ়া কৌ যুবয়োঃ পদাব্জে।
সতাঞ্চ ভক্তিস্তব ভক্তিভাজাং
সঙ্গঃ সদা মেইথ যুগে যুগে চ ॥১০॥

---

কিরবা অঙাং নহাক্কী নবুঙোসিবু ঐগী ইথাদগী লৌবীরগা য়ুমদা অমুক্তং য়োহ্নবীয়ু হায়জরি ।।৮।।

ইবেম্মা নংনা ঐবু ঙাকপিয়ু, মীওইবা পুম্নমক্কা পৃথিবী অশিদা ফংঙম-দ্রবা অনিংবা অপাম্বা খিবিকপু পীনরিবীনি নংদি, ঐনা নংবু খুরুমজরি, রাসি ভাবদা রাধানা হায়খি — নে নন্দ নিংথৌ, ঐবু উবা হায়বসি ফংঙমদবমক্কি অতুবু নহাক্কী নুংশিবা ভক্তি ভাব অতুদা ঐ পেনবা ওইরে ।।৯।।

নন্দনা হায়ঃ— হে ইবেম্মা, নহাক্কা পেনবীরবদি, নখোয় অনিগী নখোং থম্বালদা অচেৎপা, লেংদবা ভক্তি ওইজগে, পৃথিবীসিদা নহাক্কী ভক্তি ভাবনা ঐগী নিংজবা আশা থুংজবা ওইজগে, মতম খুদিংদা যুগ খুদিংদা ননাই সাধুশিংগা তিন্নু-তোৎনজবা ওইজগে ।।১০।।

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**তথাস্তু চোক্ত্বাহথ হরিং করাভ্যাং**
**জগ্রাহ রাধা নিজনাথমঙ্কাৎ।**
**গতেহথ নন্দে প্রণতে ব্রজেশে**
**তদাহি ভাণ্ডিরবনং জগাম ॥১১॥**

**গোলোকলোকাচ্চ পুরা সমাগতা**
**ভূমির্নিজং স্বং বপুরাদধানা**
**স্বা পদ্মরাগাদিখচিৎসুবর্ণং**
**বভূব সা তৎক্ষণমেব সর্ব্বং ॥১২॥**

**বৃন্দাবনং দিব্যবপুর্দ্দধানং**
**বৃক্ষৈর্ব্বরৈঃ কামদুঘৈঃ সহৈব।**
**কলিন্দপুত্রী চ সুবর্ণসৌধৈঃ**
**শ্রীরত্নসোপানময়ী বভূব ॥১৩॥**

---

শ্রীনাবদনা হায় ঃ— রাধানা মতৃমক ওইরসনু অসুম্না হায়রতুনা নন্দ নিংথৌগী মথাদগী মবুঙো ওইবা শ্রীহরিবু মখুৎ অনিনা লৌখি, ব্রজ নিংথৌ নন্দসু খুকম্নগা হনখ্রবদা ভাণ্ডিরবনদা চৎখি (চংখি) ।।১১।।

মমাংঙৈদা পৃথিবীনা মশাগী হকচাং পানবগী মশক লৌরতুনা গোলোক ধামদগী মফম অসিদা লাকখি, অতুগুম্বী পৃথিবীনা মফম অসিদা পদ্মরাগ মনিনচিংবা মণি রত্ন খিবিক থাম্বা, সনানা লৈতেংবা পুম্নমক অতু, মতম অতুদসু অতুমক ওইখি ।।১২।।

মক্তুবা ঙাল্লবা হকচাং পুরবা বৃন্দাবন্না, অপাম্বা অনিংবা মহৈ-মরোং ষাত্তুনা পীবা উপাল অথোইবশিংগা লোয়ননা থোইদোক্না ঙানখরে যমুনাসু সনাগী সঙ্গাই অৱাংবা অট্টালিকাশিংগা লোয়ননা মণি রত্ন থাম্বা লৈরাই থাক থাক্কী মশক্না তিন্দুনা ফজখি ।।১৩।।

গোবর্দ্ধণ কোবা চীংনা মনি রত্ননা তিনবা নুংগী মশক্না তিনবা ওইখি মাইকৈ পুম্নমক্তা ঙাল্লবা সনাগী চীংদোল খিবিক্না তিনখি, হে বহুলাশ্ব

গোবর্দ্ধনো রত্নশিলাময়োঽভূৎ
সুবর্ণশৃঙ্গৈঃ পরিতঃ স্ফুরদ্ভিঃ
মত্তালিভির্নিঝরসুন্দরীভি-
র্দরীভিরুচ্চাঙ্গকরীব রাজন ॥১৪॥

তদা নিকুঞ্জোঽপি নিজং বপুর্দ্দধৎ
সভাযুতং প্রাঙ্গণদিব্যমণ্ডপম্।
বসন্তমাধুর্য্যধরং মধুব্রতৈ-
র্ময়ূরপারাবতকোকিলধ্বনিম ॥১৫॥

সুবর্ণরত্নাদিখচিতভট্টৈর্বৃতং
পতৎপতাকাবলিভির্বিরাজিতম্।
সরস্ফুটত্তিভ্রমরাবলীচিতৈ-
র্বিচর্চিতং কাঞ্চনচারুপঙ্কজৈঃ ॥১৬॥

তদৈব সাক্ষাৎ পুরুষোত্তমোত্তমো
বভূব কৈশোরবপুর্ঘনপ্রভঃ।
পীতাম্বরঃ কৌস্তুভরত্নভূষণো
বংশীধরো মন্মথরাশিমোহনঃ ॥১৭॥

---

নিংথৌ, লৈহীনা মযাই কারবা খোইমুশিং ওইখি, ঈযুত্তগী চেম্বরকপী ঈশিংমা তিনবী, লোকনুং গুহাশিংনা তিনবা বাংলবা শামুগুম ওইখি ॥১৪॥

মতমতুদা নিকুঞ্জ বনসু মীথোল তাদবা উবী উনানা কুপশিনবমক ওইরবসু মী চোন্না তিনবা মাওপ অমদি মাঙ্গলগী মশক ওইখি, বসন্ত ঋতুগী নিংথিবা খিবিক্না তিনখি, খোইমুশিংনা ঙংখি, রাহোং কোকিল খুমনচিং-থগী খোঙ্গেলনা নিনখি ॥১৫॥

সনা মণি রত্ননা লৈতেংলবা মনাইশিংনা কোয়শিল্লবা, ফিরান মচা-শিংদা মুংশিংনা য়ৈবদা পতৎ পতৎ হায়বা খোঙ্গোকনা নিল্লবা ওইখি পুক্রিদা ফুগাইনা শাৎলবা সনাগী থম্বালশিংদা খোইমুনা লৈহী চুপ্পনা খোইমু পয়েং পরেং পাইখি ॥১৬॥

ভুজেন সংগৃহ্য হসন্‌ প্রিয়াং হরি—
র্জগাম মধ্যে সুবিবাহমণ্ডপম্‌।
বিবাহসম্ভারযুতঃ সমেখলং
সদর্ভমদ্‌বারিঘটাদিমণ্ডিতম্‌ ॥১৮॥

তত্রৈব সিংহাসন উদ্গতে বরে
পরস্পরং সম্মিলিতৌ বিরেজতুঃ।
পরং ব্রুবন্তৌ মধরঞ্চ দম্পতী—
স্ফুরৎপ্রভৌ খে চ তড়িদ্ঘনাবিব ॥১৯॥

তদাম্বরাদ্দেববরো বিধিঃ প্রভুঃ
সমাগতস্তস্য পরস্য সম্মুখে।
নত্বা তদঙ্ঘ্রী উশতীগিরাভিঃ
কৃতাঞ্জলিশ্চারুচতুর্ম্মুখো জগৌ ॥২০॥

---

কৃষ্ণনা অনৌবা নোংগী কুচু ওইবা, পাখংমচা চহি তরাতরুব্বী লেঙ্গা ওইবা স্নাফিগে নাপু থোনবা, থবাক্তা কৌস্তুভনচিংবা মণি রত্ননা লৈতেংবা, খুত্তা বংশী পাযবা শুনহৎনবগী মশক ওইবা মুর্ত্তিনা ওইখি ॥১৭॥

শ্রীহরি কৃষ্ণনা মোমোন নোক্লতুনা চান্নবী রাধাবু পাম্বোম তিং-থোক্লনা, খুৎ পায়তুনা, কুশগা লোইনরবা ঈশিংনা থল্লবা, লুহোংনবগী-দমক থৌরাং তৌহনা থম্লবা পোৎ-চৈ খিবিক শাঙ্গোই-শানা যজ্ঞ কুণ্ডবু কোয়বা মেখলানচিংবনা থল্লবা মাশুব ময়াই তাম্না চংখরে ॥১৮॥

মাওং ময়াইদা থারিবা বর ফম্নবা আসন মথক্তা রাধা কৃষ্ণ অনিনা লেংশিন্দুনা ভাম্ভোইবীখি, অমসুং মহৈ মহৈ ফজবা বাহৈ-বাতা ভাংন-শানবদো অতিয়া থক্তা খংহৌদনা ভানথোক্লকপা নোংথাংনা নোংলক্তা য়েবগুম নীংথিজখি ॥১৯॥

মতমতুমক্তদা লাই অথোইবা তাইবং শেম্বা মপু মমাই মরি পাম্বা ব্রহ্মানা অতিয়াগী লম্বেলদা লাক্লনা অথোইবা, মবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা

**শ্রীব্রহ্মোবাচ ঃ—**

অনাদিমাদ্যং পুরুষোত্তমোত্তমং
শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রং নিজভক্তবৎসলম্ ।
স্বয়ং ত্বসংখ্যাণ্ডপতিং পরাৎ পরং
রাধাপতিং ত্বাং শরণং ব্রজাম্যহম্ ॥২১॥

গোলোকনাথস্ত্বমতীব লীলো
লীলাবতীয়ং নিজলোকলীলা ।
বৈকুণ্ঠনাথোঽসি যদা ত্বমেব
লক্ষ্মীস্তদেয়ং বৃষভানুজা হি ॥২২॥

ত্বং রামচন্দ্রো জনকাত্মজেয়ং
ভূমৌ হরিস্ত্বং কমলালয়েয়ম্,
যজ্ঞাবতারোঽসি যদা তদেয়ং
শ্রীদক্ষিণা স্ত্রী প্রতিপত্নিমুখ্যা ॥২৩॥

---

লাকখি, অতুগা চরণ শোক্না মবুঙোবু থুরুম্‌গা মখুৎ লোম্নতনা নীংথিজবা রাহৈ-রাতানা লৈশি-লৈথোনখি ।।২০।।

ইবুঙো নংদি খ্বাইদগী অহানবা, সুপাগী মশক ওইবা মুপা অথোইবা, ননাই ওইবশিংবু চানবীবা, মশীং লাকওমদ্রবা তাইবংপাল পুম্নমক্কী মবুঙো ওইবা, অথোইবা শক্তিনা তিনবা, শ্রীরাধাগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণ-চন্দ্র কৌবা ইবুঙো নঙোন্দা চংজরি ॥২১॥

ইবুঙো নংদি গোলোক ধামগী মবুঙোনি, থোইদোকপা লীলা শান্নবীবনি, মশাগী গোলোক ধামদা লীলা থিবিক শান্নরিবী লীলাগী মশক ওইবীনি ইবেম্মসিনা, ইবুঙো নংদি বৈকুণ্ঠগীসু মবুঙোনি অদুগুম্না ইবেম্মসিসু লক্ষ্মীনা ওইবী বৃষভানুগী মচানি ॥২২॥

ইবুঙো নহাক্না দশরথগী মচা রামচন্দ্র ওইরা মতমদা অসিগুম্বী রাধানা জনকী মচানুপী সীতা ওইবনি, পৃথিবীসিদা ইবুঙোনা হরি হায়না অবতার তৌবীবদা রাধা অসিনা কমলালয়া হায়বীরু, ওইরমি, ভগবান

ত্বং নারসিংহোঽসি রমা হৃদীয়ং
নারায়ণস্ত্বঞ্চ নরেশ যুক্তঃ।
তদা স্থিরং শান্তিরতীব সাক্ষা—
ন্মমৈব যাতা চ তদাত্মরূপা ॥২৪॥

ত্বং ব্রহ্ম চেয়ং প্রকৃতিস্তটস্থা
কালো যদেমাঞ্চ বিদুঃ প্রধানম্।
মহান্ যদা ত্বং জগদঙ্কুরোঽসি
রাধা তদেয়ং সগুণা চ মায়া ॥২৫॥

যদান্তরাত্মা বিদিতশ্চতুর্ভি—
স্তদা ত্বিয়ং লক্ষণরূপবৃত্তিঃ।
যদা বিরাটদেহধরস্ত্বমেব
তদাখিলং বা ভুবি ধারণেয়ম্ ॥২৬॥

---

যজ্ঞ ওইবা মতমদনা অসিগুম্বী রাধানা দক্ষিণা হায়না কৌহ্না ইবুঙো নংগী লোযনবী ওইখিবনি ॥২৩॥

নবসিংহ অবতারগী মতমদনা হৃদী রমা হায়ত্না ইবুঙোগী থম্মোইগী মশক ওইবী লক্ষ্মী ওইবনি অমসুং নব ঋষিগা লোইনবা নরনাবাযণগী অবতাব মতমদনা ইবুঙোগী মিগী মতৌগুম পুক্নিং চপ চানবী ওইহ্না ইবুঙোগী তুংইনবী ওইবী শান্তি কৌবীহ্ন ইবেম্মা রাধা অসিনি ॥২৪॥

হে ইবুঙো নহাক্তি তশেংবা ব্রহ্মগী মশকনি বাধাসিনা মহুদা লৈবী প্রকৃতি কৌবীহ্ননি, নহাক্না কাল কৌবা মতমগী মশক, মহাক্না প্রধান, ইবুঙোনা তাইবং পানবগী বীজ (মরূ) হৌরকফমগী মশক, ইবেম্মা রাধানা মশক মও নাইহনবী সগুণা মায়া হায়বীহ্ন ওইরিবনি ॥২৫॥

হকচাং মন্নুংদগী পুক্নিং, থমোই, ইন্দ্রিয়, থবায়, মথল মরি অসিনা নহাক্পু পরমাত্মানি হায়বা খঙজরকপা মতমদা ইবেম্মা মহাক্না, জগৎপু ক্লিংহ্নবগী মশক ওইবী লক্ষণা বৃত্তি কৌবী অহু ওইরনি, ইবুঙো নংনা

শ্যামঞ্চ গৌরঃ বিদিতং দ্বিধা মহ–
স্তবৈব সাক্ষাৎ পুরুষোত্তমোত্তম।
গোলোক ধামাধিপতিং পরেশং
পরাৎপরং ত্বাং শরণং ব্রজাম্যহম্ ॥২৭॥

সদা পঠেদ্‌যো যুগলস্তবং পরং
গোলোকধামপ্রবরং প্রয়াতি সঃ।
ইহৈব সৌন্দর্য্যসমৃদ্ধিসিদ্ধয়ো
ভবন্তি তস্যাপি নিসর্গতঃ পুনঃ ॥২৮॥

যদা যুবাং প্রীতিযুতৌ চ দম্পতী
পরাৎপরৌ তাবনুরূপরূপিতৌ।
তথাপি লোকব্যবহারসংগ্রহা—
দ্বিধিং বিবাহস্য তু কারয়াম্যহম্ ॥২৯॥

---

বিরাট্ মুত্তি কোনা অচৌবা তাইবং পানবগী মশক ওইবা মতনদা পৃথি-বীদা তাইবং পানববু পুনবগী মশক ওইবা ধারণা কৌদীহু ওইবনি ।।২৬।।

শংবানবা অমদি অঙৌবা মচু ওইবা নহাক্কী মঙাল অনিনি হায়না খঙনৈ, মহু রাধা কৃষ্ণ কৌবা নখোই অনিনি, হে নুপালকুগী অথোইবা, হে নীংনফম ওইবা গোলোক ধামগী মবুঙো, অহেনবা অথোইবশিংদগী অথোইবা লাই ওইবা ইবুঙো নংগী নফমদা ব্রম্মা কৌবা ঐনা চংজরি ।।২৭।।

মীওইবনা অসিগুম্বা রাধা কৃষ্ণগী অথোইবা "যুগল স্তব" অনিগী ওইবা মতিক মগুণবু লৈশি লৈথোনবা অসিবু মতম খুদিংদা পাঠ (পাজবা খীজবা) তৌজরবদি গোলোক ধামবু ফংজে, হিংলিঙৈদসু মশানা মশাগীদমক তাঙ্গবা লম্বীদা অফবা, নিংথিবা, চাওখৎপা, পাংথোকপা ওমজবা পুন্নমক অসি ওই ।।২৮।।

মতম অসিদা ইবুঙো ইবেম্মা অনিদি মহৌশানা মহৈ মহৈ অপেন-বগী মশক ওইনবা, চান্নবা-চান্নবী, লোইনবী ওইবা, মমাংদসু মতুংদসু

শ্রীনারদ উবাচ —

তদা স উত্থায় বিধির্হুতাশনং
প্রজ্বাল্য কুণ্ডে স্থিতয়োস্তয়োঃ পুরঃ ।
শ্রুতে করগ্রাহবিধিং বিধানতো
বিধায় ধাতা সমবস্থিতোঽভবৎ ॥৩০॥

স বাহয়ামাস হরিঞ্চ রাধিকাং
প্রদক্ষিণং সপ্ত হিরণ্যরেতসঃ ।
ততশ্চ তৌ তে প্রণমষ্য বেদবি—
তৌ পাঠয়ামাস চ সপ্তমন্ত্রকম ॥৩১॥

ততো হরেব্বক্ষসি রাধিকায়াঃ
করঞ্চ সংস্থাপ্য হরেঃ করং পুনঃ ।
শ্রীরাধিকায়া কিল পৃষ্ঠদেশকে
সংস্থাপ্য মন্ত্রাংশ্চ বিধিঃ প্রপাঠয়ন্ ॥৩২॥

---

মতম খুদিংদা অমগা অাাা তংন-থানবা নৈতবা মবী ৎইবক্লিবনি অত্তুবু চংনবীগী মতুংইন্না নৌনা অমুক লুহোংবগী ৱায়েল পথাপ্লং ব্রহ্মা ঐনা তৌজরব্রগে ॥২৯॥

নাবদনা হায — অসি হাবত্নুা ব্রহ্মানা হৌগৎলত্নুা আসন্দা ফমলিবা বাবা কৃষ্ণ অনিগী মাংদা যজ্ঞ কুণ্ড শেমত্নুা মৈ হৌগৎলগা বেদগী বাযেল মতুংইন্না পানিগ্রহ্ কৌবা, নুপাগী খুত্তা নুপীগী খুৎ হাপ্রত্নুা নিংথিনা দান তৌবগী থবক তৌখি ।।৩০।।

বেদ খংলবা ব্রহ্মানা বাধা কৃষ্ণ অনিবু যজ্ঞগী মৈদা তবেৎলক হুন্না কোয়হন্দুনা খুকুম্লগা, লুহোংবগী মন্ত্রওইবা মন্ত্র তবেৎপু ব্রহ্মানা হায়বগী মতুংইন্না হাযহন থীহন্দুনা লুহোংবগী ৱায়েল কায়দনা তৌখি ।।৩১।।

অত্তুগী তুংদা শ্রীবাধাগী খুৎপু শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্তা থমহল্লগা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎপু, রাধিকাগী তুংয়ান ওইবা নঙন্দা থম্লগা ব্রহ্মানা হায়বগী মতুংইন্না মন্ত্রখিবিক হাযহন-থীহনখি ।।৩২।।

রাধা করাভ্যাং প্রদদৌ চ মালিকাং
কিঞ্জল্কিনী‌ং কৃষ্ণগলেঽলিনাদিনীম্ ।
হরেঃ করাভ্যাং বৃষভানুজা গলে
ততশ্চ বহ্নিং প্রণময্য বেদবিৎ ॥৩৩॥
সংবাসয়ামাস সুপীঠয়োশ্চ তৌ
কৃতাঞ্জলী মৌনধৃতৌ পিতামহঃ ।
তৌ পাঠয়ামাস তু পঞ্চমন্ত্রকং
সমর্প্য রাধাঞ্চ পিতেব কন্যকাম্ ॥৩৪॥
পুষ্পাণি দেবা ববৃষুস্তদা নৃপ
বিদ্যাধরীভির্ননৃতুঃ সুরাঙ্গনাঃ ।
গন্ধর্ববিদ্যাধরচারণাঃ কলং
সকিন্নরাঃ কৃষ্ণসুমঙ্গলং জগুঃ ॥৩৫॥

---

বেদ থংলবা ব্রহ্মানা লৈরীক লৈহীবু তান্নবিবা খোইমুশিংনা ইল্লিবা ফুগাইনা শাংলবা থম্বাল পরেংবু শ্রীরাধিকাগী খুংনা পায়হল্লগা শ্রীকৃষ্ণগী ওকশমদা হুকহনখি, অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী খুংনা শ্রীরাধাগী ওকশমদা অমুক হুকহনখি, অতুগী তুংদা যজ্ঞগী মৈবু খুরুমহনখি ।।৩৩।।

রাধা কৃষ্ণ অনিবু অথোইবা ফম্ফম (পীঠ) অমত্তদা নিংথিনা ফমহল লগা, খুৎ লোন্নতুনা বা ঙাংদনা লৈবিবা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিবু লুহোংবগী মরু ওইবা মন্ত্র মঙাবু হায়হন-থীহন্দুনা মপানা মচানুপীবু বরগী মখুত্তা দান তৌবগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী খুত্তা রাধিকাবু দান তৌতুনা লুহোংখি ।।৩৪।।

হে নিংথৌ, মতমতুদা অতিয়াদগী লাইশিংনা লৈ মযাম্না নোং চুবগুম চায়থরকখি, বিদ্যাধর কৌবা লাইশিংগী নুপীশিংনা জগোই শাখি, গন্ধর্ব, বিদ্যাধর, চারন, কিন্নর কৌবা লাইশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গল ওইনবগীদমক নিংথিনা ঈশৈ খিবিক শকখি ।।৩৫।।

পুং বীনাযন্ত্র ডালপুরা বংশী মোইবুং আনকদুন্দুভি কৌবা পুংশিংনা নিংথিবা তালগা লোইননা, লাই অথোইবশিংনা অতিয়াদা লৈতুনা হুম্না

মৃদঙ্গবীণামুরুযষ্টিবেণবঃ
শঙ্খানকা দুন্দুভয়ঃ সতালকাঃ।
নেদুর্মুহুর্দ্দেববরৈর্দ্দিবি স্থিতৈ—
র্জয়েত্যভূন্মঙ্গলশব্দমুচ্চকৈঃ ॥৩৬॥
উবাচ তত্রৈব বিধিং হরিঃ স্বয়ং
যথেপ্সিতং ত্বং বদ বিপ্রদক্ষিণাম্।
তদা হরিং প্রাহ বিধিঃ প্রভো মে
দেহি ত্বদঙ্ঘ্র্যোর্নিজভক্তিদক্ষিণাম্ ॥৩৭॥
তথাস্তু বাক্যং বদতো বিধির্হরেঃ
শ্রীরাধিকায়াশ্চ পদদ্বয়ং শুভম্।
নত্বা করাভ্যাং শিরসা পুনঃ পুন—
র্জগাম গেহং প্রণতঃ প্রহর্ষিতঃ ॥৩৮॥

---

হন্না থিনবা য়েবগী ৱাংলবা হৌরবা থোঙ্গেলনা পৃথ্বি অসি জয় মঙ্গলগী মশক ওইনা নিনখি ।।৩৬।।

মতমতুদা শ্রীহরিনা ব্রহ্মাদা তশেংনা হায়খি, হে বিধি ব্রহ্মা, ব্রাহ্মণগী মতিক ওকপা অপাম্বা দক্ষিণা অতু ঐঙোন্দা হায়রো অসুন্না তাকপিরবদা ব্রহ্মানা হে প্রভো ননাই ব্রহ্মাগীদমক্তি ইবুঙো নংগী চরণ (নখোং) থম্বাল অনিদা ইশাগী ভক্তিনা লেংদনা লৈজবা ঙম্বতুতং দক্ষিণা ওইনা পীনবীয়ু ।।৩৭।।

শ্রীকৃষ্ণনা মতুমক ওইরসু অসুন্না তাকপিরবদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং রাধিকাগী য়াইফ-মঙ্গলগী মশক ওইবা চরণ থম্বাল অনিবু খুৎনা শোকচুনা, কোক নোন্দুনা হন্না হন্না খুরুমগা পুকনিং থমোই পেনবগা লোয়ননা হরাওনা ব্রহ্মা মাগী লৈফম তান্না চৎখি ।।৩৮।।

অথোইবা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন নোকচুনা উরী বারীনা কোয়শিন্নবা নিকুঞ্জ কৌবা সঙ্গাইনুংদা, চান্নথোইরবী রাধানা কচবা লুরবা পুক্কিং হুনা হরাওবা, শায়তুনা, চুপ্তুনা, লেক্কুনা, থক্কুনা, চানবা, মখল মরিগী অম-

ততো নিকুঞ্জেষু চতুর্বিধান্নং
দিব্যং মনোজ্ঞং প্রিয়য়া প্রদত্তম্‌।
অশ্নন্‌ স কৃষ্ণঃ প্রহসন্‌ পরাত্মা
কৃষ্ণেন দত্তং ক্রমুকঞ্চ রাধা ॥৩৯॥
ততঃ করেণাপি করং প্রিয়ায়া
হরির্গৃহীত্বা প্রচচার কুঞ্জে।
জগাম জলপন্মধুরং প্রপশ্যন্‌
বৃন্দাবনং শ্রীযমুনাজলান্তে ॥৪০॥
শ্রীমল্লতাকুঞ্জনিকুঞ্জমধ্যে
নিলীয়মানং প্রহসন্তমেব।
বিলোক্য শাখান্তরিতঞ্চ রাধা
জগ্রাহ পীতাম্বরমাব্রজন্তী ॥৪১॥
দুদ্রাব রাধা হরিহস্তপদ্মা
ঝঙ্কারমঞ্জীরপ্রতিকুর্বতী কৌ।
নিলীয়মানা যমুনানিকুঞ্জে
পুনর্ব্রজন্তী হরিহস্তমাত্রাৎ ॥৪২॥

---

(চাক-ইনপাং) সন্দেশ (তল মিঠাই) নচিংববু হাখি, শ্রীরাধাসু শ্রীকৃষ্ণনা পীরা পাম্না খুদপ্পচিংবা হাখি ॥৩৯॥

অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎনা চান্নথোইবীগী খুৎ পায়রদুদা বনগী উবী হারী উনালক্তা কোয়চৎ চৎলি, অসুম্না বৃন্দাবনবু, যমুনাবু হৌবিবা উবী হারী খিবিকপু ষেং-ষেংদুনা নিংথিবা ফজবা হাহৈ-হাতা খিবিক ভাংল-শাম্নদুনা কোয়চৎ চৎখি ॥৪০॥

শ্রীকৃষ্ণনা শোক্ল-নোক্লদুনা নিংথিবা ফজবনা তিল্লবা লতাকুঞ্জ (উবী হারীনা কোয়শিল্লরা কুঞ্জ) গী মপাইদা, ইরেম্মগা ভেশা অমত্তনা মরক শনবা (থোইনা লাপ্পরা) মফমদা লোংখিগদবা মতৌ উরদুনা শ্রীরাধানা, ইরুঙোনা থোল্লিবা মাফিগেবু খুৎনা পায়দুনা চিংখি ॥৪১॥

যথা তমালঃ কলধৌতবল্ল্যা
ঘনো যথা চঞ্চলয়া চকাস্তি।
নীলোঽদ্রিরাজো নিকষাশ্মধন্যা
শ্রীরাধয়াদ্যস্তু তথা রমণ্যা ॥৪৩॥

শ্রীরাসরঙ্গে জনবর্জ্জিতে পরে
রেমে হরীরাসরসেন রাধয়া।
বৃন্দাবনে ভৃঙ্গময়ূরকুঞ্জ—
স্থতে চরত্যেব রতীশ্বরঃ পরঃ ॥৪৪॥

শ্রীরাধয়া কৃষ্ণহরিঃ পরাত্মা
ননর্ত্ত গোবর্দ্ধনকন্দরাসু।
মত্তালিযু প্রস্রবণৈঃ সরোভি—
বিরাজিতাসু দ্যুতিমল্লতাসু ॥৪৫॥

---

অদুগা ইবুঙোগী খুৎপু পায়রদুনা য়াংনা চেল্লিবী, পৃথিবীগী থবাক্তা ইবেম্মগী খেংনা লেংবদা, খোংদা খোল্লিবা নূপুরনা ঝন ঝন লাওবা খোঙ্গেলবু খোম্থাং য়ৈনা নিনখি, অমুক হন্না শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ থাদোক্লগা চেল্লিবী রাধানা যমুনাগী মপান্দা উরী উনালক্তা চেন্দুনা শান্নখি ॥ সনাগী উরীনা য়েত্থনা ফজরবা তমাল কৌবা উপালগুম নোংথাংলক্তা নোংনা ফজবগুম, সনা লুপা খনিনা তিনবা চীং নিংথৌ নীলাচন্না নিংথিবগুম, জগৎকি অহানবা নিপা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণসু রাধাগা লোয়নননা নিংথিনা ঙানথোইরি ॥৪৩॥

রতিগী মবুঙো কামদেবন্দগী থোইনা ফজবা, অথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা মাহোং খোইমুশিংনা ঙাংলিবা, উরী মারীনা য়োমশিল্লবা, মীনিল তাদ্রবা শান্নফম ওইবা শ্রীবৃন্দাবন্দা, রাস লিলাদা, পুকনিং হুনা থুন্নবা মহাওনা ওইবা, রাস কৌবা প্রেম লীলাগী কুম্মৈদা শ্রীরাধাগা লোয়নননা শান্নখি ॥৪৪॥

অথোইবা শ্রীহরি কৃষ্ণনা রাধাগা লোয়ননা, ময়াই কান্নবা খোইমুশিংনা ঙংনা পাইরিবা মফমদা, চীংগী চীংজুম ঈরুৎ পুখ্রিনচিংবদা,

চচার কৃষ্ণো যমুনা সমেত্য
বরং বিহারং বরকান্যুক্ত্যা।
…মলং আলয়ং
…গৃহত্বা …॥৪৬॥

রাধা হরেঃ পীতপটঞ্চ বংশীং
বেত্রং গৃহীত্বা সহসা হসন্তী।
দেহীতি বংশীং বদতো হরেশ্চ
জগাদ রাধা কমলং নু দেহি ॥৪৭॥

তস্যৈ দদৌ দেববরোঽথ পদ্মং
রাধা দদৌ পীতপটঞ্চ বংশীম্।
বেত্রঞ্চ তস্মৈ হরয়ে তয়োঃ পুন—
র্বভূব লীলা যমুনাতটেষু ॥৪৮॥

---

মঙাল মশানা তিল্লবী (ঔষধি=হিদাকশিংনা ওইবী) ফজরবী উরী রাবী শিংন তিল্লবা মকমদা, নিংথিরবা গোবর্দ্ধন বৌবা চীংগী নাপোমশিংদা জগোয় শাখি ॥৪৫॥

শ্রীকৃষ্ণনা যমুনাগী ঈশিংদা কুমথরত্না শ্রীরাধাগা লোযননা থোই দোকপা মশান্ন ওইবা জলক্রিড়াবু (খিক্কনা, চায়তুনা, তান্নতুনা, ফানতুনা মশান্ন কয়াদা শান্নখি, রাধাগী খুত্তা পায়বা মনা লিশিং পানবা থম্বাল যমুনাগী ঈশিংদা লংথোকখি, ইবুঙোনা থুনা য়াংনা খুল্লতুনা হঙ্গৎ হন্দ চৎখি ॥৪৬॥

মতু উবদা ইবেম্মনা নোক্লতুনা ইবুঙোগী সনাফিগে বাশি অর্মা গঞ্জেনচৈ লৌশিনথ্রবদা ইবুঙোনা হে রাধে ঐগী বাশিনচিংবতু পীর হায়খি, মতু তাবদা, ইবেম্মনসু ঐগী খুত্তগী তাখিবা থম্বালতু ঐঙো পীবীয়ু হায়খি ॥৪৭॥

অস্থা লাই অথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী "লীলাকমল" কৌবা ম লিশিং পানবা থম্বালতু পীরবদা ইবেম্মনসু ইবুঙোগী সনাফিগে বা

ততশ্চ ভাণ্ডীরবনে প্রিয়ায়া—
শ্চকার শৃঙ্গারমলং মনোজ্ঞম
পত্রাবলী পাবককজ্জলাদ্যৈঃ
পুষ্পৈঃ সুরত্নৈর্ব্রজগোপরত্নঃ ॥৪৯॥

হরেশ্চ শৃঙ্গারমলং প্রকর্ত্তুঃ
সমুদ্যতা তত্র যদা হি রাধা।
তদৈব কৃষ্ণস্তু বভূব বালো
বিহায় কৈশোরবপুঃ স্বয়ং হি ॥৫০॥

নন্দেন দত্তং শিশুমেব যাদৃশং
ভূমৌ লুণ্ঠন্তং প্ররুদন্তমাভয়াৎ।
হরিং বিলোক্যাশুরুরোদ রাধিকা
তনোষি মায়াং নু কথং হরে ময়ি ॥৫১॥

---

শঙ্খেনচৈনচিংবা পীখি, অসুম্না যমুনাগী মপান্দা অমুকহন্না ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা লীলা কয়া শান্নখি ॥৪৮॥

অদুগী তুংদা ভাণ্ডীর বন্দা পুকনিং হুরবা শৃঙ্গারগী (অকে-অমৌগী) পোৎ-চৈ, হকচাংদা মাইথোংদা লৈতেংনবা, মিত্তা থানবা কজ্জলনচিংবা মখল মখলগী লৈখিবীক, নিংথিবা মণি মুক্তা রত্নশিংনা থোইদোক্না পুক্নিং হুনা ফজবা লৈতে বু তৌখি ॥৪৯॥

অসুম্না লৈতেং তৌরবা মফমদুদা শ্রীরাধানা অমদি শ্রীকৃষ্ণগীসু ওইবা মখল মখলগী শৃঙ্গার (অকে-অমৌগী লীলা) মখল মখল তৌনবগী থৌবাং তৌবক্লবদা, শ্রীকৃষ্ণদি পাখংমচাগী হকচাং (কৈশোর বয়স) অদু থাদোক্লগা হান্নগী অঙাং মচা ওইবগী মওং মতৌদু লৌখরে ॥৫০॥

নন্দ মহারাজনা ঙসাই পীরকপা অঙাংগী মশক অদুমক ওইদুনা য়াম্না কিবগী মওংদা, লৈবাক্তা ওন-থোইনা কপ্লবা শ্রীকৃষ্ণবু উবা খুদক অদুদা রাধানা কপ্ল-কপ্লদুনা হায়খি, হে ননাইগী অরাববু মাংহনবীবা ইবুঙো ননাই ঐঙোন্দা করম্না মায়া তৌবিরীবনো ॥৫১॥

ইত্থং রুদন্তীং সহসা বিষণ্ণা—
মাকাশবাগাহ তদৈব রাধাম্‌।
শোকং নু রাধে ইহ মা কুরু ত্বং
মনোরথস্তে ভবিতা হি পশ্চাৎ ॥৫২॥
শ্রুত্বাথ রাধা হি হরিং গৃহিত্বা
গতাশু গেহে ব্রজরাজপত্ন্যাঃ।
দত্বা চ বালং কিল নন্দপত্ন্যা
উবাচ দত্তং পথি তে চ ভদ্রা ॥৫৩॥
উবাচ রাধাং নৃপ নন্দগেহিনী
ধন্যাসি রাধে বৃষভানুকন্যকে।
ত্বয়া শিশুর্মে পরিরক্ষিতো ভয়া—
ন্মেঘাবৃতে ব্যোম্নি ভয়াতুরো বনে ॥৫৪॥

---

অসুম্না কপ্পবা, মাইথা, লাংশিন্না ৱাববী বাধাদা আকাশবাণী (নোংথক্কী খোঙ্গোন্‌না লাওবকই) তৌবকই, হে বাধা কৌবী ইবেম্মা, ওইবিবা মওং অসিদা নহাক্না পুকনিং থবাই ৱাবীরুগনু ইবেম্মগী পুকনিংদা নিংলিবদো মতুংদা শোযদনা থুংলগনি ।।৫২।।

নোংথক্কী ৱাসি তাবত্না রাধানা অঙাংগী মতৌ ওইবা হবিবু পুবগা নন্দ নিংথৌগী লোয়নবা যশোদানী যুম তাল্লে। থুনা যাংনা চৎনা যশোদা-দা অঙাং পীবগা হায়খি, ইবেম্মগী নপুরোইবা নিংথৌনা অঙাংসি খবা থিনবীরমউ হায়না লম্বীদা পীবম্বনা পুবকপনি হায়খি ।।৫৩।।

যশোদা রাণীনা রাধাদা হায়খি, হে বৃষভানু নিংথৌগী মচানুপী হে লাইবকফবী রাধে, নোংনা অত্তিয়া শিন্থংনা কুপখ্রবদা বম্মস্তু অকিবা ফংলবদা ঐগী ইচা অসিবু নংনা নিংথিনা ঙাক শেন্দুনা পুবীবকলিবনিদো ।।৫৪।।

অতুগুম্বী বৃষভানুগী মচানুপী, ঈশ্বরাৎ পূজা তৌবদা মতীক চাবী, ইকাই খুম্নবগী মশক ওইরবী, নিংথিজবা মগুম্না থাগৎনিঙাই ওইবী,

সম্পূজিতা সদ্‌গুণয়াম্বিতা সা
সংনন্দিতা সা বৃষভানুপুত্রী।
যদা হ্যনুজ্ঞাপ্য যশোমতীং সা
শনৈঃ স্বগেহং নিজগাম রাধা ॥৫৫॥
ইত্থং হরেশ্চ গুরুকথা চ বর্নিতা
রাধাবিবাহস্য সুমঙ্গলাবৃতা
শ্রুতা চ যৈর্ব্বা পঠীতা চ পঠিতা
ত্যন্‌ পাপবৃন্দা ন কদা স্পৃশন্তি ॥৫৬॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে শ্রীনারদ বহুলাশ্ব সংবাদে
শ্রীরাধিকা বিবাহ বর্ননং নাম ষোড়শোঽধ্যায়ঃ ॥

---

চংখোন্না নুঙাই য়াইফবা পীবি রাধানা যশোদাদগী ঐ চক্করগৈ হায়বগী য়াথং লৌরগা তপ্পা তপ্পা ময়ুম মাইকৈ তন্না চংখি ।।৫৫।।

অসিগুম্বা শ্রীহরিগী ওইবা ৱারী, অমদি য়াইফ-মঙ্গলগী মশক ওইবী রাধাগী লুহোংবগী ৱারী অসি ঐনা হায়রবসিনি, মসিবু পাঠ (থীজবা) তৌজবা, তাজবা, অমদি তাহল্লিবা পুন্নমকতা পাপকি মপৈনা শোকপা ঙমদে চংদে ।।৫৬।।

মতাং অসিদা শ্রীগর্গ মুণিগী ৱারীদা গোলোখণ্ডগী মন্নুংদা, নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা শ্রীরাধাগী লুহোংববু হায়বা তরাতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ।

* * *

# সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

অথ বালৌ কৃষ্ণরামৌ গৌরশ্যামৌ মনোহরৌ ।
লীলয়া চক্রতুরলং সুন্দরং নন্দমন্দিরম ॥১॥
রিঙ্গমাণৌ চ জানুভ্যাং পাণিভ্যাং সহ মৈথিল ।
ব্রজতাল্পেন কালেন ক্রবন্তৌ মধুরং ব্রজে ॥২॥
যশোদয়া চ রোহিণ্যা লালিতৌ পোষিতৌ শিশু ।
কদা বিনির্গতাবঙ্কাৎ কচিদঙ্কং সমাস্থিতৌ ॥৩॥
মঞ্জীরকিঙ্কিণীরাবং কুর্ব্বন্তৌ তাবিতস্ততঃ ।
ত্রিলোকীং মোহয়ন্তৌ দ্বৌ মায়াবালকবিগ্রহৌ ॥৪॥

---

শ্রীনারদনা হায়খি — পুকনিং হুনা ফজববা অঙৌবা মচু অমদি শংবানবা মচুগী অঙাং ওইবা রাম কৃষ্ণ অনিনা, ফজববা নন্দগী সঙ্গায়দা লৈদুনা থোইদোক্লা ফজববা লীলা (কুম্মৈগী মশক) ওইববু তৌখি ॥১॥

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, খুকউ অনিগা খুৎ অনিগা লোয়ননা শন শানা শানা কোযচৎ চত্তনা ব্রজধামদা অঙাং ওইবগী মতৌনা মতম খবদং অঙাং ওইবগী মুংশিববা শেংফাত্তবা ৱাঙাং শাঙাংদা লোন থোল্লকপগী মতৌ উৎলহৈনা ঙাংখি ।।২।।

যশোদা অমসুং বোহিণী অনিনা লুনা চান্না যোকলিবা অঙাং অনিনা করিগুম্বা মমাশিংগী তম্পাক্তগী কুমথহুনা করিগুম্বদনা মমাশিংগী তম্পাক্তা কাখত্তনা শান্নখি ।।৩।।

খ্বাংদা শিরিবা কিঙ্কিণীগী মখোল অমদি খোং অনিদা শিরিবা নূপুরগী মখোনগা লোযননা কোয়না কোযনা চত্তনা অঙাং অনিগী মতৌ মওংনা ময়োল অহুম ঙকহনবা শুমহৎপা হায়বহু ওইখি ।।৪।।

ক্রীড়ন্তমাদায় শিশুং যশোদা—
জিরে লুঠন্তং ব্রজবালকৈশ্চ।
তদ্ধূলিলেপাদ্ধূসরাঙ্গং
চক্রে হ্যলং প্রোক্ষণমাদরেণ ॥৫॥
জানুদ্বয়াভ্যাঞ্চ সমং করাভ্যাং
পুনর্ব্রজন প্রাঙ্গণমেত্য কৃষ্ণ।
মাত্রঙ্কদেশে পুনরাব্রজনং সন
বভৌ ব্রজে কেসরিবাললীলঃ ॥৬॥
তং সর্ব্বতো হৈমনচিত্রযুক্তং
পীতাম্বরং কঞ্চুকমাদধানম।
স্ফুরৎপ্রভং রত্নময়ঞ্চ মৌলিং
দৃষ্ট্বা সুতং প্রাপ মুদং যশোদা ॥৭॥
বালং মুকুন্দমতিসুন্দরবালকেলিং
দৃষ্ট্বা পরং মুদমবাপুরতীব গোপ্য।
শ্রীনন্দরাজব্রজমেত্য গৃহং বিহায়
সর্ব্বাস্ত বিস্মিতগৃহা সুখবিগ্রহাস্তা ॥৮॥

---

ব্রজগী অঙাংশিংগা লোয়ননা মাঙ্গোলদা ওন্না থোইনা শান্নরিবা অঙাংনা মশা পুন্নমক উযুল রাইযুলনা তৈরবা হকচাং ওইখি, ইবাও বাওখি, অদুগুম্বা মচাবু যশোদানা লৌখৎলগা লুনা-চান্না তৌদুনা ঈশিংনা চামথোকপিখি ॥৫॥

শ্রীকৃষ্ণনা খুকউ অনিগা খুৎ অনিগনা শন শ্নানা শানা কোয়চৎ চত্তুনা শান্নরুবগা অমুক হঞ্জিল্লক্লুনা, মমা যশোদাগী তম্পাক্তা কাখত্তুনা নোংশা মচানা শান্নবা কুম্মৈগুম্না ব্রজ বৃন্দাবন্দা ঙানখি ॥৬॥

হকচাংদা সনাগী লৈতেং মখল মখলনা থোল্লবা সন্যাফিগে নাপু মানবা অমদি হকচাং কন্নবা ফুরিৎ, ফুইনা ঙাল্লবা মণি রত্ন থাম্বা লুক্লুপ, উপ্নবা মচাবু উবগা যশোদানা মপুক্কিংদা হবাও-তয়াম্বা পোকচখি ॥৭॥

অঙাংগী মশান্নবু পান্নবা, শান্নবদা পুক্কিং চংলবা থোইদোক্ত, ফুজবা

শ্রীনন্দরাজগৃহকৃত্রিমসিংহরূপং
দৃষ্ট্বা ব্রজন্ প্রতিরুরাব স ভীরুবদ্ যঃ।
নীত্বা চ তং নিজসুতং গৃহমাব্রজন্তীং
গোপ্যো ব্রজে সস্মিতা হ্যবদন্ যশোদাম্ ॥৯॥

শ্রীগোপ্য ঊচুঃ—

ক্রীড়ার্থং চপলং হ্যেনং মা বহিষ্কারয়াঙ্গনাৎ।
বালকেলিং দুগ্ধমুখং কাকপক্ষধরং শুভে ॥১০॥
উদ্ধ্বদন্তদ্বয়ং জাতং পূর্ব্বং মাতুলদোষদম।
অস্যাপি মাতুলো নাস্তি তে সুতস্য যশোমতি ॥১১॥
তস্মাদ্দানন্তু কর্ত্তব্যং বিঘ্নানাং নাশহেতবে।
গোবিপ্রসুরসাধুনাং ছন্দসাং পূজনং তথা ॥১২॥

---

অঙা, ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু গোপীশিংনা উবগা থোইদাক্কা নুঙাইজখি, অদুগুম্বী গোপীশিংত্তুনা ময়ুম থাদোক্তুনা নন্দ নিংথৌগী সঙায়দা লাক্লগা ময়ুমগী নুঙাইববু কাওনখিবনি ॥৮॥

হে হুহলাগ্ব নিংথৌ, নন্দ নিংথৌগী য়ুমদা অশাবা নোংশা লৈববু উরগা চৎনা চৎনা শ্রীকৃষ্ণনা কিরবা মতৌগুম লাওখি, ব্রজগোপীশিংনসু ইমুং তম্না চংলক্লিবা অঙাংবু মচামক্কী মতৌগুম খন্দুনা লৌখৎলগা নিঙাইদবা মতৌগুমই হায়না যশোদাদা হায়খি ॥৯॥

গোপীশিংনা হায় — শান্নবগীদমক লাংতক্নরবা, (শান্নবা পামজবা) অঙাং অসিবু মাঙোন্দগী হেন্দোক্তুনা মপাল থোকহনগনু থাদোকনু, হে মঙ্গলগী মশক ওইবী যশোমতী, অঙাংশি শান্নবদা মমাই ওনশিল্লিবা, অমৃত মনম কোব্ত্রিবা, মবোন শুনা থোক্ত্রিবনিদো অঙাংসে ॥১০॥

অঙাংনা ভহানবদা য়াথক্কি ময়া অনিনা হাক্না হৌরবদি অঙাংগী মমাগা পোকমিন্নবা মামগী দোষ ওইগনি, (মামদা দোষ ফংগল্লি) অদুবু নংগী নচা অঙাংসিগী মামদি লৈজদেদো ॥১১॥

মরম অসিদগী য়ৈথাই থিঙ্গাইবশিংসি কোক্নবা দান ধর্ম্ম তৌগদবনি,

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

তদা যশোদারোহিণ্যৌ সুতকল্যাণহেতবে ।
বস্ত্ররত্নধান্যানাং দানং নিত্যঞ্চ চক্রতুঃ ॥১৩॥
অথ ব্রজে রামকৃষ্ণৌ বালসিংহাবলোকনৌ ।
পদ্ভ্যাং চলন্তৌ ঘোষেষু বর্দ্ধমানৌ বভূবতুঃ ॥১৪॥
শ্রীদামসুবলাদ্যৈশ্চ বয়স্যৈর্ব্রজবালকৈঃ ।
যমুনাসিকতে শুভ্রে লুঠন্তৌ সঞ্চকুন্দতুঃ ॥১৫॥
কালিন্দ্যুপবনে শ্যামৈস্তমালৈঃ সঙ্কটেবৃতে ।
কদম্বকুঞ্জশোভাঢ্যে চেরতুর্ রামকেশবৌ ॥১৬॥
জনয়ন্‌ গোপ গোপীনামানন্দং বাললীলয়া ।
বভ্রাংস্যশ্চোরয়ামাস নবনীতং ঘৃতং হরিঃ ॥১৭॥

---

শন, ব্রাহ্মণ, লাই, সাধুনচিংবদা বেদনা তাক্লিবা নিয়ম কায়দনা অর্চ্চা পূজা তৌগদবা ওই ॥১২॥

শ্রীনারদনা হায় ঃ— মতম অসিদা যশোদা রোহিণী অনিনা মচাগী ফনবা মঙ্গল ওইনবগীদমক ফি, মণি রত্ন চান-ধন্যবা চাক-তমচিংবা কয়া দান তৌখি ॥১৩॥

অসিগী তুংদা নোংশা মচাগুম য়েংবদা মশা খিং খিং লাউনা উরবা রাম কৃষ্ণ অনিনা ব্রজদা নোংম-নোংমগী চাওরক্লবা অমসুং গোপীশিংনা চংপা তশীব। মতেংনসু, মখোং থাংহনা চংপা ঊরকলে ॥১৪॥

মতমগী অতুদা শ্রীদাম, সুবলনচিংবা, চহি লৈঙ্গা ওইবা ব্রজগী অঙাংশিংগী লোইননা যমুনাগী ভৌরবা লংলবা লৈভোই মথক্তা হুরাও-সুভাইনা ওন-থোইহনা শান্নখি ॥১৫॥

শংবান্নবা মচু ওইবা তমাল পাম্বীশিংনা কুংনা হৌরবা, যমুনা তুরেলগী মপান্দা লৈবা উমং মর্চা মচাদা, উঙী-বারীনা য়েংশিন্নবা কদম্ব পাম্বীশিং-না মিংথিজবা বন কম্পাদা রাম কৃষ্ণ অনিনা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নখি ॥১৬॥

অঙাং ওইবা রাম কৃষ্ণ অনিগী শান্নবা ফুম্মৈদা ব্রজগোপীশিংগী

একদা হ্যপনন্দস্য পত্নী নাম্না প্রভাবতী।
শ্রীনন্দমন্দিরং প্রাপ্তা যশোদাং প্রাহ গোপিকা ॥১৮॥

প্রভাবত্যুবাচ :—

নবনীতং ঘৃতং দুগ্ধং দধি তক্রং যশোমতি।
আবয়োর্ভেদরহিতং ত্বৎপ্রসাদাচ্চ মেঽভবৎ ॥১৯॥
নাহং বদামি চানেন স্তেয়ং কুত্রাপি শিক্ষিতম্‌।
শিক্ষাং করোষি মো সুতে নবনীতমুষি স্তনং ॥২০॥
যদা ময়া কৃতা শিক্ষা তদা দুষ্টস্তবাত্মজঃ।
গালিপ্রদানং দত্ত্বায়ং দ্রবতি প্রাঙ্গণন্মম ॥২১॥
ব্রজাধীশস্য পুত্রোঽইয়ং ভূত্বা স্তেয়ং সমাচরেৎ
ন ময়া কথিতং কিঞ্চিদ, যশোদে তব গৌরবাৎ ॥২২॥

---

থোইদোক্না নুংঙাইবা পোকখি, শ্রীকৃষ্ণস্থ শঙ্গোম মাখন ঘীনচিংববু মমান্নবশিংগা লোইননা চুরানশিন্নখি ॥১৭॥

মোংমদি উপনন্দগী মুপী প্রভাবতী কৌবী গোপী অমনা শ্রীনন্দ নিংথৌগী সঙ্গায়দা লাক্লুনা যশোদা রাণীগী মফমদা হায়রখি ॥১৮॥

প্রভাবতীনা হায় :— হে যশোমতী রাণী শঙ্গোম, মাখন, ঘী, শঙ্গোম অফম্বা হায়বসি, নংগী ঐগী হায়বা অমা থোইনা খজদে, নহাক্কী থৌজান্দগী পুম্নমক অসি ঐগীদা অরাং-অপা থোইনা লৈজদে ॥১৯॥

অদুনা মশিগী মরমদা থোইনা হায়নিংঙাই লৈজদে, অদুবু ইবেম্মা নংগী নচাম্নুপাশিনা অয়ুক অঙনবদা হেক হেক শঙ্গোমচিংবা চুরাক্লিবশিবু মাবু কনাদগী তমলিবনো, মসিবু নংনা খরা-খিৎ তাকপি-তিকপীজবরা ॥২০॥

ঐনা তাক-তিক্লুনা খরা হায়রুরবস্থু তৌবা ওমদবা লৈত্রবা মহাক্না ঐবুতুম চৈ-থাংলমলগা ইমুংদগী মাঙ্গোল্লোমদা হেক্লা মচেম্বোকখি ॥২১॥

ব্রজ নিংথৌগী মচাস্রুপা অমা ওইরগা অসিগুম্বা কত্রবা চুরানবগী

শ্রীনারদ উবাচ —

শ্রুত্বা প্রভাবতীবাক্যং যশোদা নন্দগেহিনী।
বালং নির্ভৎস্য তমাহ সাম্না প্রেমপরায়ণা ॥২৩॥

শ্রীযশোদোবাচ ঃ—

গবাং কোটির্গৃহে মেঽস্তি গোরসৈরাপ্লিতাচলা।
ন জানে দধিমুড় বালং নাস্তি সোঽত্র কদাচন ॥২৪॥
অনেন মুষিতং গব্যং তৎসমং ত্বং গৃহান মে।
তে শিশৌ মে শিশৌ ভেদো নাস্তি কিঞ্চিৎ প্রভাবতী ॥২৫॥
নবনীতমুখং চৈনমত্র ত্বং হ্যানয়িষ্যসি।
তদা শিক্ষাং করিষ্যামি র্ভৎসনং বন্ধনং তথা ॥২৬॥

---

শাজৎ অসি মানা তৌই, ঐনা মাবু নংগী নমাই যেংহুনা করিগুম্বদা থজিক্রং ফাওবা হায়খিদ্রিবা বানি ॥২২॥

শ্রীনাবদনা হায — প্রভাবতীগী বা তাবদা মচা নুংশিবনা তিল্লবী নন্দগী লোযনবী যশোদানা মচা অঙাংবু চৈ-থাংলগা প্রভাবতীবু থেমজিল্লহুনা অযিংবা অতপ্পা বাহৈনা হাযখি ॥২৩॥

শ্রীযশোদানা হায — হে প্রভাবতী ঐগী য়ুমদা শনবী কোটি অমা লৈবিবনিদো, মখোইগী ঘী শঙ্গোমতনা চীংগী মশা পুম্নমক থিক চাইবদা চোৎহনবা ঙমগনি খল্লি, অদুবু ঐগী অঙাং অসিনা য়ুমদদি চাগে হাযদ্রগা মীগী শঙ্গোম মাখন হুরুই হায়বসি ঐদি খংদেদো ॥২৪॥

ঐগী অঙাং অসিনা থকখিবা চাখিবদো অসুক্কী মথৈনি হায়বা শঙ্গোম মাখন অদুগা চপ মান্নবা ঐগীসিদগী লৌবীয়ু হে প্রভাবতী ঐগী ইচা, নংগী নচা হায়বসি ঐঙোন্দদি চপ মান্নে, খোইনা খেন্নবা লৈতেদো ॥২৫॥

অঙাং অসিনা মাখন্নচিংবা চাবিঙৈ থকলিঙৈ অদুদা মাবু ফাহনা পুবীরকউ, মতমদুদা ঐনা মাবু ঙাং-শকতুনা অক-ফন্ত পুম্নমক ফাকপি ভিকপীহুনা হায়জগে, চৈ-থাংহুনা ফাজিন পুনশিন্নগে ॥২৬॥

শ্রীনারদ উবাচ :—

ক্রন্থ্যা বিধীং তদা দেবী প্রসন্না গৃহকার্যতা।
একদা দধিচৌর্য্যার্থং কৃষ্ণস্তস্যা গৃহং গতঃ ॥২৭॥
বয়স্যৈর্বালকৈঃ সার্দ্ধং পার্শ্বকুড্যে গৃহস্য চ।
হস্তাত্মজং সংগৃহীত্বা শনৈঃ কৃষ্ণো বিবেশ হ ॥২৮॥
শিক্যস্থং গোরসং দৃষ্ট্বা হস্তাগ্রাহ্যং হরিঃ স্বয়ম্।
উদূখলে পীঠকে চ যোগমন্ স্থাপ্যাক্রমেহ তম্ ॥২৯॥
তদুপরি প্রসংস্থানা তত্যং গোরসং শিক্যসংস্থিতম্।
শ্রীদামা সুবলেনাপি দণ্ডেনাপি ততাড় চ ॥৩০॥
তদ্গ্রন্থাভাৎ সর্বগবাং বহুক্রমৌ মনোহরম্।
জহাস সবলো মর্কৈর্বালকৈঃ সহ মাধবঃ ॥৩১॥

---

শ্রীনারদনা হায়খি ।— যশোদাগী বাহ্ তারগা প্রভাবতীনা য়াম্না হুরাওন্না ময়ুমদা হনখ্রে, অহুবু নোংমদি শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্গোম মাখয়চিংবা চুক্লগে হায়বগীদমক প্রভাবতীগী য়ুমদা চংলকখি ॥২৭॥

য়ুমগী নাকল ফক্লাংদা (চেকপন্দা) মমান্নবা অঙাংশিংগা লোইননা অমগা অমগা মখুং মখুং শম্নহুনা মথং মথং কাখৎলগা তপ্না তপ্না নাশোল পীক্না শিখ-নাম্বহুর্না য়ুম মনুংদা চংখি ॥২৮॥

শ্রীকৃষ্ণনা সিকাথক্তা (পোং থম্নবা চিথেক অহুম নাইবা য়াম্বহুর্না শেম্বা শগাইথক্তা) শঙ্গোম লৈববু উরহুনা খুৎনা লাম্বা ফংত্রবদা, লেপকুম্বল থাহুনা য়েংবদস্থ ফংত্রবা মতমহুদা ফান অমমুক থারবা কাওবদা ফংলক্‌হুনা গোপ মচা অমগী মথক্তা শ্রীকৃষ্ণনা কাখি ॥২৯॥

সিকানা বাংনা লৈখিবনা মতুস্থ ফংত্রহুনা শ্রীদাম অমদি শুবল অনিগী লোয়নদা শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্গেল চৈনা শঙ্গোম চফু মনিংদা খিন্দুনা ছুৎতোকখি ॥৩০॥

অদুগা শঙ্গোম চফুদগী কনরবা শঙ্গোম ময়াম্না লৈথাক্তা তারকখি (ঢেথরকখি) অহুবু বলদেবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা, মরুপশিংনা লাকাইদুনা য়োং ময়াম অমদি গোপমচা ময়াম শুয়মকনু শাজখি ॥৩১॥

তদ্ভাণ্ডমমলং জ্ঞাত্বা প্রাপ্তা গোপী প্রভাবতী ।
পলায়িতেষু বালেষু জগ্রাহ শ্রীকরং হরেঃ ॥৩২॥
নীত্বা স্ববাসং তীব্রঞ্চ গচ্ছন্তী নন্দমন্দিরম্,
অগ্রে নন্দং স্থিতং দৃষ্ট্বা মুখে বস্ত্রং চকার হ ॥৩৩॥
হরির্বিবিচিত্রস্মিতাং মাতা দত্তং প্রসাদ্যতি ।
দধার তত্ক্ষণরূপং ব্রজজনতিরীক্ষিতঃ ॥৩৪॥
সা যশোদাং সমেত্যাহ প্রাহ গোপী রুষান্বিতা ।
তাণ্ডং তদীক্ষ্যতং সর্ব্বং সুস্মিতং সখ্যানেন বৈ ॥৩৫॥
যশোদা তৎ সুতং বীক্ষ্য হসন্তী প্রাহ গোপিকাম্ ।
বস্ত্রান্তঞ্চ মুখাদ্‌গোপী দূরীকৃত্য যদাংহস. ॥৩৬॥
অপবাদো যথা মেস্তো নির্ব্বাসং কুরু মে পুরাৎ ।
যুষ্মৎপুত্রকৃত. চৌর্য্যমস্মৎপুত্রকৃতং ভবেৎ ॥৩৭॥

---

চক্নু কায়বগী মখোল তাবদা গোপ নিঙোল প্রভাবতীনা চংলকপা উবদা অঙা, পুম্নমক্না চেন্নরবদা শ্রীকৃষ্ণদি চেনবা, নংহোৎলনা প্রভাবতীনা শ্রীকৃষ্ণগী মখুৎ পায়রুনা কাখি ॥৩২॥

অকিবগী মতৌ তৌরদুনা মমিত্তা মপি তাশিন্নরবা কৃষ্ণবু পুদুনা নন্দগী সঙ্গায় তান্না লাক্লিবী প্রভাবতীনা নন্দ নিংথৌনা মাংদা লৈবদু উবদুনা মমাইদা খুম্লিবা মাইখুম ফিবু খবদং চিংখৎখি ॥৩৩॥

মনিংতম্বা তৌনিংবতা তৌবা, হরি কৃষ্ণনা মমা যশোদাগী চৈরাক কংলগনি খল্লুদুনা, মাবু কাদুনা পুবক্লিবী প্রভাবতীগী মচান্নুপাগী মশক ওইখরে ॥৩৪॥

অশাওবগা লোয়নরবী প্রভাবতীনা যশোদাগী মনাক্তা থুনা চংলকুনা হায়খি, নচা অসিনা শঙ্গোম চক্নু থুগায়দুনা অয়াম্বা শঙ্গোম অকম্বনচিংবা পুম্নমকপু হুরানবমল্লি ॥৩৫॥

প্রভাবতীনা কাহনা পুরক্লিবা মরম্নাই মচাবু উরগা যশোদানা নোক্লদুনা প্রভাবতীম্বী মমাইগী মাইখুম ফিবু নীংখিনা হায়দোকপিরম্না তৌখিবা মরালম্নিংহু শেংনা শেংনা হায়রো হায়খি ॥৩৬॥

অন্তর্হিতে [illegible] সুখসঙ্গমঃ ।
[illegible] নিরূপ্য [illegible] শ্রীকৃষ্ণ [illegible] ॥৩৮॥
নিষ্পন্দ [illegible] কৃষ্ণঃ [illegible] [illegible] সে [illegible] ।
[illegible] কুং শীঘ্রং নির্জ্জন [illegible] ॥৩৯॥
যশোদা [illegible] নন্দো [illegible] গোপাঃ [illegible] ।
জহসুঃ [illegible] [illegible] [illegible] ॥৪০॥
[illegible] [illegible] [illegible] শ্রী[illegible] ।
[illegible] [illegible] প্রাহ [illegible] ॥৪১॥

শ্রীভগবানুবাচ ঃ—

[illegible] [illegible] [illegible] [illegible] হি [illegible] ।
[illegible] [illegible] তদা ভবিষ্যসি ন সংশয়ঃ ॥৪২॥

---

হে প্রভাবতী মুঙ্গা য়েংলগা থরক তোরা, অমদি মীচোন্দা হায়বা চুঙ্গনি, মহাক্কী নচাদা থবাক্লগা 'ঐগী ইচাদা হবানবা পিবিবিবা, ঐগী ইচানবু ওইরগবদি কোনুং অসিদগী তানথোকচো ।।৩৭।।

মাতু তাবদা ঙক্লবী প্রভাবতীনা মাইখুমফিবু নিংথিনা হায়দোক্লগা যেংবদা মশামক্কা পোকচবা মচা ওইরগবদা মীওইবগী ইকাই-হঙ্গয়বা হায়বত্থনা থিল্লত্থনা মহাক্কা হায়খি ।।৩৮।।

য়ুমদগী চথোক্তুনা লৈহৌবা নংনা কুদাইদগী মফমশিদা য়োরকলিবনো ঐগী খুত্তা লৈরম্বদি মহাক অত্থুনি, অত্থগবু হৌজিক্কি নং ওইরগে অগ্নমু হায়ত্থনা মচাবু পুরত্থনা নন্দগী সঙ্গায়দগী হনখি ।।৩৯।।

যশোদানে, নন্দনে, বলরামনে, ব্রজগোপ গোপী খিবিকনে পুম্নমক অসিনা মহৈ মহৈ নোক্লত্থনা হায়ন-ঙাংনখি, ওহ্নোকপনি [illegible] চুমদবা অচৌবা মাথোকপু উহল্লেদা ।।৪০।।

তৌবা ঙমদবা লৈত্রবা হকচাং ওইবা, তথক [illegible] [illegible] ওইবা [illegible] মচা ওইবা, ভগবান কৃষ্ণদি, প্রভাবতীনা [illegible] [illegible] হায়া লৌরবা শাহনা নোক্লা নোক্লা প্রভাবতীদা হায়খি ।।৪১।।

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

শ্রুত্বা সা বিস্মিতা [illegible] [illegible] গেহেৎথ মৈথিল।
তদা সর্ব্বগেহে গোপ্যো ন পূহন্তি হরিং প্রিয়া ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমদগর্গসংহিতায়াং গোলোক খণ্ডে নারদ [illegible]
শ্রীকৃষ্ণবালচরিত্রে [illegible] নাম [illegible]অধ্যায় ।

---

শ্রীভগবান্না হায — হে প্রভাবতী কৌবা, অমুক হন্না কারণুম্বদা নংনা ঐবু ফারবদি (ফাজবা ফ জুরবদি) মতমতুম [illegible] ঐনা নংগী নপুরোই-বগী মশকপু শোযদনা ওইগনি, অসিদা [illegible] ॥৩২॥

শ্রীনাবদনা হায .— [illegible] [illegible] [illegible] শ্রী[illegible] বা অসি তাববদা অঙকথন্না ত্রিলবী প্রভাবতীনা [illegible] [illegible]মদনা ময়ুমদা হনখি, মতমতুদগী হৌনা গোপীশিংগী [illegible] [illegible] [illegible]গুবী গোপী অমত্তনা ইকাযবগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণবু ফাখিত্রে, মরাল ওইনা [illegible] ॥৩৩॥

মতাং অসিদা শ্রীগর্গমুনিগী ব্রাবীদা গোলোকখণ্ডগী শরুক্তা, নাবদ ঘহুলাশ্ব অনিম্না ভাংনবা শ্রীকৃষ্ণগী অঙাং ওইবগী লীচত্তা শঙ্গোম হুরানবা কৌবা তবাতরেৎগুবা অধ্যায় লোইরে।

* * *

# অষ্টাদশোঽধ্যায়

শ্রীনারদ উবাচ ।—

গোপীমুখেষু বিচরন্নবনীত চৌরঃ
শ্যামো মনোহরবপুর্নবকঞ্জনেত্রঃ ।
শ্রীবালচন্দ্র ইব বৃদ্ধিগতো নরাণাং
চিত্তং হরন্নিব চকার ব্রজে চ শোভাম্ ॥১॥

শ্রীনন্দনন্দনমতীব চলং গৃহীত্বা
স্নেহং নিধায় মুমুহুর্নবনন্দগোপাঃ
সংকল্পুকৈশ্চ সততং পরিপালয়ন্তে
গায়ন্ত ঊর্জ্জিতসুধা ন জগৎ স্মরন্তঃ ॥২॥

বজ্রোবাচ —

নন্দনন্দননামানি বদ দেবর্ষে মম ।
অহোভাগ্যন্তু যেষাং বৈ তে পুণ্যং কে ইহাগতা
তথা ষট্ বৃষভানূনাং কর্ম্মাণি মঙ্গলানি চ ॥৩॥

---

শ্রীনারদনা হায় —  পুকনিং চুরবা হকচাং ওইবা, অনৌব থম্বালনা তমজনবা মিংৎকম্ ওইবা, শংবানবা কুচু ওইবা শ্রীকৃষ্ণন গোপীশিংগী য়ুম খুদিং চংহুনা শঙ্গোম মাখন্নচিংবা চুরবা শ্রীকৃষ্ণসে পানখৎলকপা থানা নোংমা নোংমগী চাওখৎলকপগুম চাওখৎলকখি অমসুং ব্রজধাম পুন্নমক্কী পুকনিং চুনবা মশক ওইখি ।।১।।

গোপ জাত্তা পোকপা নন্দ মাপন্না মশা খিংলবা নন্দগী মচ কৃষ্ণবু পন্নহুনা মা মাগী মমুমদা পুরহুনা মপুকনিং মুংঙাইখি, মখো পুন্নমক্তা ঙাক শেন্দুনা মখোই পুন্নমক্কী থিবুল হাবীগী থিবুলগী মতোওগুম অমনা অমুক অমনা অমুক তৌহুনা ঈশৈ শকুনা তাইবংপানগী মুঙাইববু কোংদোকখি ।।২।।

নিকুঞ্জে কোটিশো গাবস্তাসাং পালনতৎপরাঃ ৷
বংশীমন্ত্রজপন্ত্যস্তা উপনন্দ চ তে স্মৃতাঃ ॥৯॥
নিকুঞ্জদুর্গরক্ষায়াং দণ্ডপাশধরাঃ স্থিতাঃ ।
ষট্ বৃষভানবঃ কথিতা বৃষভানবঃ ॥১০॥
শ্রীকৃষ্ণস্যেচ্ছয়া সর্ব্বে গোলোকাদাগতা ভুবি ।
তেষাং প্রভাবং বক্তুং হি ন সমর্থশ্চতুর্মুখঃ ॥১১॥
অহং কিঞ্চিদ্ বদিষ্যামি তেষাং ভাগ্যং মহোদয়ম্
তেষাম্মারোহমাগত্য বালকেলিমবভৌ হরিঃ ॥১২॥
একদা যমুনাতীরে মৃৎ বৃকেলাবলীভিতা ।
যশোদাং বালকাঃ প্রাহুরত্তি বালো মৃদং তব ॥১৩॥

---

নিকুঞ্জগী কক্তবা বন্দা শন কোটি লৈরিবশিংহু মখোয়না ঙাক-শেনবগী থবক তৌবা, মখুক্তা বাশী পায়বা থাহো, মতু থেংপা মখোয় মাপন অদো উপনন্দ অসিনি অস্তুয়া শংনৱে ॥৯॥

নিকুঞ্জবনগী চেকপন লানবন ঙাকুবগীদমক অমহুং লৈরিবা নিকুঞ্জ মন্দিরগী থো, তরুক অহুদা মখুক্তা দণ্ড-পাস (চৈ অমদি থৌরী) গী মশক ওইবা খুৎলাই পায়হুনা লৈবা মখোয় তরুক অহু বৃষভানু তরুক অসিনি ॥১০॥

হায়রিবা মখোয় পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাগী (অনিংবগী মতুং ইন্না) মখোয় পুম্নমক্না পৃথিবী অসিদা লাক্লুনা পোক্লরিবনি, মখোয়গী মতীক মগুণবু মমাই মরিপানবা ব্রহ্মামক্না শীংথাবদা লোইবা ঙমদ্রিবনি ॥১১॥

মখোইশিং অসিগী অখোইবা মরাইবকফবা, মরাইবক থম্বাল শাংপা হায়বসিদগী, হল্লবা মখোইগী মচা ওইনা অঙাংগী মশক লৌরিবা শ্রীকৃষ্ণনা মখোইগী ভম্পাক্তা কাহুনা শান্নবীরিবা মখোইগী মরাইবক ফবহুবু ঐনা কয়াম শীংথাগনি ॥১২॥

নোংমদি ব্রজগী অঙাংশিংগা লোয়মনা শ্রীকৃষ্ণনা লৈবাক চাবা

বলভদ্রে চ বদতি তদা সা নন্দগোহিণী।
করে গৃহীত্বা মধুতং শ্রীকৃষ্ণেমনুবাচ হ ॥১৩॥

শ্রীযশোদোবাচ —

কস্মান্মৃদং ভক্ষিতবান্ মহাজ্ঞ
ভবান্ বয়স্যাশ্চ বদন্তি সাক্ষাৎ।
জ্যায়ান্ বলোঽয়ং বদতি প্রসিদ্ধং
স্মা এবমর্থং ন জহাতি নেষ্টম্ ॥১৫॥

শ্রীভগবানুবাচ ঃ—

সর্ব্বে মৃষাবাদরতা ব্রজার্ভকা
মাতর্ময়া ক্বাপি নমৃৎপ্রভক্ষিতা।
যদা সমীচীনমনেন বাক্ পথ-
স্তদা মুখং পশ্য মদীয়মঞ্জসা ॥১৬॥

---

উবগা অঙাংশিংতুনা মমা যশোদাদা৹ ইমা নহাক্কী নচাসে লৈবাক য়াম্না চাববনি হাযখি ॥১৩॥

অঙাংশিংগী মরাদগী যশোদানা মযাম্বা বলদেবদস্থ হংবদা বলদেবনস্থ চায হাযববদা মমাবু কিবদগী মমিৎ মনা তথক-তথক্লবা মচাগী মথুৎ পাযরতুনা যশোদানা হায়খি ॥১৪॥

যশোদানা হায —  হে অপংবা অঙাং৹ নহাক্লা লৈবাক চায় হায়-বসি নমান্নবশিংনস্থ নগ্নাম্বা বলদেবনস্থ হায়রে৹ নংবু লম্হেনবদা নমিং চৎলবা অঙাং হায়বতু ওইবা তাবে৹ মতৌ অস্থম তৌবসি তোকত্রবদি নংগী অফবা মঙ্গল ওইগদবা লৈত্রে ॥১৫॥

শ্রীভগবান্না হায় — ইমা৹ ব্রজগী অস্থক য়াম্বা মখোই পুম্নমক অসি মীনশ্বা বা ভাংবনি৹ ঐ কৈদৌঙৈদস্থ লৈবাক চাখিদে৹ মখোইশিংশিনা হায়বা বাহু ইমানা থাজবীরগদি ঐগী ইয়া মস্থংশি মুন্না য়েংবীরুগা থংগনি ॥১৬॥

শ্রীনারদনা হায় :— মতমতুদা যশোদানা মচাগী ফজনা কাখোক্লবা

**শ্রীনারদ উবাচ :—**

অথ গোপী জৃম্ভমাণং ভগবতো মুখরং মুখম্ ।
প্রসারিতস্য দদৃশে ব্রহ্মাণ্ডং রচিতং গুণৈঃ ।।
সপ্তদ্বীপান্, সপ্তসিন্ধূন্, সখণ্ডান্, সগিরীন্, দৃঢ়ান্ ।
আব্রহ্মলোকাল্লোকাংশ্চ, বাঞ্ছিতং, সমুদ্রজৈঃ সহ ।।১৮।।
দৃষ্ট্বা নিমীলিতাক্ষী সা তুষ্টা শ্রীযমুনাতটে ।
বাৎসল্যেন স্বে হরিং শঙ্কাদিতিজ্ঞানময়ী হ্যভূৎ ।।১৯।।
তদা জহাস শ্রীকৃষ্ণো মোহয়ন্নিব মায়য়া ।
যশোদা বৈভবং দৃষ্টং ন জানাতি তৎস্মৃতিঃ ।।২০।।

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোকখণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে ব্রহ্মাণ্ডদর্শনং নামাষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ ।

---

ময়া (মচিন) মহুৎদা য়েংবদা সত্ব রজ, তম কৌবা গুণ অহুম্না শেম্বা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড (তাইবংপান) পুম্নমক লৈববু উখি ।।১৭।।

দ্বীপ (ঈথৎ) তরেৎ, সমুদ্র ঈরম তরেৎ, লৈহৌ চেৎনা লৈববা চীংদোল কয়া ফাংলবা চীংজাও কয়া, ব্রহ্মাগী লৈফমদগী হৌরদুনা স্বর্গ মর্ত্ত পাতাল, মরোল অহুম অমদি ব্রজধাম অহুদা যশোদানচিংবা মশামকপু য়াওনা লৈরিবহু উখি ।।১৮।।

যমুনা তুরেল মপান্দা যশোদানা মচাগী লোয়নন্না লৈরিবা মতৌহুমক যশোদা মশানা উরুরগা মমিৎ চেজ্জেৎ উইশিনখি, ঐগী ইচা অসি ভগৎবা শ্রীহরি হায়বহুমক ওইবমাল্লে খল্লবী অমসুং খংলবী ওইখি ।।১৯।।

মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণনা জগৎ গুমহৎনবগী মশক ওইবা মায়াগী মীহোক নোকখি, মতুদা যশোদাগী জগৎ পুম্নমকপু উবগা অমদি মচাবু ঈশ্বরনি খল্লবা পুম্নমক পুমকাও কাওথোরে নিংশিংবা থোকখিদ্রে ।।২০।

মহাৎ অসিদা শ্রীগর্গমুনিগী বারীদা, গোলোক খণ্ডগী মহুৎদা,

# ঊনবিংশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

একদা গোকুলে গোপ্যো মমন্থুর্দধি সর্ব্বতঃ ।
গৃহে গৃহে প্রগায়ন্ত্যো গোপালচরিতং পরম্ ॥১॥
যশোদাপি সমুত্থায় প্রাতঃ শ্রীনন্দমন্দিরে ।
ভাণ্ডে রায়ং বিনিক্ষিপ্য মমন্থ দধি সুন্দরী ॥২॥
মঞ্জীররাবং সঙ্কুর্ব্বন্ বালঃ শ্রীনন্দনন্দনঃ ।
ননর্ত্ত নবনীতার্থং রায়শব্দকুতূহলাৎ ॥৩॥

---

নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙা.নবা ভাইবংশাল পুন্নমকপু উহনবা কৌবা তবানিপালগুবা অধ্যায় লোইরে ।

* * *

## ঊনবিংশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদনা হায় ঃ— নোংমদি ব্রজগী গোকুল কৌবা মফমদা য়ুম য়ুম খুদিংদা, অসুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী লীচং শাজং অসি থা-থাহুনা ঈশৈ ওইনা শরু-শরুহুনা গোপীশিংনা শঙ্গোম মাখন চিংখি ॥১॥

নিংথিজববী যাশাদাসু অমুক ওয়া হৌবহুনা শঙ্গোম মৈনবা চফুদা নৈনবা চৈ থারহুনা শঙ্গোম মাঠা চিংখি ॥২॥

শঙ্গোম মাঠা চিংবগী মখোল তাবদা হরাওরবা নন্দগী মচা ইবুঙো অঙাং ওইবিবা কৃষ্ণনা নূপুর খোঞ্জেল থিন-থিন্দুনা হুংশিরবা মখোল থোকহন্দুনা মাখন চাবা ফংনবগীদমক হরাওনা জগোই শাখি ॥৩॥

মমা যশোদাগী অকোইবদা কোয়চং চত্তুনা জগোই শানা শানা

বালকেলিকরৌ নৃত্যন্মাতুঃ পার্শমনুভ্রমন্ ।
সুনাদিকিঙ্কিণীসঞ্চরন্নূপুরঃ কামনূপুরঃ ।।৪।।
হৈয়ঙ্গবীনং সততং নবীনং
যাচন্ স মাতুর্মধুরং ব্রুবন্ সঃ ।
আদায় হস্তেঽশ্মসুতং রুষা সুধী-
র্বিভেদ রুষো দধিমন্থ পাত্রম্ ।।৫।।
পলায়মানং স্বসুতং যশোদা
প্রধাবতী প্রাপ ন হস্তমাত্রাৎ ।
যোগীশ্বরাণামপি যো দুরাপঃ
কথং স মাতুর্গ্রহণে প্রয়াতি ।।৬।।
তথাপি ভক্তেষু চ ভক্তবশ্যতা
প্রদর্শিতা শ্রীহরিণা নৃপেন্দ্র ।
বালং গৃহীত্বা স্বসুতং যশোমতী
ববন্ধ রজ্জ্বাথ রুষা হ্যুলূখলে ।।৭।।

---

মখোল মুংশিরবা খ্বাংগোই খাংশরীকী ঝন ঝন হাযবা খোঙ্গেলবু হন্না হন্না তাহন্দুনা অঙাংগী হৌনবী মশাম কম্মৈ তৌতুনা শান্নখি ।।৪।।

অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা মমাগী মনুমদা অতৎপা লৈতনা মুংশিন্নবা বাহৈ বাক্রানা হাম্নদুনা অন্নোম্না শঙ্গোমু মাখুন নিজবুরু মমানা তাশিন্নদ্রবদা থৌওইবীবদা শাওরদুনা মথুক্তা নুং মচা অমা পায়রদুনা শঙ্গোম নৈনবা চকুহুদা থাদুনা চকুক্তু থুগাইখি ।।৫।।

মমা যশোদানা ফারবদগী মখুৎ নাম্বোক্তুনা চেনখ্রবা মচাবু কন্না তান্নহুনা চেল্লিবী যশোদাদো মচাবু ফংবা ঙমখিদ্রে, যোগী অথোইবশিং মরুমু ফংঙমদ্রবা ইবুঙো মহাক্না মমা যশোদানা ফাগে তানবদসু চেল্লিদো ।।৬।।

হে নিংথৌ অথোইবা, তানবা ফংকম থোক্তবা মানা, মনাই ভক্তশিংনা খুদুম চল্লি হায়না উৎপিরহুনা যশোদানা ফারবদা অশাওবগা

আদায় যদ যদ্বহু দাম তত্তৎ-
স্বল্পং প্রভূতং বুবুধে যশোদা।
গুণৈন বদ্ধঃ প্রকৃতে পরস্মা যঃ
কথং স বদ্ধো ভবতীহ দাম্না ॥৮॥

যদা যশোদা গতবন্ধনেচ্ছা
খিন্না নিষণ্ণা নৃপ ছিন্নমানসা।
আসীত্তদায়ং কৃপয়া স্ববন্ধে
স্বচ্ছন্দযানঃ স্বযশোঽপি কৃষ্ণঃ ॥৯॥

এবং প্রসাদো নহি বীতকর্ম্মণাং
ন জ্ঞানিনাং কর্ম্মধিয়াং কুতঃ পুন।
মাতুর্যথাভূন্নৃপ প্রস্থ ত্বমা-
নুক্তিং ব্যধাত্তক্তিমলং স মাধবঃ ॥১০॥

---

লোযননা রাবক্কে খন্দুনা মচাবু গুম্বন্দা, কয়া পুনশিন্দুনা থম্মখি ॥৭॥

যশোদানা অহুম অহুম্বা থৌরী, কয়াম্না মচাবু পুন্নবা হোৎনখি, অহুবু থৌবীশিংহুনা শয় শমহুনা পুনবদা পীক্রবা মচাপী মখাং অম্ভ অচৌবা পোৎপু অতেনবা থৌবীনা পুনবগুম থুংবা মলেখিদ্রে, প্রকৃতিদগী তোঙানবা, গুণশিংনস্থ শোকউবা ভমদবা মাবু কমদৌনা অচম্বা থৌরীনা পুনবা ভমগদগে ॥৮॥

ফনা রানা হোৎনববদস্থ যশোদানা পুনবা মখুলকত্রবদা পুনগে নিংলম্বা রাখলহু থাদোক্লুনা, হোৎনরুবগী অবাবা খাংলহুনা ফমথরবী, ফংনিংবা আশা থাদোক্লবীগী মতৌ উবদা জগৎ অসিবু মাগী খুহুমদা লৈবিবা, মনিং তম্বা কৃষ্ণনা চানবীরহুনা মমানা পুনগে নিংলম্বহু থুংহনখি (পুনহনখি) ॥৯॥

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, মতৌ অস্সুম্না মমাগী মফমদা থৌজানগী মিংয়েং য়েংবীখিবনি, তাইবংপান থাদোক্রবা জ্ঞানীশীংনা ইবুঙো মাবু হুম্না হুম্না

তদৈব গোপ্যস্তু সমাগতাস্ত্বরং
দৃষ্ট্বাথ ভগ্নং দধিমন্থভাজনম্ ।
উলূখলে বদ্ধমতীব দামভি-
র্ভীতং শিশুং বীক্ষ্য জগুর্ঘশোদরাঃ ॥১১॥

গোপ্য ঊচুঃ —

অস্মদ্‌গৃহেষু পাত্রানি ভিনত্তি সততং শিশুঃ ।
তদপ্যেনং নো বদামঃ কারুণ্যাম্নন্দগেহিনি ॥১২॥
গতব্যথে হ্যকরুণে যশোদে হে ব্রজেশ্বরি ।
যষ্ট্যা নির্ভৎসিতো বালস্ত্বয়া বদ্ধো ঘটক্ষয়াৎ ॥১৩॥

শ্রীনারদ উবাচ ঃ—

ইত্যুক্তায়াং যশোদায়াং ব্যগ্রায়াং গৃহকর্ম্মসু ।
কর্ষন্নুলূখলং কৃষ্ণো বালৈঃ শ্রীযমুনাং যযৌ ॥১৪॥

---

হোৎনরবস্থ ফংবা ঙমন্ত্রিবনি, অত্তুনদি সংসারদা লৈরিবশি নদি করম্না ফংগনি, জ্ঞাণীশিংদা মুক্তি দি পীনবী ভক্তিদি থুপচিল্লি ।।১০।।

মতম অত্তুদা ব্রজগোপীশিংনা মক্কম অত্তু তাম্না লাকখি শঙ্গোম নৈনবা চফুনা কায়রম্বা, অমদি লেপশুম্বন্দা কযামুক ওইবা থৌবীনা পুল্লিবা অঙাংবু উরগা, অঙাং মমানা কয়া থৌওইবীদবগী মৎংদা গোপী-শিংনা হায়খি ।।১১।।

গোপীশিংনা হায়খি — হে রাণী যশোমতী, অঙাংসিনা ঐখোইগী য়ুম য়ুম থুদিংদা শঙ্গোমগী পাত্র কয়া থুগাইখিবনি, অদুবু ঐখোই পুন্নমক্না অঙাংসিবু নুংশিনা লুনা চান্না ঙৌজবনা করিস্থ হায়খিদে ।।১২।।

হে ব্রজগী মবেম্মা যশোদে, থোকপ্রবা করিস্থ লৈতবা রাকমনি থনবী-প্রত্নুনা য়াম্না নুংশিহৈত্তবগী মওংদা লৈবিরীনে, চুকু কায়বা শঙ্গোম মাংবগীদমক্তদি চৈ-থাংদুনা, চৈনা-লাংনা কিহনবস্থ ময়ারম্মি অত্তুবু পুন্দুনমক থম্বীরিদো ।।১৩।।

শ্রীনারদনা হায় ।— গোপীশিংনা অসুম্না হায়রম্নবী যশোদানা য়ুমগী

করুণানিধয়ে তুভ্যং জলযন্ত্রলশীলিনে।
দামোদরায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ ॥২০॥

শ্রীনারদ উবাচঃ—

ইতি নত্বা হরিং তৌ দ্বৌ উদীচীং চ দিশং গতৌ
তদৈব হ্যাগতাঃ সর্ব্বে নন্দাদ্যা ভয়কাতরাঃ ॥২১॥
কথং বৃক্ষৌ প্রপতিতৌ বিনা বাতং ব্রজার্ভকাঃ
যদত্যাশু তদা বালা ঊচুঃ সর্ব্বে ব্রজৌকসঃ ॥২২॥

বালা ঊচুঃ—

অনেন পাতিতৌ বৃক্ষৌ তাভ্যাং দ্বৌ পুরুষৌ স্থিতৌ।
এনং নত্বা গতাবদ্য তাবুদীচ্যাং স্ফুরৎপ্রভৌ ॥২৩॥

---

ভক্তশিংদা থোঔইরুদবা হেলা তৌরুবদগী ওইখিবনি, মতুংদা অমুক ওইরশমু (তৌজররোই) ॥১৯॥

হে থৌজানগী তুংনফম ওইবা, জগৎপু মঙ্গলগী পীনবনা নহাক্কী নিংখিবা লীচৎ ওইবা, খাংদা থৌরীনা পুন্নিবা হে দামোদর কৌবা ইবুঙো, অমদি কৃষ্ণ গোবিন্দনচিংবনা নহাক্কী মিংথোল ওইবা নংবু হন্না হন্না খুরুমজৈ ॥২০॥

শ্রীনারদনা হায়খি—অসুম্না শ্রীহরিবু লৈশি লৈথোল্লগুনা খুরুমলগা লাই (গন্ধর্ব্ব) অনিহু অবাং পাংনা (গন্ধর্ব্ব লোক=ময়ুম তাম্না) চৎখি, খুদক অত্তুদা নন্দনচিংবা ব্রজবাসি পুম্নমক লোইনা মকমতু তাম্না লাকখি ॥২১॥

ব্রজবাসি পুম্নমক্না হায়না লৈরমলিবা অঙাংশিং অত্তুদা, হে ব্রজগী অঙাংশা মুংশিৎ অমত্তসু শিত্তনা করম তৌনা উ অনিসি তুখিবনো থুনা হায়য়ু হায়রবদা অঙাংশিংনা হায়খি ॥২২॥

অঙাংশিংনা হায়খি—ঐখোইগী কৃষ্ণ অসিনা উপাল অনিসি থুদেকখিবনি, উ অনিসিদগী মুপা অনি থোক্লগা কৃষ্ণবু খুরুম্লগা মঙাল্লা মপা লৈরবা মখোয় অনিহু অবাং মাইকৈয়ামদা চৎখি ॥২৩॥

শ্রীনারদ উবাচ :—

ইতি শ্রুত্বা বচস্তেষাং ন তে প্রদদ্ধিরে ততঃ।
মুমোচ নন্দঃ স্বং বালং দাম্না বদ্ধমুলূখলে ॥২৪॥
সংলালয়ন্ স্বাঙ্কদেশে সমাশ্রায় শিশুং নৃপ।
নির্ভৎস্য ভামিনীং নন্দো বিপ্রেভ্যো গোশতং দদৌ ॥২৫॥

শ্রীবহুলাশ্ব উবাচঃ —

কাবিমৌ পুরুষৌ দিব্যৌ বদ দেবর্ষিসত্তম।
কেন দোষেণ বৃক্ষত্বং প্রাপিতৌ যমলার্জ্জুনৌ ॥২৬॥

শ্রীনারদ উবাচ :

নলকুবরমণিগ্রীবৌ রাজরাজসুতৌ পরৌ।
জগ্মতুর্নন্দনবনং মন্দাকিন্যাস্তটে স্থিতৌ ॥২৭॥

---

শ্রীনারদনা হায়খি—অসুম্না হায়রিবা অঙাংশিংগী বাহু ব্রজগী মীয়াম্না থাজখিদে, অমসুং নন্দ নিংথৌনা মচাবু লেপস্থবন্দা থৌরীনা পুম্লিবহু নিংথিনা লৌথোকখি ॥২৪॥

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, নন্দ নিংথৌনা মচাবু পমথৎলগা লুনা চাম্না ভৌরহুনা, মকোক্তা মনম নম্নহুনা, মহাক্কী রাণী যশোদাবু ঙাংচৈরহুনা ব্রাহ্মন খিবিক্তা শনবী চামবু দান তৌখি ॥২৫॥

শ্রীবহুলাশ্বনা হায়—হে দেবর্ষি অথোইবা, লাই অথোইবা অনিহুবু কনা কনানো অমসুং মখোয় অনিনা করি দোষ লংজরুবদগী যমলার্জ্জুন হায়হুনা উ ফাইবোক হৌবগুম উগী মশক ফংগ্রিবনো মহু ঐঙোন্দা তাকপিয়ু ॥২৬॥

শ্রীনারদনা হায়ঃ— নিংথৌশিংগী নিংথৌ ওইবা কুবের কৌবা লাইগী মচানুপা অথোইবা নলকুবর অমদি মণিগ্রীব কৌবা লাই অনিনা গঙ্গা তুরেল মপান্দা লৈবা নন্দন কৌবা বন্দা চৎখি ॥২৭॥

মফমহুদা লাইগী জগোই শাবীশিংবু জগোই শাহন্দুনা ঈশৈ শকুনা বারুনী কৌবা ময়াই কাবা উরী মহী থকপদগী ময়াই কাখিহুনা অমসুং

শ্রীনারদ উবাচঃ—

ইত্থং দেবলশাপেন বৃক্ষত্বং প্রাপিতৌ নৃপ।
নলকুবরমণিগ্রীবৌ শ্রীকৃষ্ণেন বিমোচিতৌ ॥৩৩॥

ইতি শ্রীমদগার্গসংহিতায়াং গোলোক খণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে
যমলার্জ্জুনভঞ্জো নামৈকোনবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥

* * *

## বিংশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচঃ—

একদা কৃষ্ণচন্দ্রস্য দর্শনার্থং পরস্য চ।
দুর্ব্বাসা মুনিশার্দ্দূলো ব্রজমণ্ডলমাযযৌ ॥১॥

---

অথোইবা শংশংবা শ্রীকৃষ্ণ কৌহনা পোক্লগদবা দামোদব শ্রীহরিবু
উজবদগী নখোয অনিগী হান্নগী নশক অত্থ ফংজো ॥৩২॥

শ্রীনাবদনা হায — হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, মতৌ অস্মা দেবল
মুনিগী শাপ ফংবদগী, নলকুবব অমদি মণিগ্রীব কৌবা কুবেবগী মচা
অনিনা উপাম্বীগী মশক ৎইখিবনি, শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা ব্রাহ্মণগী শাপতগী
কোকপিখিবনি ॥৩৩॥

মতাং অসিদা শ্রীগর্গমুনিগী রাবীদা, গোলোকখণ্ডগী মনুংদা শ্রীনারদ
বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনখিবা যমলার্জ্জুন উপাল থুদেকপা কৌবা তবামা-
পলগুবা অধ্যায লোইবে।

* * *

### বিংশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনাবদনা হায .— নোংমগী নুমিত্তা দুর্ব্বাসা কৌবা অথোইবা
মুনিনা পুন্নমক্তগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র কৌবা ইবুঙোবু দর্শন (যেংজবা)
তৌজরুগে খন্দুনা ব্রজমণ্ডল তান্না লাকখি ॥১॥

কালিন্দীনিকটে পুণ্যে সৈকতে রমণস্থলে।
মহাবনসমীপে স কৃষ্ণমন্বেষণং হ ॥২॥
শ্রীমদনগোপালং লুঠন্তং বালকৈঃ সহ।
কুর্বন্তং মধুরং বাল্যকেলিং মনোহরম্ ॥৩॥
ধূলিধূসরসর্বাঙ্গং বক্রকেশং দিগম্বরম্।
ধাবন্তং বালকৈঃ সার্দ্ধং হরিং বীক্ষ্য স বিস্মিতঃ ॥৪॥

**শ্রীমুনিরুবাচ :—**

স ঈশ্বরোঽস্বয়ং ভগবান্ কথং বালৈর্লুঠন্ ভুবি।
অয়ং তু নন্দপুত্রোঽস্তি ন শ্রীকৃষ্ণঃ পরাৎপরঃ ॥৫॥

---

শেংলবা লৈঙোইগী লম ওইবা, নিংথিবা ফজবনা তিল্লবা, কালিন্দি যমুনাগী মনাক্তা, অচৌবা উমং (বন) গী মনাক্তা, শ্রীকৃষ্ণনা লৈববু দুর্ব্বাসা মুনিনা উথি ।।২।।

লেংম্মান্নবা অঙাংশিংগা লোয়ননা, পুক্রিংহুনা ফজরবা অঙাংগী মশাম্ন কুম্মে তৌরিবা, মহৈ মহৈ অমগা অমগা লাক্ল-ফ্রন্থুনা শান্নরিবা লৈঙোই মথক্তা ওন্ন-থোইনা শান্নরিবা নিংথিজরবা মদনগোপাল কৃষ্ণবু দুর্ব্বাসানা উথি ।।৩।।

মশা পুম্নমক উফুল বাইযুল তৈরবা, থোইথোইবা শম্না নিংথিজরিবা মাইকৈনা ফিজেৎ ওইবা (ফি য়াওদবা অঙাংগী মশক ওইবা) মরূপ-মপিঙ্গাশিংগা কোইচেল চেন্দুনা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণবু উরগা দুর্ব্বাসা মুনিনা ঙকখি ।।৪।।

দুর্ব্বাসা মুনিনা হায় :— অসিগুম্বা মহাক অসিনা পুম্নমকী মপু ওইবা, ঐশ্বর্য্য তরুক্তা তিনবা, পুম্নমকপী অথোইবা ঈশ্বর অহু ওইরবদি পৃথিবীসিদা অঙাংশিংগা লোয়ননা ওন-থোইনা করম তৌনা শান্নরিবনো মহাক অহু নত্তবরা, পুম্নমকী অথোইবা, নন্দগী মচা কৃষ্ণদি অসুম্না তৌরোই ।।৫।।

**শ্রীনারদ উবাচ ঃ—**

**ইত্থং মোহংগতে তত্র দুর্ব্বাসসি মহামুনৌ।**
**ক্রীড়ন্ কৃষ্ণস্তৎসমীপে তদঙ্কে হ্যাগতঃ স্বয়ম্ ॥৬॥**
**পুনর্বিনির্গতো হ্যঙ্কাদ্ বালসিংহাবলোকনঃ।**
**হসন্ কলং ব্রুবন্ কৃষ্ণঃ সম্মুখং পুনরাগতঃ ॥৭॥**
**হসতস্তস্য চ মুখে প্রবিষ্টঃ শ্বসনৈর্মুনিঃ।**
**দদর্শান্যং মহালোকং শরণ্যং জনবর্জ্জিতম্ ॥৮॥**
**অরণ্যেষু ভ্রমং স্তত্র কুতঃ প্রাপ্ত ইতি ব্রুবন্।**
**তদৈবাজগরেণাপি নিগীর্ণোঽভূন্মহামুনিঃ ॥৯॥**
**ব্রহ্মাণ্ডং তত্র দদৃশে সলোকং সবিলং পরম্।**
**ভ্রমন্ দ্বীপষু স মুনিঃ স্থিতোঽভূৎ পর্ব্বতে সিতে ॥১০॥**

---

শ্রীনারদনা হায় ঃ— অসুম্না খন্দুনা অথোইবা মুণি দুর্ব্বাসানা অঙকপগা লোয়ননা ফমলিবতুগী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নি-শান্নন। দুর্ব্বাসাগী মনাক্তা লাকুনা মাগী মতম্পাক্তা ফম্নখি ॥৬॥

দুর্ব্বাসাগী তম্পাক্তগী অমুক হৌগৎখিহ্না নোংশা মচাগী মিৎয়েংগুম যেংলহ্না কৃষ্ণনা নোক্না নোক্না মিরবা খোয়থুম্নবা বাহৈ-রাতা ওাং-শন্নহ্না অমুক দুর্ব্বাসাগী মাংদা মায়োক্লনা লেপখি ॥৭॥

নোক্না নোক্না লেপলিবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্বরগা লোয়ননা দুর্ব্বাসাহু ইবুঙোগী য়াম্নুংদা চংখরে (চিংশিনখরে) লৈরিবা মফমহুদগী অতোপ্পা মী অমত্তা লৈতবা, চংজনফমগী মশক ওইবা অচৌবা মফম অমবু দুর্ব্বাসানা উখি ॥৮॥

দুর্ব্বাসানা মফমহুদা লৈরিবা বন (উমং রামং) খিবিক্তা কোয়না চংলমই অমসুং এ্রৈনা কমদৌনা মফমসি য়ৌরকলিবনো থল্লমই, খুদক্কুদা চাওরবা লাইরেন অমনা দুর্ব্বাসাবু য়োংশিনখ্রে ॥৯॥

লাইরেনগী গর্ভদা চংগ্রগা অতোপ্পা মফম অমা অমুক য়োরে, পাতাল কৌবা লৈবাক্লচিংবা তাইবংপানবু উখি, মফমহুগী ঈথংশিংদা

**তপস্তেপে বর্ষাণাং শতকোটিং প্রভুং ভজন্ ।**
**নৈমিত্তিকাখ্যে প্রলয়ে প্রাপ্তে বিশ্বভয়ঙ্করে ॥১১॥**
**আগচ্ছন্তঃ সমুদ্রাস্তে প্লাবয়ন্তো ধরাতলম্ ।**
**বহংস্তেষু চ দুর্ব্বাসা ন প্রাপান্তং জলস্য চ ॥১২॥**
**ব্যতীতে যুগসাহস্রে মগ্নোঽন্তর্বিগতস্মৃতিঃ ।**
**পুনর্জ্জলেষু বিচরন্নণ্ডমন্যং দদর্শ হ ॥১৩॥**
**তচ্ছিদ্রে চ প্রবিষ্টোঽসৌ দিব্যাং সৃষ্টিং গতস্ততঃ ।**
**তদণ্ডমূর্দ্ধ্নি লোকেষু বিধেরায়ুঃসমং চরন্ ॥১৪॥**
**এবং ছিদ্রং তত্র বীক্ষ্য প্রাবিশ্য স হরিং স্মরন্ ।**
**বহির্বিনির্গতো হ্যণ্ডাদ্দদর্শাশু মহাজলম্ ॥১৫॥**

---

কোয়না কোয়না চংলকপনা অঙৌবা চীং অমদা অমুক য়ৌরকখি ॥১০॥

চীং অদুদা লৈদুনা দুর্ব্বাসানা চহি কোটি চামবু অকনবা লাইনিংদা তপ তৌদুনা লৈখি, অসুম্না তপ তৌরিঙৈদা নৈমিত্তিক কৌবা প্রলয়গী মতম য়ৌরক্লদুনা, তাইবংপান অদু অকিবগী মশক মওং ওইখি ॥১১॥

প্রলয় য়ৌরক্লবদা সমুদ্রগী ঈশিংনা পৃথিবীবু থুমহৎলকলে, অমসুং দুর্ব্বাসাসু ঈশিংদুদা তাওদুনা কোয়চৎ চৎখি, অদুবু ঈশিংদুগী অরোইবা ঙমখৈসু উবা ফংখিদে ॥১২॥

অসুম্না যুগ লিশিং অমগী মতম চুপ্পা ঈশিংতদা লৈরকপসিদা দুর্ব্বাসাদু নিংশিংবগী রাখল ফাওবা য়াওদনা ঈশিং মনুংদা কোয়চৎ চৎলুরবা তুংদা অতোপ্পা তাইংপান অমা অমুক দুর্ব্বাসানা উখি ॥১৩॥

উরিবা ব্রহ্মাণ্ড অদুগী অহোবা ছিদ্র অমদা চংলগা মক্তুবা খুৎশেমগী ওইবা অতোপ্পা তাইবংপান অমা অমুক য়ৌখি ব্রহ্মাণ্ড অদুগী মথক্তা (কোকথক্তা) লৈবা ব্রহ্মা অমগী লোকশিংদা লৈবা ব্রহ্মা অমগী মপুন্‌শি লোম্বগী অদুক শাংবা মতমবু কোইচৎ চত্লনা লৈখি ॥১৪॥

মফমদুদা অহোবা ছিদ্র অমা উরদুনা শ্রীহরিবু নিংশিংদুনা মফমদুদা চংখি, মফমদদুগী অমুক ঈশিংগী ঈপাক (সমুদ্র) অমবু উখি ॥১৫॥

তস্মিন্ জলে তু লক্ষ্যন্তে কোটিশো হ্যণ্ডরাশয়ঃ।
ততো মুনির্জ্জলং পশ্যন্ দদর্শ বিরজাং নদীম্ ॥১৬॥
তৎপারং প্রগতঃ সাক্ষাদ্গোলোকং প্রাবিশন্মুনিঃ।
বৃন্দাবনং গোবর্দ্ধনং যমুনাপুলিনং শুভম্ ॥১৭॥
দৃষ্ট্বা প্রসন্নঃ স মুনির্নিকুঞ্জং প্রাবিশত্তদা।
গোপগোপীগণবৃতং গবাং কোটিভিরন্বিতম্ ॥১৮॥
অসংখ্যকোটিমার্ত্তণ্ডজ্যোতিষাং মণ্ডলে ততঃ।
দিব্যে লক্ষদলে পদ্মে স্থিতং রাধাপতিং হরিম্ ॥১৯॥
পরিপূর্ণতমং সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণং পুরুষোত্তমম্।
অসংখ্য ব্রহ্মাণ্ডপতিং গোলোকং স্বং দদর্শ হ ॥২০॥

---

অদুগুম্না ঈশিং অদুদা কোটি কোটি ওইবা ব্রহ্মাণ্ড মযাম তাওত্থুনা লৈবা উখি। দুর্ব্বাসানা মদু য়েংনা য়েংনা লাকপনা মথংদা বিরজা কৌবী তুরেলবু উখি ॥১৬॥

অদুগী তুংদা বিরজা তুরেলগী ঈশিংবু লাম্থোক্লুনা চৎলগা দুর্ব্বাসা মুনিনা গোলোক কৌবা ধামদা চংশিনখি, মফমদুদা শ্রীবৃন্দাবন, গিরিরাজ, গোবর্দ্ধন কৌবা চীং, য়াইফ-মঙ্গলগী মশক ওইবী যমুনা পুলিনবু উরে ॥১৭॥

মদু উবদা দুর্ব্বাসানা য়াম্না হরাওনা নিকুঞ্জ অদুদা চংলক্লে অয়াম্বা গোপ-গোপীশিংনা লৈরিবা, শন কোটি কোটিনা লৈরিকদু উখি ॥১৮॥

অদুগী তুংদা মশীং লাকডমদবা নুমিৎ কোটিগী মঙালগী মকোয় মন্থংদা (মঙালতগী মশক ওইবা) মকুবা, মনা লক্ষ অমা পানবা থম্বালদা লেংশিল্লীবা, শ্রীরাধাগী মবুঙো শ্রীহরি কৃষ্ণনা ঙানথোইবীরি ॥১৯॥

মপুংফাবা শক্তিনা তিনবশিংদগী অথোইবা, শংশংবা মুপা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা, মশীং থীডমদবা ব্রহ্মাণ্ড পুমনমক্কী মপু ওইবা, ইবুঙো মানা গোলোক ধাম অদুদা ঙানথোইবিরীবদু দুর্ব্বাসা মুনিনা উজখি ॥২০॥

'শ্রীকৃষ্ণস্যাপি চরিতং প্রকীর্তিতমুখে মুনিঃ।
পুনর্বিনির্গতোঽপশ্যাদ্ধকং শ্রীনন্দনন্দনম্ ।।২১।।
কালিন্দীনিকটে পুণ্যে সৈকতে রমণস্থলে।
বালকৈঃ সহিতং কৃষ্ণং বিচরন্তং মহাবনে ।।২২।।
তদা মুনিশ্চ দুর্ব্বাসা জ্ঞাত্বা কৃষ্ণং পরাৎপরম্ ।
শ্রীনন্দনন্দনং নত্বা নত্বা প্রাহ কৃতাঞ্জলিঃ ।।২৩।।

শ্রীমুনিরুবাচ :—

বালং নবীনশতপত্রবিশালনেত্রম্,
বিম্বাধরং সজলমেঘরুচিং মনোজ্ঞম্ ।
মন্দস্মিতং মধুরসুন্দরমন্দযানং
শ্রীনন্দনন্দনমহং মনসা নমামি ।।২৪।।

---

মকমন্থদা শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন নোকখি, ইবুঙোগী মীনোক্তা দুর্ব্বাসাহ্ শ্রীমুখদা (য়ানুংদা) চংখরে অদুগা হান্নগুম্না অমুক থোক্লকুনা (হান্না যমুনা মপান্দা লৈবগুম্না) য়েংবদদি শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইবা নন্দগী মচানুপা ওইনা লৈববু উরে ।।২১।।

পুন্য চেনবী যমুনা মপান্দা শান্নফম ওইবা লৈঙোই সেক্তা মথক্তা ব্রজগী অঙাংশিংগা লোয়ননা নিংথিরবা অচৌবা বন (উমং বামং) দা কোইচৎ চত্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নদুনা লৈরবা উরে ।।২২।।

মতমদুদা দুর্ব্বাসা মুনিনা শ্রীকৃষ্ণসি শক্তি পুম্নমক্তা তিনবশিংদগী অথোইবা শক্তিনা তিনবনি হায়বসি খংলদুনা শ্রীনন্দগী মচা ওইবা কৃষ্ণবু হুন্না হুন্না খুরুম্জগা মখুৎ লোম্নদুনা হায়রকই ।।২৩।।

দুর্ব্বাসানা হায় :— হে অঙাংগী মশক ওইবা মিৎসনা থম্মোন লৈকাগা তমজবা, অমুনবা তয়াল ওমজবা ডিম্বাল ওইবা, ইচেৎম্বেরকপা অলৌবা লোংগী কুচুনা তমজবা, নিংশিংনা কজনা তথা চংগা পায়রাক ওইবা ব্রজগী মচা নহাকপু নুনাই দুর্ব্বাসানা হুন্না হুন্না খুরুমজরি ।।২৪।।

মঞ্জীরনূপুররণন্নবরত্নকাঞ্চী
শ্রীহারকেসরিনখপ্রতিযন্ত্রসঙ্ঘম্‌।
দৃষ্ট্যার্তিহারিমষিবিন্দুবিরাজমানং
বন্দে কলিন্দতনুজাতটবালকেলিম্‌ ॥২৫॥

পূর্ণেন্দুসুন্দরমুখোপরি কুঞ্চিতাগ্রাঃ
কেশা নবীনঘননীলনিভাঃ স্ফুরন্তঃ।
রাজন্ত আনতশিরঃ কুমুদস্য যস্য
নন্দাত্মজায় সবলায় নমো নমস্তে ॥২৬॥

শ্রীনন্দনন্দনস্তোত্রং প্রাতরুত্থায় যঃ পঠেৎ।
তন্নেত্রগোচরো যাতি সানন্দো নন্দনন্দনঃ ॥২৭॥

শ্রীনারদ উবাচঃ—

ইতি প্রণম্য শ্রীকৃষ্ণং দুর্বাসা মুনিসত্তমঃ।
তং ধ্যায়ন্‌ প্রজপন্‌ প্রাগাদ্দর্শ্যাশ্রমমুত্তমম্‌ ॥২৮॥

---

খোংজি নূপুরগী খোঞ্জেলনা মিল্লবা, মণিরত্ন থাল্লবা খ্বাংগোই থোনবা, উনা মওং মানবা, নোংশাগী খুজিল মওং শাবা নিংথিজরবা লিক পাবেং মখল কযা থোনবা, মিৎয়েংনা অৱাবা খিবিক কোকপিবা, অমুবা মচুনা বিন্দুগী মরীক মরীক ওইনা মাইথোংদা য়েক খোৎপা, নুমিংকা মচান্নপী যমুনাগী মপান্দা শান্নরিবা ইবুঙো নংবু খুরুমজরি ॥২৫॥

পূর্নিমা থানিলবু ঙমজবা মাইথোংদা থোইখোইবা শমজোই তারিবা ফুইনা হৌরকপা অনৌবা নোংগুম্বা শমজোই খিবিক্না নিংথিজরিবা থরো, খপাল অঙাংবশিংগী মতৌগুম কোক্না নোল্লক্না লুকলপ তৌনা ঙান-থোইরিবা, ময়াম্বুং বলদেবগা লোয়নরিবা শ্রীনন্দগী মচাইবুঙো নংবু হুম্না হুম্না খুরুমজে ॥২৬॥

শ্রীনন্দগী মচানুপাগী মতিক মগুণ অসিবু অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা পাঠ (খীজবা) তৌররবদি মতম পুম্নমক্তা চুংশাইদুনা নোংৱিবা নন্দগী মচানুপাগী মিৎয়েংনা য়েংবীবা উবীবা হায়বদু ওই (থোজানবী) ॥২৭॥

শ্রীগর্গ উবাচঃ—

ইত্থং দেবর্ষিবর্য্যেণ নারদেন মহাত্মনা ।
কথিতং কৃষ্ণচরিতং বহুলাশ্বায় ধীমতে ॥২৯॥
ময়া তে কথিতং ব্রহ্মন্‌. যশঃ কলিমলাপহম্‌. ।
চতুষ্পদার্থদং দিব্যং কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥৩০॥

শৌনক উবাচ ঃ—

বহুলাশ্বো মৈথিলেন্দ্রঃ কিং পপ্রচ্ছ মহামুনিম্‌.।
নারদং জ্ঞানদং শান্তং তন্মে ব্রূহি তপোধন ॥৩১॥

শ্রীগর্গ উবাচঃ—

নারদং জ্ঞানদং নত্বা মানদো মৈথিলো নৃপঃ ।
পুনঃ পপ্রচ্ছ কৃষ্ণস্য চরিতং মঙ্গলায়নম ॥৩২॥

---

শ্রীনারদনা হায় ঃ— অথোইবা মুনি দুর্ব্বাসানা অসুম্না শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজরগা, ইবুঙো মাবু নিংনা নিংনা, মাগী নাম্বু শোন্না শোন্না অথোইবা মফম বদরীকাশ্রম তান্না চৎখি ।২৮॥

শ্রীগর্গমুনিনা হায় .— মতৌ অসুম্না দেবর্ষি অথোইবা, পুকচেল চাওবা নারদ মুনিনা, বুদ্ধি জ্ঞান চংখোল্লবা বহুলাশ্ব নিংথৌগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিবা লমচৎ শাজৎনা তিল্লবা রাবীশিংবু হায়বিখি (লৌবিখি) ॥২৯॥

হে ব্রাহ্মণ শৌনক, ঐনসু নহাক্কী নফমদা কলিযুগ্গী অমোংপা অরাবা থিবিকপু কোক্লবা ওইবা, মিংচৎ পীনবা ওইবা, ধর্ম্ম, অর্থ,, কাম, মোক্ষবু পীনবীবা মক্ত্রবা হরিগী কথা (রাফম) অসিবু হায়খরে, অমুক কবি তানিংলিব'গে ॥৩০॥

শৌনকনা হায় (— মিথিলাগী নিংথৌ বহুলাশ্বনা মহামুনি নারদগী মফমদা জ্ঞান পীবিনবা, পুকনিং তপ্পবা ওইবা করি রাবু হংখিবগে, হে তপ তৌবতনা নথৌ ওইরবা মহামুনি, মতুমক ইবুঙো নহাক্কা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥৩১॥

শ্রীবহুলাশ্ব উবাচ —

শ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ সাক্ষাৎ পরমানন্দবিগ্রহঃ ।
পরং চকার কিং চিত্রং চরিত্রং বদ মে প্রভো ॥৩৩॥
পূর্ণব্রহ্মতরোৎকর্ষচরিতং কৃষ্ণং কে মহ[illegible] ।
অপরং কিন্তু কৃষ্ণস্য পবিত্রং বিস্মৃতং পরম্ ॥৩৪॥

শ্রীনারদ উবাচ —

সাধু সাধু ত্বয়া পৃষ্টং চরিত্রং মঙ্গলং হরেঃ ।
তদেবাহং সম্প্রবক্ষ্যামি বৃন্দাবিপিনে চ যদ্ ভবেৎ ॥৩৫॥
ইদং গোলোকখণ্ডং চ গুহ্যং পরমমদ্ভুতম্ ।
শ্রীকৃষ্ণেন প্রকথিতং গোলোকে রাসমণ্ডলে ॥৩৬॥

---

শ্রীগর্গ মুনিনা হায় — শ্রীকৃষ্ণগী মহীমা অমন পীনখীবা শ্রীনারদ মুনিবু ইকাই খুম্নবা সম্মানগা লোয়ননা খুরুমজরুনা নিংথৌ বহুলাশ্বনা, থাইফ-মঙ্গলগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী চরিত্রপুং মখা তানা হংজখি ॥৩২॥

বহুলাশ্বনা হায় — শ্রীকৃষ্ণ কৌবা শ৲শ৲বা ভগবান, ওইবা মতম খুদিংদা মুঙাইতুনতা লৈবা হকচা৲বু পুবিরিবা (মীওইনা লোক্রবা) মহাক্না, মথল মখা য়াম্নবা নী৲থিবা লম্নচৎ শাজৎনা করম করম্বা লীলাবু শাম্নবীখিবগে মহু ঐঙোন্দা হায়্নবীয়ু ॥৩৩॥

ইবুঙোগী মমাংগী মপোক খিবিক্না তৌবীখিবা (শাম্নবীখিবা লীলা) খিবিক মঙ্গলগী মশক ঙাক্তনি, তৌইগুম্বসুং অসিগী তুংদা অতোপ্পা করম্বা মচৎ (লীলা) বু অমুক তৌবীখিবগে তাজখিই ॥৩৪॥

শ্রীনারদনা হায় — ওস্থোক্না লাইবক ফৈদা, বহুলাশ্ব মহাক্না মঙ্গলগী মশক ওইবা শ্রীহরিগী চরিত্রবু হংলিবসে শ্রীবৃন্দাবনদা মি৲চৎকি মশক ওইবা ইবুঙোনা শাম্নবীখিবা লীলা খিবিক অহু ঐ হায়রক্লগে ॥৩৫॥

অসিগুম্বা থুপ্না লৈরবা গোলোক খণ্ডগী থোইদোক্না অঙকপনা তিনবা রাফমশিবু, শ্রীকৃষ্ণনা গোলোক ধামগী-শ্রীরাস মণ্ডলগী ময়াইদা, নিকুঞ্জ কৌবা মন্দিরদা শ্রীমতি রাধিকাদা ফোংদোকখি ॥৩৬॥

নিকুঞ্জ মন্দিরদা ইবুঙোনা শ্রীরাধিকাগী মরমদা ফোংদোকপীখিবা রাফমসিবু, শ্রীরাধানা ঐঙোন্দা অমুক পীনখিবিখিবনি, অসিগুম্বা অথোইবা

নিকুঞ্জে রাধিকায়ৈ চ রাধা মহ্যং দদাবিদম্।
ময়া তুভ্যং শ্রাবিতঞ্চ দত্তং সর্বার্থদং পরম্ ॥৩৭॥
ইদং পঠতি বিপ্রস্তু সর্বশাস্ত্রার্থগো ভবেৎ।
ক্ষত্রেদং চক্রবর্ত্তী স্যাৎ ক্ষত্রিয়স্তদ্বিক্রমঃ ॥৩৮॥
বৈশ্যো নিধিপতির্ভূয়াচ্ছূদ্রো মুচ্যেত বন্ধনাৎ।
নিষ্কামো যোঽপি জগতি জীবন্মুক্তঃ স জায়তে ॥৩৯॥
যো নিত্যং পঠতে সম্যক্ ভক্তিভাবসমন্বিতঃ।
স গচ্ছেৎ কৃষ্ণচন্দ্রস্য গোলোকং প্রকৃতেঃ পরম্ ॥৪০॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং গোলোক খণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে
ভগবদ্দর্শনং দুর্বাসসো মায়া দর্শনং
শ্রীনন্দনন্দনস্তোত্রবর্ণনং নাম বিংশোঽধ্যায়ঃ
ইতি গোলোক খণ্ডং সমাপ্তম্।

---

পুম্নমকপু মংনবগী মশক ওইরবা বাক্মসিবু ঐনা অমুক বহুলাশ্ব নংগীদমক ফায়থকনি ।।৩৭।।

মশিবু পাঠ (থীজবা) তৌজরবা ব্রাহ্মণ অতু শাস্ত্র খিবিক খংজবা হৈজবা ওই, তাজরিবা ক্ষত্রীয়শিংনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা নিংথৌ নিংথৌবেল ওইবা হাযবতু ফংজে ।।৩৮।।

বৈশ্য জাতিনা তাজরগা লন-থুমগী মপু ওইজে, শূদ্রশিংনা তাজবগা অন্না-অনা, অকা-অপুন পুম্নমক কোকচবা ফংই, জগৎসিদা থবকী মহৈ খিদনা (পামদবা ওইদুনা) হিংনা হিংনা অন্নানবা থুবম ফংজবা হায়বতু ওই ।।৩৯।।

মশিবু তত্রনা পাঠ তৌজরবদি মপুক্সিংহুদা ভক্তিগী ভাব পোকচবা ফংই, প্রকৃতিনা শোকপা ঙমদবা শ্রীকৃষ্ণগী থাম ওইবা গোলোক থামবু য়োৌজবা ঙমজে ।।৪০।।

মতাং অসিদা শ্রীগর্গ মুনিগী বারীদা গোলোকখণ্ডগী শরুক্তা নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ওাংনবা ভগবান্না পোকপা, দুর্বাসাগা মায়া উইনবা, শ্রীনন্দগী মচা কৃষ্ণগী স্তোত্র, হায়বনা কৌবা কুন্নতবা অধ্যায় লোইরে।

গোলোক খণ্ড লোইরে।

## লেখকী ফোংঙ্খবা অমদি ফোংগদৌরিবা লাইরিক থরা।

**ফোংঙ্খবা ঃ—**

১। ঠাইব, লোনচং" (নাহুং নাবে, নুপা-নুপী, অফ-ফত্ত, লুহোং, কৈহোংবা মশক তাকপা) মমল-লুপা (২০) কুন।

২। "নিত্যাচার অমদি ষোড়শোপচার পূজা" (অশেং অমা, অমদি লাংচবিবা ইষ্টদেব সেবা তৌনবা) মমল লুপা (১৫) তরামঙা।

৩। "গরুড় পুরাণ" [ অহানবা শরুক ] ( শিবদা লুংঙাইনা শিনবা অমদি শিথগস্থু রাদনবা দান ধর্ম্ম তাকপা) মমল লুপা (৩০)কুন্থ্রা।

৪। "গরুড় পুরাণ" ( অনিশুবা শরুক ) মমল লুপা (৩০) কুন্থ্রা।

৫। "পূজাপদ্ধতি" ( মৈতৈলোন্দা খুৎলোন নিংথিনা তাক্লবা ) মমল লুপা (৬০) হুম্ফু।

৬। "শ্রীমদ্ভাগবতম্" [ একাদশ স্কন্ধ অহানবা শরুক ] ( মৈতৈলোন অনুবাদ, অন্বয়, মূল কোন্নবা ) মমল লুপা (৩৫) কুন্থ্রামঙা।

৭। "শ্রীমদ্ভাগবতম্' ( একাদস স্কন্ধ অনিশুবা শরুক ) মমল লুপা (৩৫) কুন্থ্রামঙা।

৮। "শ্রীমদ্ভাগবতম্' ( একাদশ স্কন্ধ অহুমশুবা শরুক ) মমল লুপা (৩৫) কুন্থ্রামঙা।

৯। "শ্রীমদ্ভাগবতম্" ( দ্বাদশ স্কন্ধ ) মমল লুপা (৪০) নিফু।

১০। "গর্গ সংহিতা" ( মৈতৈলোন অনুবাদ, মূল কোন্নবা ) মমল লুপা (৫০) যাঙ্খৈ।

**"ফোংগদৌরিবা"**

১১। "সন্ধ্যা তর্পণ, পদ্ধতি" ( তর্পণ, অতেনবা, অশাংবা, মৈতৈলোন )

১২। "মৈতৈ থৌনি অমসুং ঈবাং পূজা" ( ঈপা-ঈপুশিংনা তৌবম্বা )

১৩। অতৈ অতৈ।

* * *